# ভারত সাহিত্যগী ৱারীমচা

জে. এস. তোম্বা সিংহ

# ৱারীমচা

হন্দোকপা —

ডা. এস. তোম্বা সিংহ



Bharat Sahityagi Warimacha
Translated by —
Dr. S TOMBA SINGH

Rs. 50



অনিসুবা খুৎনম : ১৯৯৩, নবেম্বর
অহুমসুবা খুৎনম : ১৯৯৯, জুন
কোপী : ১৫০০
অফোঙবা : পুখ্রম্ভম ঙংবী মতৌলৈবী ( দেবলা ) না
পিঃ এসঃ অমসুং তাম্রা পব্লিকেসন্স, ইম্ফালগী
৩৪ সুবা লাইরিক ওইনা খুদোলজবা।
মমল : লুপা ৫০/-

নম্ফম :
পিঃ এসঃ প্রিন্টিং এন্দ ষ্টেসনরী
শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক মচিন।
ফোন : ২২৮৭৩৪

# অনিশুবা খুৎলমদগী

লাইরিক অসি পুথোকপগী পান্দমদ মণিপুরী সাহিত্যেব পান্না অমস্তুং মুংশিনা পাবিরিবা অমস্তুং নৈনরিবশিংগী মফমদা ভারত সাহিত্যগী বারী মচাগী ওইবা মহাও অমা পীনবা হোৎনবনি। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা বারীমচাশিং অসি প্রেমচন্দ অমস্তুং শীতলজিৎ সিংহ অসিগী বারীমচা মথংশিংনা "কু কুপ্পবা কি" অমস্তুং "ইস্তোকপা" হায়রিবা অসি নত্তবা অতৈদা ইং ১৯৭৫ - দগী ইং ১৯৮৫ ফাওবগী মনুংদা ইখিবা ঙাক্তনি। হায়রিবা মতম অসিগী মনুংদা ইখিবা বারীমচাশিংগী মনুংদা কজ-কজবা খনগৎলবা সাহিত্য একাদমী., নিউ দিল্লি অমস্তুং কেন্দ্রীয় সন্থান আগ্রানা হিন্দিদা হন্দোক্তুনা ফোঙখিবহুদগী দা. এস. তোম্বা সিংহনা অমুক মণিপুরীদা হন্দোকখিবনি। মসিদা লম-লমগী ওইবা লোনগী অশেংবা বারীগী মহাও অমস্তুং শক্তম অহু ঙম্বনবে মাঙদনবা/কায়দনবা হোৎনজৈ অহুবু মসিদা হোৎনজবসি কয়া য়াম্না মায় পাকপা ওম্বগে হায়বহাদ অপাবা সিংতনা খঙবিগনি।

লাইরিক অসিদা শীজিন্নরিবা বনানগী মওং— ি-ী, ু-ূ ও-উ, ই-য়, অমস্তুং ন-ল অসি বাহৈগী ময়াই অমস্তুং অরোইবদা নীংতম্না থমে। মসিনা বাহৈগী অর্থদা করিস্তু অকাইবা লৈরোই থল্লি।

লাইরিক অসি "ভারত সাহিত্যগী বারীমচা" হায়না মিংথোল্লুবা মরম্না ভারত সাহিত্যগী লেকোলদা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈরাংস্তু শাৎহনজ-নিংহুনা মণিপুরী বারীমচা অনিথক হাপচিল্লরে।

অরোইবদা লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা হকথেংননা নত্রগা নাকোইননা মতেং পাংবীরকখিবশিং অমদি অতৈ লম-লমগী ওইবা লোনশিংগী অইবশিংবু নোল্লুক্না তৌবীমল থগৎবা উৎচরি। মীয়াম্না মুংশিনবীবা অনদি মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়গী মনিপুরী এম. এ. তম্নবা বারীমচ থরা খনগৎপিবা অসিগীদমক্তসু মরিলৈনবা মীওইশিংবু হন্না-হন্না থাগৎচরি

মঙাল্লেম্না চনু

# হন্দোকপগী ৱারোল

ৱাহৈগী অর্থ হন্দোকপা হায়বসি অরায়বা থবক নত্তে। মসিগী মথক্তা সাহিত্যগী ওইবা মচাক, ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈপরেং অমগী অর্থ তাকপা নত্রগা হন্দোকপা হায়বসিনা অমুক্তা হেন্না লুগা থবক্নি। মরমদি ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈ পরেং অহুবু ভাংলিবা সমাজশীগী নাং, চংনবী, মতাং অসি ৱান্না মরু ওই। অদুগা হায়রিবশিং অসিগা ৱাহৈ নত্রগা ৱাহৈ পরেংগা পকশন্নবা ৱাপুরোল কয়ামসু লৈ। অসিগুম্বা ৱারোলশিং অসি লোন অমদগী অমদা হন্দোকপা মতমদা য়াম্না খুদোংথিবা থেংনৈ। মরম অসিনা ঐখোয়না অতোপ্পা লোন অমদগী অতোপ্পা লোন অমদা ৱাহন পীবা মতমদা নাং, ধর্ম হৌন-লোনচং অসিনচিংবসু কায়দনবা হোৎনবা তাই।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা ৱারী মচাশিং অসিগী ৱাহন হন্দোকপা মতমদা ৱাহৈগী চপচাবা অর্থ য়েংবগা লোয়ননা ৱাহৈতুগী অর্থগা চানবা মতাংসু য়াম্না মুন্না য়েংই। খুদম ওইনা হিন্দীগী "রোটি ঔর সবজি" হায়বসি "চাক ১সুং এরুমবাং" হায়না হনবনা হেন্না চানৈ। অসুম্না অতৈ মতাং কয়াদসু লোনগী মুংগী ৱাখল্লোনগা চানবা য়েংহুনা হল্লি। মসিনা অপাবশিংদা হেন্না নুংঙাইগনি খল্লি। হন্দোকপগী থবক অসি তোর্বান অনি শন্নবা হোৎনবনি।

হন্দোকপা

# পব্লিকেসন্সদগী

পিঃ এসঃ অমস্তুং তাম্রা পব্লিকেসন্স, পব্লিসর মরাঙ কায়না লৈত্রিবা ইরমদমসিগী অইবসিং মরুওইনা ইরুরগা মসাগী থুংই লাইরিক অহু কোঙজবা ওমদবদগী নীংহন্নরক্লবা অইবা কয়াবু পুক্লিং থৌগৎচবগা লোয়ননা অকবা লাইরিক কয়া পুথোকচদুনা মতম মতমগী ওইনা মীয়ামদা সীন্নজবা অমদি মণিপুরী সাহিত্যগী অঙম্বা সেবা তৌজবনি। পান্দমসিগী মথাদা ১৯৮৬ তগী লমসিদা খোঙ থাংজিনজরকপনি।

ঐখোয়গী অতোপ্পা পান্দমসিংগী মন্নুংদা অমনা চহী খুদিংগী ওইনা পুখ্রম ৺জয়চন্দ্র সিংহগী মীংদা লম্নাই সংস্থান কয়াদা মথন্ন কয়াগী লাইরিকশিং মমল লৌদনা লাইব্রেরীগী ঈহৌ সাগৎপদা তেংবাংজবা ওইনা খুদোল তমজবনি। পান্দমসিমস্তু সোক ১৯৮৮ দগী লেপ্তনা চৎথরক্লি।

হন্দক পুথোকচরিবা ইকাইখুম্নজরিবা ওজা ডাঃ সাপম তোম্বা সিংহগী "ভারত সাহিত্যগী রাংমীমচা" পব্লিকেসন্সসিংসিগী ৩৪ শুবা লাইরিকসিমস্তু লাইরিকসিবু কংনদবগী অমাবা মায়োক্লব্রিবা মহৈরোই-সিংগী মফমদা খুদোল তমজরি।

লাইরিকসিবু অহুমশুবা খুৎনম পুথোকচনবগীদমক অয়াবা পীবিরকখিবা ইকাইখুম্নজরিবা ওজা ডাঃ সাপম তোম্বা সিংহবুস্তু থোইদোক হেন্দোক্লা তৌবীমল থগবা উৎচরি। লোইননা লাইরিকসিবু পুথোক্লবা হোৎনবদা বাবীখিবা পিঃ এসঃ প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরীগী সিন্নিসিং অমদি মরী লৈনবা খুদিংমকপুস্তু অমুক্কা হন্না তৌবীমল থগবা উৎচরি।

"পব্লিকেসন্সসিংগী ফোংপ্রবা লাইরিকসিং অমস্তুং মরী লৈনবা হীরম-সিংদা অথঙ অহৈসিংনা তাকপীরকপা হাকম খুদিংমকপুস্তু হয়রাউ তয়াম্না লৌজগনি।"

পুন্নমকপু অমুক্কা হন্না থাগৎচরি।

থাইগী
পুখ্রম্বম জংবী মতৌলৈবী (দেবলা)
পিঃ এসঃ এণ্ড তাম্রা পব্লিকেসন্স
মণিপুর

ইম্ফাল
তাং ১।৬।'৯৯ ইং

# য়াওফম তাকপা



---

# মায়খুম অমসুং মী

## শৈলেন্দ্রকুমার ভট্টাচার্য্য

অহিং নোংয়াইদা ইথঙ থঙহৌদনা মীংকপ থোক্লকপদদি লক্ষ্মীহু মাগী মনাক্তা লৈরমদ্রে। "কদাইদনোনে মানা চং'খ্রবগিবু" হায়না শোল্লগা ইফিং-ফিংন হৌংগংলগা ফম্মী। অহুদগী চৈশুহুগী মতেংনা তপ্পা হৌগংলকই। মহাক্কী য়েং থংবা মখোঙ অহু কান্নব্রবা হায়বহু ওইরম্মী। মথুংনা পায়রিবা চৈশুহুগী মতেংনা মখোঙ শেক্লি-শেক্লি ভৌরহুনা লক্ষ্মীবু থিবা থোক্লকই। নাক-য়েং কোইয়েং য়েংঙি। অহুবু লক্ষ্মীদি উবা ফংলমদে। মহাক্কী হীপফম অহুদা অমুক হল্লক্লে। মখোয়না তুমদ্রিঙৈদা মৈ ভীরল্বা মফমহুদা অমুক মুন্না য়েংহুনা লৈ। অহুবু হৌজিক্তি তথায় চাক্লবা মৈহুম অনা-অহুম তাহুনা লৈবহু নত্তনা অতৈ করিমত্তা লৈবা উরমদে। ভাইহাক মুন্না য়েংলম্বদগী ফিজিদগী বেড়ৗ অমা লৌথোক্লগা চম্লম্মী। অহুদগী বেড়ৗ অহু থক্লা-থক্লা মাগী তুমফমদা থান্নিবা বোন্না শেগায়বা মচেং মচেংশিং অহু য়োমশিল্লগা হৌগংলকই।

থক্-থক্ নীকপনথৈ ঈংলম্মী। অনকপদা লক্ষ্মীবু উবা ফংদ্রবদা মহাক রেলবে ষ্টেসনলোমদা লাক্লে। ষ্টেসনগী নীল-খোংবা মতৌ অহু মাদি য়াম্না পামজরম্মী। ফুট পাঠকী পুন্সি মরেন্দা হৈনম্নবা কাংবুদদি অচিকপা অহিংহুদগু ষ্টেসন অহু য়ুমগী মতৌগুন্না ফজরম্মী। লক্ষ্মীগী মরমদা থল্লুবদা মহাক পুক্নিং লৈতারমদে। লক্ষ্মীদো মহাক্কীদমক্তদি থবাইনি। "ম বু থিবা ফংলরোইদ্রনে?" মথন্তা মুকুম-মুকুম শোল্লি। অঙৈংবা মুংশিংকী ঈপোম অমনা মাগী মশাহু থক-থক নীকহল্লম্মী। থঙহৌদনা মাগী তুংলোমদা লাকপা রেলগাড়ী অমগী সক-সক লাউবা মখোল তারকই। মহাক্লা বোন্নাহু চেংনা অমসুং ফজনা শেমজিল্লগা রেল লম্বীহুগী মতাইদা চংলম্মী। মহাক কম্না চংপা ঙম্মদে। মীংকুপ থরগী মঙ্গুংদা রেল মমীংকী মৈঙাম্না মহাক্কী মশা পুম্বা পুম্নগান ঙালম্মী। ষ্টেসন য়োন্নকপগী শাংলবা হুইশেল খোংলহুনা অকনবা খোঞ্জেলগা

লোয়ননা রেলগাড়ীদু ষ্টেসন লাম্থোক্ক্না চৎখ্রে। অমুক হন্না মংাকস্থ লক্ষ্মীগী রাখলগা ঈরোইননা অমম্বদা তিনখ্রে। লক্ষ্মীগী রাংনাদা মুং-পান অনীমক লাওতক্লরম্মী। মহাক অসুম চৎলম্মী। ষ্টেসন যৌরকান্দা মানা উরে, মখল মখলগী মী কয়া মাগী মাগী মখোদা দুপ্পরিংদু। মশক খংদবা মায়থোংশিংদুগী মরক্তা মাগী শকখংদবা মায়থে ও অদুবু য়াম্না খৌরাংনা থিবা হৌরকই!

—চা ··· চা ··· অশাবা···চা, ··· চনাচুর ··· অশাবা ··· অংৌবা ···

মঙোন্দগী ইলাপ লাপুনা চা য়োনবা অমা লাউরদুনা হেন্দোকপিরম্মী। মনাক্তমক্তদগী চানা অঙৌবা য়োনবা অমস্থ, অমুন্না ওিং নোংয়াই ফাউবা পূক্কীদমক্তা নোম্নিবা মীওইশিংদুদা ষ্টেসন্না খুদোংচাবা পীরি। মসিদা চঙজফম অমদি মিৎকুপ খরদংদা ওইরবস্থ পোথাকম ওইনৈ।

বেড়ী অমা লৌথোক্লে। অদুবু কদাইদা চমলুগনি। খরা চৎথোক্লগা লেপ্লিবা কা য়োনবরোমদা চঙশিল্লি। নোঙ্গনা হায়রুই—"মৈখেৎ, ভৈয়া মৈখেৎ অমুক্তা পীয়ুবা।"

"হে চৎলো-চংলো, আদ চৎখো, নংগীদমক্তা ঐনা মৈখেৎ থমব্রা?" য়াক্লবা খোঞ্জেল অদুনা মাবু তাল্লম্মী। তশেংনমক মীওইবনা মেছিনগুম্না ওইরক্লিবসি করিগীনো? ওইবা য়াই অরাংপনা মরম ওইহনা তোঙান তোঙানবা মায়কৈদা থেংনরকপা অরাংপগী কল্লবা মৈশাগী ঈচেলনা পুক্লিং রাখলবু চাকথেকহনবনা।

তপ্পা-তপ্পা মহাক্না রেলবেগী ওভরব্রিজদা কাখৎলকই। য়াম্না চেকশিন্না লক্ষ্মীগী মাইথোঙ অদুবু কোইথি থিরকই। রাজমার্গগী ময়াইদা ইচাই চাইনা তারিবা লৈতেং পোৎ মরক্তুদা লেপ্লম্মী। লাম্নবা পূক্কী চৈনানা মীওইববু মেছিন ওইহনবগী রারী ওভরব্রিজ অসিনা খঙ্ডি। মঙোন্দা য়েংলগা কনাগুম্না অমনা ইঙ্গিৎ তৌবগুম তৌই। মহাক্না মদুবু থৌশাক্লবা তৌদনা মাঙলোমদা অসুম চৎলি। লক্ষ্মীবু থিরকই। মাগী মুংশিরবী লক্ষ্মীবু। তপ্পা-তপ্পা থোংগী অতোপ্পা মচীন অদু য়ৌরগা সিড়ীদগী কুমথরকই। লক্ষ্মীস্থ উরা ফংদ্রে। থোংগী মখা য়ৌরগা

রেল লম্বীগী মনাক্তা অমুক লেপ্লে। মাইংগে মরিমক শুরুক্লা মমই। যেড়ো চল্লিংবগী রাখলদু অমুক হেনগৎলক্লে। থরা হন্দাক্লগা যেড়ী থক্তুনা লেপ্লিবা মীপা অমগী মনাক তম্না চংশিল্লন্মী। মহাকশু মাংম্না কনা লৈজদ্রবা ওইরম্মী। অদুদগী মহাক অমম্বা অমদি থক থক নীকপমথৈ ঈ লবা লৈচিন্দুবু তাওরদুনা নোংপোক পাংনা চংলকই।

চৈশুদু পাংরগা চৎপদা অহানবদদি ষারম্মী। অদুবু হৌজিক্তি তপ্না-তপ্না হৈনরক্লে। চৈশু অসিগী মতংনা মহাক চংনিংবা মাইকৈদা চংপা ঙাম্ম। চৎনা-চংনা মরক মরক্তা লেপ্লম্মী। লম্বীগী মপিং পন্দুনা হেক-হেকসু কৌই। অদুবু, লম্বীগী মরী মখোওদি খিবা ফংদ্রে। মনাক্তা লেপ্লিবা রেল গাড়ী অদুনা হাবু করেন্নবগুম তৌই। মহাক অমুক নীংশিংলকই। মৈনাক্তুদা লম্বীবু মাগী পায়োম্না কোনশিনবিদুনা তুমহনখিনদে। ফুটপাঠকী পুক্সিদদি অহুম্না তুহত্তুনা হেম্না চুংঙাইরম্মী। অমনা অমদগী হকচাংগী মৈশা ফংই। ঈ বা ফৈ। করি উপায়দি লৈ? ফুটপাঠকা লেনবা কাঙবুগীদমক্তি যৈজুপ মরুংগী অশাবা হায়বদু মরুভূমিগী মায়া মরীচিকাগা পাংথক্তি।

লাপ্লিদৈদগী হৌনা মহাক্তা য়াম্না পুক্নিং চংনা য়েংলম্মী। রেল লম্বীগী মনাক্তা কনানো থরা মৈ তিক্লি। মহাক মখোয়গী মনাক্তা চঙশিল্লী। ফি শেত্তুনা অমদি তংখাইদা শেৎপা মীওই থরা মৈ অদুবু কোয়শিন্দুনা ফম্লম্মী। মৈদুগী মৈতাম্না রেলগী লম্বী অমদি মনাক নকপা চরোং হাবুংশিংদু ঙালহল্লম্মী। মদু উবদা মহাক থরা নুংঙাইরবগুম তৌই। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু মৈ তীকপদি ফংলগনি। লম্বীসু মফমদুদা লৈরম্বা য়াই থন্দুনা মহাক অমুক হম্না মদুদা য়েংলম্মী। নিংথমথাগী অতিয়াদো য়াম্না তপেং তশেংলম্মী। থবানমিচাকশিংদুসু মমিৎ কুপ্পগুম তৌরম্মী। মখোয়না থবানমিচাকশিংদু য়াম্না নুংঙাইতবগুম উরম্মী। মীওইবগী অবাববু উরগা মখোয় কপ্লিবরা নত্রগা নোক্লিবরা কনানা খঙগনি?

ইথত থঙহৌদনা তারকই— মৈনাক্তা ফম্লিবা কাঙবু অদুনা ইরাঙ লাঙনরকপা। মহাক থরা হঙ্গোইরপ মনাক্তুদা চঙশিল্লি।

—"থাদোকউ, থাদোকউসে! হিংচাবী নঙনা ঐগী কন্থলদু কদাইদগী পুরক্লিবনো?"

—"থাদোকউ, থাদোকউ, থাদোকউ হায়রিবসিনি, মসিবু নঙগী কংল করম্না ওইগদৌরিবনো? ঐদি মসি রেল লম্বীগী নাকন্দা লাপ্পা তারহদগী খুঞ্জরকপনি।"

"হিংচাবী, ফত্তবী, হুরানবী" হায়রদনা অতোপ্পা মীশী অহুনা কংল অহু মুনগে তৌরম্মী। মী অনী অহুমদি মাগী বাহুদা পাংশিল্লম্মী। মনাক্তগী হুইদু খোংলকই। মখোয়গী মনাক্তা চঙশিনবা খুদিংগী মগী নাতোন্দা অঙকপা মনম অমা নম্লম্মী। মখোয়দু গাড়ীগী টয়ার মৈ থারগা তীক্লিবা ওইরমাল্লে। য়াম্না নক্না চঙশিল্লকপদদি ঙকপগী ঙমখৈ লৈখিদ্রে। খল্লবা তৌদনা খঙহৈদনা কন্না খংকৌ কৌরুই—'লক্ষ্মী!'

লাক্ল-ফানবহু লেপখিরম্মী। কন্না য়েরন্বা শেনবুনা খংলেপ লেপখিবসি মথাই। মী খুদিংমক মঙোন্দা ঙক্লা য়েংলকই। মহাক্না অমুকস্তু লাওরকই—"লক্ষ্মী! কৈদৌরবগে লক্ষ্মী?"

লক্ষ্মী মঙোনগোমদা য়েংলগা কপ্পিং-কপ্পিং তৌনা হায়রকই—"য়েংঙনে ঐনা পুজরকপা কন্থলসে, লাংনাইদবীসিনা মুনগে তৌরিবনিনে।" লক্ষ্মীগী বাহু তাবদা মাগী থম্মোইদু মহৌ চেনবগুম্মী। মহাক্না য়াম্না শাওনা শকথংদবী নুপীহুদা হায়রকই—"নংনা নঙগী কন্থলনি হায়রিবহুবু নঙগীনি হায়গী প্রমান করি লৈবগে?" মাগী বাহুদা মকমহুদা তিল্লবা ময়ামহু ঙুং-ঙুং নিন্নরকই। করেম্নবগী মওংদা হায়রকই—"হে! অঙাওবা করিনো নঙনা ঙাংলিবদো? মফমসিদগী চৎল্লো। নত্রবদি বা কায়নরকপা তারে।"

মীৎকুপ খরা তুমিন্না লেপ্পী। মখোঙ অতেকপহু নীংশিংলকই। মপুক্লিং হুম্বরকই। তপ্পা কৌরকই—'লক্ষ্মী।'

কপ্পিং-কপ্পিং তৌনা মনাক্তা চঙশিল্লকই। "লাকও লক্ষ্মী লাকও। '-- লাকও। কয়াদি কুইরে ঐনা নঙবু খিরিবা লক্ষ্মী। লাকও

ঐখোয়গী মফমতুদা হল্লসি। লাইবক্নবু তম্নবদি কম্বল কয়া মা ফংগনিসে। খংনরগা কান্নবা নত্তে।"

"মামা", ফুনগংনা কৌরদুনা লক্ষ্মীনা কোনশিল্লম্মী।

শুক্লা মম্নবা মরক্তদা মবানি অমুক হল্লক্লে। চংনা-চংনা হংভি —"লক্ষ্মী, শেংনা হায়্যু। নহাক ঐগী নাক্তগী কদাইদা চংলি?"

—"মামা নঙদি উইক্ররেদনা, ঐদিনে খজিক্তফাও তুমনিংদবা। য়'ম্না কম্না ঈংখংলকত্রা? নহাক হৌদোক্লমদনা কি-রোন খরা ফংগত্রা খন্দুনা তুমিম্না লাক্লবা। ফংবসু ফংলবনি, অদুবু…।"

"ফরেসে লক্ষ্মী, ঐখোয়গী লাইবক্তা তম্নবা খরসি ফাওবা য়ান্না কমল্লবনি।"

মখোয় অমুক মখোয়গী মফমতুদা হল্লক্লে। লক্ষ্মীদা শেগাইরক্না বোরা অনী ফংলে। শুকফং ফংদনবুদি করিনো খরা ফংবসিনা হেন্না ফরে খল্লদুনা মবানি বোরা অনীদু খুল্লগা হান্নগী মফমদুদা লাক্লে। তঙ্গাদুদা মখোয়না খরা লাপলপ্পা পুলিস অমা চংপদু উরকই। মহাক মুমিদাং ডিয়ুটি তাবা পুলিসনি। মখোয় অনীনা মৈ হৌগংলে। মাইকৈ মরীমক পুনচিক টিকই। ভাইহাক মৈ য়াইরম্নগা বারী শানা শানা তুমথক্লে।

অদুবু মাদি মিং—কক্লা অমা ফাউ তুপা য়ারমদে। লক্ষ্মীদি য়াম্না কন্না তুম্লম্মী। মহাক ভাইহাক ভাওন-শাওন হিপলম্বদগী হৌগংতুনা ফম্মী অদুদগী মৈ অমুক য়াংশিল্লি। খ্বাঙদগী বেড়ী অমা লৌখোক্লগা চম্মী। লক্ষ্মীগী নৌরবী অনকপা য়াওত্রবী মায়খোংদুদা অমুক য়েংভি। মদুদা মবুক্লিং ইনৌ নৌখরকই। চিক্লবা অহিংগী অরোইবা য়ুথক অদুনা মাগী পুক্লিদা তুমদুনা লৈজবা হৌগ্রবা থোদোকশিংবু তপ্পা-তপ্পা নিংশিংহল্লকই।

"মুকীব!" চাও-ও, চাদ্রবসু শক্তোমসিদংদি খরা থকউ।

"জরীনাদা হান্না পিয়ু ইপুবোক, অদুগা ঐ থক্লে।"

"জরীনা !" হায়রগা খঙহৌদবা অশাংবা মুশা স্বর অমনা মাগী মবুক্লিংবু পুমলাং লাওহল্লম্মী।

মসিনি মাগী অঙাং ওইরিবৈগী শকথংলবা শক্তম। করিংঙ্দা মপুবোক্লা, করিগুম্বদা মপানা মাবু শঙ্গোম পীথক্লবা মাগী মনাক্তা ফমতনা মখল মখলগী ৱারী তাহল্লি। করিগুম্বদা অদিফ লৈলাগী মুংঙাইরবা ৱারীমু তাহল্লি। মাগী মচন্নি জরীনা। মা মশাগী মমিংনা মুকীব। মহাক নীংশিংভি, খদাংদা শাংলবা কোই খাবপা, মাগী মপুবোকতুনা মমাইদা অঙকপা শুমহৎনিংঙাই ওইরবা শবফম অমা উংলহুনা ইতৎ-তৎতনা ঈশৈ মতেক অমা হেক-হেক ঙংহু।

মতমদো মখোয় লোহীতকী পাটিদৈয়া কোংবা খুঙ্গং অমদা লৈরম্মী। মীশিং অমগা-অমগা য়াম্না মীনুংশি হৈতবগী মওংদা হাংন শুনবগী ঈরাং অমা খোক্লকপা মতাংদা মাগী মপা রহমন মিয়ানা মাগী লৈজং পুন্নমক থাদোক্লগা মশাগী মথল্লাই হিংনবা খুঙ্গং অসিদা লাকখিবনি। রামনাথ, হরিনাথ, রহিম, ৱাহেবনচিংবসু পুন্না মফম অসিদা অতুম লৈ। মখোয় ময়াম চঙতুনা ফজরবা তোপ তোপ্পা অশং-অমান্না থল্লবা খুঙ্গং অসি শেমখিবনি। অসিগুম্বা ইচম-চম্বা মীওইশিংসিপা হবথোংনবা ফংবসিদা মফম অতুগী লৈমায়না নোকচরিবনি।

অতুবু পুন্সিসি য়াম্না নুং। অসিগুম্বা অরুবশিং অসিগী মরক্তা রহমন, রামনাথকুম্বা অচম্বা মীওইশিংদি করিমু খঙদে। মখোয়গী মীৎমাংদদি মীওই থরগী নুরবা মতমগী লাংমু য়াম্না শুমহৎনিংঙাইগী মশক ওইনা উই। অশাংপা গুলাপ্পুমক উবগুম, লৈখোক্তা লৈবা তিংখঙদি উদনা। অতুবু মখোয়গী মীৎয়েংদদি তিংখঙতু উবা ফংদে। শক্তি পায়বা পামজবশিংনা মীখলদা ভোট ফংনবা রহিম, রহমন, রামনাথকুম্বশিংবু অরানবা লম্বীদা শিজ্জিন্নৈ। মীওইবগী অসিগুম্বা থৌওং অসিদি প্রকৃতিগী তান্দব লীলাদগীমু হেন্না তমথী।

পাটিদৈয়া খুঙ্গংগী রহমননচিংবগী মুংঙাইরবা পুক্নিংহুদা অপনবা অমা লাক্লে। লোহীত (ব্রহ্মপুত্র) ডাওথংলক্লে। অক্লিবগী শক্তম

লৌবক্তুনা মনাক নকপা থুঙংশিবু তাউ থাকহল্লে। তৌবগীদি প টিদৈয়া থুঙং অত্তুদি ঈশিং ঈচাওনা শোকপমক্তি শোকহৌদ্রে অত্তুৎ ঈচাউ অত্তুন। মীশিংগী মবুক্লিংদদি নুং-নাংবা অমা পোকহনখি। অদোৱা ফৌ পাম্বী পুন্নমক ঈচাউগী ঈশিংতুদা লুপখ্রে। য়ুম-কৈ কয়া মাঙ তাকখ্রে। অত্তুবু ঈশিং কংখ্রবা মতুংদগী ভূটকী মথক্তা অমুক হিংচাবা লাকপগুম পুকচৎপগী লায়না অমুক শন্দোয়রক্লে। সুকীবকী মপুবোকতু পুকচৎপত্তুদা য়াওতুনা শিখ্রে। মতম কনা য়াম্না হৌখ্রে অত্তুবু ঙসিস্থ মাগী মবুক্লিংদা মপুবাকী কোইচোম্না মাম্নথোঙ অত্তু শং-শং উরি। মানা শরুম্বা ঈশৈগী শুর ঙসিন্থ নাকোংদা ঙংলি। "তুনিয়া বেমিসাল এক ......।"

অত্তুবু মাগী খুদোংথিবা অত্তু মপুবোক শিবা অত্তু ফাওবদমক ওইরমদে। হৌরক্লে, হিন্দু-মুসলিম ধর্মগী তুক্কচনিংঙাই ওইরবা মীহৎ মীপুন। শক্তিগী ফম পায়রিবা কাংবুনা জ্ঞান য়াওজদ্রবা মীচম প্রজাশিংগী বাখলবু মাঙহন্নবা হোৎনরম্মী, মখোয় মশেন খৎনহল্লগা নুংঙাইজরম্মী। অশেংবা সমস্যাশিংবু কুপত্তুনা থম্বা পাম্নম্মী। মসি শক্তি পায়রিবা কাঙবুশিংগী চাওখৎতবগী খুদম অমনি। বাফম অসি সুকীব কায়রু খঙলমদে। হৌজিক্তি বাফম খুদিংমক মহাক ভাব তারক্লে। অত্তুগুম্বা তুক্কৎচনিংঙাই ওইরবা মীহাৎ-মীপুন অত্তুদা সুকীবনা মাগী নুংশিজরবী মচন-নুপী জরীনা মপা রহমন মাঙজবা তারম্মী। জরীনা ইখঙ খঙহৌদনা মাঙখিরম্মী। মহাক অত্তুম মফম মরাং খঙখিদ্রে। মপা রহমনগী ঈনা লুপ্পবা অশিবা হকচাংগী মনাক্তা ফম্নগা মীৎকুপ অমতং মবুক্লিং পেম্না কথবগী তাঙ্গা ফাউবা ফংখিদে।

মথন্নাই পুত্তুনা মহাক য়াম্না লাপ্না চেল্লকপা তাখি।

মহানগরদা লাক্লগা মহাক অরোনবা মওংদা লৈরকখি।

মসিগী মত্তুংদগীদি সুকীবকী পুন্নচৈনাম্মী মথং অধ্যায় হৌরে।

ঙুমিং নিনিদি মহাক পুক হাংনা লৈবা তারম্মী। ত্তুন্নি গুবগী অয়ুক্তা য়াম্না হৈনিংদনা, অম্বাবগী সমুদ্রদা লুপ্পবা মহাক্তা মনাক নকপা চা ষ্টোলগী মিংশেল চনবা আদমীরাদা লৈত্তেংত্তুনা থমলিবা মথল মথেলগী

অহাউ-অথুমশিংদুবু মিহৌনা য়েংলম্মী। খঙহৌদনা কনাগুম্বা অমনা মতুংদগী কৌরকই, "ও! নীপামচা!"

লৈথোক্তনা য়েংভি, ফজরবা চাং-লেম্বা নীপা অমনি। মীৎকুপ খরা মীৎকম হোংদনা য়েংলম্মী। নীপা অহুনা অমুক হংলকই—

"নঙগী নমিং করি কৌই?"

"সুকীব"।

ঙাইহাক রাখল তৌরগা নীপা অহুনা অমুক হংলকই—

"লাইব্রিক কয়াম তমলে?"

"ক্লাস আইত ফাওবা।"

"লাইব্রিক তম্বা করিগী তোক্লিবনো?"

লাইব্রিক তম্বা করিগী তোকপা তাখিবনো হায়বগী ৱারী সুকীবনা শীহুনা তাহল্লম্মী। লেমজনিংঙাই ওইরবা নীপা অহুনা ৱারী অহু মীয়ুংশি অমা য়াওনা তারম্মী। মহাকসু মমীৎতা পীগী ঈরা চেল্লকই। অঙাংহুনা হুমিং নিনি শুরেং নাগী মবুক্তা করিমত্তা তারকত্রি হায়না তমলম্মী।

"হৈমা, অহুরা" নীপা অহুনা ঙক্না হংলকই— "অহুদি ঐঙোন্দা তাকত্রিবা করিগীনো? চৎসি, চৎসি। অসিদা চৎলগা করিনো থরা চা-থকউ?"

সুকীব তশেংনা ঙক্লম্মী। অসিগুম্বা থম্মোয় চাউবা নীপাসু সংসারসিদা লৈরি। মক্নোন্দা থৌদোক অসি য়াম্না ঙক্না থোক্লম্মী। তিন য়েংলহুনা তুরোই-ভানলোই মহাক নীপাহুগী মতুং ইল্লি। পারাঠা অনি, অশাবা ইঙ্গাং অমদি অথনবা চা গ্লাস অমা য়াম্না পেন্না থকচিল্লম্মী। নীপা অহুনা মনাক্তা ফম্বহুনা রাহুং কয়ামক্রম হংলম্মী। অমুক্তি অসুম্না হংলকই— "নঙ থবক তৌবা ঙমগদ্রা?"

'থবক হায়বা' হৈ অহু তাবদা মমীৎ লাওথোক্তনা মহাক্না নীপাহুগী মমায়দা মুন্না য়েংলম্মী। চঙনা স্বর্গ কাবগুমলম্মী। য়াম্না

তপ্পা হায়রকই— "বাবুজী থবক্তি ঐনা পামজব্রিবসে। অফংবা থবক অমা হেক্তা তৌবা ঙমগনি। ঐদি মুপ্পগী চংজফম অমথক্তা পামজবনি।"

নীপাডুনা হায়রকই—"অদুবু মুকীব, ঐ নঙোন্দা অয়োনবা অমা হায়গে। ঐগী ইচা-ইচু লৈজদে। ঐ নঙবু ইচাগুম্না অদুম থমগে তৌবতবু নঙ ঐগী শ্রীমতিদুদা ওইদবা ঙাঙবা তাই।"

মহাক অমুক ঙক্লে। য়াম্না খঙনিংনা হংলকই—"করম্না ওইদবা ?" "বাফমদি অসিনি ... .. ," নীপাডুনা মথা তাথরকই—"নঙগী নমিং অদু যোগেন, মুনিন নত্রগা মুমাইনা তৌবা হিন্দুগী মিং অমা হেক্তা হায়য়ু। নঙ মুসলমান'ন হায়বা খঙলকপদা ... ... ...।"

মুকীব অমুকমু ঙকপগী ঙমধে লৈত্রে। মাগী মবুক্লিংদা চিংনবমু ফাউরম্মী। মুমিং খরনিগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোকতুনা মাগী থম্মোয়দুবু মৈশা লাংহল্লি। অদুদগী অমুক হিন্দু অমগী ময়ুমদা, ঐ হিন্দুনি হায়না তৌশিন্নদুনা ... ...। অদুবু থম্মোয় চাউবা নীপা অসিনা হীরম খুদিংমক কিদনবা তাক্লম্মী। শোমদনা মাগী পূক্নী অরাম্ববু অমুক হেনগৎলক্লম্মী।

য়াম্না মুম্না খল্লগা মহাক্না হায়রকই—"করিগুম্বা ঐ খুদোংথিবা তারবদি ?"

"কৈদৌঙৈদমু নশাবু ফোঙদোক্কনু। খুদোংথিবা কৈদৌঙৈদমু থোক্লোই।"

অংকোনবদদি মুকীব অরাম খৌরাংবা পুন্নমক কোক্লে। নীপা অদু মরাল লৈ হায়বা মহাক তপ্পা-তপ্পা খঙলকই। মমিংনা নিরঞ্জন ফুকন কৌই। মাবুদি মীয়াম্না মুংশিবা অদুবু মাগী শ্রীমতী অদুদি য়াম্না অকংবা মওংগী মী ওইরম্মী। ওফিসকী থবক্তা মরম ওইদুনা করিগুম্বা নিরঞ্জন ফুকননা মুমিৎ নিনি-হুম্মি য়ুমদা হজিল্লক্কবা তারবদি ফুকনগী য়ুমসিদা শকথংদবা নহাশিং লাকথোক-লাকশিন হেক্তা তৌই হায়বা মুকীবনা খঙলম্মী। ত্রোইং রুমগী হিগোক মচুগী মৈঙাম্দা

শ্রীমতী ফুকনগা লোয়ননা শকথঙদবা নহাশিংত্নগা পুনবত্ন সুকীবনা য়ান্না মুন্না খন্নবদি ঙক্নুদে।

সুপী অত্ন সভা সমিতিনচিংবন্থ হেক-হেক য়াওই। ভাষন পীত্ননা মীবু শুমহৎপা ওন্মী। নিরঞ্জন ফুকননা মাগী ৱাঙাংশিং অত্নগী অর্থত্ন ভাব তাবা ঙমলমদে। করি করিগুম্বদা ৱাক্নমশিং অসি সুকীবগীদমক্তদি ৱানা থোক্লন্মী। অত্নবু করি উপাইদি লৈ।

নোংমা নিরঞ্জন ফুকন্দু মুমিৎ তরেৎনিগীদমক দিল্লী চৎখি। মুমিৎত্নদা ইখঙ খঙহৌদনা পাখঙ মচা অমা লাক্লগা 'সুকীব লৈবরা ?' হায়না হংলত্ননা ফুকনগী য়ুমদা চঙলক্লন্মী। মতম অত্ন সুকীবদি ত্নকান্দগী পোৎ খরা লৈরুনবা চৎখিবা মতাং থোক্লন্মী অত্নগা শ্রীমতী ফুকননা মাঙ্গোন্দা ফমত্ননা লৈরন্মী। পাখঙত্নগী ৱাত্ন তারগা মমিৎ ফৈনা য়েংলত্ননা হংলকই—"কনা হায়বা ?"

"মেদাম, মসি নিরঞ্জন ফুকনগী য়ুম নত্তরা ?"

"মানি। করিনো পান্নিববো ?"

"সিনি মেদাম, য়ুমগী থবক ইনথাং তৌবা নীপামচানো, হায়বদি সুকীব ... ... ... সুকীবউদ্দীন অহ্মদ।"

তঞ্জাত্নদা মপান্দগী থোঙ্গাল হাংলগা সুকীব চংলক্লে। নীপামচা অত্ননা মহাকপু হেক উবদা তুং হন্না য়েংলগা— "হৈমা সুকীব, নঙ কদাইদা চৎলুরিবনো ? নঙবু থিবদা মফম অসি য়ৌরক্লবনি," হায়না হরাউনা হায়রন্মী। তঞ্জাত্নমক্তদা নোংথাংগুম্না কল্লবা খোঞ্জেলদা শ্রীমতী ফুকননা শকথঙদবা নীপামচাত্নদা হংলন্মী—"হে নীপামচা, মাগী মমিং করি কৌই ?"

"মেদাম, ঐগী মিং সিরাজ কৌই। সিরাজ হুইসেন অত্নগা সুকীবসিন্থ ঐখোয়গী খুঙ্গংদগীনি। ঐখোয় পুন্নমক খুঙ্গং অমত্তগী মচানি।"

সুকীব মিপাইরন্মী অমসুং শ্রীমতী ফুকনগী মচু ওল্লক্লিবা মায়থোঙত্ন উরন্মী। মতাংত্নদা নীপামচাত্ননা হায়রকই—"মেদাম, ঐদি চুন্না লৈফম

খঙলুগে হায়দুনা লাকপনি। সুকীবকা উন্নরগা য়াংরগদি থবক ইনখ'ং অমসু থিগে খঙ্গবনি।"

"সুকীব 'সিদা লাউ''— শ্রীমতী ফুকননা হায়রকই। মহাক য়াম্না কিথি-বিক্রম তৌনা চঙশিল্লক্লম্মী। "সুকীবউদ্দীন অহম্মদ' মচীন শেম্লদুনা য়াম্না শাওনিংনা মাগী মশমদু তাপ পায়রগা হংলকই— "চুমব্রা ? হায়য়, করিগীনো নঙনা তৌশিন্নরম্মিবদি ?"

করিগুম্বা থরা হায়গে হায়দুনা সুকীবনা মচীন কাঙ্গে তৌরকপদা মাগী মখজাইদুদা শ্রীমতী ফুকননা কল্লবা খুৎপাক অমা থারদুনা শাউনা হায়রকই—"চৎলো, হৌজিকমক চৎব্রো। ফি'রোল ফমুংনচিংবদু হাম্না মপান্দা পুথোক্লগা ঈশিংদা লুপথোকউ। অদুগা মায়কৈ থুংনা শন্থী-লৈঙোই অমদি ঈশিংনা তৈথোক-খিক্কোকউ।"

সুকীব উনবা লাকপা নীপামচাদু ঙক্লা লেপ্তুনা লৈরম্মী।

ঙাইহাক্তী মতুংদা সিরাজ অমদি সুকীব মতম চুপ্পগী ওইনা ফুকনগী ময়ুমদু থাদোকখ্রে। নিরঞ্জন ফুকনগা উন্নবা তাঞ্জা সুকীবদা লৈরমদে।

অরাবা পুন্সিনা সুকীববু অমুক হন্না চাকহল্লে। মতম থরগী মনুংদা সহরগী রিক্সা মপুশিংদগী রিক্সা অনী বায়রগা থোবা হৌরক্লে। শূবা নোম্বা কাংবুগীদি অফবা চাঞ্জাক্তীসু য়াম্না তঙাইফদবা লৈ, নত্রাদি হকচাং শোম্থরকই। অদুবু মবানি য়াম্না বানা রিক্সা থোবা হৌরক্লে।

অদুবু নোংমদি ওন্থোকপা অমা ওইরে।

ত্রক অমগা থেংজিন্নদুনা সুকীবগী রিক্সাদু পুমতোই তোইরে। মাগী য়েৎথংবা মখোঙদু মতম পূম্নমক্কী ওইনা শিজিন্নবা য়াহল্লে। হৌজিক্তি থবক শঃদুনা চারা তানবসু লেপ্লে। মেডিকেল কলেজ হোসপিটালদগী থোক্লকপা মতুংদগী চৈশুগী মতেংনা চৎপা পুন্সি ওইরে। অহানবদদি মী অয়াম্বনা মাবু নুংশিবীদুনা করি-করি থরা অদুম পীবিরম্মী। সিরাজনসু মতেং য়াম্না পীরম্মী। অদুবু মতম অমসুং ফিভমগী অওনবা ফিগাও তিংথোকদুনা ফুট-পাঠতা মতম লেনবগী পুন্সি অমা হৌরক্লম্মী।

নোংমা অয়ুক ঙনতা 'সুম কোয়না চৎপদা সহরগী রাজমার্গগী মপান্দা ইথঙ খঙহৌদনা সুকীব লেপ্লম্মী। রাজমার্গতুদগী খা থংবা মাইকৈরোমদা হেক লৈথোকখিবদা লোহিতকী চাউরবা ময়ায়গী শরুক উবা ফংঙি। হায়রিবা তুরেল অচৌবা অতুগী মাইকৈরোমদগী কপ্পগী খোঞ্জেল অমা নুংশিৎনা পুররক্লম্মী। পোকপদা ঙাইরিবা অঙাং অমগী খোঞ্জেলগুম্না তৌই। মহাক্না স্বর হোন্দবমথৈ ঙাইহাক মাইকৈ অদোমদা না থাংগৎতুনা তারম্মী। ঈকং থাদা লোহিতকী মফম থরদি ঈথক ঈপোমগুম্না অকংবা লৈঙোইদগী অরংবা কাখৎলম্মী। মহাক তপ্পা-তপ্পা কিন্থরবা তুরেলগী মপাল মথারোমদা অম্রুম চৎথরম্মী। অতুদগী খোঞ্জেল লাকপা মাইকৈ অদোমদা লৈঙোই মথক্কা থুনা য়াংনা চঙশিল্লম্মী। কপ্পগী খোঞ্জেলনা অচিকপা অতুবু থুগাইখম্মী। থক-থক নীক্না ঈংবা নুংশিৎ শিৎলি। নুংশিৎতা তাউরিবা খোঞ্জেল অদো অমুকস্তু হৌই অমুকতু তপথখি। মহাক মনাক য়ৌরে। মফম অতু য়ৌবদদি মহাক্না উরিবা অতু খুদক্কা থাজবা ঙম্মদে। ভূট-প্রেত উবতু মঙাই। ইথঙ খঙনা মমিৎতু লাওথোক্লম্মী। উরে মনাক্ত মক্তদা অঙাং অমা লৈরে। মাগী মীকপ্পুদা উপালগী উনা ফাওবা কেনগুম তৌরম্মী। মতুগী মনাক্ত মক্তদা উরে মতম পুম্নমক্কী ওইনা তুমগ্রবী জরীনা। মতম কুইনগী মমাংদা মাঙগ্রবী মাগী নুংশিজগ্রবী মচন হুপী জরীনা।

মহাক ঙাইহাক্কী ওইনা জ্ঞান মাঙলম্মী। অতুবু তপ্পা-তপ্পা জ্ঞান তারকই। পাখৎনা চেনশিন্দুনা কোনশিল্লগা ফনা কুইনা কপ্লম্মী। অতুদগী অঙাংতু লৌখৎলি।

খুল্লকপা অঙাংতুনি মহাক্কী মনাক্তা তুম্লবী হুপীমচাদো।

অহিং হৌখ্রে। পোৎ পুবা ট্রক অনী অহুম ওভরব্রীজ লান্দুনা চৎখ্রে। য়েন খোংলক্লে। সুকীবনা রাখল্দা উংলিঙৈদা কয়থা মতমদা মৈতু মুৎখিবগে থঙহে ৗদ্রে লক্ষ্মীদা অমুক য়েংলকই অতুগা মৈ চারুত্থা মফমতুদা অমুক য়েংই। অতুদগী মহাক তপ্পা য়াওনলকখি।

নুংশা থোক্লকপদা লক্ষ্মীবু পুতুনা চরা ফংনবগী আশাদা রাজমার্গকী হোটেল অমগী মনাক্তা চৎননবা থোরক্লে। সুমিৎ চুপ্পা কোয়চৎ

চংলুরগা চিথেক অমা লাম্থোক্লকপদা মখোয়নিনা উরে, খরা লাপ্তুরা অহাংবা লম্পাক্তা মশীং থীওমদ্রবা মীয়াম। করিগুম্বা সভা-সমিতিগুম্বা অমা ওইরমায়ে খন্দুনা নক্না চঙলক্লুনা য়েংঙি, চুম্মে। মফমদুগী ওইবা সভা অমা ওইরম্মী। খঙহৌদনা উরকই— হৈ শিংলবা খোম্থোক্তা ভাষন পীরিবদু। মানা হায় "ইচিন-ইনাওশিংনা খঙবিরিবনি, ঙসি ঐখোয়না মফমসিদা পুন্নিবসি করিগীনো হায়বদু। ঙসি ঐখোয়না লৈবাকসিদা পোৎশক অমগী অচৌবা অৱাৎপা অমা লৈরে। মদুদি ঐখোয় গনতন্ত্রগী ওইবা মীকপ থোকপা ৱাৎপসিনি। ঐখোয় পুন্নমক ইশা-ইশাগী ওইজবা খরদা লুপতুনা লৈরে। ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা হিন্দুসু ওইসনু, মুসলমানসু ওইসনু, খৃষ্টানসু ওইসনু, ঐখোয় পুন্নমক অমত্তা ওইনা লৈবা করিগী য়ারোইদৌরিবনো?"

চৈশুগী মতেংনা সুকীব তপ্পা-তপ্পা হেন্দোক্লুনা লক্ষ্মীগা লোয়ননা চৎলি। সুকীবনা মুন্না য়েংঙি, শক খঙলে খুদোম্বী হাইর-হাইরদুনা থিংওমদ্রবা ঈচেন্দা লাংতক্লনা ভাষন পীরিবী অদু অদৈত কনাসু নত্তে, নিরঞ্জন ফুকনগী নুপী শ্রীমতী ফুকনদুমক্কি। মাগী মপাম্থোংগী শাজিন্নব ৱাহৈশিং অদু তাবদা সুকীব মকোক ঙাওরম্মী। ঙাইহাক চমন্না লৈরুরগা হায়রকই—"লক্ষ্মী, চৎসি, ঐখোয় মফম অসিদগী লাপ্না চংলসি।"

মখোয় অনী মফমদুদগী লাক্লে। থম্মোয়দা হায়কম খঙদবা চৈনা অমা পুরহুনা শাংলবা লম্বী অদু লাকখি। তশেংনমক অসিগুম্বা মীওইশিং অশিনিকো ঐখোয়গী লৈবাকী শক্তি পায়রিবা। অদুদি লৈবাক অসিগী মীচম প্রজাগী মরাইবক্তা নুংঙাইবা হায়বদু কদাইদগী লাক্কনী?"

—"সুকীব।"

চীং-লেম্বা খোঞ্জেল অমা তারদুনা মহাক চপ লেপ্পী, হন্না য়েংঙি। লোয়ননা পূক্নিং হকচাং তুজুংনা নুংঙাইবা ফাওরম্মী। হরাউখিবনা মমীৎতগী মপী ঈরা শীন্থরকই। করিগীসু শীন্থরোই? মায়থোঙদা

নুংঙাইতবগী মমি তানা মঙোনলোমদা চংশিল্লক্লিবা নীপা অসি অতৈ কনাসু নত্তে নিরঞ্জন ফুকননি।১

"বাবুজী"

"হৈমা সুকীব! নঙগী ফিভমসিবু মতৌ করন্না ওইখ্রিবনো? নুমিৎ কয়ানি শুরে। ঐনা নঙবু থিরিবা হায়য়ু সুকীব"। সুকীবনা মহাক মশাগী রারী লীতুনা তাহল্লি। নুমিত্তদা লানখিবত্তুগী মমক মহাক নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লম্মী।

অতুদগী সুকীবনা নিরঞ্জন ফুকনগী রারীসু তারে। ফুকন্না হায়রকই— শ্রীমতীতু হৌজিক ঐগী নুপী নত্রে, সুকীব। কনাগী মরালনো খঙদে। অতুবু ঐনা খনবদি ঐনা খায়নবসিনা ফরে হায়বসিনি।"

রারী লোইনা লীরবা মতুংদা ফুকননা অমুকসু হায়রকই—"মহাক নিংথৌকোন্দা লৈবগুম নুংঙাইবা পাম্মী। অতুগা নঙনা খঙলিবত্তু মঙাই ঐদি থবক ইনথাংদা খরা থাজবা মীনি। হৌজিক্তি মহাক য়াম্না চাওনা ললোন-ইতিক তৌবা নিপা অমগা লৈমিন্নখ্রে। ঐ, মাবু কনানো খঙদে। মাগী অতুগুম্বা মওংতুবু ঐনা করন্না থংবা ভমগদৌরিবনো?"

নিরঞ্জন ফুকনগুম্বা ইচম চমজবা মীওই অমগী অসিগুম্বা ফিভম, রাথল অসিনা সুকীবগী থম্মোয়বু মচেৎ তাহল্লম্মী। তপ্না-তপ্না মখোয় চৎলম্মী। লক্ষ্মীনা তুং ইল্লি।

'ইচিন ইনাওশা, ঐখোয় খাঙবা কনবগী লীপুন অসি চেৎহনবা তাই। ঐখোয় অমত্তা ওইবা হায়বসিনি ... ... ... ...।" ভাষনগী হৈ-শিংলবা খোঞ্জেলনা নোংমদোন নীকহন্না শ্রীমতী ফুকননা লাউরম্মী। মখোয়না চৎথোক্লকপা খুদিংগী মহাকী খোঞ্জেলতুসু মখোয়দগী অসুম লাপথোকখিরম্মী। ঈংনা শীৎপা নুংশিৎকী ঈপোম অমনা মচী অমদা শাৎপা লম-লৈগী মুংশিরবা মনম পুরকখি। ভুইহাকী মমাংদা সহরগী মোৎলবা নালাদগী থোরকপা নমথীরবা মনম্না নাতোন্দা চুখিবদো হৌজিক্তি কত্রে। মায়খুম উপ্না মীশিংগী শাজিন্নবা তৌশিন্নবা মওং উক্লরবা মতুংদা হৌজিক্তি থম্মোয় শেংবরোমদা খোঙ থাংজিল্লকপগুম

খজ্জরম্মী। শেংলবা থম্মোয়না কৌরকপা মথোয়না তত্তনা তারম্মী হৌজিক্তি মথোয়র্গা খোভচৎ বা মাইকৈরোমদগী অবাং পাংলক্লে খা রোমদনা মায়খম অতগা অৱাং মাইকৈদনা মীওইবা হায়বচুনা তাবা মকম

খঙহৌদনা নিরঞ্জন যুকননা হায়রকই—"মুকীব হৌজিক কালসিদি মায়থুম উপ্পা মীগী মশীং অসি হেনগৎলক্লি। মসিগী মরম য়াম্না য়ামখ্রে। কনাগুম্বা অমবু মরাল লৈরে হায়না হেক্তা হায়বনস্থ কাল্লবা অমত্তা ফংলোই। অত্তবু নোংমদি অসিগুম্বা মুমিং অমা শোয়দনা লাকনি, মুমিত্তদা মায়থুম লোয়না হাংদোকখিগনি, অচুম্বা মীওইবা হায়বত্থ ওইরক্কনি।"

মুকীব অমদি লম্পী মঙোন্দা ওক্লা অমদি মুম্না য়েংলম্মী। নিরঞ্জন যুকনগী মায়থোঙহু চম্না ফজবগা লোয়ননা চীং-লেম্বা অমস্থ য়াওরম্মী।

# মেজর ওপরেসন

**বসন্তকুমার সতপথী**

"য়েংউ বাবা ঐনা হায়না হায়জবহুনি। চহি ৬০/৬১ গী মথক্তা লৈরবশিংদি মেজর ওপরেসন তৌরোইদবনি। অয়াম্বগী খাখলনি, মতুংদি হৌজিক কাংগী অচৌ-অচৌবা ওপরেসন তৌরিবা ডাক্তরশিং অসি ওপরেসন তৌনবগীদমক হায় অহুগা মখোয়না করম্বা ফিভমদা, করম্বা নর্সিং হোমদা ওপরেসন তৌগদগে হায়বহুদি খন্দে। অহুগা বাবাবু থমগদৌরিবা কা অসিসু মতিক চাদে, অহুনা ঐদি শুকয়া য়ানিংদে।" হৌজিক্তা ঐগী ইচা ডাক্তরহুনা হায়রম্মিবনি।

ওপরেসন হয়েং অয়ূক পুং ৮ দা তৌবা তারে। মনাক্তা লৈবা ও, তি, হায়বদি ওপরেসন থিয়েটরহুদা হোংজিনখ্রে। ফমুং শেমদোক-শেমজিনগী মখোল তারি। বিটামিন্নচিংবা পুং ১৪ গী মমাংদা চাগদবা হৌদাক পুন্নমক শুনা চাখ্রে। ডসি ফাওবদা থাংলকপা পুন্নমক মপান্দগী য়াওরক্তে। পূক্নিংদা লৈরিবা থৌনা হায়ববু মরি-মতা, ভাই-শেল, ইচা-ইগুশিংগী মুংশিরবা মাহৈশিং—"করিসু তৌরোই বাবা, মসিগী মতুংদগীদি মরাইনা ফজরনি।" হায়বা অসিনা পীবা অহু মভাইরে।

"প্রাইভেৎ নর্সিং হোম অসি ফত্তে হায়বহু ঐ খঙই। অহুবু অচৌবা হোসপিটালদদি বেদ (সিৎ) ফংদবনিনা করিদি তৌগনি?" ইমরজেন্সিগী কেস কয়াসু লৈমায়দা হিপ্তুনা লৈরি, লম্বীগী নালা অমসুং লেত্রিনগী মনাক্তা হিপ্পরি। মসি মমিংদা ভাইরবা নর্সিং হোম্নি। অনকপদা অফবা অমাংশঙ অমত্তা লৈতে। মাইকৈ মরি অমোৎপগী অমোৎপা ভাক্তনি, হুমিদাংরাইরম কাতু-কারন চৎলি। কাঙ অমসুং হয়ংগী মওং অসি থল্লুরবদি মফম অসিদা অশিবা মী নত্তনা কনানা লৈবা ঙমগনি। ইচা অতোনবনা ঐগী অনা লাইকম্নরি, মাগী অবাবহুদি ঐগী অনাবদগী হেনবগুম উরে। অমাংশঙ চংগে হায়রবদি পরেং লেপ্পা তাই। ঐনা হিপ্লিবা ফমুং অহুদা ঐনা লাক্তিত্রিঙৈদা হিপ্লম্বা চহি ৯ গী অঙাং অমা ওপরেসন তৌবদা শোয়হুনা শিখ্রেসু হায়নৈ।

অহুগা শিবনক থোক্লবস্থ সেপ্তিক শোয়দনা ওইগনি। মল্লবা শগু অমস্থং অনৌবা ডাক্তরশিং অহুনা পাংন-শানবা তৌবা ঙাক্তনি। শগু অসিগী মপু ডাক্তর অচৌবা অহুদি মীরৈবাক্তা ট্রেনিং চংখি। অহুগা অতৈ অহৈবা ডাক্তরশিংস্থু ফী য়াম্না পিত্রবদি লাকপা ঙম্মোই হায়হুনা লাক্লে। মফম অসিদা লৈরিবা ডাক্তরশিং অসিগী মখুং অসি ফী য়াম্না শৌনিংবা ঙাক্তনি। ওপরেসন্দা পৈশা থিল্লকপা ঙাইবা ডাক্তরশিংনি। অহুগা অমরোমদা ঐদি নর্বস পেসেন্তনি। অহুনা মখোয়গী মতৌহু উরুরগা হকচাং অসি য়াম্না শোম্বগুম তৌই। ঐনা থল্লি ঐগী ইচাহু য়াম্নমক হৈত্রবস্থ মানা ঐগীদি ফজনা শোয়দনা হোৎনগনি হায়না। মানা মপা ঐগীদমক্তদি অবা-অনা থিদনা সেবা তৌগনি। মানা হোৎনবদৌনা অতৈ কনানা হোৎনবিগনি? অসিনচিংবা থনবদগী ঐনা মাবু টেলিগ্রাম পিহুনা কৌরে। মহাক লাক্লগা ঐখোয়গী চেকশিন্দবা অমস্থং বাখল থন্দবগী মওংহু য়ানিংদে হায়রে। হৌজিকমক্তি ঐখোয় ইর্মর্জেন্সিগী অনাবদি নত্তে। অহুনা ঐখোয়গী হোসপিটালদা চংলসি হায়না মহাক্না হায়। মসিদা মখোয় ময়াম মত অমত্তা ওইখ্রে। ঐগী ইচানীপা অহলহুনা ঐগী মত খঙনিংহুনা হংলকই—"বাবা ওপরেসন অসিবু মফমসিদা স্থুম তৌসিরা নত্রগা ... ... ?"

ঐনা শাওরপ্না "ঐ নখোয়গী বাশিং অহু তানিংদ্রে। মফম অসিদা কনানা পুক লেনহনগদৌরিবনো? নখোয়না ঐবু নমহুনা ওপরেসনগী টেবলদা হিপহনগদৌরিব্রা?" ইচানীপা ডাক্তর অহুনা হায়ফেৎ নোক্লগা হায়রকই—"বাবা ঐবুদি ছুটি লৌরগা লাক্লবনি। মতম থরদি বাবাগী নাক্তা লৈরগনি। অহুবু ওপরেসন তৌগদৌরিবা ডাক্তরশিং অসি ঐখোয়গী বা অমত্তা লৌরোয় মখোয়না থোকপা তৌগনি। অহুনা ঐনা মফমসিদ। লৈবা-লৈতবা অস্কানি। মখোয়না তৌবহু তুম্মিনা য়েংহুনা লৈবা তাবনি। অহুনা অমুক্তং থনবা ফৈ। ফনা ফবা ডাক্তর লাক্লনা বাবাগী পুক্তগী গোল্ড-ব্রেদর শেংদোক্লবস্থ মতুংদা নিংথি মুংঙাইনা তৌবিরোই। চেকশিন্না য়েংবিরোই। অহুনা

অহুম সেপ্তিক ওইবা তাবনি। অনাবা হায়বসিদি পুক্লিং ৱাখলগী মতুং য়াম্না ইল্লি। মফম অসিদা লৈবা অসিদি পুক্লিং মুংঙাইগনি হায়বসি উদে। অহুনা হোসপিটালদা চৎলগা য়েংলুবনা ফত্রা খরচসু মহুনা হন্থগনি।"

ডাক্টর অচৌবা অসিদা ঐখোয়গী বারেপ অসি খংহন্দবা য়াদ্রে।" ঐনা হায়রম্মী—"ডাক্টর বাবু, ঐগী লাইবক্তা নহাকপু ওপরেসন তৌহন্নবগী খুদোংচাবহু লৈত্রে। অহুনা হয়েং ঐগী ওপরেসন তৌররোই" ঐগী ৱাসি তারগা ডাক্টর অহুনা হায়রকই—"করিসু কাইদেদা। কনানো অপাখ্না ডাক্টর অমদা অহুম তৌহনবিরুচো! ওপরেসনগী টেবলদা হিপ্পবা অনাবা অমনা হৌগত্তনা চংখিবা খরগী মসুংদা অদোমসু অমদি ওইরে।"

ঐখোয়না থুনমক নর্সিং হোম অহু থাদোক্লে। পুং ৩৩ লৈবগী লুঃ ১০৮ ফী; ইঞ্জেক্সন অমুক কাপ্পদা লুপা ৫ গী হিসাব অসুম্না মৈ য়াইবগী, ঈশিং অশাবা পীবগী, বেন্দেজ য়েৎপগী, ফম শেম্বগী অসিনচিংবা তোঙান তোঙানবা খরচ লৌই। পৈশা ময়ামসু পীখোক্লগা ওপরেসনসু তৌদনা হল্লকপা অহুদা পুক্লিংদা নোক্লিংবা অমা ফাওরম্মী। অমরোমদা ঈশ্বরবু হন্না হন্না থাগৎচরি পুক্লিংদা তুমিন্না, করিসু অশোয়-অভাম য়াওদনা য়ুমদা হল্লক্লে হায়না।

মুমিৎতুগী মুমিদাংদা ইচানীপা ডাক্টরহুগা লোয়ননা মখোয়গী হোসপিটালদা চৎলে। চংলমদাইদা অপীকপা হুইনাও অহু য়েংনিংবনি, অহুবু অহিংগী অথেংবা পুং ২-৩০ তাবহুদা কনানা য়াগনি? হয়েং পুং ৮দা ফাঁসি তৌগদবা নীপা অমদা—মাগী ফাঁসি তৌবগী মতম অহু মতম কক্তনা য়ৈথোক্লে হায়না তাহনবদা মহাক করি খনগনি? অহুগুম্নবা ঐ অসি হৌজিক্তি ইচানীপা ডাক্টরগী মনাক্তা লৈরে। খজিক্তং ঙমদবদা অহুম য়েংবসু য়ারে।

ঐ ডাক্টর নত্তে, অনাবা মী অমনি। অহুবু হায়নৈ ঙসিগী অনাবসি হয়েংগী ডাক্টরনি হায়না। অহানবদা ঐগী অনাবগী লাইওং অসি হায়গে—চহি মরীরোমগী মসুংদা পিলিয়া অনীরক তৌথ্রে। মহু

ডাক্টরগী হিদাক্পা অতুম ফখি। অতুম ওইনমক পুংফ ফবদি ঙমখিদে। ঐনা নাখিবা লাইওং অসিগী মরমদা য়েংলুবা ডাক্টরশিংনা এক্সরে য়েংউ ইতৎ-তত্তনা হায়রকই। ময়ামগী রায় অতু লৌহুনা অনীরক এক্সরে লৌরে। এক্সরেগী রিপোর্টতা অস্তুম্না হায়রি—চাখাওগী লায়নানি। চাখাওগী ময়াদা করিগুম্বা অশংবা খরা নপ্তনা লৈরে। চাখাওদগী খোরকপা অশিনবা মহি অতুনা ঐখোয়গী চাবা তুমহল্লিবনি। মসিগী চাং কায়রকপনা হকচাং মুংঙাইতবা থোক্লিবনি। করি করিগুম্বদা ঐখোয়না চাখিবা পোৎ অতুদগী নূঙ ওনবা য়াই, অতুনা গোল্ড ব্রেদরদা নাবা অসিনা জোন্দিস্ ওইরকপস্তু য়াই।

অসিগুম্বা লায়না অসিবু কনা কনাগুম্বনা "লেণ্ড ওফ দি মিদনাইত সন" হায়নবগুম্বা "দিজিজ ওফ মিদনাইত পেন" (অহিংদা অৱাবা পীবা অনাবা) হায়না কৌনৈ। চাবা থকপদা অপনবা অমত্তা লৈতে। অতুবু মুমিদাংবাইরমদদি অশিনবা কাই। পুক্তা শরা-খরা নাবা হৌরকই। খোং-খুং ঈংশিল্লকই, অতুদগী তপ্না-তপ্না অনাবা হায়বদু ওইরকই। মসিনা কনখৎলক্লবদা থাংবা য়াম্না ৱাই। মীয়াম্না মুংঙাইনা তুম্নবা মতমদা অনাবসি হেন্না কনশিল্লকই। থাংবা ঙমদে। অহিংদা মী লোয়না তুমথ্রবা মতমদা লাও-খোংবা তারগা হুইনাও অতুনা ঐগী নাক্তা অমুক কাখৎ অমুক কুমথ তৌহুনা লৈ। অমুক্তা খোংদা খোংলি, অমুক্তা ঐগী ইয়াদা মুৎ-মুৎ তৌহুনা লৈ। ঐগী অৱাবতুদা মাস্তু য়াওবগুম তৌই। ঐনা দায়বাল, দাইজিননচিংবগী তোব্রেৎ খরা চাশিল্লগা ঈশিং গিলাস অমা-অনীস্তু থকচিল্লগা তুম্নবা হোৎনখি।

ঐনা মিৎকপ থোক্লকপদদি অয়ুক ফনা থেংলম্লে। হকচাং অসি ইতেক তেকই। করিমত্তা হৈনিংদে। মসিদগীদি ঐ চান থক্লবগী মরমদা য়াম্না চেকশিল্লে। অচম্বা মোরোক মশলা য়াওদবা ঙাক্তা চারে। লিভ—৫২ গী পেকেৎ-পেকেৎ ঐগী নাক্তা পৈহুনা থম্লে। মসিগা লোয়ননা তোনিক, ভিটামিননচিংবস্তু কয়ানি। ময়াম অসি য়েংলুরবদি যম হায়বা লাইহুনা করিস্তু ভৌবা ঙম্নোয়দবোই খল্লি। অতুবু নাবা

অমসুং শিবদগী কনানা কনবা ঙমগনি? মখোয়না লাক্লিংবা মতমদা অতুম লাকই। হিদাক থরা চাবা অমসুং ঈশিং গিলাস অমা-অনী থকপা অতুনা ঙাইহাক পোৎথাবা ঙম্লগা ঙম্লে, ঙমদবনা অয়াম্বনি। অসিগুম্বা অনাবা অমা পক্তুনা লৈ' মসি ফননবা হায়তুনা কোক্লা মথাদা, খোঙনা মথক্তা থাংগৎতুনা লৈবনচিংবা করি করিনো পংতৌদা তৌই অতুবু ফবদি থক তৌদে। ঐনা অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদু নিংশিংলকই। ইমাম্নবশিংগা ফম্নিন্নতুনা ৱারেম ঙাংনবা, ক্লাসতা অমনা-অনদা কক-কাক কয়াদা হুংঙাইবা পুন্সিনো। মরুপ মপাংশিংগা লোয়নতুনা অনৌ-অনৌবা থরা য়েং, অমগী মতৌ উরগা থরা নোক, অমগী উরগা থরা নোক। অতুগুম্বা পুন্সি অতু অমুক হন্নক্লরোইদো। অতুবু ঙসি মতু পূন্নমক নিংশিংবদা নঙাইরে। অমুক হন্না ফংলরোই। ঐঙোন্দা অহলশিংনা ঙাংখি-শকখিবা, অফবা মী অমা ওইনবা তাকখিবা পূন্নমক মাংখ্রে। ঙসি ঐঙোন্দা তাকপিনবা, ঙাংবিনবা কনামত্তা লৈত্রে। হৌজিক্তি ঐগী অনাবসি জোন্দিক্সু য়াওরক্রে, চাবা থকপদা ফনা চেকশিন্দুনসু করিসু কাম্নদ্রে। দায়সেন্ত্রি য়াওশিল্লক্রে, চাবা তুমদ্রে। অতুবু মসি পূন্নমকসি ওইতুনসু ওপরেসন অমুক্তং তৌরবদি আপা লৈরি হায় ডাক্টরনা। হৌজিক চহি ৬১ শুরবা ঐবু ওপরেসন তৌগনি হায়রি। ওপরেসন তৌবদা শিবু-শিয়ু হায়রবদি অক্নবা-ফত্তবা হায়বা হোসপিটাল লৈত্তে। হায়দ্রোজিল নত্রগা বেসেক্তোমী ওপরেসন তৌবদসু অতুম্ন শি। অতুনা শিনবগী অৱাবা থাঙগদৌ শরুকপুদি মথন্তা শিজবনা শরুক য়াম্না হেন্না ফৈ। মসি ওপরেসন্দা কিবগী ৱাদি নত্তে। ওইরিবা থোক্লিবা থবক্তী মওংতুবু হায়বনি।

অহল অসিদা ওপরেসন তৌবসি ফত্তেদা। ওপরেসনসু মেজর ওপরেসন্নি তৌগদৌরিবসি। অতুনা আয়ুর্বেদিক্কী হিদাক থরা চারগা অসুম লৈবনা ফগনি। মসিনা অরাধ্বগী মতনি। ভারতকী রাষ্ট্রপতিগী মনা ফংলবা কবিরাজ অমদা অমুক তানরে। হুমিৎ ২১ নিগী মনুংদা মুঙ অসি নচেং-মচেং কায়তুনা তারকনি। মাগী থাংদগী অমুবা গুলি

খরা লৌ:থোকপগা হায়রকই—"মসি চারগা ঈশিং খরা থকউ। মসিনা নংঙ অদু মচেৎ-মচেং থুগাইগদৌরিবনি। মুমিৎ ২১ নিগী মতুংদা মরাইনা ফজগনি।" মুমিৎ ২১ নি হৌরে। থোইদোকপা অনাবা লৈখিদ্রে। কবিরাজ থাগৎপা ফোংদোকপা চৎলে।

মুমিৎ খরনিগী মতুংদা অনাবদু অমুক হৌরক্লে। অদুবু তাঙ্গা চারুবনা কলকতাগী অফাওবা হোম্যেপেথিগী ডাক্তর অমা ঐথোয়গী সহর অসিদা লৈরি হায়বা তারে। মহাক্কী মতিক-মগুন অসিদি লাইগুম্বনি হায়নৈ। মীগী মখোঙ তেকপগা য়েংলবদি থা অহুমদা শক্ক অদু অমুক শৌজিন্নহন্দুনা হান্নগুম্না ফৈ হায়নৈ। মমিৎ তাংবা য়েংলগা চটী অমগী মতুংদা হেক্তা ফৈ। খুউ চিকপদি চয়োল অমদা অহুম ফৈ। অসিনি মাগী মরম ডাংনরিবা। অসিগুম্বা অচৌবা মীগা ঐগা উনরে। উনবমক্তদা মহাক্না হায়রকই—"ঐথোয়দি অনাবগী সিনতমদা অহুম লায়য়েংই। পুক্তা নংঙ লৈগে লৈয়ু, নত্রগা চেগাই লৈগে লৈয়ু। হেক্তা ফগনি। তৌবদবু পুন্না অহানবদা লু: ৬০০০ (লিশিং তরুক) লৌগনি।" মাগী বাদু তাবদা ঐনা অমুক থল্লি লুপা অমুক য়াম্না তিংলগা করিগী শিগদোবনো ? মসিনা ঐগী শ্রাদ্ধ শোনবা, তীর্থ চৎপা কোম্নগনি। শিগদৌরবা ঐবু অরেম্বদা অমুক শেল তিংহন্দুনা করি কান্নগনি।

ঐহাক হিদাক লাংথক্তা থোইনা থাজগনবা মীমু নত্তে। অদুবু হকচাং ডমশিল্লক্তেবদদি অমুক অনকপা হোম্যেপেথিক ডাক্তর অমগী মনাক্তা চৎলে। পুং ৫ রোম য়েংলগা লু: ৫০০ মু লৌহোরে। অদুগা হিদাক মখল মখল কয়া পীরক্লে। নোংমা নিনি মতুনা খরা মুংঙাইবগুম তৌই। অদুবু খরা লৈরগা হান্নগী হান্না অহুম মতৌই।

নোংমা পুং ৫ তারকপা অদুবাইদা ঐগী ইচামুপা ডাক্তর অদু লাক্লম্মী। মানা ঐগী ক্বিভমদু উরগা কনাদনো অমা টেলিফোন তৌখি। অদুদগী ঐডোন্দা মুমিৎতুগী মুমিদাংদা গাড়ী তোংহনা চৎনবা হায়রকই। ঐমু মানা হায়বা অদু অহুম ইল্লে। নসিং হোম অমদা অমুক মিং

চল্লে। ডাক্টর অমনা হায়—"লীবর অসি য়াম্রে। অহুনা ওপরেসন তৌবা তারে।" ঐনা হংই ওপরেসন নম্রবদি য়াম্রবরা? চহী মতাং অসিদবু ওপরেসন...। "চহীগী রা বেরা লৈতে। চহি ৮০/৮৫ কাওবা ওপরেসন তৌরিবনি।" ঐগী মরি মতা পূন্নমক টেলিগ্রাম কংনহুনা লাক্লে। ময়ামস্থ খংলে, মতুদি—ঐহাক অহানবদা নর্সিং হোম অমদগীস্থ ওপরেসন তৌদনা হল্লকপ্লবনি হায়বসি।

দশহরা লোইরে। ডাঃ দাস হৌজিক কাওবা হল্লক্লি। মহাক্লা খেংলক্লগা ঐগীদি অফবনি খল্লি। ঐনা নিংই—ওপরেসন তৌবা হায়বসিদি শিরগে হায়বনি হায়না। নোংমা ঐনা ছিপ্লিগৈদা তারম্মী। ডাঃ দাস লাক্লে হায়না। মুমিৎ অহু ঐগী অনাবস্থ হৌরে। মিনিট ১০/১৫ মুক্তি থাংবা বানা লৈরিগৈহুদা ইচানীপা ডাক্টর অহুনা ইমৌহুদা হায়রি—"হোসপিটালদগী থুনা লাকে তৌবনি অহুবু অহল অমনা থামহুনা লৈরে। য়ূমদা হল্লক্লে অহলগী নাহেবা মতাই—ওম্হোকপা লাইবক হায়বহুনি।" মহাক্লা শাওরপ্না হিদাক অমা পিবহু চাবদগী ঐ খরদি করে। মহাক চাবা থকপা লোয়রগা ঐগী নাক্তা লাক্লে। মহাক্লা হায়—"ডাঃ দাস লাক্লবদি হৌজিক্তা অনাবা হৌহুনা হিদাক চাখি হায়গম্ন।"

মথংগী মুমিত্তা ঐখোয় হোসপিটালদা মিং চল্লে। ঐবু রুম নম্বর ৫ দা থমহল্লে। অফবা মুমিৎ য়েংহুনা লাকপনি। ইচাগা ইমৌগা তাল্লহুনা ইল্লাই মুমিত্তা ওপরেসন তৌবা হায়না লেপ্পরে। ডাক্টর অমগী মথংদা অমা, নর্সস্থ লেপ্পা লৈতে। ঐখোয়না লৈরিবা কাহু ইয়ার কন্দিসননি। লৈবদা য়াম্না মুংঙাই। অঙৈং—অশা থোইনা কা হেনবা লৈতে। ইচা ডক্টরনা হায়—"খাজকং লেল্লগা নংও অহু অহুম লোথোকপা য়াগনি। করিস্থ নাগদবা লৈতে। মাইনর ওপরেসননি।" মামী য়াইহেশিং অহু তারগা ঐদি খল্লি—"ইচানীপাসিনা ঐঙোন্দা ওইদবা ওাংল্লি হায়না। অহুবু মফম মতমগী মথা পোনবনি করিস্থ অকাইবা লৈতে।" ঐগী ওপরেসন অসি ডঃ দাসনা তৌগনি হায়।

ঐনা হংই – ডাঃ দাস লাক্তি্রবরা ? মহাক্না ঐবী ঈশ্বরনি। ঐগী শিবা চংবা হায়বগি মাগী মথুত্রা লৈরে। অস্তুমা থল্লি। ঐগী নাক্তা লৈরিবা ইচা–ইশু, মন্নি–মতা ময়ামতুদগী মানা হেল্লি। মানা ঐবু হাংকে চায়রবদি ইন্নাই লাই। অতুনা ডাঃ দাস অসি ঐখোয়গীদি অচৌবা ঈশ্বরনি।

য়ুমশকৈশা তুমিংকী তুমিদাং অতু তম্বা য়াদ্রে। মথং শগোলশেল তুমিত্তদি ডাক্তর ময়াম লাক্নুনা মানা–মানা হৈবা লমদা চ্যেক তৌনরে। মিং, না, নাকোং, য়া, লংস, হার্ট অসিনচিংবশিংসি চিংতুনা ফাক্নুনা য়েংলগা মানা–মানা ইগদৌবা ইতুনা পুনথ্রে। শা চাবশিংনা শা লৈবা মতমদা কাক–শেত্তনা য়েংবগুম য়েংলে। য়েংতুম্না থিন্দুনা য়েংবস্তু কয়া য়াওই। অতুগা “য়ারনি, করে” হায়রম্নগা চৎনথ্রে। বাবা করিস্তু কিরুনুদা হায়রবস্তু য়াওই। করিস্তু তৌরোই হায়রবস্তু য়াওই। ময়াম্না ও, কে, তৌরবগী মতুংদা ডাঃ দাস অমসুং ডাঃ রায় লাক্লে। মখোয়না মখোয়গা কোলিগ ওইরিবা ডাক্তর অমগী মপানি খন্দুনা য়াম্না ইকাই খুম্নবা তৌই। মখোয়না চৎথ্রবা মতুংদা কনানো অমনা হায়রৈ—ইচানীপা ডাক্তরতুনা সহি তৌথ্রে। মতুদি ওপরেসনগী মতমদা অশি-অনা থোক্রবস্তু কনাদা করিস্তু হায়রোই হায়না। অতুগা ডাক্তরস্তু “অনাবসিগী ওপরেসন তৌবা ঐ ইশানা য়ারে।” হায়না সহি তৌরে হায়না।

তুমিদাংবাইরমগী পুং ৫ রোম তারকপা অতুদা হজাম লাক্লে ঐগী ওপরেসন তৌবদা শোকদবা মফম অতুগী শম লোইনা কক্লে (ফান্দোক্লে) মতুদগী হজাম অতু চংথ্রে। মসিগী মথং ওহাক লৈরগা নর্স অমা লাক্নুগা পেনেসিলিন কাপ্তনা য়েংলে। ভিটামিনস্তু কাপ্লে। অমম্না ওপরেসন তৌগদবা মী অমগী তৌফম খোকপা থবক পুম্নমক লোইরে। ঐহাক পুক্লিংদা য়াম্না কিবা কাওরম্মী। অতুবু হৌজিক্তি হনগদবা লৈত্রে। নীপামচানবু শিবা কিবা হোৎনত্রা হায়না পুক্লিং অসি ফাজিল্লে। তুমিদাং অতু ইচানীপানা শা-ক য়াম্না য়াওবা মেগাজিন অমা পীরম্মী। মরি-মতা পুম্নমকস্তু ঐবু কিদনবা রাদনবা থেমজিন বাহৈ কয় হায়রম্নগা

চংনখ্রে। ময়াম্না চৎনখ্রবা মতুং অদুদা ঐনা খল্লি—মহাক অদুনা ঐগী নাক্তা লেপ্লরবদি কয়াদা হুংঙাইগবা। অদুবু মাদি চহী ১৮/১৯ গী মমাংদা ঐবু থাদোক্তুনা চংখ্রে। অসুন্না ঙহাক খল্লিহৌদুদা নর্স লাক্লগা ইঞ্জেকসন কাপ্লগা হায়রকই—"হয়েং অয়ুক পুং ৭ তা ঈরূ মাইথজরগা লৈরো। পুং ৮ দা ওপরেসন তৌগদৌবনি! অহলগী মিং নোটিশ বোর্ডতা থেৎলবনি। অহানবা নম্বরনি।" মহাক্না হাইহৌশিং অদু তাবদগী ঐ অহিং অদুমা তূম্বা য়াদ্রে। মখল-মখলগী হাখল খন্দুনা লৈরে। অসুম্না তৌগনি খঙলম্লবদি তুম্লবগী গুলি অদু চাবম্লবসু ফগদবনি। অদুবু হৌজিক্কি কদাইদগী লৌরুনি। অসুম্না মওল-মওল খন্দুনা লৈরিহৌদা অহিংগী অচিকপা থুগাইদুনা উচেক-হায়া খোংবা হৌরক্লে।

পুং ৬ তাবদা ঐ হৌগৎলে। হৌগৎলগা চিন-য়া শেংদোক্লে। চিন শেংবা লোইরগা কোই অমুক কক্‌কে তৌরে! মদুদা অমুক খল্লকই—হৌজিকপু ঐনা কোই কোকলুদুনা করি কাম্লগনি? ইস্কুলভিয়ু লৈবসু নত্তে, ক্লাস লৌবা স্কুল চৎকনি হায়বসু নত্তে। শিবা চৎপদবু কোই কক্‌লুদুনা করি কাম্লগনি? ঐনা চিন শেংবা, কোই কক্‌পা লোইরগা চা থকখিদবা নুমিৎ অসি করিগুম্বদা য়াওরমগদ্রা? অদুগুম্বা নুমিৎ অদু ঙসিসু ওইরে। ওন্থোকপনি! অসুম্না খল্লিহৌসিদা মতম ফনা য়াম্না থেংজিনখ্রে। অদুদগী ঈরুজরে। মতাংসিদা পুজাগী নুমিৎশিংসু নিংশিংলকই। হকচাং অসি ফি অকংবনা তৈথোক্লে, শমজেৎ হাংলে অমুকসু ঐনা খল্লি তৌরিবসিবু কারগীদমক্নো… …?

নর্স লাক্লে; থুনা লোইশিন্নগা চংননবা হায়রম্মী। ঐহাক্না ঐগী কাদুদা থেংলিবা শ্রীজগনাথগী ফোটো অদুগী ময়াদা চংশিন্নগা খুরুম্নে "হে ইবুংঙো জগনাথ—নংদি তাইবংগী মপুনিদো, পোকপা শিবা পুন্নমক নখূৎতা লৈবনি। অচৎ-চত্তা পুন্নমক নহাক্কি। ঐগুম্বা অমা শিখিবদি নংগীদি করিসু মাঙবা লৈরমদবা য়াই। অদুবু… …। ননাইদগী হেন্না পংবা তোল্লবা অমা লৈত্রবনি। মীদৌনা অথুম-অহাও, সনা লুপা য়াম্না কচ্চবসু ঙমজদে। শোল্লবা পাঙ্গল য়াওদ্রবা লৈয়েং

অসিনা নহাক্কী নমিং শেংগুবা অসিদগী হেন্না করিস্থ লৈজদে। ননাইবু কনবীয়ু, ইবুংঙোগী সেবা মতম খরদং ফংহনবীখো," হায়না পুক্লিংদা হন্না হন্না শোল্লি। নর্স অতুনা অমুক হায়রকই—"থেংগ্রে অহল হৌগৎলো চৎলসি।" অতুদগী ঐহাক খুৎ শৌতুনা হৌগৎলে। ঐনা হৌগৎপগা মখোয়না গাড়ীদা হিপহল্লে। গাড়ী চৎপা হৌথ্রে। ঐনা ইথন্ত্রা খল্লি—ঐগী অরোইবা মতম লাক্লমাল্লে হায়না। ঐগীনি হায়না লৈরম্বা য়ুম-ইখোল, ইচা-ইশু, মরি-মতা অতুগা হৌজিক্কা ঐনা শিজিন্নরম্বা শমজেৎ-মুংশেল, মেগাজিন, ঘড়ী, কলম অসিনচিংবা পুন্নমক ঐঙোন্দগী তামহৌরেদো। মখোয়শিং অসিনা ঐবু লাকপা ঙাইরমখিদ্রা? মসিনা ঐগী ইবুংঙো শ্রীশ্রীজগনাথ, মহাক্কী রথ যাত্রা মুমিৎকী শক্তম পুন্নমক ঐনা ঙহাক্তুং অসিদা মথং-মথং ওইনা লোয়না নিংশিংলি। থাখলশিং অসি খনবগা লোয়ননা ঐনা ঐগী মিৎ উহশিল্লি। ঐগী মিৎ অসি অমুক হন্না পাংথোক্লরোই। ঐনা অমুক খল্লি—ঐনা মখোয়গী স্ত্রেচরসিদা হিপ্লগা চৎলিবসি মীয়াম্না রথ চিংবগুম য়েংলমগনিদো অতুগা মসিনা অহল অসিগী অরোইবা থোংচৎনি হায়না খল্লম্ব য়াই।

ঐহাক লেপ্লগা স্ত্রেচরদগী লিপ্তা কারে। লিপ অতুনা ঐবু ঙাইতুনা লৈরম্বগুম তৌই। মসিগী মথংদগী ঐহাক মথকলোমদা অস্থুম তপ্না-তপ্না কাখৎলে। অহানবা থোঙ হাংলে। অনিশুবা থোঙস্থ হাংলে। অস্থুম্না অহুমশুবা থাক ফাওবা কারবা মতুংদা ঐহাক ঐগী হান্না শেৎলকপা ফি পুন্নমক থাদোক্লগা অনৌবা ফি অমুক শিল্লে। ঐহাক থা অমত্তা ঙাংদে। অতুবু মখোয়না তৌরিবতু লোয়না খঙই। ঐবু পুশিল্লকপা কাংবু অতুদগী অতোপ্পা কাংবু অমনা ঐবু অমুক লৌথ্রে। ঐহাক জ্ঞান্দি মাংদে অতুবু খোং-খুৎ পুন্নমক পুমইং ইঙবগুম তৌই। মিৎকুপ খরগী মতুংদা ঐহাক ওপরেসনগী কা য়োরে। অতুদগী ঐহাকপু টেবল মথক্তা হিপহল্লে। ঐনা মিৎ অমুক্তুং পাংথোকসুবদা চাওর-চাওরবা রিফ্লেক্তর কয়া লৈরম্বা উই। ডাক্তর অমত্তুং নর্স ময়ামস্থ মথুংকা মথুংকা তৌতুনা লৈরম্মী। ঙহাক অতুদা ঐনা ঐগী লল-থুম, ফিন্ন দিপোজিৎকী

পৈশা কমদোৱা ... ... ... ? ঐগী ইচা ডাক্টর অতুসু লাক্তি । ঐনা মঙোন্দা করি করি হায়বা ... ... ... অসিনচিংবা মওল-মওল, ঐ জ্ঞান মাংখিবা থঙহৌদ্রে ।

ঐনা জ্ঞান তারকপদদি ঐগী অকোইবদা ঐগী ইচা-ইশু, মরি-মতা ময়াম অমা লেপ্তুনা লৈরম্লে । ঐনা হংই—ডাঃ দাস লাক্ত্রব্রা ? ঐগী ওপরেসন তৌদ্রিব্রা ? ইচানুপী অমনা হায়রকই—"ওপরেসন লোইখ্রে ।" ঐনা অমুক হংই—"করি করি লৈরম্মী— ?" মখোয়না "নুঙ য়াম্না লৈরম্মী । অতুবু লোয়না লৌথোক্লে, হৌজিক্তি নুংঙাইরম্লগনি ।" ঐনা অমুক হংই—"পুং কয়া তারে ?" "অনীমথায় তারে" হায়না কনানো অমনা হায়রকই ।

ওপরেসন তৌখিবতুদা করিগুম্বা অৱা-অনা অমত্তা লৈখিদে । অতুবু ঐনা জ্ঞান লাক্লবা মতমদা উরম্মী—মতুদি ঈ কাপ্পগী বোটল য়ান্দুনা লৈবা ময়ামতু । কনানো অমনা হায়রকই—ঐঙোন্দা কাপ্লিবা ঈ অতু মুসলমান অমগীনি হায়না । ঐনা খল্লি—মতু-তুম ঙনা কৈ হায়না । ঐবু কোইশিল্লিবা মী ময়ামতু উরগা ঐনা অমুক খল্লি—ভিঃ আইঃ পীঃ অতু মঙাইরে । ঐঙোন্দগী লৌথোকপা নুঙ মচাগী মশীং অসি ৪০৭ নি হায় । ঐগী থাগী পেন্সিলসু ৪০৭ নি । ফনা মানৈ চহী অমদা গোল্ড ব্লেদরদা নুঙ অমমম লেপ্পা ঙম্লে হায়না খল্লি ।

ঐনা তারম্মী ওপরেসনগী পুং ৪৮ গী মনুংদা করিসু তৌদ্রবদি মতুংদসু করিসু তৌররোই হায়না । মরিনি শুবা নুমিৎতা রো থোংবা মতুম মরি চারে । ১১ নি শুবা নুমিৎতা ফি কাইরে । মতুদা হকচাং ওইশিল্লে । ইঙ্কি ৮ গী দাগ অমদি লৈরে । মসি নত্তবা অতৈ করিগুম্বা নুংঙাইতবা অমত্তা লৈতে ।

নোংমা ঙাই অমা লাক্লমী । মহাক্না লাপ্লিঙৈদগী হায়রকই—"অরে ! ঙাইবু থরা ফরবরা ?" অসি হায়রতুনা লৈ নাচোম অচৌবা ফজরবা অমা পুরক্লুনা পীররে । ঐহাক হরাওবনা ঙাংরুম খঙলমদে ।

ঙসি ঙিরালীগী হৃমিংনি। মায়কৈ পুম্নমক্তা বন্দুলা থারি। মৈনা হোসপিটালগী মথকস্থ পুমঙাল ঙাল্লি। ঐঙী মমক্তা থাংখিবা নর্সশিং, ডাক্টরশিংদুবু ঐনা কয়াদা নুংশিরকখিবা তাঙ্গাতুদা।

ঐহাকস্থ হোসপিটাল অসি থাদোক্লে। ঐনা খল্লি—ঙসিদি ঐহাক অশিববু থাইখিবা পীরম্মগা হল্লকবা মী অমনি। ঐহাক হোসপিটালদগী শ্রীশ্রীজগন্নাথ মন্দির তল্লা অচুম চৎলে। মফমদুদা ধূপ, আরতী, লৈ কীর্তনচিংবগী খোঙ্জেলনা পুমনমক নিন্দুনা লৈরম্মী।

—( o )—

# মম্মি

ডাঃ শান্তিনাথ দেশাই

নুমিৎ হেক তাশিল্লকপগা ঐখোয়গী কেম্পস অসি মৈনা পুমণ্ডাল ঙাল্লম্মী। ওফিসকী মীশিংতুসু ময়ুম-ময়ুমদা চৎনখিবদগী কেম্পস অদু পুমচীক চীক্লম্মী। জুলাইসি মহৌশানা নোংজু থানি অদুনা নুমিদাংবাইরমদা নোংনা চীংদোন পক্লা পাইবগা লোয়ননা নুংশিৎসু শীংলি। মতম অদুদা ঐ কনাগুম্বা অমগী ময়ূমদা চৎপা পাম্লম্মী। ঐগী কাটরদগী থারোমদা ফালং ৬ মুক লাপ্পা মফমদনি। বসনা চৎপদি য়াই অদুবু নুমিৎ অসি ঐ কয়া হৈনিংলমদে। অদুনা কাল্টিন চংদুনা করিগুম্বা থরা চাবা নত্রগা থকপসু তৌরুদ্রে। মরি মণ্ডারক হম্না-হম্না মঙোন্দা হায়গ্রবনি অদুবু অরেম্বা তাদুনা তোকই। হৌজিক থোক্লিবা ওইরিবা পূন্নমকসিগী মরমদি ঐগী নুংশিরবা মরুপ দেশমুক অমসুং মাগী ছাত্রি রত্নননি।

ঐদি বারী লীবা হৈতে রিসার্চ পেপরদি ইবা ঙম্মী। অহানবদা ঐ ইতিহাসকী ওঝানি। অরাং কর্নাটকক্তা লৈবা জৈন মন্দিরগী মরমদা থেসিস অমা পুথোকখি। মসিনা ডাক্তরেৎ ফংলবা মতুংদা ঐ রিডর ওইরে। মসিদা চহি তরামুক হৌরবা মতু.দ. ইয়ুঃ জিঃ সিঃ গী প্রোজেক্ট অমগী অয়াবা ফংলম্মী। অহানবগী ওইনা লুঃ লিশিং কুনথ্রা পী। অরাং কর্নাটকী ধর্ম্ম থুদিং অমসুং লাইশংগী মরমদা থোইদোকপা থেসিস অমা ইবগী প্রোজেক্টনি। হৌজিক মহাক রিটয়ার তৌগদবা চহি মণ্ডারোম লাংলি। মহাকী মতুংদা ঐ হেদ ওইবা ফংগনি। মহাক্না মপান্দা চৎখিবা নত্রগা হার্ট ফেল ওইদুনা শিখিবনা অতোপ্পা রাফম অমনি। অদোমদা য়েংলুরবদি দেশমুখ মরাইবক ফবা মীনি। ঐখোয়নি চহীদদি অঙ্গানি, হায়বদি চহী য়াথৈথোই-নীথোইমুকীনি। য়থৈগী মতুংদদি চহী পাবসি পুক্লিংদা নুংঙাইতবা অমা কাওই। মহাক অমেরিকাদা চৎলগা বিজ্ঞান্দা ডাক্টরেৎ ফংলগা লাক্লবনি।

মহুকস্ন্থ মুপীমচাশিংগা তিন্ন-ত্তোংনরগা লৈরকপনি। মীরমদগী হল্লকুগা চহী ম্যাগ্নেনীথোইদা প্রোফেসর ওইরে, মরমদি মাগী মথক প্লোংবা অহু ইখন্ড-খন্ডহৌদনা লৈখিরে। মতমমহুগী ৱারীনি লীরিবসি। অহুবু মসি ৱারী লীবদি নত্তে। ইতিহাস ইবনি। মীৎয়েং অমদদি ইতিহাস খুদিংমক ৱারীনি। অককুবা মফম অমবু মীৎয়েং অমদা থমগা মহুদা থোকখিবা থৌরোক-কাথোকশিংহুগী খরা খনগৎলগা ইতিহাসকারনা ইতিহাস ইবৈ ঐগী থেসিস ইবদা ইতিহাসকারগী মওংহু লৌই। মসিদি চুমবনি, অহুবু দেশমুখতি মাগী ৱারী লীবদা নিয়ম অমত্তা লৈতে, ৱারী অমত্তম্ন্থ য়াওদে।

ঐগী মিং প্রকাশ জোশী কৌই। মসি ঐগী অশেংবা ইমিং নত্তে। ৱারীসিদা কনামত্তগী অশেংবা মমিং য়াওদে। মরমদি অশেংবা মমিং অহু পল্লরগা খন্ডরদগী ওইদবা কয়া ইকুরবদি মহু মীহুগী মফমদা অরাবা ওই। ঐনা ইজরিবসিদি ঐনা তশেংনা খন্ডবা ভাবনা শাগৎচবা মপুংফাবা অচুমহুনি। অচুম্বা হায়রবসি অসুম্না তৌই অহুনা ঐনা হায়জরিবসিদা শাশিন্নবা মতাং অমত্তা য়াওজদে। ৱারী 'সিদ্দা য়াওরিবা মীওই খুদিংমক্কা মশাগী ৱারী লীজবা য়াই। ঐগী মুপী পদ্মজামক্কা ৱারীসে লীরবম্ন্থ মশামক ৱারীগী নাশ্লিকা ওইবা য়াই। ঐখোয়গী ভি. সি. সাহেবনা ৱারীসে লীরবদি মসিদা মহাক্কী শীল্লাংবদা মায়পাকপগী খুদম অমা হেক্কা পুথোকই। দেশমুখতি মসিবু লিলাগুম্না নুংঙাইহন্দুনা লীবা ঙম্মী।

দেশমুখ অসি য়েংবদা মশা য়াম্না চাওনা উই। মহাক্কী মশক অসি য়েংনিংঙ্গবম্ন্থ মাগী ৱাঙাংহু তাবদা মুংশিবা অমদি অহুমক পোকই! মাগী মশক্কু য়েংবদা কন্থা-কল্লেংনবগুম তৌই। অহুনা ঐদি গুকয়েং হেক য়েংনিংদে? অহুম ওইনমক মাগা ঐগা চহী অমত্তদা বিশ্ববিদ্যালয়সিদা চওমিন্নখিবনি। মতমহুদগী হৌনা শক খঙনরকপনি। মাগী ৱাখল্লা ঐসি মতম পুন্নমক্তা অহল অমনি, ওঝানি, অপঙবনি খল্লি। মানা ঐবু মতম চাবা চাদবা থিদনা করেম্নহুনতা লৈ। মানা হায়—"ইহুনা

পাত্নতা লৈরগা করি কাম্নগদৌরিবনো ? নপুন্সি তখায় অমা হৌপ্রে। মাষ্টর সাহেব! নহাক্কী পাউতাক পীবত্ন লেপ্লো। মহাকস্থ ফনা কয়া হোৎনত্নুনা ইজন্নক্লিবনি। করে, হায়রগা মনমগন্দা নানবিরগা কোক হেক থাদোকপীপ্রো; অরেম্বদা হুমিৎ চুপ্পা মাগা ফম্মিন্নত্নুনা করিগী লৈরিবনো? পিঃ এচঃ ডিঃ গা তৌনিংলগা কোন্না লাকচনি। মশানা অত্নুম খিজরক্কনি। নহাক মুপীদা খরা হেন্না থবাই য়াঙবগুম তৌইকো। অহল ওইন্নবনি কাউগম্থ। অত্নুম্না তৌরবদি ইতৈমা পন্নাজাস্থ থুনা অহল ওইশিল্লরগনি।"

নোংমা সন্ধ্যাদা দেশমুখনা লাক্লগা কৌরক্লম্মী—ডাঃ সাহেব! য়ুমদা লৈব্রো? মহাক্কী থোইদোক্লা ইকাই খুম্নবা মঙংদা কৌবা খোঞ্জেন্দু তাবদা ঐঙোন্দা করেম্নবগুম থোক্লম্মী। ঐনা খল্লি, ঙসিদি খবরদা য়াম্না ফজনা ইরে হায়না। অত্নুগা মহাকস্থ অফবা ফি-রোন শেৎলগা থোরকপনি। অশেংবমক্তি খবরদা ইরিবত্নুগা মানা শেৎতোক চাথোরক্লিবত্নুগা থোইনা মরী লৈনদে অত্নুবু মাগী মতৌত্নুদা ঙক্তবদি ঙমদে। করিগুম্বা অনৌবা থাকম অমদি লৈরম্বা তাই।

—"করিনো প্রকাশ—ঙসিদি য়ুমদা হেক্কা লাক্লে। ঐবু ইম্থোকপীরগে হায়না খল্লব্রা?" হায়রগা মাংকৈ মরিমক্তা কোয়না য়েংলম্নগা ঐগী মাংদা থারিবা চৌকিত্নুদা ফমথখি। —ঐনা হায় নত্তেদা করিম্থ থোইদোকপা থা লৈতে, নোং তারক্কে তৌবত্নুদা ...... থুনা লাকপনি।" মহাক ঐগী ওইদবা থাশিংত্নুদা থাজবগুম তৌই। —"খবরদা ঐগী মরমদা ফোংখিবত্নুদা ঐঙোন্দা তাক্লমদনা য়ুমদা হেক্কা হল্লবনিনে?" "অত্নুগী থা নত্তেদা," হায়না থৈরপ্পা খুম্নম্মী। অত্নুম ওইনমক ঐহাক্লা অরানবা অমত্তা তৌখিদবরা হায়না খল্লি। খবরদা ফোংখিবা থাশিং অত্নুম্থ অরায়বা থা নত্তে। থোইদোক্লা মাঙ-তাক্লিংভাইগী মশক্তি। খবরত্নুদা উপু অমা য়েক্লম্মী অত্নুগা মত্নুদা দেশমুখগী মমিং থাই, মত্নুনা মাগী তুংগী পুন্সিদা অমাংবা ওইরবা য়াই। মুমিত্তগী মুংখিলদা ডাঃ যোনেনা কোন তৌত্নুনা হংলক্লম্মী—"অদোমগী মরুপ

ডাঃ অদু থবক থাদোক্লদৌরে হায়বা চুমত্রা ?" মদুদা ঐস্নু মঙোন্দা কারেম্লনা হায়—"করি তৌরবগে ? মুংডাইবা ফোঙদোক্লে হায়ব্লিত্রা ?"

—ঐনা হায়—"অরে ভাই, নঙ ঙসিদি বিভাগতা লাক্লরোই থল্লমনি অদুবু লাক্লেদনা !"

দেশমুখনা নোক্লা খুম্লমী—"বিভাগতা লাক্লবদি কদায়দা চৎলুগনি ? য়ুমদা হারেম শুদুনা লৈগত্রা ? অদুগুম্বা ওক্লবী মুপীদুবু পুদুনা চৎকত্রা হা ?"

ঐনা হায়—"য়েংঙোই দেশমুখ, মদু পূম্লমক নঙগী নরম্লাইগী ওইবা হাফম্লি।"

ঐস্নু মদু হায়রিবনিনে। অদুবু ওক্লবী মুপী অদুনা থবরদা লাম্লা পাউ পীশিল্লহদা নত্তনা পুলিসতম্নু চৎলগা হাকৎলুরিবনিনে। —"অদুনা নঙবুস্নু পুলিসনা কৌরনি। ঙরাং মুমিদাং পুং ৮ তাবদা ঐস্নু অকনবা হাকং অমদি তৌরম্লে।" ঐনা হায়—"করি হানোনে নহাক্লা হায়রিবদুবো ? "মসি অচুম্বনি।" রত্না হায়বীসি ঐগী ছাত্রিনি, ঐনা মঙোন্দা অরানবা হাখল অমত্তা থনখিবা লৈতে। অসিনি তশেং-তশেংনা দেশমুখকী থাজনবা ঙাংবা হৈবা, ইকাই খঙদবা মতৌদুনা মহাক করিস্নু তৌদবা অমস্নুং মরাল লৈতবা মী মালহল্লি। মসিদা ঐ পূমঙক ঙকই। মাগী হাঙাংদুদি করিস্নু তৌদবা মঙংনি। মহাক্লা হায়— "য়েংউ প্রকাশ, ঐহাক হীরম অসিদা নহাকী নত্তেং পাম্মী।"

ঐহাক দেশমুখকী হাথোক অত্তদা য়াওবা পাম্লমদে। মাগা তিম্লরবদি ঐস্নু বদনাম ওইগনি। অদুনা মসিদা মাগা মায়োক্লরুদুনা করি কাম্লগদগে। ঐগীস্নু ইমুং মন্নুং লৈরি। অদুনা দেশমুখতা ঐনা হায়—"দেশমুখ হীরমসিদা ঐবু য়াওহনগনু।" ঐগী হাইংশিংদুদা অশোয়বা য়াওরমগত্রা হায়না ইতোমতা চিংনৈ। চুরুট মচৈ অমা চমথৎলম্মী। ঐনা চুরুট থকপা তোকখিবসি চহী অনীরোম শুপ্রবনি। অদুবু হন্দক মরক অসি চুরুট অমুক থক্লে। মদুস্নু পদ্মাজানা য়ুমদা

লৈত্রবা মতমদনি। করিগুম্বা মহাক্না য়ুমদা লৈরবদি চুরুট অহু ডস্তুবিন্দা থাদখিবা শোয়দবনি।

দেশমুখনা নোক্না হংলকই—"ইতৈমা পদ্মাজাবু য়ুমদা লৈতবরা? ইতৈমা! ইতৈমা পদ্মাজা!"

—"মাবু করিগী কৌরিবনো?"

—"য়েংঙু, ঐগী ইমুং অসি য়াম্না অরাবা ফিভমদা লৈরবনি। অসিগুম্বা মতমসিদা নখোয়না ঐগী ইতেং থরা পাংবা কৈ। মসিনি ইতৈমদা ঐনা হায়গে খল্লিবা।"

মাগী মতৌদুদা ঐ য়াম্না শাউনিংলম্মী। ঐনা খল্লি—ওক্তবা অসিনা মানা তৌনিংবা পুন্নমক মনিং তম্না তৌরে, সুভাইথোকলুরে। অদুগা হৌজিক্না অরাবা তারবা মতমসিদা ঐখোয়দা কপ্পি। মাগী মতৌদুদা ঐনা হায়রম্মী— "নঙনা মঙোন্দা করিসু হায়নিংঙাই লৈতে মহাক লাক্তদবা মতম রাংলি। ঐখোয় হোটেল অমদা চৎলগা বিয়ার থক্লনা বারী শারুসি।"

—"থন্নগদৌরিবা রারীবু করিনো? করিসু উপায় লৈত্রে। য়েংঙু প্রকাশ ঐনা করি হায়খি, নঙ খঙলব্রা? রত্ননা ঐবু কোর্টতা রাকৎখিবা সুমিৎ অমসুং মতমদুদা ঐ নখোয়গী য়ুমদা লৈ হায়না হায়রে। মরমসিনা তঙাইফদ্রবদি নঙগা ইতৈমগা কোর্টতা শাখি ওইবিগদবনি। রাকমসি ভিঃ সিঃ গী মম্যাংদসু হায়বিগদবনি। করিগুম্বদা মহাক্না হংলক্রবদি।"

মাগী রাহৈশিং অদুদা ঐ য়াম্না কিরম্মী অমসুং ঙমখৈ লৈত্রনা শাওনিংলম্মী। ঐগী ইচা শ্রীকান্তনা ইঞ্জিনিয়ারিং তমখিবদগী য়ুমগী থবক্তা ঐসু হেক-হেক মতেং পাংবা ঙারম্মী। ঐনা হৌগৎলগা ইমুং পুন্নমক মৈ চুথংলম্মী। অমুকসু থল্লি—ইচানুপী শৈলজা হৌজিক কাওবা য়ুমদা করিগীদমক হল্লক্লিবনো হায়না। অসুম্না থল্লিঙৈদা শাওবদুগু থরা হুম্বগুম তৌরে।

ঐনা হায়—"অরে ভাই, মরূপ-মপাংগীদমক ওইদবা খয়া হায়দবু করি তৌবগে। ঐখোয়সু ধর্মরাজ যুধিষ্ঠিরমকসু নত্তেদনা।" দেশমুখনা ঐগী খাত্থু ভারগা হায়রকই—"ঐখোয়গী পাপ-পুন্যগী হিসাব তৌনবা চিত্রগুপ্তমক্তি লাক্লোইদনা।" ঐনা চাকখুমদা চঙতুনা চাগী ঈশিং থাঙংলরগা থোক্লুনা মঙোন্দা হায়—"দেশমুখ নঙনা ঐখোয়গী মিং হাপপ্রবনিনা নঙগী খবক লোইরে। ঐহাকসু ইনভোগ্ব তৌরবনি। অদুনা নঙনা হৌজিক ঐগী মুপীদা অমুক মা হায়বগী কাম্নবা লৈত্রে। অসিগুম্বা খবকসিদি মুপীশিংগী মতৌ অসিমু অঙকপনি।" মসি হায়রম্লগা ঐহাক অমুক চাকখুমদা চঙলে।

দেশমুখ ঐগী তুং ইল্লক্লমী—"সোরী! ঙসিদি নঙগা বিয়ার থকপা চংমিন্নবা ঙম্লোই। ঐগী প্রোব্লেমশিং অসি হোৎনবদা ...।" হায়রিঙৈহৈদা মঙোন্দা চা পীরমী; মাহু ঐনা পীবা চাহু থক্লমী। "প্রোব্লেম অসি নঙনা থোকহল্লবনি।" হায়না ঐনা হায়রমী। ঐনা চা থক্লা-থক্লা থল্লমী মানা থৌদোকাসদা ঐবু করিগী চেন্নহল্লিবনো হায়না! "য়েংঙু প্রকাশ—ঐহাক ভিঃ সিঃ মু উনগদবা নৈরি। ঐখোয় চয়েং অমুক উনররসি। ঐবু থাদোকনু খঙলব্রা" হায়রক্লগা চংশ্লে। ঙার থৌখিবগী মখোন ভাই। ঐসু মহৌশাগুম্না গেৎ ঙাওবা থিঙ্গোঙপা চঙ্গ্রে।

দেশমুখনা হায়রম্বা প্রোব্লেমহু খল্লগা চুরুট মচৈ অমা থক্লগা থোঙ ঙিংথোক্লুনা কমথরে।

পম্মাজা মাগী থি_পকন্দগী মীটিং লোইরগা য়াম্না হরাওনা লাক্লগা হায়রকই—"য়েংঙুনে অহানবমক্তদা ঐনা লুপা লিশিং অমা ফংলে।" হায়তুনা মাগী হেন্দবেগ অহুদগী পুথোক্লুনা উংলকই। মাগী মঙংহু ঐ পাম্নমদে, অদুবু ঐনা—"গুদ! কোঙগ্রেচুলেসন" হায়না হায়রমী। —"হয়েংদি কৈথেল চঙ্‌না কোন-লীক লৈগদৌরিবনি।"

—"ভেরী গুদ!"

"ঙসিদি নঙনা করিগুম্বা য়াদবা অমত্তা য়াওদেদা। করিগীদে" ঐ ফম্না-ফম্না চুরুট অমা থক্লমী। "লোম্না থুপ্না তৌবা ঙবক হায়বসি

নোংমা নত্রগা নোংমদি হেক্তা থংলকই। ঙসিদি সহর পুম্বদা অদোমগী মরুপকী ৱা ঙাক্তা ঙাংনৈদা।" হায়না পদ্মাজানা হায়রকই।

ঐমা হায়রম্মী—"হোয়. মহাক্তি হেৱোনিদনা। হৌজিক্তী সংরগী হেৱো অশেংবা হায়বছু মহাক্তি।"

—"হোয়. অদোমসু হেৱো ওইনিংব্রা? মরক-মরক্তা ওইগেকা থনব্রা?"

পদ্মাজা মশক্তি কয়া ফজত্রবসু স্মার্টতি ওই। হুমিৎ অহু অশংবা মচুদা অঙৌবা থৱানমিচাক থোকপা শাৱী শেংপত্নুদা য়াম্না ফজরম্মী। মাগী ঙাংবা-শকপা হৈবত্নুদা ঐ তুমিন্না অত্নুম তাত্নুনা লৈ। মানা পাম্বদি মাগী মপুৱোইবা ওইৱিবা ঐসিনা প্রোফেসার ওইদুনি। ঐনা থম্মি মহাক্তা দেশমুখপু খজিক্তং ওইরবসু মুংশিবদি ফৈ হায়না।

ঐনা থয়া থয়া হংলম্মী—"হৌজিক ফাওবা শৈলজা লাক্তি বয়া।"
—"মহাক অঙাংনি। সিনেমা য়েংবা চৎপা ফত্তে। অত্নুবু মমাম্নবীনা পুত্নুনা চৎপ্রমানে। মৱাইনা হঙ্গররক্রনিদা। মাগীদমক্তা থোইনা থনবিরুম্ব। নঙগী মরুপকী ৱা-হুম তম্মু।" পদ্মাজাগী ৱাথম্দা থঙনিংবা অমদি অত্নুম লৈবা জাৎনি. হায়না ঐনা থলম্মী। মাগী থঙনিংবশিং অসিনা মরম ওইত্নুনা মহাক হুমিৎ নীনি হুম্নিগী মমুংদা উপন্যাস অমদি ইয়াই লায়না পাই।

—"মহু কোম্না হায়গে। ঐ চাক লাম্নেং চারগে—ভল থৱা হেক্তা হৌরো। মহুনা অত্নুম করনি। দেশমুখসু লাক্রম্মী। হৌজিক্তা চৎখিবদা মঙাইরি।" অস্নুম্না হায়ত্নুনা ঐনা পদ্মাজাগী থঙনিংবছু অমুক্তা কেম্না মথৌ শঙলম্মী। ঐনা অমুকসু মথা তারম্মী—"মহাক নঙগা উনবা লাক্রম্বনি। —"ঐবু করিগী? ও! ও! থঙলে-থঙলে। মাগী মুপীত্নুগা ৱাম্নী শানবা হায়বা লাকপা ওইরমগনি।" মসি হায়রগা অমুকসু মথা তারকই—"মাগী মুপীবু ওম্বোক্তা মুংঙাইরম্লোইনে।"
—"হোয় সরলাগী ৱাথল অহু লৈতাকম লৈরম্লোই। মসিগী মুপা অসিনা তোংসা মতৌ অসিদা।" হায়না ঐনা মত্তেং পাংশিলম্মী।

—"অছুবু নখোয়গী মরুপ অকাওবত্তুবু ওক্রবী মুশীতুগা করিগী তিন্নক্লিবনো ?"

—"মী খন্না অথুম্বা পাম্মী খন্না অশিনবা। অসিনিদনা তাইবংপান হায়বসিদি।"

—"নঙদি উপন্যাস ইবা নত্রগা দ্বারী ইবা মীদোনা ভাংবা হৌরক্লগনি।"

—"য়েংঙ, মুশী-নীপাগী মরীসি য়াম্না লুবনি। খজিক্তদা লৈবনি।"

—"অপঙবা খন্না অত্তুম্না তৌরবসু, লাইরিক-লাইসু নিংথিনা হৈরবা জ্ঞান লৈরবা মীনবু অসিগুম্বা ফত্তবা থবক অসি তৌবা হৌনদে হায়মী।"

—"মীওইবা হায়বসি ঐখোয়না খল্লিবা, নিংলিবা অশুম্না ভাক্তা ওইদে। খঙলব্রা পন্নাজা। অনৌংবা অপাম্বা মঙং অতু ভাক্তবু ওইরবদি ইতিহাসকী অহোংবা লৈখিগদ্রা ? অতুম্নবু ওইরবদি ঐখোয় পুম্নমক লাই ভাক্তা ওইরনি নত্রগা শা ওইতুনা অফ-ফত্তা করিসু খন্দনা লৈথোক্লনিনা। অতুবু হেক য়াদে। মীনা মীগী ওইবা হাখল খনবা তাই। য়েংঙ, হৌজিক ঐখোয়গী মরুপ দেশমুখ কৌবা কি-রোল নানবা, সুৎ-তাই তৌবা নীপা অমা অৱাবা তারে। মরমসিনা ঐখোয়সু মাগী মনাক্তা চত্তুনা মাগী অৱাবত্তুদা শরুক য়াক্লবা তারি।" অশুম্না ঐগী ভাংবা-শকপা হৈবতু পুথোক্তুনা হায়রম্মী।

চাক চারমদাইদা ঐনা হংলুই—"য়েংঙ, পন্নাজা ঐগী ইরমদসু খবরদা অশুম্না ইরক্লবদি নঙ করি তৌগনি ?

—"নঙগী নকোক অতু থুগাইগনি।"

—"অতুদি ঐখোয় দেশমুখকী কোক কায়ত্রিডৈদা চৎহৌবনা ফত্রা ?"

—"দেশমুখপু কনবা, সরলাবু পুক্লিং ফাথবিবা হায়বসি ঐখোয়গী ইথৌ নত্রনে ?"

—"অমম্নোমদদি চুম্মী, অতুবু মাগী মরুপ-মপাং, মরী-মতা কয়া'মসু য়ুনিভরসিতিদা লৈরিদনা। মাগী কনানো, করি খোকপনো অমসু মিনিষ্টর ওইরি হায়দাইনে। তুমিন্না ফমতুনা অশুম লৈবিয়ু।"

—"অদুম ওইদুনসু ঐখোয়নি চৎলগা অমুক্তা উনরবদি বৈদা।"

—"ঐদি কৈদৌঙৈদসু চৎলোই। অসিগুম্বা মীশিংগা সঙ্গ তৌনিংদে। মতম ফরিঙৈদদি মখোয়না তৌনিং-তৌনিংবা তৌই। অদুগা……।"

পদ্মজাগী থম্মোয়দা নহালগথৈ ফুমদুনা লৈরম্বা বা পূম্নমক লোইনা মথং-মথং হায়দোরকখি। মাগী মতৌদুদা মাগী দেশমুখকী বা হৌদোকপদু ইকান কায়দে। অদুবু ঐনা দেশমুখকী মকমদা মীয়ুংশি পোকপা য়াবা বা থরদি হৌদোক্রে।

—"নঙসু মুপীনি। অদুনা সরলাগী মবুক ফাথবদি নঙগী নথো নত্রা?"

—"মকমসিদা মখোয়গী বা বদাইদগী পুংশল্লাব্রবনো? মখোয়-মখোয়না তৌবা পাপকী ফল অদু ফংজসনু। মানা তৌবনা ফংজবা হায়বদুনি।"

—"অরে! নঙ কয়াদা ফজদবা লোন শীজিন্নরিবনো? দেশমুখ হৌজিক কয়া য়ায়া বারমগনি থঙদ্রা? মাগী মতেং থরা পাংবা হায়বসি ঐখোয়গী অমত্তা ভাইরবা ইথোনি।"

—"পুলিসতা মসামক্তা চৎতুনা বাকৎলুব্রিবী হুপীমচাদুদি বারমলোইদ্রা? মবুক্তা অঙাংবু লৈরম্বা য়াইনে।"

—"মানা পুলিসতা করি করি হায়জিন্নরিবনো খঙদেনে।"

—"নঙনা দেশমুখতা হংদ্রা?"

—"অমুক হংলুদুনা করি কায়গনি। খবরগী কাংবুশিংদি 'সিগুম্বা পাউ অমা ফংবা হায়বসি লংজানা অশিবা শা অমা ফংদগা অন্দ্রানি। করিগুম্বা মখোয়না অশেংবা খঙনিংলবদি পাউদু ভাবদা ভিঃ সিঃ দা চংগদবনি নত্রগা ঐখোয়দা হংলগা অশেংবদু ফোঙলবদি ঐদনা। দেশমুখনা হায়া ঐভোন্দা হাংরম্নবদি খবরগী ইডিটর কুলকুর্নীগা উনদুনা শেমদোক-শেমজিন থরা তৌহৌবসু য়াবনি।"

ঐনা ভাংবদু তারগা শন্দ্রাজানা হায়রকই—"চুরুট অমতংগা থকথোদনা, য়ু দিজার্ব ইত।" অসুম্বা বারী শারিহৈদো মপান্দা শৈলজা লাকপগী মখোন তারম্মী। অদুদগী ঐনা ফিভম য়েংলগা হায়রম্মী—"মাগী মমাংদা বা হৌদোরকনু।"

× × × ×

মথংগী নুমিৎতা ঐনা ছুটিগী চে অমা পীখংগ্রে। মরমদি টিচর্র এসোসিয়েসন্না শিন্দুনা দেশমুখকী মায়োক্তা প্রোসেসন অমা চৎকনি হায়না তৌরিবতুদা য়াওনিংদবগীনি। ফরবসু ফত্রবসু দেশমুখ হায়বসি ঐগীদি মরুপ্নি। অদুনা মাবু কন্নবা হোৎনবা হায়বসিনা ঐগী ইথৌনি। হায়রিবা প্রোসেসন অসি য়াওদনবগীদমক্তা ঐনা কৃষ্ণপুরদা চৎতুনা কালিমন্দিরগী লাইশঙদু য়েংবা চৎপা তারম্মী।

নুমিৎ য়ুংবগী অতুবাইদা পম্বাজানা খবর ময়াম অমা পুরক্লুনা পারম্মী। মহাক য়ুনিভরসিতিগী এক্তিভিতিজদা পুক্লিং য়াম্না চঙলম্মী। ডি: সি: না সিন্দিকেতকী মেম্বর খরগী থৌইশিন্দগী দেশমুখ অসি সস্পেন্দ তৌগদৌরে হায়নসু ইরি। সোসিওলোজিগী রিডর ড: কান্তেনা দেশমুখকী মায়োক্তা চেকোও অমা পুথোক্লুনা ময়ামদা য়েন্নে। রঙ্গা আলুকরনু মাঙত্রে অসিনচিংবা পাও ময়াম ... ...।

ওরাং ভূগোলগী প্রোফেসার মিশ্র লাক্লম্মী। মহাক্না মহৌশাগুম সমাজগী চৎনবী অসিগী মরমদা ওাংবা হৌরম্মী। "ঐথোয় সমাজগী চৎনবী অসিদা জাতি খেন্নবা করিগী লৈরিবনো? লৈবাক অসিদা ক্রিয়েটিব ওইবা খবক্তি য়াম্না থাংলে। ভেল্যুদা থাজবা লৈত্রে! মসিনা ঐথোয়সি অতোপ্পগী মথং পোলহল্লে। পোৎকী ভেল্যু লৈত্রবদা পৈশাগী মশীংদমক হেনগৎলকই। মসি লৈবাক পুম্বগী ওইবা সমস্যা অমনি।" মসি সোসিয়েল এনালাইসিস অসি তাবা পাম্বা মাগী নুপী শ্রীমতি মিশ্রনু য়াওরি। শ্রীমতি মিশ্রগী বাখন্দা ডি: সি: ওইবা য়াবা মীশক অসি মাগী নুপা অসিদনি হায়না খল্লি। মাগী বাখন্দা মাগী ডি: সি: গী পেনেন্দা য়াওবনি, অদুবু মানা মপানগী মী ওইবদগী খন্দবগী বাদনি হায়বসিনুনি।

ঐনা শ্রীমতি মিশ্রগী মমাংলোমদা বিস্কুৎ য়াওবা প্লেট অদু ইনশিল্লগা হংলম্মী—"ইতৈমা দেশমুখকী থোক্লিবা থৌদোকসিগী মরমদা করি খনবিবগে?"

—"য়েংঙ্ৰ দেশমুখনা মিঃ রত্নাগা সুহোংলবদি পুন্নমক করিস্নু লৈতে।" মানা অমুক মথা তানা হায়রকই—"মানবু য়ারবদি পান্নবদি ঐহাক মিসেস দেশমুখপু তাইনবা ঙমগনি।"

ঐনা হায়—"রত্নাস্নু য়াবা তাবনিনে।"

—"হৌজিক কালগী সুপীমচাশিংসি মতম চারিবঙদা ময়ুম মকৈ পানগেদি হায়ত্রদনা এম: এ:, পিঐচ: ডি: তৌহনা লৈরে। অদুনা অসিগুম্বা ৱাথোক অসি থোক্লরিবনিনে। সুপীমচাশিং অসিস্নু ফ্রষ্টেংটেড ওইদুনা লৈ অদুগা প্রোফেসরশিংস্নু মীগী অশোনবদা খুদোংচাবা লৌনবা হোংনৈ হায়রদুনা মাগী সুপারোমদা ওনশিল্লগা—"চুমদ্রনে প্রোফেসর সাহেব!" হায়রকই।

প্রো: মিশ্রনা নোক্লদুনা—"অসিগুম্বা প্রোফেসরশিং অদুদি মপান লৈবাক্তা চংখিবনা কৈ।"

ঐনা হায়রম্মী—"দেশমুখ অসি আমেরিকাদগী হল্লক্তবনা ফরখনি। মাগী ৱাখল অমসুং মীৎয়েংসি মীয়ামগা ইমান মান্নদে।"

প্রো: মিশ্রনা অমুক হায়রকই—"দেশমুখনা রত্নাসি কোক হেক লৌশিল্লগা ৱাসি লোইশিনবনা হেন্না কৈ।"

ঐনা হায়—"ৱাফম অসি খবরদা ফোঙদোকল্লে। হায়েংগী প্রোসেসন অসিনা করম্না থামগনি।"

—ডা: জোসিবু! আর্তিকল অমা ইহল্লগা খবরদা ফোঙদোকউ। অদু ওইরবদি ৱাফম অসি খরা তেনশিনবা য়াবস্নু য়াই।" হায়না প্রো: মিশ্রনা হায়রম্মী।

ডি: সি: গা প্রো: মিশ্রগা মরূপ ওইবনিনা ৱা পংয়াম য়ান্না ঙাংলুদ্রে।

দেশমুখকী মরমদা হায়নরিবা ঙাংনরিবা পুন্নমক অসিদগী কন্নবা উপাইদি ঐনা খল্লি থোদোক থোকই হায়রিবা সুমিত্তগী সুমিদাংৱাইরমদি মহাক ঐগী য়ুমদা লৈ হায়বা অসিতদা ওইগনি। অমুম্না পুলিসকী মমাংদস্নু ঙাংগদবনি। ৱাফম অসি তাবদা পম্মাক্তা শাওবনা মৈ হৌরম্মী।

মানা হায়—"ওঝা ওইরগা অহুগুম্বা ওইদনা দা ভাংবা হৌনদে। রত্নাবু ওইদবা ভাংবী সুপীনচানি হায়বসি নঙগী নবুক্লিংনা য়ানিংব্রা ?" মাগী বাভাংশিং অহু তাবদা ঐস্থ তুমিন্না লৈবা ওমগ্রহুনা হায়রম্মী—"পদ্ম জা নঙ করম্বা মতম (যুগ) দা হিংলিবনো ? গান্ধীগী মতমস্থ হৌদ্রে। ঐস্থ হায়না তাবনিনে মুমিং অহুগী মুমিদাংবাইরম দেশমুখ ঐগী য়ুমদা লৈ হায়না।" পদ্মাজ:না শাওরম্না হায়রকই—"ঐদি নঙবু ওইদবা ভাংহল্লোই।"

ঐনা হায়—"হৌজিক্কী যুগ অসি ময়েক শেংদবা মতম্মিনে পদ্মাজা।"

মুমিদাংবাইরম ভিঃ সিঃ না ঐবু কৌহল্লম্মী। মহুদা পদ্মাজ:না ঐ লৈতে হায়না খুমহুনা ঐবু কৌবা লাক্লিবা মীহু চৎহনখিরম্মী। মাগী মতৌহুদা ঐনা হায়—"নঙনা হৌজিক ওইদবা ভাঙহুনা ঐবু লৈতে হায়ব্রিবত্ত করিগীনো ?"

"ঐনা ভাংলিবা ওইদবা অসিদি নঙগী ফনবনি।" ঐনা মখা তারম্মী—"ওইদবা হায়বসিদি চপ মান্নে।" অদুম্না ঐখোয়নি বারী শান্নরিভৈদা মুমিং তাখিবা খঙহৌদ্রে। য়াচঙবদা দেশমুখনা মাগী মুপী সরলাগা লোয়ননা ঐখোয়দা লাক্লম্মী। সরলা হায়বী মুপী অসি মেত্রিক্লি. মুংভাই য়াইকবা ইমুংদা হৌরকপী. মপুরোইববু লাইনি খঞ্জবী মুপী অমনি। মহাক্না কপ্লহুনা হায়রকই—"ইচে পদ্মাজা করি মত্তৌনো তৌরিসিবো ? ইচাগী লুহোংবগী বা ভাংনরিভৈদা তৌরক্লিবা বদনাম অসিবু করিনো ? ঐখোয়গী ইজ্জৎ পুম্নমক মাঙলে। মুমিং অহুদগী মুপী অহু মশক উবা ফংখিদ্রে। কদাই কদাইদা চক্‌না ফত্তবা বা তানরিবনো খঙদে। সোমদবু লাক্লমব্রা ? মখোয়না খল্লিবসি করিগুম্বা পাম্বৈ অমা নত্রগা অমা তৌহুনা মাবু বিশ্ববিদ্যালয়সিদগী তাম্মোকপনি। মসিদা ঐখোয়না তৌগদবসি করিনো খঙদ্রে।" পদ্মাজা সরলাগা কাহুদা থনম্নগা. ঐগা দেশমুখকা তুক্ষম কারোমদা চৎলগা বা তানরম্মী।

ঐনা হায়—"মাগা উম্নরব্রা ?"

—"উনদে ঐনা চিঠি অমদি ইত্রে।"

—"করি হায়না ইখিবগে ?"

—"চানবীহনা নহাক্কী ৱাকৎ অদু পুলিসতগী লৌথোকপীয় ।"

—"পাউথুম ফংলব্রা ?"

—"মহাক হোস্টেলদা লৈরে হায়। অমুম তাবদা মহাক মিঃ সুখারিয়াগা মপান্দা চৎথি হায়। মহাকসি শাগুন্না সুপীনিদা, অশেংবা শানি।"

—"ঐখোয়না মহুগী প্রমান পীবা ঙমগত্রা ?"

—"প্রকাশ অহুবুদি ইরায় লাই। অহুদা ঐদি মাবু পাম্লিবনি। মহুসু হেক তৌনিংদে। অহুবু হৌজিক ঐনা তৌগদবা স কারনো—ঐ হায়ফম থগদে। নোংমা মানা ঐঙোন্দা চৎনা কোনশিল্লগা হায়খি— 'ঐবু থাদোক্লো।' মহুদা ঐনা হায়খি 'মহু ওইথোক্লরোই। মরমদি, ঐনা নঙবু নুংশি।' অমুম্না ঐখোয়ান মরী লৈনখিবনি। ঐনা হায়বহুদা মানা কম্না য়াদবদগী ঐনা অমুকসু অমুম্না হায়খবগুম তৌই—"ঐনা হায়রিবসি য়াত্রবদি নঙবু হাৎকনি, অহুগা ঐসু আত্মাহত্যা তৌরগা শিগনি। নঙনা সুখারিয়াগী মরমদা থম্লিবহু থাদোকউ নত্রবদি ঐনা মাবু মী থাজিন্দুনা ফুহনগনি।"

ঐখোয়নি অমুম্না রারী শান্নরিবৈদা সরলানা চৎলসি হায়রক্লুনা মখোয় অনি চৎখ্রে। মখোয়বু থিন্দোকপদা চৎনা-চৎনা ঐনা সরলাদা হায়—"য়েংঙু, ইতৈমা হৌজিক্তি করিসু কিনিংঙাই অমসুং চিংননিংঙাই লৈত্রে। হৌজিক ঐখোয়গী সমাজ অসিসু য়াম্না হোংলবনি। অসিগুম্না থোদোক-ৱাথোকসিদি ইতৎ-তৎতনা থোক্লুনা লৈরবনি। ঐখোয়গী ভিঃসিঃ সাহেবসু অহুম থঙলবনি। মানা ঐখোয়গী ফননবা থরদ শোয়দনা তৌরকনি। অহুনা করিমত্তা ৱাবীরুসু।"

মথংগী অমুক অঙনবদা ঐনা গেষ্ট হাওসতা চত্নুনা ডাঃ সুখারিয়াবু হৌদোক্লম্মী। মহাক দিল্লিদগী ভিজিটিং প্রোফেসর ওইনা থা অহুমথক্কী ওইনা লাকপনি। হৌজিক থা অনি হৌখ্রে।

ডাঃ সুধারিয়ানা চা·ছু পায়রদুনা হায়রকই—"ঐ থুনা চৎলবা পায়ে। মফমসিদা ঐগী থবক কয়িসু লৈয়ে।" অসুম্না ঐখোয় অনি ঙহাক বারী শান্নবদুদা ঐনা মাগী মরমদা ফনা য়াম্না খংলম্মী। মানা অমেরিকাদা লৈরিঙৈদসু মফমদুগী চুপী অমগা লুহোংলম্মী। মতম খরগী মতুংদা মাবু খাদোক্লগা ভারত্তা হল্লকপনি। ঐনা বারী শাকছু রপ্সগী মরমদা শাশি হায়না হৌদোক্লম্মী। মাসু মহুনা খোইনা হেন্না পাখঙুম তৌই। সুধারিয়ানা হায়রকই—"বন্না অমসুং ডাঃ দেশমুখকী মরমদা করি-করিনো খরা তারিবসি চুমরা?"

ঐনা হায়রম্মী—'ভারতকী বাসিদি মওং অমনিদা। অসিগুম্বা করিগু লৈতবা থোদোকসিবু থবরদা হেক্তা মফোঙই, পুলিসতা চৎতুনা হেক্তা রাকৎলে। হন্না হায়রিবী নুপীমচা অসিদি য়াম্না ফবী, ঈং-তম্পী নুপীমচানিনে; কনা-কনানা ইনাশর্নবিরিবনো খঙদে। মর্দি লাইরিক য়াম্না ফবী অমসুং স্মার্ট ওইবী নুপীমচানি।"

অসুম্না বারী শান্নবা লোইরগা ঐনা খুমদা হল্লকপদদি রম্নাছু পম্মাজাগা বারী শান্নদুনা লৈরম্মী। মহাক হান্নদগী খরা হেন্না কজবগুম তৌই। মায়খোঙ মকা লাম্মী। ঐনা লাকপা উবদুদা মহাক হৌগৎতুনা নমস্তে তৌই। ঐনা মাবু কমহল্লগা মাগী ঈ-পাউ হংলম্মী। মানা মাগী বারীশিংছু মথংশীৎনা লাথরকই—

"ঐনা খল্লুদে, মহুদি থোদোক আস অসুম্না লুরকনি হায়বা। প্রোফেসর দেশমুখ আসসু তশেংবাদ নুপীদা খরা ভাওজবা মীতানি। ঐনা এমঃ এঃ তম্নিঙৈদগী মানা ঐঙোন্দা মীতাবা হৌরক্লবানি। পরিক্ষা হায়দোক্লবা মতুংদা মানা ঐবু য়ুঃ জিঃ সিঃ গী ফেল্লোসিপ ফংহনগে, ঐগী ইথাদা রিসার্চ তৌ হায়না ঐগা নক.শন্ননবদা হোৎনদুনা লাকপনি। ঐদি ইচম চম্বা লেকচর অমা ওইবা পাম্মী। য়াম্না থুনা শেল থোক্নুনা ইশা-ইরোমদোমদা লেপচবা পাম্মী। সার, অদোম্না ঐসি কনানো হায়বদু খঙবিরম্লোই। ঐগী ইপাদি য়াম্না ইনাকখুনবা মীশক অমনি। মহাক বিজিনেস তৌই। ঐবু পোকপী ইমা অসি অনিগুবী ইমানি।

অহুনা ঐ মখোয়দগী লাপ্পা তোঙাম্না লৈবা পান্মী। কনাগুম্বা অফবা মুপা লৈরবদি লুহোংবস্থু পায়ে। অসুম্না বদনাম চাবসি ঐ পামদে। ঐনা প্রো: দেশমুখতা হয়্না-হয়্না হায়জবনি অহুবু মানা ঐগী ৱাহু লৌথিদে। ঐসু উপাই লৈত্রহুনা পুলিসতা তাকপনি। নোংমা মানা ঐবু য়াচঙবদা কৌবদগী চৎলম্মী। মতমহুদা মাগী মম্নুমদা কনাসু লৈরমদে। ঐ য়াম্না চিংনরম্মী। অহুদগী কিরহুনা ঐ গেষ্ট-হাওসতা অহুম চৎলে। মফম অহুদা ডঃ সুধারিয়া লৈরম্মী। মানা ঐগী ইতৌহুদা থরা চিংননা হংলকপহুদা ঐনা করি করিনো থরা হায়খি। মহুদা মহাক্না ঐবু পুলিসতা চৎলগা কমপ্লেন তৌরুনবা হাক্লকই। অহুদগী ঐসু অফ-ফত্তা খন্দনা পুলিসতা চৎলগা অহুম কমপ্লেন তৌথিবনি। ঐ য়াম্না লানগ্রে সার, প্রো: দেশমুখ অসি অহুক হাক্লা ফত্তবা মীসু নত্তে।"

ঐনা অমুক তপ্না হংই—"ডাঃ সুধারিয়াগী মরমদদি নঙ করি খল্লি?"

—"মাসু য়াম্না ফবা মীনি।"

—"মানা নঙবু মাগী ওইবা পান্মী। হৌজিকসু য়াম্না পাম্লি।"

—"সার, ঐ খনফম খঙজদ্রে। ফগদবা লম্বী অমা তাকপীয়ু।"

হায়রম্বগা মহাক হনখ্রে।

মথংগী নুমিৎতা ডাঃ সুধারিয়াদা রস্না চেনখ্রে হায়না য়ুনিভরসিত্তি কেম্পাস অহু বা-ৱা লাওখৈ। অসুম্না দেশমুখ অমসুং রস্নাগী ৱারীহু ডাঃ সুধারিয়া অমসুং রস্নাগী ৱারী ওইখি। হৌজিক দেশমুখ রাজনীতিদা পুক্নিং চঙখ্রে।

# অল্লাবগী মরুপ নুংঙাইবা

**মণুভাই পাতেল**

"মীৎতাংবী ঐবু পৈশা অমা-অনিদং পীবীয়ু, পলেম-পম্ভৌ শকপও ." হায়না লম্বী চিদায় অমদা ফম্লিবী মুপী অতুনা হন্না-হন্না লাওরম্মী।

"পলেম-পম্ভৌ মানবও ! খোঙতেকপা ঐবু চানবীতুনা খোজানবীয়ু" হায়না অনকপদা ফম্লিবা খোঙতেকপা মুপা অদুসু তোয়না-তোয়না লাওতুনা লৈরি।

"কদায়দগী লাক্লিবনো শকতাখি অসিবু। ঐগী তুং কোইন হেক টম্মতুনা ..... ।" হায়রতুনা মীৎতাংবী মুপীতুনা শাওনা হৌগৎতুনা মনাক নকপা চেকপল অদামদা চংশিনখিরম্মী।

"অয়ে-অয়ে ফমউ-ফমউ; ঐ অতুম চৎথোককে।"

"নপাগী ফমফমলা ?" হায়না থীনা চৈগে খল্লম্বনি মীৎতাংবীতুনা অহুবু মীনা তাম্নগা করি হায়'খগনি খনবদগী তপ্না হায়রকই—"চৎথোকদোবা লৈরবদি মীনা চৈবা তানবা চ.শিল্লকলিব্রা ?'

"অচুম্বনি-অচুম্বনি, ঐ চৎলগে, নহাক অতুম ফম্মু।" মতৌ অদুদা মীৎতাংবীদু নোল্লম্মী। মহুদা খোঙতেকপদুসু য়াওশিনখি। তাঙ্গাদুদা কনাগুম্বা লম্বী চৎপা অমা লাকপগী সামিন ফংলদুনা—"খোঙতেকপসিবু করিগুম্বা খল্লদং পীবীয়ু, মীৎতাংবীসিবু পৈশা অমা অনিদং পীবীরম্মু পলেম-পম্ভৌ ওইবসা।" হায়রহুনা মহৈ-মহৈ মাগী মাগী তেঙ্গোং থাদংলগা লাউনরম্মী।

ধর্ম্ম লৈবা' ইনাকখুনবা মুপা অমনা খোঙতেকপগী তেঙ্গোংতা পৈশা থন্না থাদখিবগী মখোলদু তাবদা মীৎতাংবীদুসু কন্না-কন্না লাউরকই—"ধর্ম্ম লৈবা বাবু মীৎতাংবীসিবু খোজালবীয়ু, মীৎ-তাং-বী-সি-বু।" তাঙ্গাদুদা খোঙতেকপা অদুসু হায়রকই—' ইনাকখুনবা বাবু মীৎতাংবীসিসু থন্না পীবীরম্মু।" বাবু অদুনা ফুম্বিৎখাওদগী পৈশা থরা অমুক লৌথোক্লগা

মীৎতাংবী অহুদা পীবীরম্মী। অহুগা ওনশিন্দুনা হংলকই—"নঙবু মাগী সুপীরনে?"

"মানি" হায়রুনা অনকপদা কম্লিবা খোঙতেকপহুনা হায়রকই। খোঙতেকপহুগী পাউথুম অহু তাবদা মীৎতাংবী অহু শাওবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। বাবু অহুনা চংশ্রবা তুংদা খোঙতেকপহুনা অমুক্কা হায়রকই—"লৈহৌরো-লৈহৌরো ঐ চংলগে।"

খোঙতেকপহুগী বাহু তাবদা মীৎতাংবী অহুনা তপলপ্না হায়রকই—"নঙস্থু অহুম ফমলোদা, নঙনা ঐগী শরুক লৌগদবস্থু লৈতে।"

"নঙনা অমুক চৈরক্রবদি?"

মীৎতাংবী অহু ঙসায় খোঙতেকপহুনা হায়খিবা বাহু নিংশিংলুবদা খঙহৌদনা মায়খোংদা নোংথাংগুম মোমোন মোকপগী ঔথক অমা হৌরকখি।

অহুবু খুদক্কা শককম হঞ্জিন্দুনা অমুক হায়রকই—"য়েংঙোয়, ঙসায় বাবুহুগী মমাংদা নঙনা হায়খিবহু মতুংদা অমুক হায়রবদি য়ারোইকো।"

"অরে অভাগুবী, ঐনা মহু হায়বদগী নঙ পৈশা কংজিবা নত্রা?"

বাসি তাবদা সুপীহুগী মমায়হু খোঙতেকপগী অম্রোমদা লৈশিল্লম্মী। মীৎকুপ্পদা মাগী মায়খোংনা হায়রিবা পুক্লিংগী বাশিং অহু খোঙতেকপহুনা লোয়না লৌশিন্নবা হোৎনাখ।

সুপীহুগী উবা ঙমত্রবা মীৎ অহুস্থু শুমহৎপা ঙন্বা মাসি (শরুক) ঙাক্লা গুইনা উথি।

ঙহাক মথোয় অনিমক তুমিন-তুমিন লৈরুরবা মতুংদা অমুক মাগী-মাগী শিল্পা পায়বা হৌনখি।

"ইপা শকপা পস্থৌও, ইনাক খুনবা বাবুজী পৈশা অমা-অনিদং পীবীহুনা উপায় লৈজত্রবী ঐখোয়বু থৌজানবীয়ু।"

"সেঠজী-সেঠজী, পৈশা খরদং পীবীয়ু, চানবীয়ু। উপাই লৈজত্রবী মীৎতাংবীনি।"

ফনা কুইনা মখোয় অনি লাওছুনা লৈরবা ফাওবদা কনামত্তা লাকপা উত্রা-তাত্রবদা খোঙতেকপছুনা খোঞ্জেল ওল্লহনা হায়রকই—"কৈদৌনবা অছুক কন্না-কন্না লাউডুনা অরেপ্পদা মতম মাঙহল্লিবনো! মী লাকপা উরগা ঐ অছুম লাউবা হৌরক্কে।"

খোঙতেকপগী ৱাহু মীৎতাংবী অছুনসু ফন ফবা ৱানি থল্লহুনা য়ারম্মী। অছুদগীদি খোঙতেকপা অছুনা লাউববু হৌরক্লবদি মাসু অছুম কন্না-কন্না লাউরম্মী।

নুমিৎতুগী নুমিদাংৱাইরম নুংশা নেমথরক্লবা মতমদা মীৎতাংবী অছু হৌগৎতুনা চৎকে ভৌরক্লম্মী। মতৌহু উবদা খোঙতেকপছুনা হংলকই—"কদায়দা চৎকদৌরিবনো? নঙগী লৈফম নয়ুম ক—গা লৈব্র?"

"নঙগী নথৌ লৈব্রা? চাক্লীবীগীবু লৈফম য়ুম লৈবা হৌনব্রা?" হায়রম্লগা তপ্পা-তপ্পা চংখি। খোঙতেকপছু করিমত্তা হায়দনা তুমিন্না য়েংছুনা লৈহৌই।

ঙহাক লৈরগা খোঙতেকপছুনসু মাগী য়ারেকফম মায়কৈ পাংলকখি।

মথংগী নুমিৎ অছুদি খোঙতেকপা নিপাহু অয়ুক অঙনবদগী লাক্লুনা মাগী নুংতিগী ফমফম অছুদা ফমহুনা মীৎতাংবী অছু লাকপা ঙাইহুনা লৈরে। ঙহাক লৈরগা মীৎতাংবী অছুসু লাক্লে। মীৎতাংবী অছু লাকপা উবদা খোঙতেকপছুনা কন্না—কন্না লাউরকই—"খোঙতেকপসিবু অমুক্তংদি নুংশিবীয়ু, চানবীয় কনাসু লৈজদ্রবা ঐহাক্লি।

খোঙতেকপছুগী মতৌহুদা (মরাউহু) তারগা মীৎতাংবীছু পুক্লিংদা হায়ফেৎ মোমোন ভৌখি। অছুগা মাসু নুংতিগী ফমফম অছুদা ফমগা লাউবা হৌরকখি।

নুমিৎ মুংবগী নুংশানা কনখৎলকপনা মী চৎথোক-চৎশিনসু ৱাৎলকখি। মতমছুদা খোঙতেকপছুনা মীৎতাংবীছুগী মনাক চংশিল্লগা হংলকই—"ঙসিগী পৈশা কয়া ফংলে।"

"ফংদেদা, লুপা অনি-অহুম ওইগদ্রা অছুদা ফংলি। নঙদি কয়া ফংলে?"

"ঐদি অমা অমকাওবা কংদ্রি।"

অমুম্মা মখোয় অনি ওহাক ৱারী শাহনা লৈ। অদুগা অমুকস্থ ত্থুমিন ত্থুমিন লৈনৈ।

"নঙগী নমিং করি কৌই? খোঙতেকপত্থুনা অচিকপত্থ থুগায়হনা হংই।"

"ঐগী ইমিং খঙলগা করি তৌগদৌরিবা? নঙগীত্থম ত্থাকউ।" হায়রুনা মীৎতাংবীত্থুনা হায়রম্মী।

"ঐগী মিংদি চমন কৌই।"

"ঐস্থ জমনি কৌই।" হায়রত্থুনা মমায় অত্থু লৈংথাক্লম্মী। জমনিগী মমায়দা ত্থারিবা মোমোন নোকপগী মমি অত্থ উরগা চমম্মা অমুক হায়রকই "জমনিগী মহুত্তা চমনি কৌরোদনা মত্থুনা হেন্না পৰচগনি।"

"ঐদি কৈদৌবগী হোংগদৌরিবা, নঙগী নমিংত্থুত্থম জমন কৌদনা।"

অমুম্মা ৱারী শান্নরিউদা স্থুমিদাংৱাইরম ওইখিবা খঙহৌদে। স্থুমিদাংৱাইরমগী মতম য়ৌরক্লবদা মখোয়নিগী মাংলোমদা লাক্লিবা খেলা অত্থুদগী চনা থরা লৌরুত্থুনা চারে। খেলা ইনবত্থুস্থ থরা কাম্নহনগ্রে। অত্থুদগী মখোয় অনিস্থ চানা-চানা ওসি মোংমগী হিসাব তৌনরে হিসাব লোইরবা মতুংদা মহৈ-মহৈ মাগী ৱারেককম তন্না চংনবা থৌরাং তৌনরে। চংনা-চংনা চমননা হায়রকই—"কাউই—য়েংঙোই হয়েংদি একাদসিনি অত্থুনা ভদরকালী ইমাগী মন্দিরদা চংলুসি।"

"ঐদি মকমত্থুদা কমদৌনা চংকনি?"

"নং হয়েং মকমসিদা লাকউ। অত্থুগা ঐখোয়নি পুন্না চংমিন্নসি।"

"নংনা হয়েং হুন্দোকপিরম্নবদি কমদৌনি?"

"ঐবু থাজদবৈ ৱারা?"

"থাজবুদি থাজৈ, অত্থুদা ... ... ।"

"অত্থুদা করি তৌরবা? ঐনা হায়রিবসিনি মকমসিদা হয়েং অয়ুক ওন্না লাকউ।"

"ফরে" হায়রম্নগা জমনি চৎখ্রে।

মখোয়নিমক্তা চহী পংয়াম য়াম্বা নত্রি! য়াম্নবদা চহী ২৯-৩০ মুক ওয়গত্রা অতুবু অম্না-অনা, লৈত-লায়রগী মৈশানা চাকথেক্নুনা মশাঙ্গু খরা শোকচিনখিবগী বাদনি।

মথংগী অয়ুক ওয়রবুনা চমন্না ঙরাংগী ফম-ফম অতুদা লাকলগা জমনি লাকপা ঙায়ছুনা লৈরে। ঙহাক লৈরগা জমনিসু মফমতুদা য়ৌরক্লে।

চমন্না হায়রকই—"লাকও-লাকও, থেংঙ্গ্রে, ঐগী তুং ইল্লকউ।" অসুম্না মখোয় অনি ভদ্রকালীগী মন্দির তন্না লাকখি। লম্বীদা লৈরগা অকুং-অতোং কয়া চমন্না হেক-হেক তাকই। খরা চৎলবা মতুংদা মন্দির য়ৌরে। মন্দির ময়াগী চিদায় অমদা মখোয়নি তোঙান-তোঙান কন্নখ্রে মতুদগী মুংতিগী মতৌগুম্না—"পলেম-মানবও, পম্বৌও! নচা ঐবু থৌজালবীয়ু। নচা ঐবু মুংশিবীতুনা পৈশা অমা-অনিদং পীবীয়ু।" অসুম্না মখোয় অনিমক মহৈ-মহৈ মানা মানা থোকপা লাওতুনা লৈনখি।

মুমিদাংবাইরম ওয়রবদা মখোয়নি মফমতুদগী হৌগৎতুনা চংনবা তৌরম্মী। ওসিদি মখোয়নিমক পুক্নিং মকা লামলম্মী। মুতিগীদগী ওসিনা খরা হেন্না ফংই।

"নংগী পৈশা কয়া ওই?" চমন্না হংলকই।

"হোরেন অা য়ৌরগা হায়গেদা।"

অসুম্না মখোয়নি বারী শানা-শানা লাকপনা মখোয়গী মুতিগী ফমফম তাদু য়ৌরক্লে। জমনিনা অঈং-অশাগী হুকচাংদা ফাওরিবা চাং য়েংলগা হায়রকই—"হৌজিক ফনা য়াম্না থেংলবা মাম্নে।" মাগী পুক্নিংদা চিংনরম্মী—মতুদি চমন্না মাবু করিগুম্বদা অরাপ্পা লম্বী অমদা পুরগা হুন্দোকপীরমগত্রা হায়না। মরমসিনা মানা মাগী থোংথাং থুদিংদা মুতিগী মানা চৎপা লম্বী অতু থেংনত্রা হায়না য়েংলম্মী।

তাঙ্গা অহুমক্কদা চমন্না হায়রকই—"সে নংগী মুতিগী চৎপা লম্বী অতু য়ৌরে। মসিদগীদি নথম্না চৎখিবা ঙম্নগনিদনা।" জমনিসু মাগী

লম্বী অদু হেক থেংনবদা খংহৌদনা মুংঙায়বা অমা ফাওরম্মী। লম্বী অদুদা মানা মুতিগী চৎপগী তারিবা খোংথাফম অদুনা ঙসিসু তরাম্না শুক্রবগুম তৌখ্রে।

জমনিনা মাগী মায়গৈ তম্না চৎকে ভৌরকপা মতমদুদা চমম্না হায়রকই —

"নংনা লৈরিবা মফমদুবু কয়া য়াম্না লাপ্লগে? করি মমিং কৌই? য়াম্না মুংঙায়ত্রগা ঐগীদা লৈরুসিদনা। ঐগী লৈফম অদুদি অতোপ্পা মী নত্রগা পুলিসককা য়োবা মফম নত্তে।" চমনগী ৱাহৈশিং অদু তাবদা জমনি হকচাং পুম্বা হরাও তুজুংখিবা খংহৌদে। অদুবু মহাক তুমিন লৈখি। জমনিগী তুমিন্না লৈবা মতৌ অদু উরগা চমম্না অমুকসু হায়রকই—"য়ারবরো চংলসি।" "ঐগী লৈফমসু অদুম য়াইদা।" জমনিনা হায়রকই।

মাগী পাউখুম অদুদা চমন পেল্লমদে। মরমদুনা মহাকসু তুমিন্না অদুম লৈরে।

মফম অদু ঙহাক মুংশিংকাওবা লেপ্লগুম তৌখি।

অদুবু ঙহাক লৈরগা অচিকপদু থুগায়দুনা চমম্না অমুক হায়রকই— "নংনা য়াত্রবদি ফরে, তৌবগীদি মফম অদু ফনা ফবনি অদুবু নংনা য়াদ্রবনিনা চংলো।"

জমনিনা চমনগী মুংঙায়তবদু খংলম্মী। ঙসিদি মহাক মখোং অনি য়াওদ্রবা খোঙ্গেলতনা মাগী শক্তম লাকশিঙবা অদুগুম্বা চমনদুবু থাদোক্লুনা চৎপা ঙমদ্রে। ঙহাক তুমিন্না লৈরবা মতুংদা অমুক হায়রকই— "হয়েংদি লাকনিদনা।"

"নংনা ঐঙোন্দা চৈরায়দ্রা?"

"অদুম হায়না করিগী হায়রিবনো। ঐনা করম্বা কান্দা চৈরদনা?" শাওশিন্নন খুমলকই জমনিনা।

"ফরে চংলো," নোক্লদুনা চমম্না হায়রকই।

জমনিনা চৎপ্রবা তুংদা চমনসু মহাক্তী উখাগী মুমদু কনাগুম্বা অনা লৌখিরমগত্রা হায়বগী মতাগুম খোংলৈ থুনা লাক্লম্মী।

কাপেন ওইবা মরম্না মথোয়নিমক তুমকমগীদমক্তদি থোয়না বানদে।

হৌজিক্তি জমনিগা নুমিৎ খুদিংগী মকমতুদা ফম্মিন্নৈ, অদুগা মরক মরক্তা বারাং শায়।

নোংমা জমনিনা—"পৈশা খরা পীবীয়ু, পলেম-পান্থৌ মানবও।" হায়না লাওতুনা লৈরিবৈদা, খংহৌদনা মাগী তেঙ্গোং মখোল থোকখি। জমনিনা মখোল অদু তাবদা মখুৎনা মারতুনা য়েংলম্মী মতুদা মুং মচা অমা পেংনরম্মী। মতু উবদা চমম্না কম্না নোক্লম্মী। চমম্না নোকপদু তারগা জমনিনা শাওনা মুং অদু চমন্দা থারতুনা হায়রকই—"হিংচাবসিদি।" অদুবু চমনদি অদুম নোক্তুনা লৈরম্মী।

ওসিদি জমনিগী ভীক্ষা হাপ্পা পাত্রদু ইহাং হাংলম্মী। নুমিদাংবাইরম য়োরক্লদা মাগী তেঙ্গোং অদুদগী পৈশা অদু লৌখৎলগা মহৌশাগুম ফীজিন্দা কিশিল্লম্মী। ওসিদি মাগী মায়থোং অদু ইমক মকশিনবগুম ভৌরম্মী। মতম অদুদা চমনগীদি লুপা অনিমুক শুরে।

"মতম ওইরে চংলসিন্না?" চমম্না হংই।

"ফমখোবা" কনাগুম্বা থৌজাল হৈবা মী অমা লাকপম্ম য়াই।" জমনিগী নুংঙাইতবতু চমন খংলম্মী। তাঙ্গাতুদা জমনিনা খোংউপ মখোল অমা তারতুনা হায়রকই—"ইমা-ইপা শকপা-ও মীৎভাংবা ঐবু খরা মুংশিনীয়ু, পৈশা খরা পীবীয়ুবা।" খুদক অতুদা মাগী তেঙ্গোং অদু মখোল থোকপদু তারগা হায়রকই—"পুন্সি মুংশাংনা পান্নু, ইনাক খুনবা ইবুংঙো, ঈশ্বরনা শাগৈ চাওহনবা ওইসনু।" হায়রগা মায়থোং মকা লাম্না তেঙ্গোং অদুদগী পৈশা অদু লৌখৎলম্মী।

"জমনি! লোয়নবী য়াওদন করম্না শাগৈ চাওগনি অদুনা শাগৈ চাওহনবা ওইসনু হায়বগী মতুতা 'ঈশ্বরনা মুপী পীবিবা ওইসনু" হায়য়ু হায়রগা চমম্না কম্না-কম্না নোক্লম্মী!

জমনি ভাগ তারক্লম্মী। খোংউপ মখোল অদু চুম্না অদুম চৎখিবনি। চমম্না শোয়দনমক ভৌবা ওইরমগনি হায়বা খংলতুনা হায়রকই—"নংগী পৈশাসি লৌশিল্লসে।"

"পৈশানা কৈদৌননি? ঐদি নুপী ফংজরো হায়বা বর অহূদা পাম্মী।"

"মতুম্ন ফংগনি সে।" পৈশা পায়বা মখুত্তু থাংগৎলগা হায়রকই।

"দান পীগ্রবা পোৎ অমুক হন্জিনবা হৌনদে।" চমম্না হায়।

"এ লৌদবা য়ারোই।"

"য়ানবা অমগী মথাদা লৌগনি।" চমম্না খরা চংশিল্লগা হায়রকই।

কনা—থেংজিল্লক্লবহুফাওবা মখোয়নি ৱারী শারি। মতম্না কনাবুস্থ ভায়দনা চৎলি। মালেম শিন্থুংনা মমশিনগ্রে। মখোয়নিগী ৱারী অহু মরক-মরক্তা হেক-হেক লেপ্পী। চমম্না করিগুম্বা খরা হায়খিবগুম তৌই।

"করি?" জমনিনা খোরাংনা হংলকই।

চমন মরেংবান্দা মখুৎ থম্লগা হায়রকই "নং ভসিদি ঐগী য়ুমদা অতিথি ওইবীরো।"

"নং ওইনা ঐগা লোয়ননা চৎসিদনা!" ভহাক খল্লগা জমনিনা খুমল্লকই।

"জমনি, নংগী মকম অহু ঐগী অহুগুম্বা ওইরমলোই। ঐগীদি মকমসিদগী পংলাপ লাপ্পা নত্তে। য়ুম পরেংসিদগী খয়া চৎলগা অহাংবা মকম অমা লৈ; মহুদা নীম পাম্বী অমম্ন হৌই। মকমহুদি তুমিৎ ফাওবা পাইদে।" ভহাক তুমিন্না অমুক নৈরুরগা—"ভসি য়েংথোক্লগা পামজ্রগদি হয়েং চৎকম্ন।"

জমনিনা ভহাক খল্লগা হায়রকই—"ফরে চৎলসি" রাইহ অহু তাবদা চমনগী থম্মোয় অহু তনিক-তনিকপগুম তৌই। নুংভায়বগী ভমথৈ লৈখিদে। কনাগুম্বা ভক্ত অমগী য়ুমদা ঈশ্বর মশামক লেংশিল্লকপহু মভায়।

মখোয় অনি তুংথ মাংথ লাকমিল্লরে। খরা চৎলগা চমম্না "ভাইথো বোরা খর লৌরুখিগে। নং অসিদা অসুম লৈরম্মু য়াম্না থুনা হল্লকে" হায়রল্লগা মনাক্তা লৈবা হোটেল অমদগী বোরা খরা লৈরগা অমুক জমনিগী মনাক্তা লাকখি।

"লাকও ঐ মাঙ থাগে" হায়না চমম্না হায়রকই। জমনিস্নু চমনগী মতুং তপ্পা-তপ্পা ইল্লকই।

চমনগী থুম য়ৌরে। থুমগি মালেম্না অমুত পীৎক্লনা য়োকপা প্রকৃতিগী নৌরবী লৈনানা কুপ্পা, মতম পুম্নমক্তা কৌয়ৌহনবনা মোমোন নোক্লনা শান্নবা অমদি অনাবনা কিহুনা চেল্লবা অহুগুম্বা নীম পাগী অমগী মথানি মায়গৈ মরিমক্তা হাউলিবা লমহাং অহুনা মাগী মাঙ্গোলনি।

মতম চুপ্পদা থাহুনা লৈরবা উকুলগী সৈজাহ্নদা ফম্নগা চমম্না জমনিদা য়েংলগা হায়রকই - "ফম্মু।"

অহুদগী মখোয়নিনা বোয়াগী ময়োমহু খোক্লনা চানিমে। ভসিদি জমনিগী পুক্লিংদা ইনৌ-নৌই, চানিংবা পোক্তে। অহুবু বোয়াগী মহাউ অহুনা থরদি চারম্মী। বোয়া ময়োম অহুদা মখুৎনা মারহুনা হায়রকই— "নংবু চারিব্রা-চাব্রব্রা ?"

"চাই-চাই।" জমনিগী মখুৎ শোক্লা বোয়া লৌথৎলগা চমম্না খুম্লকই। ভসিদি চমন্দ্র পোকপগী মহৈ য়ানবগুম থল্লমী।

ভহাক লৈরগা জমনিনা হায়রকই—"চিম্বিবসিদি ! বোয়াদি মচিস্নু লেঙদনা" "নস্তে-নস্তে ঐস্নু চারিবনি।" হায়রকই - চমম্না। মহু ভাবদা জমনিনা য়াশকউ হায়রকই। চমম্না তুমিম্না লৈখিবহুদা—জমনিনা "সে নংগী তংথায়সিমা অহুগা 'সিনা ঐগী শরুক।" হায়না চমনগী মাঙলোমদা অয়াম্বা শরুক ইনশিল্লমী। অহুগা মাগী মাঙদনা বোয়া অনি-অহুমদং থমহৌই। "নংগীদি য়ামদেনা।" চমম্না খুম্মী।

"ঐদি কয়া চানিংদে" জমনিনা খুম্মী।

চাবা-থকপা লোয়রবা মতুংদা লাপতক্লা লৈবা টৌটি ঈশিংহুগী মনাক্তা চমম্না জমনিবু পুখীরম্মী। মবানিমক ঈশিং থরুগা হল্লক্লে। অহুগা ফনা থেঙবফাওবা বারী-বাতাই শাম্নমগা তুমথহিরম্মী।

হুমিৎ অহুদগীদি মখোয়নি ফীজিগী পৈশা পুম্না পামিম্নহুনা লৈতলাইরা তামহুনা পানখি।

নোংজুখা লাক্লমী। থুম হোংবনা করবরা থম্লকই চমন।

"নং হুম লৈরম্মু, ঐ মফম চাবা অমত্তা য়েংলুগে।" হায়রমলগা চমন থোকখি।

"য়েংঙোয় পংলাপ লাপ্পা চংখিগনুকো। বানি, থুন হল্লংউ" হায়না জমনিনা পাওয়েল্লম্মী।

চমন য়ুম খিবদা থংদোকখ্রে। মানা য়ুম য়োরকপদা হুমিংস্তু ময়ুম চঙখ্রে।

চমন্না হায়রকই—"জমনি নংগী পৈশা কয়া লৈ? ঐগী পৈশা অনিদি লৈ। ঐখোয় চাক অমস্তুং হন্বায় চাদবা কুইরে। ওসিদি য়াম্না চানিংলেরে।"

জমনিনা মাগী ফীজদগী পৈশাতু লৌথোক্লগা চমন্দা "সে কয়া শুবগে য়েঙউ।" হায়না পীরম্মী।

অতুদগী মখোয়নি হোটেল অমদা লাক্লে। হোটেল অতু য়োরগা চমন্না লুপা মচা অমদা—"ইবুংঙো লুপা গী চাক থরগা হন্বাই থরগা পীবিয়ুবা।" হায়রকই।

থৈহাক লৈরগা নিপামচাতুনা চাক থরগা হন্বাই থরগা পুথোক্লগা পীরকই। মতু উবদা চমন্না হংলকই—"অসিনা লোইরব্রা।"

"লৌশিনবা ওইরগা লৌরা, লৌরাইদবা ওইরগা চৎলো। য়েংউনে কয়াদা শক্কথ্রবনো—থরা পীবিদ্রিবা অসিনা ফরে খল্লনা—য়াম্মী য়ামদেকগা হায়রিসে।"

চমন দোনা পায়বা মখুত্তু তিংথোক্লম্মী। "হাই পৈশাকা লৌরব্রা?" হোটেল মপুতুনা হংলম্মী।

নিপামচা অতুনা পৈশা হান্না লৌরে খুমলম্মী। অতুদগী চমন্না জমনিগী মনাক্ত লাক্লে।

লোংলিক তাশিন্দনবা দোনাতু কীজিনা খুবজিল্লিবী জমনিদা চমন্না হায়রকই—"তাশিনসনুনে, থন্না য়ামখৎনবা। অতুগা থরতুসু তু লাক্লুনা হৈদোকনিকো।"

ফল্লাং অমদা লিনগী মকোক ফন্দোকপা মাননা লুকথরিবা উপাধ্বী অমগী মথাদা লেপ্লহুনা চমন্না হায়রকই—"ফম্মু, মফমসিদি নোংলিক অমা ফাওবা তাবা নত্তে।"

"য়াম্না ফজবা মফম থনবা হৈদা ইকং-কংই।" ফমথরগা জমনিনা হায়রকই।

"ঐদি হাকুমগী নোংজু থাহুস্থ মফমসিদা লেল্লি।" জমনিগী লেংজুম পায়হুনা হায়রকই। মথা অমুক তারকই—"অহুবু মতম অহুদদি নঙদি য়াওখিদে" অহুনা অমম্বা অহিং কয়ানা ঐবু চিকদবগুম ভৌরম্মী।

অহুদগী মথোয়নিগী মমাংদা দোনাহু থম্নগা হরাওনা চামিন্নরম্মী।

চাবা থকপা লোয়রবা মতুংদা জমনিনা হায়রকই—"নঙ ফল্লাংলোম থংবদা তুম্মু।"

"হুঙ নঙ অসোমদা তুম্মু।" চমন্না হায়। অস্থুম্না ঙহাক ঙাঙনরবা মতুংদা জমনিনা ফল্লাংলোমদা অহুগা চমম্না মপান থংনা তুমখ্রে।

দিবালীগী মতম য়ৌরক্লে। মহৌশাগী শেল নিফম অহুদা জমনিবু থমম্নগা চমম্না অরাপ-অরাপ্পা মন্দিরদা চংতুনা হুংঙায়-য়াইফবশিংদগী পৈশা নীরম্মী। অফংবা পৈশা থরহুনা অহাও-অথুম লৈরগা জমনিদা পীরম্মী।

"নঙ-চাও।" জমনিনা হায়রকই।

"ঐদি চারক্লে নঙগী শরুক্তি হায়হুনা পুরকপ ন।" চমম্না হায়।

"য়াদে চারবস্থ অমুক হম্না চাখো। হুমাইনা ইথন্তদি ঐ চারোই।" অস্থুম্না চমন্দু তঙায়ফদবদগী থম্না লৌরগা চারম্মী।

"ঐ নঙবু য়াম্না মুম্না খঙভি। অহুনা হয়েংদগীদি নঙ চৎলম্ম। হুমাইনা হুম চৎপদা গাড়ীনা থেংবীরমগনি। অসিগুম্বা চান-থরুবশিং অসিগী মহাউহুবুদি লৈ-সিদা খঙহনবীরে অহুগা ফংবদি ফংহনবীদে ঈশ্বরনা।" জমনিনা হায়রকই।

"হুংতিগী পৈশা কদায়দগী ফংগনি, কদায়দগী হুমাইনা চাগনি? ফংত্রবস্থ বেরা লৈতে! খজিকুংবু ফংলবস্থ মহুনা ওকুবা চারেদনা, দেবালীস্থ লোইখ্রে।" চমম্না হায়।

নোংমা সুমিদাং অমা ঈংবা হেনগৎলকপদুনা নাকন্দা তুম্লিব জমনিদা চময়া হংলম্মী "জমনি পৈশা কয়া লৈ?"

"লুপা অনিমথাই। অচোইনা থরম্ব য়াওরি। করিগী হংজিবনো?"

"হয়েং কৈথেলদগী কি শেৎনবা অমগা ইল্লবা অমগা লৈরুগে ভৌবনি। জমনিরোমদা য়েংলগা মথা তারকই—"য়েংউ নওগী ফিদো মচেৎ অমত্তা কাওবা মপুং কাদ্রে।"

"নওগীদি কয়াম ফম্লদনা?" হীগুনা লৈরিবা চমনগী মশাদা মখুৎনা নাল্লহনা, জমনিনা অমুকম্ব হায়রকই "মসিদি কিশি কী-কীদুনা য়ান-য়ানবা শুম চংনহনবগী বানিনা।"

"ঐগী বানা অমনি।"

"য়াদে, পুবরুবদি ...মনিমক্কী পুরকদবনি, নত্রবদি ঐদি শেৎলোই, হায়জরিবসিনি।"

হেনগৎলকলিবা অইংবগা ঈরোয়ননা জমনিগা চমনগদু সুমিৎ থোকত্রিডৈদগী সুত্তিগী মকম অদুদা লাক্লগা ফমলিবদো লাই তোংবগুম নীকলম্মী। অদুবু নীক্লা-নীক্লা লাউবা হৌরকই—"থৌজাল হৈবশা থৌজালবীয়ু।" অদুবু থৌজাল হৈবশিংদা অসিগুম্বা মতমদা ফুরিং-খাওদগী খুং লৌথোকপা পামদমানে তুমিন-তুমিন অদুম চংনখি।

থবরয়োনবদু অঈংববু শীংনরদুনা কল্লা-কল্লা লাওরম্মী—

"মকম অয়াম্বদা উন তারে। মহৈ-ময়োং লোইনা মাও তাকলে......।"

"ওসিদি শাখিনা ঈংঙি জমনি। পোমক্রী শেগাইবা শেৎলী হায়বদু মওাই মচুং য়োনা ঈংঙি। 'সিদা ঐগী নাক্তা চংশিন্নরুগা ফম্মো।" ঈংবনা চিংশিল্লবা চময়া হায়রকই।

"কদায়দগীনোদা পৈশা থরা-থরা পীনিংলমদু কাওবা পীবিরক্রোই। য়ায়া ঈংবা ওইরবদি সুংশাদা থোক্লগা ফম্মদনা। হৌজিক্তি সুংশাদু থোক্লবনি।" জমনিনা হায়রকই। অদুদগী চময়া মশাদা য়েংলিবা সের মরিমথাগমুক লুম্বা ফদি-ফরাগী পোমক্রীদু লৌথোক্লগা হায়রকই—"সে পোমক্রীসিদু পাম্বশিল্লোসে অদুদি।"

অস্থুম লৈসন্নুসে। অসিদা মুংশাংদা ফমজুগে হায়রগা চমন ঙপ্পা-ঙপ্পা চখোরক্লে। ঙসিদি মাগী মথুংতু চাং পুবা ওমদবগুম ঙৌই।

মুমিদাংবায়রম ওইশিল্লক্লফাওবা চমনগী ঈংখন্না হল্লমদে। জমনি চিংনবা কাওরকই। "লাইহৌগা হৌ-লাকপ্রা?" হায়না চমনগী মশা পায়হুনা য়েংঙি। "হে রাম! অঈংবা মুম থাংহুনা লৈরিবা করিগীনো? নশাসিদি লাইহেৌহৌহুনা মৈ-হৌথৈ শারে হল্লসিসে।" হায়রহুনা মখোয়নি মুক্তিগী লেককম অহুদা হল্লক্লে।

"সিদি চুম্না মুম ঙৌবনিদা।" জমনিগী শককম হনজিনবহু উরহুনা চমন্না হায়রকই। "চুম্না মুম হায়ববু করিনো! সে পোমফ্রীসি লৌশিল্লু অহুগা অহু শুপচিন্নগা তুম্মো।" জমনিনা হায়।

য়ানিংদবা উৎপা মত্তাং চাদবা ওইনা ঙৌহুনা পোমক্রী অনিমক শুপচিন্নগা ফক্লাংদা নপশিন্দুনা নিক্লা-নিক্লা হীপথরম্মী।

মরক-মরক্তা জমনিনা অমুক-অনিংক হংঙি "ঈশিং-মাইশিং থকপ্রা? সোমদা পুরকউরা?"

"পুরক্তু।"

চমনগী মশাহু ঙল য়াইবা য়াবমুক শারম্মী। জমনি মাবু ফক্লাং নগা হীপহল্লগা পোমক্রী অনিমক শুপচিনবীরে অহুগা চমনগী নাকল অদোমদা অহিং মীংশেল থাঙহুনা মাগী মশাহু ওমশিনবীরম্মী।

"জমনি, নোং ঙাক্লে, নঙ চংলো।" নোংঙাক্লকপদা চমন্না হায়রকই।

"নঙবু মুমাইনা মুম থাদোক্লগা?" জমনিন হায়। নঙ চংলো জমনি। ঐ সিদা মুম হীপহৌগে। ঐ করিম্নু ঙৌরোইদা। ঐগী বানা অমনি, নঙঙু করি চাগদগে? অহুগী মথক্তা নঙদি ঙরাংদগী করিগুম্না অমত্তা চারকত্রিবনি চংলো।" ঙহাক্কং ওইরবস্নু থোকউনবা বম হায়রম্মী।

অরেম-অপা থরহুমা করিঙম্না পোমক্রী কি লৈথোকলমত্রবদি জমনি শেল নীবা চংলমলোয়দবনি, অহুগীম্নু মথক্তা পুক্লবু ইকাই-ইকি থঙত্রা? মানা মুম ফমহুনা লৈরগস্নু কৈদৌননি? হীদাক লাংথক ঙৌদোবা, য়াইবী খোংগীদনা সেবা ঙৌদৌম্নু লৈতে। অহুম ওইনমক

মাগী পুক্লিংনা মকমহু থাদোক্লিংদে। অদুবু কাইনথংদা চমন্না ঙাংবা লেপমন্ত্রবহুদা, "য়েংঙোই কোক খুমজিল্লগা অদুম হীপউকো। ঈশিং থক্লিংলবসু নঙগী লুখুমহুদা তেঙ্গোংতা ছাপ্লগা থমলিবনি।" হায়রম্নগা জমনি হৌগংলগা সুমিৎ খুদিংগী কন্থা মকমহুদা চংলম্মী। পুক্লিংনা চমন্দা থম্নগা চিন্দি সুমিৎ খুদিংগী ওইবা মথৌহুদা চংথরম্মী। "ইমা ইপা ওইবশিং, মীৎতাংবীসিবু থৌজালবীয়ু।" অদুবু পুক্লিংদি মীগী খোঙথাং তাবা নত্রগা য়ারী শাবা তাবদি চংখিদে।

পংকুই কুইদে, খোঞ্জেল অমা তারকখি "মীৎতাংবী মকমসিদগী হৌগংলো......" কনানা কনাদা হায়রিবনো জমনি ভাব তারমদে। মাদি সুম লাওহুনা লৈরম্মী। "কনাগুম্বা থৌজাল হৈবা.........." য়াংই মপুং ফাখিদে। "মসি হায়বা ইন্দেনহে ! মফমসিদগী হৌগংলুনে।" খোঞ্জেলহু য় ম্না নক্না তারম্মী ! খুড়া পুলিসনি হায়বা জমনি ভাব তারে।

"সাহেব ! মীৎতাংবীনি। নীরগা পুক থঞ্জবনি। য়ারৌবীগনু। করিগী ঐবু মফম ··· অ ···।" "হে হৌগংলু মফম অমদা চংলগা ফম্মুচো, শোমদা গভনর সাহেব লাকনি হায়বা নঙ খংদ্রা ! হৌগংলু নংত্রবদি ফুরক্লগনি।"

জমনি হৌগংলে। য়ুমলোমদা মায় ওন্নকই। তাঞ্জাহুদা খোঞ্জেলহু অমুক হন্না তারকই—"হায় অদোমদা চংলিবহু করিগীনো সোমদা চংলুনে।"

"সাহেব ··· ··· ··· !"

"মীনা হায়বদি তাদে, সাহেব-সাহেব ভৌদনা লৈ ?" হায়রগা খুড়া পুলিসহুনা শাউনা মখুৎ পায়রগা ওন্ন-ক্তৈনবা মায়কৈরোমদা চিংলহুনা হায়রকই "সোমদা য়াম্না থুনা চংথ্রো।"

জমনি উপাই লৈত্রহুনা ওন্ন-ক্তৈনবা মায়গৈ অসোমদা চংপা তারম্মী। থরা চংপদা মঙায়রি অতোপ্পা খোঞ্জেল অমমুক তারকই— "হে, থুনা চংথ্রো।" জমনিগী য়াখল চমন্দা লুপ্লম্মী। মীৎতাঙলবা খোঙহু শকথঙদবা লম্বী মনরোমদা অদুম থাংখিরম্মী। তোঙান-তোঙানবা

...ঙ্কন্দা হুয়া হুয়া বাহে অঙমক মাগী নাকোংদা য়েশিল্লকখি। হা চংলুনে খরা থুনা।" অতোপ্পা খোঙ্গেল অমমুক "উপাই লৈজত্রবী শৌংতাওবীনি কদায়দবু চংলুগদগে?" অদুগুম্বা খোঙ্গেলদু তারগ খম্মোয় খরা হেক য়াংভি। তাঙ্গাহৌদা অমুক "ইহে, গভনর সাকপ মতম ওইরেনে।" অদুদগী মতোন্দা ওনশিল্লদুনা "চংলা-চংলে প্রপ-প্রপ চংলো .. ...।"

মচৌ অমদা তাশিল্লগা ফমগে খন্দুনা জমনি ফক্লাং মাবা হৌরকই। তাঙ্গাদুদা লৈরক অথুবা অমা থেংনদুনা চুমজিং মস্থংদা চংশিল্লকই অমুক তারকই — "কদায়দা সামদা লাক্লিবনো?" মপান থোকাত্ত চংলো।" উপাই লৈত্রদুনা অকায়বা ফক্লাংদু পায়রদুনা চংপা হৌরকই খোঙ্গেলতদি লেপ্তে "চংলো থুনা চংলো!" জমনি হাব তাব ভমাপ খল্লকই, মাগী গভনর হায়দুবু করম তৌবা জাংনোনে (কমাইনা তৌব মীওইনোনে) মফম খুদংমক্তা খুডা পুলিস লৌরবাসিবু অদুগা থৈন মাগী কারি অকায়বা তৌগদৌরিবা?" খোঙথাং খুদিংগী চমনবু থোইন হেন্না নিংশিংলকহ। মবুক্লিংদা হায়নিংঙাই লৈতনা বারকই। মাই ফিভমদুস্থ অস্থম্না তৌরমলবাদ করম তৌগনি, মা কদাইদা চংলমগনি কারি তৌবগী চংকদৌরিবা?" ভাঙ্গাদুদা চেকপন্দুনা অমুক না মীনরীরে: কালেম অসিনা ফাওবদি মাব মীনথীরোই হায়বগী আশান ভাবনা শাবা মায়কৈ অদোমদা চুমজিং চংপা হৌরকই। অতোপ্পা খোঙ্গেল অমা অমুক তারকই "অদোমদা য়েংথংবরোমদা অথুব লৈরক অদোমদা হায়াজল্ল?" লৈরক হায়াজিনফম য়োরদুনা অদোমদ হায়জিল্লগা ফনা শাংনা চংলি। অদু কান্নবদগ্গু খোঙ্গেলদু অদুম তাব "অসোমদা ফমগন্নকো মাঙদা চংগ্নো বাংলি।" অস্থম তৌদুনা জমনি য়াম্ন লুবা গুরুং অমদা চঙবঙুম চংলম্মী। খোঙ্গেল অমত্তা তারক্কে বদ মফমদুদগী নাঙ্টোকচারে খরা সুংশাস্বর খজিক হোন্দোকই। ফমথরক চমনদু মাগী ফিভম অসিগুম্না তৌরমগদ্রা খল্লুবদা মপী তারকই। উনবগী লম্বীদি থিংজিনবী হায়রবু পী শিন্ননবগী লম্বীদি থংদে

জমনিনা খল্লিবত্নু লাল্লমদে। মহাক্না চৎখিবা ওহাক লৈরগা চমনবু হীংচাবা মানবা মখুৎ অমনা নোমত্নুনা হেৎদোক্লগা হায়রকই— "হাই মুর্খ হৌগৎলুনে। হৌজিক ফাওবা তুমলিনেসে ?"

"সাহেব লাইহৌ······হৌত্নুনা ভৌবনি ! সিদ স্নুম ফমহনবীয়্ন···"

"করিনো মঙনা ঙাওলিবসিবো, হৌগৎলুনে লাইহৌ হৌরবদি হোসপিটালদা চৎলুদনা। চৎলো, থুনা হৌগৎলো"

খুড়া পুলিসকী খোঙপাকী মহাউ কয়ারক চম্না তংলবা চমন্নি। চৎনবা খৌরাং তৌরকই। মহাক নিংথম্বনা থক-থক নীক্লম্মী। লাইহৌগী মৈশাক্নুনা তুখাং-তুখোংদা মৈ হৌবগুম্মী। খুৎশাক্নুনা চৈ লৌখৎনবগী পাঙ্গল ফাউবা লৈরমদে। মাগী লৈজরবা হায়ববু পোমফ্রীত্নুগা তেঙ্গোৎতুগা মঙায়, মত্নু খাদোক্নুনা চৎপস্নু পামলদমদে। অত্নুবু খুড়া পুলিসনা অত্নুগুম্বা ফজরবা লৈতেংশিংত্নু করিস্নু লৈহল্লিংলমদে। "সে ময়ামসি লৌথোকন্টসে থরা থুনা ····· চৎলো।

চমন মনজন্দা পোমফ্রী য়ানশিল্লে। "হে রাম !" হায়রগা শিত্নুনা চৎপা হৌরকই। থল্লকই করে, জমনিগী মনাকলোমদা হেক চৎলগে, থরা লাম্নীকৈদনী কৌরগা লোয়রে। অস্নুবা খল্লিঙৈ তাঞ্জাত্নুদা খুড়া পুলিসনা হায়রকই—"হে মদোমদা কদায়দা চৎলিবনো ? লখী সোমদদি গভর্নর সাহেব লাকদৌরিবনিনে, অসোম চৎলো অত্নুগা থুনমক লৈরক অসিদা হায়জিনগ্নে।"

চমন ককচেংনা চৎপগুম অমুক চৎপা হৌরকই। খুড়া পুলিসকী খোঞ্জেলত্নুনা মাবু হন্না-হন্না তাল্লি, "চৎলো, থুনা চৎগ্নো।" অরোইবদা লৈরক্নুনা লৈশিনবদা টৌটি কোঞ্জিল পানবা চেক্না চনবা মুংকাল অমা উরত্নুনা মত্নুগী মক্কমদা লৈশিনগ্নে। মুংশাস্বর মপী হৌল্লী, স্বর চনিং চমাং শয়রে। লাইহৌত্নুস্নু শগোল তোংত্নুনা লাকপত্নু মঙায়। মশা পুস্বা চেং থৈবগুম নীক্লম্মী। মম্নিৎ অত্নু পাঙথোক্লিংলমদে। থবায় অত্নু জমনিস্নীদমক ঙাইত্নুনা লৈবগুম তৌরম্মী। মখোল খোক্নুনা, থম্মোয়দা শোল্লকই, "জমনি-জমনি" ঙাইহাক লৈরগা অমুকস্নু

য়াম্না ঙমদনা "জমনি-জমনি" হায়না কৌরকই—। অদুবু জমনিগী পাউখুমদি ··· ··· ··· ।

অদুদগীদি লাইহৌহনা মাগী খবায় পুহনা চৎখ্রে। মশাদু উতুপ ভাবগুম লৈরে।

সুমিৎ কনা য়াম্না কাখৎলক্লে। মতা হুদা খোংউপ মখোল তাংহনা হংলকই, "ইনাকখুনবা ইবুংঙো গভনর সাহেব চৎখ্রবা?" নিপা অমত্তু ওকলপ তৌই, অদুবু হংনবগী মতম লৈরমদে "হোই চৎখ্রে" হায়রকই।

জমনি হোবে-হোবে, ভুরোই-ভারোই রাথল খন্না-খন্না মানা লাকপা লম্বী অদোমদা হন্দুনা অমুক লাকই। মানা চৎনা-চৎনা শন্নকই,— চমন্দুবু করম তৌরমগদগে হায়না। নিংদোল পীং-পীং চোংবমথৈ য়ুমলোমদা খোঙকাপ লাউনা-লাউনা খাংলহনা লাকই। অমুকসু মাগী মপুক্কিংদা চিংনবা কাওরকই—"চমন্দুবু লৈরমখিদ্রা, লৈরমলরোইদ্রা?" অমুকসু মথন্তা খেমজিনজরম্মী—"কদায়দবু চৎলমগনো, লৈরমগনি; লাইৎেনা ওন খোইনা খাঙলিবা অনাবা অমবু তাংথারক্লনে? তাম্থোক্লবা তারগনু খ'য় অনকপদা লৈরমগনিদ।" অদুম তৌনা খন্না-খন্না লাকপনা কুতিগী ভুমকম অদু য়৷রক্লে। জমনিনা কৌরকই— "চমন! হো চমন!" অদুগা মখুৎনা লৈমায়হুদা কোয়মা মাহ্নুনা অমুক য়েংঙি। খেংনদে। কন্না অমুকসু কৌরকই—"চমন! হো চমন!" পাওখুব কংলনত্রবদা খস্মোয় কায়রম্মী। মমীৎ উদবগী সুংঙাইতবগী লৈনাহু ঙসিগী মমাংদা অমুক্লা অস্নম্না কংখিদ্রি। মথনাউ ফুনগৎলকই। মমীৎ উরা চেন্নকক্লে। খন্না চৎলগা য়াম্না রানা কন্না অমুক কৌবা হৌরকই—"চমন, ও, চমন······।"

লম্বী চৎপা মী অমা-অনিনা মাগী খোঙেন্দু তারম্মী। অদুবু অঙাওবী ওইরমাম্লে খন্দুনা কমিমু খন্নুদে। জমনিনা মখোয়দা চঙশিল্লগা হংই। "সুংঙায় য়াইকবা ইবুংঙো, মখোয় সারদা চমনবু লাকপা উব্রা? মখোঙ ভেকপনি, ইনাক খুনবা ইবুংঙো!" চৎখিবা নিপা অদুগী পাওখুম্নি—"উদে, খঙদে!" জমনিগী খস্মোয়দু মচেৎ-মচেৎ কায়রকপগুম

# মহাক অমসুং

ঘুঃ কেঃ কুমারন

ঐঙোন্দা ফাওরম্মী, মতুদি— মহাকী বাহৈশিং অমু কালেম্হাগী অরোইবা শরুক্তা তারকপা নোংগী মতোউম। লচ্চীরামনা হায়বসি ঐগা করিসু থোক্লবা নত্তে, অদুবু মহাকী বাহৈশিং অদুগী মরমদা থস্তদবদি ওমদে। মহাকী বাহৈশিং অসিনা ওশেংনমক নিংথম্রথাদা চুরকপা নোংগী মরক্তা শারকপা মুংশাঙুবু নীংশিংহল্লম্মী।

মানা করিগুম্বদা ঐবু উরবদি ঐঙোন্দা করিগুম্বা থরদি হায়নিংবা ফাওই অদুগা মাগী বা ঐসু য়াম্না তানিংঙি। মহাক ঐগা করিসু থোক্লদে অদুবু করিগীনো ঐনা মঙোন্দা য়াম্না নকশিল্লরিবা? মহাক লৈকাই অসিবু ঙাকশেল্লিবা মীশক অমনি। অহিংদা ঐখোয়গী ওফিসসু মহাক্না ঙাকশেল্লি। মুমিদাং ইথন্তা লৈরবা মতমদা ঐহাক্না মহাকী অমসুং লৈকাইগী মরমদা বাথল য়াম্না থল্লি।

লচ্চীরামগা ঐহাকা মতৌ করম্না থঙনখিবা নিংশিংবা থোকত্রে। মসিনসু ওইবা য়াই, মতুদি—ঐখোয়গী ওফিস অমসুং লৈকাই অদুদা মহাক্না দিয়ুটি হেক হেক তৌই। মসিনা ঐগা মাগা থঙননবগী মরমনি হায়বা তারবদি অচুম্বা নত্তে। ইচম চম্বা গোরখা মচা অসিদা করিসু গুন লৈত্তে। গেমু মচুগী কুচুনি মমিৎ অমু ইকুৎ কুংলি, অত্তনবা মানবা শকওংনি, সিনা লচ্চীরামগী অশেংবা মশক্নি। শতরংজ শামবগী অমনবা বোর্ড অমসুং জবার শামবগী অমনবা কার্ড হায়বনবু মঙোন্দা হেন্না চানগনি অদুবু অসিগুম্বা লচ্চীরাম অসিদা ঐনা কমদোনা অমুক হকচিম্না থল্লরিবা। মহাক ঐনা হায়খিবশিং অসি অমত্তা নত্তে। ইতোপ তোপ্পা অমনি।

মহাক সহরগী থোঙনাওনি। - মহাকী অমুবা ময়া ফাওনা থোরকপা খোঙ্গেলনা অহিংচুম্না সহরসি নিরম্মী। ঐবু উবা মতম থুদিংমক্তা মহাক্না ঐঙোন্দা ইকাই-খুম্নবা উৎলম্মী, অমুদগী ঐখোয় অনি বান্নী

ওহাকসু শাই। ইখং খংহৌদনা নগরপালিকানা শাবা অরাংবা যুথীদা য়াওবা ঘড়ীঙুনা পুং ১ তারে হায়না রৈয়ৎপসু য়াওই। মহাক সহরসিগী মকম পুম্নমক লোয়না খঙতি। ভশেংবদি মহাক ১২ শুবা লৈকাইসিগী চৌকিদারনি। অহুবু সহরগী অথা-থুংঙাই অমসুং ঈ-পাউ পুম্নমক লোইনা খঙতি। মহাকী মা ভাবদা ঐহাক ওকপা কয়া য়াওই।

"লচ্চৌ—নঙনা ময়ামসি কমদৌনা খঙলিবনো?"

"সার—ঐ হৌখিবা চহী ৩৮ লোমসি অহিংগী শরুক অমা ওইনা লৈয়রুবনি।"

অমম্বগী ফজবা করিনো হায়বত্তু মহাক নিংখিনা খংভি। অহিংগীসু ফজবা কয়া লৈ। লমদম অসিদদি অহিংচুপ্পা মী অমত্তা তুমদে। সহরগী লৈকাই ৪৪ সিদা লৈবা মী পুম্নমক থুংখিসদা তুমগা থুমিদাংদা খবক শুনৈ। মকমসিদা লৈবা মী লাক্ষ ৬ লোম অসি থুমিদাংবাইরম ওইরকপদগীদি অনৌবা পুন্সি অমা হৌই। হাইহেশিং অসি লচ্চৌরামনা হায়বনি। মহাক্না মসি হায়বা মতমদা মহাকী খোঙ্গেলদা তাল অমা য়াওবগুম তৌই। মহাকী মারী ভাদবা মতমদা ঐহাক কালেনগী মতৌগুম ওমচাক্কে মহাক ঐগীদমক্তা অভিয়া অমসুং অমংবা নোংগী মতৌগুবনি। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়—"সার নহাক্না ঐহাকপু থুংশিকো।"

খবরগী ওফিস অদুদা ঐহাকসু থুমিদাংগী সিপ্পা হেম্না পাম্রে। ঐনা থুমিদাংগী মতমদা অপিকপা খোঙনাঙদগী মপানগী শরুক কয়া উবা ফংই। অদুক থুংখিলদনা ভ্যাসনগী ওজা ওইবা অদুগা থুমিদাংদনা খবরগী রিপোর্ট ইছুনা লেনবসু ওম্লে! মসি নত্রবদি ঐহাক হিংবা ওম্নমদবসু য়াই। হৌজাক্তি ঐহাক অমম্বা অহিংগী ফজবসু য়েংবা হৈনরে। ঐহাকসু মমৈদদি লচ্চৌরামগী মতৌগুম্না অহিংগী ফজবা কয়াগী মায়ী অতোপ্পদা ভরবা য়াই।

অমম্বা অহিংগী পাউ কয়া ঐগী টেবলদা হেক-হেক ভাবা ফংই। মহুদগী মরু ওইবা পাউ খয়া শীবা হায়বসিম্না ঐগী ইথৌনি। মিকুপ

থুদিংগী তাইবংসিদা কদ্লি-ৼরি তৌরিবগে হায়বসু ঐ লোইনা খঙদি। ঐগুম্বা কয়িস্না লৈরম্বা অনবু মরু ওইবা পাউ কয়া পীবা ওইহল্লি লচ্চীরাম্না ঐবু। লচ্চীনা মরম ওইহুনা ঐনা সহরগী ঈ-পাউ কয়া খঙবা ঙমই। মরমসিদগী মী পুম্নমক ঐভোন্দা (ঐগী পাউদা) পুক্নিং চঙলম্মী।

নোংমা সুমিদাং অমা ইখঙ খঙহৌদনা ঐখোয় অনি মরুপ ওইখি। কর্ম্ম লুমিৎ অমসুং করম্বা মতম্মো হায়বহুদি ঐহাক নেট ভৌহৌদ্রে। অহুনা খঙবা ঙমদ্রে। অহিং নোংয়াইদা ওহর ব্রিজ ময়াদা মহাক্না পাউ হেক-হেক পী। ঐখোয় অনিগী মরুপসু মকমসিদগী ওইরম্বা য়াই। মশামত্তা, মরুপ মপাং থুদিংমকসু অম্নম্না ওইখিবা ঙাক্তনি। হৌজিক ঐখোয় অনিসু মরুপ ওইরে। নম্বর ১২ গী চৌকিদার অমগা পাউ পাবা মীশিংদা পাউ পীরিবা পাউ-মী অমগগী মরী অসি অঙকপনি। মসি খল্লুরগা ঐহাক ইথন্তা নোক্লিংবা ফাওই।

ঐনা ওফিসতগী হল্লকপা মতমদা লচ্চীহু ঐবু ঙাইহুনা লৈরম্মী। অহুদগী ঐখোয় অনি ওপন ইয়ার থিয়েটর মনাক্কী বেঞ্চ অহুদা ফম্মে। নাকল অময়োমদা সহরগী নিলখোংবা কয়া ঙারি। মহুগী মরক্তা জহাজগী হুইশেল মখোলসু হেক-হেক ঙারি। হিথাংকম অহুসু মিকপ থোক্লমালে।

লচ্চীগী মচিন্দা হায়নিংঙাই অয়াংপা লৈত্তে। মহাক্না সহরসিদা লৈরকপসি চহি ৩৮ ওয়রে অহিং নোংয়াইগী বা পুম্নমক মা লোইনা খঙদি। থোদোক-থাথোক থুদিংমকী তেংঙাম-তোঙানবা বাহৈ-বাতা লৈ। অহানবদা মহাক্কী বাহৈ-বাতাশিং অহু খঙলবদি সহরগী বা পুম্নমক খঙবা ঙমগনি। মহাক ঋাচোই ঙাংদে। অচুম্বা অশেংবা বাতমক তম্মী। মসিগীদমক্তা মাবু ঐনা থাগৎতবা ঙমদে।

গেহ থাবা লৌবুক অহুগী বারী শায়রুবদি মহাক রাম্না তাবুক ঙই। মহাক্না কনাগুম্বা অমত্তবু সুংশিদবগুম তৌই। অহুবু নোংমা মহাক্না ইথা থাজদনা হায়রকই—"সাহেবপু ঐনা রাম্না সুংশিজে", "লচ্চী কয়িগীনো নঙনা ঐবু সুংশিরিবা" ঐনা হংদি। "সাহেব অহুম.....।" মানা মথা তানা শেংনা হায়দোকখিদে! সুংশিবা

হায়বসিদি মুংশিবনি। মহাক মুংথিলদা তুম্বা মুমিদাংদা মথৌ তৌবা মুপানি। মুংথিলদা তুমদি পদ´। অমত্তা য়াওত্রবমু য়াই। অদুবু মুমিদাংদা তুম্বদি…

হিথাংকম অদুগী হাংমগী থোং অদু লাম্থোকপগা রেলগাড়ী অমদা খোংবদু তারম্মী। অদুগা নোংপোকথংবদা লৈরিবা কারখানা অদুগী সায়রেন খোংবগী মথোল অদুশু তারম্মী। তাঙ্গা অসিদা লৈকোন্দা হৌরিবা রজনীগন্ধা পাম্বীগী মুংশিরবা মনমমু নমলম্মী। অইংবা মুংশিং শিংলি। ঐথোয়না কম্লিবা মুংকাল (বেঞ্চ) অদুমু য়াম্না ঈংলম্মী।

অহিং মিংশেল থাংলুরবা লচ্চীরামগী চোকথরবা মমীং অদুদা অশেংবা, অচুম্বা পাউ তম্লিংবগী মমি অমমু তাবগুম তৌই। মহু উবদা ঐনা মঙোন্দা হংলম্মী—"লচ্চী নঙবু করি তৌরবগে? মতমদুদা নগরপালিমাগী ঘড়ীদা পুং ১ তাবগী মথোল য়েররম্মী। হৌজিক অমুক ওইগদবা পুং থরদমক মঙাইরবনি। সহর অসিবু কুপ্লিবা অমুবা পদ´। অসি পুং থরগী মনুংদা হাইদোকপগনি। ইথঙ থঙহৌদনা লচ্চীরামনা য়াম্না তপ্না ঐঙোন্দা হায়রকই—

"সার মকম অসি থুনা থাদোক্লুনা চৎপ্রো?"

"করি তৌরবগেনে?"

"লৈকাই অসিদা কনাগুম্বা মী অমা শোয়দনা হাৎকদৌরি।" মসনা ঐবু বা মখা তাইনখিদে, ঐবু থুনা চৎপ্রো-চৎপ্রোতমক হায়রম্মী। ঐহাকসু মাগী বাহু ইন্দুনা থুনমক মকমদু থাদোক্লুনা লাক্লে।

মথংগী অমুক্তা তারে, মদুদি লৈকাইসিদা মমম ১২ দা লৈবা সিনেমা মপু অদু হাৎলক্লে হায়না। মতমদি অহিং নোংমাই মতুং পুং ২ গা মিনিট ৫ তাবা মতমদনি। মতমদু ঐদি লৈকং থোং অদু লানবা লোইবত্তা তায়রমগনি।

ই অদু য়াম্না হৈ-শিংনা হাৎলম্মী। মমুমদা তুমদুনা লৈরিবা সিনেমা মপু অদু হৌদোক্লগা হাৎখিবনি। মদুগী মতুংদা মীহাৎপদু রেলরেগী ষ্টেশন অদোমদা চেনখি হায়নৈ। করিগুম্বা প্রমান ওইবা

য়াৰা পোৎ অমত্তা তাহৌদে। থৌদোক অদুদা ঐনা করিগীদমক্তা লচ্চীরামদা চিংনৰিবা, মসিমু ঐ খঙদে। অদুবু থৌদোক অদুদা ঐনা মাবু চিংনৈ। মৰমদি থৌদোক অসি মহাক্তি শোয়দনা খঙদমগনি। হায়না। মুখ্যমন্ত্রীগী অফিসতগী থোক্লকপা মতমদা ঐনা লচ্চীরামবু উরম্মী। অদুগা মহাকস্তু ঐগী লম্বী য়েংহুনা লৈরম্মী। মহাকপু উবদা ঐনা খল্লম্মী। বা করম্না হৌসিগে হায়না।

"সার, থৌদোক পুম্মক ঐনা খনবত্নমক থোকাথ্রে।" "নওস্থু যাওব্রা লচ্চীরাম ?" মানা ঐগী বা লোইনা তাদনা ঐঙোন্দা কোনশিল্লে অদুগা কপ্পা হায়রকই—"অমুম্না হায়বীগম্বু থৌদোক অদু ঐ লোয়না খঙজি। মসিদনি ঐনা খঙবা।"

"লচ্চী মখোয়শিং অদু কদোমদা চেনখ্রে ?"

"মখোয় চেনখ্রে, হৌজিক মখোয়বু ফাবা ঙমলরোই।"

মাগী মতৌদুদা ঐস্থু থাজরম্মী। মরমসিনা মথংগী মুমিত্তা ঐনা মরিকচুম্বা রিপোর্ট অমা খবরদা পীরে। লোয়ননা মীহাৎপত্নস্থু অতোপ্পা লম অমদা চেনখ্রে হায়না। অদুগা মসিমস্থু হায়রম্মী, মত্নদি মীহাৎপত্নস্থু ফংবা শুকঙম ঙমদোক্ষ। পাউসিনা সহর পুম্বা পুমনিল নিলখ্রে।

মুমিৎতুগী মুমিদাংদগী ঐনা লচ্চীরামদা থাজ্দসি অস্থুম-অস্থুম হেনগংলকই। মথংগী মুমিৎতা মহাক্লা অমুক হায়রকই—"নম্বর ১৪ দা লৈবা ভগবানদাসগী মচাম্নুপী অসিস্থু মুমিৎ খরনিগী মত্নংদা কুরানঙগনি। ভগবানদাস হায়বসি মুখ্যমন্ত্রিগী য়াম্না নকবা মরুপনি।" থংনবা মুমদগী অঙাং অমত হান্না মাঙখ্রবনি। অঙাংতু মাঙগদবগী নোংমা মাঙজোননা সন্ধ্যাদা মানা ঐঙোন্দা পাউ পীখিবনি।

"সার ঙসিদি, লৈকাইসিদা অঙকপা থৌদোক অমা থোকাদৌরি।"

ঐনা মখাতানা থোইনা হংলুদে। মরমদি কোন্না অদুম খঙলকনি হায়না। অদুবু নোংঙানবগা তারে, মরমদি—নম্বর ১৪ দা লৈবা অঙাং অমা কুরানখ্রে হায়না। অঙাং অদু মখোল ও ৱাংবা দোলান্দগী পুথরক্লগা মমাঙ গেৎলোমদা পুথিবনি। অঙাং অসি অমুক হন্না ফংবা পাম্নবদি লুঃলাক্ষ ও পীয়ু হায়খি। মুমিৎ অদুগী থৌদোক অদু মতমদুগী খ্বাইদগী চাউবা থৌদোক অমা ওইখি। খবর হায়বসিদি পাউ নোংমতং কোঙলগা লোইরে। মত্নগী মখা করিনো হায়বসি খিকদে।

"তুমিদাং লচ্চীরাম থেংনবদা ঐনা হংলম্মী। হন্দক্তি করি-করি পাউ লৈ লচ্চী—?"

"সার মখোয়গী অঙাংহু শোয়দনা হল্লকনি। মখোয়না অনুম ভোগে ভোবা মাল্লি।"

মাগী রাহু ঐ ভাবা য়াম্না ভারম্মী। ঐবু চৈবগা অন্না ওইনা ভোই। ঐনা শাওনিংমনগ্রহুনা মাগী মডক পায়রগা হংল্ডি—হায়বু, মসিদা নঙগী খুৎ করিমত্তা রাওন্রা?" "ঐসু মসিক কেস অসি খঙল্ডি, অদুবু ঐনা করিদি ভোবা ঙমগনি" লচ্চীনা হায়।

মহাক্না ঐঙোন্দা লৌগ্নিবা রাল্লীশিংহুগা খোকগ্নিবা খোদোক্লুগা য়াম্না চানল্লম্মী।

তুমিং কয়ানিমুক হোৗগ্রে। অদুবু পুলিসনা মীহাৎপগা মরী লৈনবা মী অমত্তা ফাবা ঙমদ্রে। খবরশিংনসু রাকমসি রাউথোকপগুম ভোৗগ্রে। অমম্বা তাইবংদা অসিগুম্বা খোদোকশিংসি হেক-হেক খোকপরা? হায়না ঐনা খল্লি।

অহিংগী রা নিংশিংলুবদা লচ্চীগী পুক্লিংদা মুংঙাইত্তবা হেক-হেক ফাওরম্মী। অদুগা অহিংগা মাগদি করিসু খোক্লদে।

নোংমা মা মথন্তা হায়দোরকই—নম্বর ১২ গী খোদোক্লু মানা পাঙথোকখিবনি হায়না। অসুম্না মহাক্না হায়দোরকপা রাহুদা ঐনা মাবু তুকচল্লম্মী। মহাক্না অকি-অথং লৈত্তনা মাগী পুক্লিংগী রা পুন্নমক হায়দোরকখি। অদুগা মহুগী মরম কয়াসু পীরম্মী। মসিগী মতুংদগী মাসু মীনা ভাংবা-চৈবা তুমিন্না ভারম্মী। মীনা খীনা-খীনা চৈল্লগা মোক্লম্মী। মী হায়বসিদি নোক্লবদনি হৈবা। লচ্চীনা হুরানবদু ফাবা ঙমদে। মাগীদি হুরানবা ভোগসু হায়বনি। মসিগীদমক্তা মাবু ভাং ১ দা তলব হেক-হেক পীরিবনি। নোংমা লচ্চীনা হায়—"মীরাম্না খল্লি মাসি হুর'নবনি। ভোইগুম্বসুং ঐদি খঙল্ডি কনা কনানা হুরানবনো হায়বদো। লৈকাইসিদা ঐ খঙহন্দনা করিমত্তা ভোবা ঙমদে। মখোয়না ভোবা পুন্নমক ঐ লোয়না খঙল্ডি।"

ঐগী অশাওবহু উরগা মহাক ঙল্লম্মী। মহাক মমায় লুকখৈ। তুমিন্না লৈ, ঐগা মায়োক্লবা ঙমদবগুম ভোই। অদুবু ইখঙ খঙহৌদনা

মানা থাঙ ছুড়ি অমা উৎলহনা ঐহোন্দা হায়রকই— 'রেংউ সার ঐদি মী হাৎপদা অকিবা লৈতে। ঐবু থাজদবা, ঐবু সুংশিদবা মীদি ইরাই লাইনা হাৎপা ঙমী" মাগী মতৌদুদা ঐ য়াম্না কিনা অমস্তুং ঙক্লা হায়—"কৱিনো লচ্চী… … ?"

"সার ঐনা লোয়নমক ইশেং-শেংনা হায়খিবছুনি ঐ কৈদোইঙদসু অরাববা তৌদে। অতুম ঙইনমক ঐহাক সহরসিগী ঙক্তবা পুম্নমক থঙজি। মসি হায়রগা লচ্চীরাম অতু কপকদগুম মথোল নীক্লম্মী। মহাক্না থাঙজু মথাদা থম্লগা অমুক হায়রকই…।

"সার লেঙবিথরো—।"

মতমদুদা নগরপালিকাগী মড়িদা পুং ১ তাখ্রে। লচ্চীরামগী বাহৈশিং অতুদা য়ুক্ষম ওইরগা ঐনা মথংগী সুমিৎতুসু ভগবানদাসগী মচা অতু থুনা হল্লকপা য়াই হায়বা হেদিং থাদুনা ফোঙলে। খবরসিনা ফোঙপ্রবগী মথং সুমিৎতা ভগবানদাসগী মচাসু লৈকোন্দা লৈরমলে হায়না বা-য়া লাঙনখি।

অসুম্না ঐনা পাউ য়াম্না থিরগা অচুম্বা রা ফোঙদোকপা অসিদা মীয়াম্না ঐবু য়াম্না থাগংশীরম্মী। থোৗদোকসিগী মতুংদগীদি লচ্চীরামবু অমুক উবা ফংখিদ্রে। মানা ঐহাকপু শাঙপ্রবরা, নত্রগা সহরসি থাদোক্লুনা চৎপ্রবা অাৎলা? খঙদ্রে, মাবু অমুক হন্না উবা ফংখিদ্রে।

সুমিৎ খরনিগী মতুংদা নোংমা ইথং শংহৌদনা ঐনা মাবু উবা ফংখি। মাসু ঐবু ঙাইরম্বনি। মহাক্কী মায়থোং ইমক মকশিল্লম্মী। মাগী মতৌদু উবদা ঐনা হংলম্মী—

"লচ্চী করি তৌরে? নারবরা?

"নাদে! সার ঐহাক সহরসি থাদোক্লুনা চৎপা ত্তারে।"

"করিগীনো নঙবু সহরসি সুংশিপ্রবরা?"

"নত্তে সার, ঐহাকী খ্বাইদগী নুংশিবা মী অমা হাৎকদৌরি। মরমসিনা ঐহাক সহরসি থাদোক্লুনা হান্না চৎচপ্রগে।"

# অওনবা

## নাঃ পার্থসারথী

কারসেদংগা কার থম্লগা ড্রাইভর অতুনা চংলবগী য়াথং লৌবা মাগী মনাক্তা লাকপা মতমদা মথুংতা চু মতেক অমা, য়াইঙং মনাও থরা অমসুং লকোক্ত লফাং অমা পায়রম্মী। মহাক্না—"সার হয়েংদি কুম্মেনি।"

"অতুদ নঙ লাক্লরোই হায়রিবরা ?" হায়না মহাক্না হংলম্মী। মসিদা ড্রাইভরহু থরা ইকাইরপ তৌবগুম উই। মহাক্না মনি বেগতগী লুপা ১০/- লৌখোক্লুনা পীরগা হংলকই—"নঙগী নচা কয়া লৈরে ?" অসিগুম্বা বাহং অসি ঙাসিফাওবা মহাক্না কনাগুম্বা অমত্তদহু হংখিদ্রি। বাহং অতু তারগা ড্রাইভর অতুনা ইকাইরপ তৌনা খুমলকই—"অঙাং অনিনি !" মহাক্না মখাতানা হংলকাথগদ্রা হায়না ড্রাইভরতুনা খঙংনি। অতুবু মথাদি তারকখিদ্রে। অতুদগী ড্রাইভরহু ময়ুমদা চংখ্রে।

ইংখোলগী লৈকোন্দা গোরখা অতুনা চংপগী মখোল তারম্মী। মহাক্না য়ুমসিদা লৈরকপদগী নোংমত্তসু মথন্তা লৈবা ওইবগী মুঙাইতবত্ত ফাওখিদে। টেলিফোন লাকপসু গোরখা অতুনা হেক-হেক থংগৎলি। মহাকপু পামজবা-তুংশিজবা ময়ামগী অকিবা লৈবদগী মহাক্না টেলিফোন থক থাংগৎতে। য়াম্না লুবা থবক নত্রগা মানা রারী শানিংবা ওইরগমা গোরখা অতুনা মাবু হেক-হেক কৌশিল্লি।

চাক থোংনবা লৈবী মুপী অতুসু ঙরাং ছুটি লৌহুনা চংখ্রে। হৌজিক মা লাক্কদবা মুমিৎ ১০ নি মুক বাৎলি। অতুগা বিঃ এঃ পাস তৌরবী মাগী সেক্রেটরী মুপী অতুগীসু হয়েং লুহোংবনি। মহাক লুহোংথবা মতুংদা থবকসিদা অমুক হল্লকত্রা নত্রগা হলক্ররোইদ্রা হায়বা ঙমদে। মাগী লুহোংবত্তুদা মহাক য়াম্না চংনিংবনি। অহবু ইকায়বদগী চৎপা ঙমখিদে। করিগুম্বা লুহোংবা মতুংদা মানা মাগী মুপা পুহনা লাক্লবদি অচৌবা পার্টি অমগা লোয়ননা মথোয়বু তরাম্না ওক্কে খল্লি। অহবু মখোয়না লাক্লবদি কমদৌবা ?

মখোয়না করিগুম্বা লাক্লবস্থু পংকুই কুইমা লৈগনি হায়নদি খন্দে। মাস্থ মপুরোইবগা লোয়ননা চংখিবা তাবনি। করিগুম্বা মানা তশেংনা চংগ্রবদি অনৌবা থাজবা য়াবা সেক্রেটরি অমা থনবা তায়।

চহি ৩৮ গুরবী সিনেমা য়াওবী সুপী অমনা নৌনা লুহোংলবা সুপা-সুপীগী পুক্লিংগী য়াথল অহু মুম্না খণ্ডবা ঙমগত্রা? সেনিমাদদি মহাক্না করিগুম্বা মতমদা কন্থা, করিগুম্বদনা মৌ অনৌবী অহুগা কপ্রি করিগুম্বদা মমা ফাওবা শাবা য়াওগ্রবনি। অহুবু মহু পুম্নমক লীলাগী অভিনয়নি লীলানি। অশেংবা পুন্সি হায়বসি লীলা ওইরবস্থু লীলাদগীদি তোঙানি। সি চুম্না লীলাগুন্না হেক্তা থনবা য়াদে। লীলানা লীলানি, পুন্সিনা, পুন্সিনি।

বাফম অসি মহাক্না য়াম্না মুম্না হম্না-হম্না খল্লে। অহুবু অনিসিগী থেমংহু পুথোকপদি ঙমদ্রে। অহুগা মান্নৈ, অমত্তনি হায়না লৌবস্থু য়ানিংদে। থনবমথৈ খল্লগা তাব তাবা ঙমদ্রহুনা ইমুংদা চত্তলগা ফমুংদা হিপথপ্রে। অহুদগী মনাক্তা লৈরিবা বার্ত্তনশিং অহু ফাক্তোক্লুনা য়েংলে। ময়ামহুগী মহুংদগী হায়রিবা লুহোংবগী বার্ত্তন অহু লৌথোক্লগা তোঙান্না থমলে।

মিঃ ১ চংদবা বার্ত্তন অহু পুং কয়া চংনা হম্না-হম্না পাহুনা য়েংহুনা লৈরে। অহুগা অমুকস্থু মহু থম্লগা য়াথল থন্দুনা লৈ।

বার্ত্তন অহু হম্না-হম্না পাক্লবদগী মাসমাদ খণ্ডলে, মহুদি মাগী সেক্রেটরীগা লুহোংলিবা সুপা অসি যোম্বেদা থবক তৌবনি হায়বসি। ময়মসিনা মোংমা নত্রগা নোংমদি মহাক থবক থাদোক্লুনা মপুরোইবগী তুং ইন্দুনা চংখিবা তাবনি।

মহাক্না প্রাইভর অহুদা কৈদৌঙৈদনু— "নঙগী অঙাং কয়া লৈরে?" হায়বা বাহং অসিগুম্বা অমত্তা হংখিদ্রি। অহুগা হৌজিক মহাক নিংঙমদবস্থু ফাওরে। মানা করিগীদমক অসিগুম্বা বাহং অসি হংখিবনো হায়না। প্রাইভর অহুনা ইকায়-ইকায় খুমথিবা পাউখুম অমসুং মতমহুদা মানা ইকায়খিবগী শকফম অহু হৌজিকস্থু মাগী মাংদা অহুম লৈল্লি।

লৈকোন্দা থাল্লিবা থাউমৈশিং অসু গোরখানা মথং-মথং থাংগৎলকপসু মহাক্না উরম্মী। মুমিদাংগী পুং ১০ হেন্না তাপ্রে। মহৌশাগুম্বা ওইরবদি হৌজিকসি গোরখা অহনা লৈকোনগী মৈ মুথৎলগা তুম্নবা শেম-শাবা মতম য়োরবনি নত্রগা নহাক্না করিগুম্বা ঙুদিওদগী হল্লকপা মতম ওইরগনা কায় থাকমগী থোঙ থিংজিল্লগা তুম্নবা হোৎনবা মতম্মি। অসুবু ওসি নোংমা-মিনিসি মহাক করিমত্তা চৎলরোই হায়না গোরখাসুদা হায়্না খঙহনগ্রবনি। ঙুদিওসু ছুটিনি। অতৈ থোইদোকপা হায়ন-শিংনবসু লৈতে। মরমসিনা মপুংফানা ফজনা পোথারগে খন্দুনা লৈরে। চাকথোংবীসুনা ময়ুমদা চৎখিবদগী মহাক্কী চান-থক্লবা খুদিংমক হোটেলদগী গোরখানা লোবা তারম্মী।

মহাক মপানগী মৈ মুৎথৎলমলগা তুমফম কাদা চংপ্রে। তুমফম কাগা হেক থংননা লৈরিবা সন্নকলোমদা ওনবা ষেলকোনী অসুগী ফক্লাংদা য়াল্লিবা গমলাগী পাম্বীশিং অসু ওসিদি ইথুই-খুইবগুম উরম্মী। মুমিং নিনি-হুম্নিদগী কনানসু ঈশিং চাইবিদ্রব্রা থল্লি। মহাক্না ঈরুফমদগী ঈশিং বালটিন অমা লৌরুরগা পাম্বীশিং অসু চাইবীরম্মী। ঈশিং বালটিন অসু থম্না পুরক্লবদি অমুক্তা অসুম ওকপা য়াবনি। অসুবু থম্না-থম্না পুরক্লুনা মতম লেম্নবা তৌবগুম উই। মহাক থবক পুম্নমক তপ্না-তপ্না তৌবা পাম্বগুমসু তৌই। লাংতক্লবা পুক্নিং অসু ফাজিম্নবা থবক থম্না তৌগে খন্দুনা হোৎনবসু মাল্লি। অসুবু থবক্তসু পুক্নিং চঙবা য়ারমদে। কনা-তপ্না পাম্বীশিংদা ঈশিং চাইহনসু মিঃ ১০ মুক্কী মসুংদা লোইরে।

মহৌশাগুম মাবু থাগৎতে (চিঠি) থারকপা ময়ামসু পায়রগা অমমম পাবা হৌরকই। চোকথম্নবা হকচাং অসু অসিগুম্বা চিঠিশিং অসি পায়রগা চোকথবা ফথিবা কয়া য়াওপ্রবনি। অসুবু ওসিদি অসুগুম্বা চিঠিশিং অসু পাক্নরগা হেন্না চোকথবা অমদি হেন্না রাখল থনহনবগুম তৌরম্মী। মসি করিগীনো? মহাক মশামক খঙলমদে।

মাবু পাম্বা কয়াদি চিঠি ইবা মতমদা মহাক্কী লৈফম থাবা কাওবা কাউহনা সেনিমা অভিনেত্রী প্রেমা কুমারী, মদ্রাস হায়না

ইতুনা থারকপস্থ কয়ানি! অসিগুম্বা চিঠিশিং অহুস্থ মানা মমিংচৎনা ফাওবী অমা ওইবনিনা অহুম ময়ৌরকই।

ওসিদি মহাক চিঠি মরি-মঙাথক পারগা অহুম তোক্লে। মসি মাগী হৈনবীগী বাংমদনি। মাগী হৈনবীদি মাগী মমিংদা লাকপা চিঠিশিং অহু লোয়না পাবনি অহুবু ছসিদি চিঠি থরসি পাবতুদা ওক্লে। পুম্নমক অরেম্বদা রাগ অমদা হম্না-হম্না শকপগুম তৌরম্মী। মতোম্দা ইরক্লিবা অয়াম্বা চিঠিশিং অসি মহাকী মথোৎ কারকপগী চুং-ফিরান চানা ফজরবা শকচ অহুগী মরমদনি। মহাকী কলা অমস্থং অভিনয়গী ফজবগী মশক থাহুনা ইরকপা চিঠিদি ইয়াও য়াওদে। মথোয়শিং অহুগী মনুংদা থরনদি সুংশি চিঠি ওইনা ইরকপস্থ ময়াওই।

চিঠিশিং অহু পাবদা মতোম্দা য়াম্না শুংঙায়তবা অরাব', চোকথবা অমা ফাওরম্মী। মসি করিগীনো থনবদা মা মশামকস্থ ভাব তাবা ওমথিদে। হম্না-হম্না থল্লি। অহুবু ভাব তাবদি মঙমন্দ্রে।

মৈ থান্দবা, অমম্বা অচিকপা মফম অমদা পোথাবা পামলম্মী। পুংথায় অমরোম থোক-থোক ওন্দুনা লৈরে। তুম্বা ওকয়া য়ারমদে। মৈ থাংগৎলগা ঈশিং গিলাস অমমুক থকচিল্লে। মহাক্লা হিপ্পা হিপ্পা মাগা সেনিমাদা থবক তৌমিম্নবা চহি ৩০ গী মথক্কী লুহোংভ্রিবী মমাম্নবীশিং অহুগী মরমদা অমুক থল্লি। মহাক্লা কলা অমস্থং অভিনয়দা মমাম্নবীশিং অহুদগী হেম্না ফাওবনি। অহুবু থাল্ল ভিক্ষপতি নত্রগা গুরুধায়রদা লুহোংলগা মপুরোইবগা স্নংঙাইনা পুন্সি চেনখিবীশিং অহুগী মরমদা অমুক। অসিগুম্বা মম্নাম অসি মীংশিংলম্নোই থনবনি অহুবু কাউবা ইওম ওমদে। অসিগুম্বা মীংশিংবশিং অসিনা মাবু ইতৎ-তৎতনা খোইরাংহল্লি।

হৌগৎলগা টেবলগী ড্রাবারদা লৈরিবা পাস-বুক শেল তুংশিনবগী রসীদ অসিনচিংবশিং অহু লৌথোক্লগা হিসাব তৌহুনা অমুক লৈ।

বেঙ্কতা লৈরিবা মাগী লুপা অসি লাখ ২০ গী মথক্কনি। মসিগী মথক্ত লোকরদা লৈরিবা স্নাম্নী লৈতেংশিং অসিস্থ লুপা লাখ ৩ লোমগী

ওইরমগনি। হিসাবতা য়াওদবা লুপা থরস্থ মরুপ-মপাং, মশী মতাংদা লৈরি। মুমসিগী মমলনা পুম্না লুপা লাখ ১৫ রোম ওইগনি। অচৌবা অমনুং অপিকপা কার অনিমস্থ লৈ। মহাবলীপুরম চৎপগী লম্বী ময়াদা লম একর ১০ মুক পাকপদা হৌরিবা মুখী পাম্বীশিং। পুন্নমকসিগী মথক্তা ফিল্ম করাগী এগ্রিমেন্ত তৌনবস্থ লৈরি। হৌজিক অতোপ্পা অনৌবা অমত্তা লৌপ্রবস্থ ফিল্ম ৭ তি হায়া য়ানপ্রবনি। অদুবু মাগা অটৈ অভিনেত্রীশিংগা চাংদমন্নরবদি মহাকী অৱাবা-নুংঙাইতবদু অমুক হেনগৎলম্মী। মখোয়গীদি অৱা-অনাদা শরুক য়াবীনবা মপুরোইবা, মচা, মমা-মপা, মরি-মতা কয়া লৈ। অদুবু মাগীদি কনাস্থ লৈরমদে।

মানা ফিলমদা থবক তৌবা হৌগৎলকপা অদুৱায়দা মমাগা ভারাগী য়ুম অমদা পুন্না লৈবনি। অদুগী চহিতুমক্তদা মমাহ লৈখিদে। নীংশিংলুবদা মম্নিৎতা পিগী ঈন্না চেল্লকই। মমানা শিপ্রবা মতুংদা মহাক ফিলম কয়া মথং-মথং ফংখি। মহুদগী পৈশা অমস্থুং ইজৎস্থ য়াম্না ফংখি। অদুবু মসিনা মাগী থম্মোয়দা/ৱাথন্দা ৱাৎলিবা/হাঙলিবা অদুদি থনহনবা ঙমখিদে। অদুনা মথন্তা মরোমদোম ওইবা তাঙ্গাদি মংতান্দা য়াম্না থোকখ্রে। অদুবু ঙসিগী অমুন্নদি ংমুক্তা থোকখিদ্রি। ঙসিদি মহাক চোকথবা, পুক্নিং লৈতাদবা লাংতক্নবা অমগা লোয়নন্না নিঙমদবা করাস্থ পুন্না লাকপগুম তৌই।

বেঙ্ককী পাস-বুক, ৱসীদনচিংবশিংদুবু দ্রাবারদা অমুক নমশিনখ্রে। মহুনস্থ মাগী পুক্নিং অদু লৈতানা ফাথবা ঙম্মদে। লেলকোনীদা অমুক থোক্লনা লৈকোলদা হৌরিবা হৈ-লৈশিং অদু অমুক য়েংলক্রে। মহুস্থ চেদা য়েকপা লাইগুম উৱম্মী। অথেঙবা অহিংদা পাইরিবা লৈচিল, সরকী উযুল তৈরবা বম্বকী মৈঙালনচিংবা অদুবু য়েংবদা নাপু মচুগী অপাবা ফি অমনা কুপশিনবগুম উৱম্মী। মানা ঙসাই ঈশিং চাইখিবা লৈশিংদুস্থ অদুম ইথুই-থুইদুনা লৈরিবদু উক্নরপা অমুক খল্লকই-হয়েং অমুক্তি মরাইনা তেথৎচরনিদা। অদুদগী মহাক ইমুদা অমুক চঙ্খ্রে। ঙশাইগী বার্তন ময়'মহুদগী গুরুৱায়ুরগী বার্তন অদু

ফাঃহনা চীনাগী নুপী হায়ফেৎ মান্না উরে। মাগী নীংথিনা রাশী লৈবী অত্তোপ্পবু মাগী মায়কৈরোমদা লাইনা চিংশিনবা ওন্থী মীৎ অনিহুহ ওসিদি নীংবা কাইনা লৈবগুম উরে। ত্তশেংনমক মহাকী কুচু, শাগুং-শাদা, অমসুং কলা অভিনয়দা মীয়ামগী পেঞ্জবা, লেমজবা, থাজবা পুন্নমক ত্তিনবীনি মহাক্তি! পুন্নমক অসি ওসিদি ইচম চয়ে। থেইদোকপা মত্তিক-মগুন অমত্তা লৈত্তবী নুপী অমগুম উরে।

অহিংগী পুং অনি মথায় তাগ্রে। অহিংগী সেনিমাগী সো লোইরগা হন্নরকপা মীয়ামগী মথোল তারম্মী। মখোয়শিংহুগী মনুংদা থরনা চৎনা-চংনা মাগী মশক-মতৌ ফজবা অমসুং অভিনয়দা হৈ-শিংবা অহুগী মরমদা রারী শাবহু মাসু তারম্মী।

মহাক হৌজিক তুম্বা পায়ে, রাথল পুন্নমক থাদোক্লুনা। মহাকপু পোথাহনবা ওন্থসি "তুম্বা" থক্লনা ওইগনি। মাগী লন-থুম মীনা থাগৎপা পুন্নমক মহাক পামম্রে। হৌজিক মহাক্না পাল্লিবসি ওহাক্লং পোথাবনি। অহুবু মীৎ বক্লা অমফাওবা উইশিনবা য়ারমদে। মাগী মর্মৎ অমসুং রাথন্দা গুরুবায়রগী লুহোংবগী বার্ত্তন, হয়েং কুম্মৈনি হায়হুনা মচাগী অচা-অথক লৈথিবা, অফাওবা কলাকার কয়ানা সেনিমাগী অভিনয়বু থাদোক্লগা য়ুম-কৈ পান্দুনা লৈনখিবা ময়াম অসি থল্লুবদা মহাক্লা তুমগে হোৎনবহু অরেম্বা তাহুনা তোক্লে! অহুবু হন্দক্তি হেক্তা তুম্লগে হায়হুনা থাউমৈ মুৎথৎলগা ফমুংদা হিপথগ্রে। মহাকী পুক্লিং লাংতকনহল্লিবসি করিননো? করম্বা রাহৈদা ফোংদোকনি। মসি রাহৈ পরেং অমদা নত্রগা রাহৈ পরেং কয়াদা ফোংদোকপা ওম্নরোই।

ফমুংদা হিপ্পা-হিপ্পা অমুক করি-করিনো থনবা হৌরক্লে। মমায় নানবা, মকোই য়ামদনা চোম্বা গোরথা অহুগী মরমদসু ওহাক থল্লুই, অহুদগী অহিংগী সো লোয়রগা হন্নখিবা মীশিংহুনা মাবু থাগৎনখিবহুগী মরমদসু ওহাক থল্লি, অসুম্না মথং-মথং থন্দুনা অমুক লৈরে। মসিনা মাবু তুম্বা রাহক্রে। থনবদা থোক্ত্রবা রাথল কয়া অমা থন্দুনা তোর্বানসু উত্রে। অহুবু তোর্বান য়েনবদি/ফংনবদি ঈরোয়বা তাবনি।

নোংঙাল্লে। অয়ুক ওইরে। য়ুমহু শিত্তোক-তৈথোকপা নুপী অহুস্সু লাক্লে। মহাক্না তুমফম কাহু শেংদোকে চংলুবহুকাওবা প্রেমাকুমারীদি তুমলমত্রি, মমীং পাঙহুনা লৈরম্মী। কম্ঃদা কম্না-কম্না বেলকোনীগী গমলাদা হৌরিবা লৈপাম্বীশিংনা মনা খুইরুম-খুইরুম তৌবহু য়েংহুনা লৈরম্মী। মানা খল্লি ঙরাং নুমিদাংসু মানা ঈশিং চাইরম্মবনি অহুবু হৌজিক কাওবা মনাশিংসি করিগী খুইথহুনা লৌরিবনো হায়না? অহুদগী মানা অমুক খল্লি, ঙরাং মানা চাইরম্বা ঈশিং অহু রাংখধসু য়াই হায়না। অহুনা মানা ইমুং শেংবা লাক্লিবী নুপী অহুদা ঈশিং খরা অমুক পুরক্কনা চাইরনবা হায়রম্মী। ইমুং শেংবা লাকপী নুপী অহুনা ঈশিং পুরক্রগা লৈশিংহুদা চাইরম্মী। ঈশিং চাইবা লোয়রগা থোক্লকপদা মানা হায়রকই ঈশিং চাইরবসু করিসু কান্নররোই গমলাদা লৈরিবা লৈপাকসি শিত্রোক্ত্রবদি য়াররোই। লৈবাক অসিদা লৈহাও অমত্তা য়াওদ্রে। অহুনা লৈশিং অসি কংশিল্লক্লিবনি। লৈশিং অসি কংহল্লোই হায়রবদি লৈবাক ওস্নোকপা তাই।") নুপী অহুগী বাহৈশিং অহু তারগা মহাক্না ঙরাংদগী তুম্বা য়াদনা খনকম খঙদনা খল্লক্লিবা বাখলশিং অহুগী লংলা লংজিল খরা ফংবগুম তৌরম্মী।

নুপী অহুদা, মুকসু মখা তারকই—"লৈকোন্দা হৌরিবা পাম্বীশিং অসি য়েংবীয়ু। মখোয় অসি ঐথোয়না ঈশিং চাইদ্রবসু অহুম মথন্তা মনা তগৎ-তগৎ তেক্না হৌরিবসে! গমলাসিদা হৌরিবা লৈ পাম্বীশিংসিদি লৈবাক থজিক্তংদা হৌজবনি! মসি শিন্দোক্ত্রবদি কদাইদগী পাম্বীনা নিংথিনা হৌবা ঙমগনি। লৈরিবা লৈবাক খরা অসিসু লৈহাও য়াওদ্রবনি কংলবনি।"

নুপীহুগী বাশিংহু প্রেমাকুমারীনা য়াম্না নুংঙাইনা তারম্মী। মানা অহিংচুপ্পা খনবা লাম্বা ফংত্রবা বা কয়া নুপী অহুনা ইরায় লায়না মথং-মথং হায়দোকরকপহু তাবদা মহাক নুংঙাইবা ফাওরম্মী। মহাক্না খল্লকই—"অনৌবা ময়া চোংহম্নবগীদমক অনৌবা লৈহাও চেন্নবা লৈবাক নত্রগা হার হাপ্পা তাই।"

## ভারতসাহিত্যগী ৱারীমচা

অসাং অহিংচুম্বা মাইকৈ লেপখিদ্রবা তোঙান উনবা থনথনা মীৎ কপ্লা অমম্বাওবা ভুম্বা য়াখিদ্রবনি। অদুবু ওলি অয়ুকসিদা মাইকৈ অমসু তোঙান উরক-থঙলকপগুম তৌরে। তোঙানবা অর্থ য়েংনবা চৎপা তাই। অদুবু য়াম্না লাপলি তোঙানা অদুদি।

ওহাক লৈরগা মহাক্না গোরখা অদু কৌশিলগা হাররকই-পমলাশিং অসি পুথোকখ্রে। "য়াম্না লাপ্না থমখ্রে।"

মলাশিং অদু পোথোকখ্রবা মতুংদা মাগী বেলকোনী অদু ইচিং হাংবগুম তৌই। অদুবু মতুদগী য়েংথিবদা লৈংকান্দা হৌরিবা ইশিং শংবা, মনা তগৎ-তগৎ তেকপা লৈ পাম্বীশিংগী লৈনানা ফাগাই শারিবদু উরম্মী।

# তশেংনা মসিবু খুদোংখিরব্রা ?

রাঃ রামচন্দ্র রেদদী

শেযগিরিগী মচানুপী পার্বতী কনাগুম্বা নুপা অমদা চেনখ্রে হায়রবসি লোং হেক ভাল্লকপগা সহর থুংনা শন্দোক্লম্মী। ঐনা য়ুমদা রাম্মবমখে থক্লুনা লৈরিঙৈদা ঐগী নুপীনা মসি ঐঙোন্দা হায়রকপনি। ঐহাক রা অসিদা থাজরমদে। ঐগী নুপীদা—"কনানা হায়রিবা ?"—হায়না হংলম্মী। ঐ অহুম পংথক্তা থক্লম্মী। মিনিট অমগী মতুংদা মহাক্না অমুক হায়রকই—"শেযগিরি অদোমগী মরুপ নত্রা ? মাগী মখুমদা করিগী চংত্রিবনো ? চংলগা অচুম-অরানসু খঙগনি। শেযগিরিবু খেনজিনবীরুনি।" "মহাক ঐগী মরুপনি। অদুবু নুপীশিংমা অসিগুম্বা বাসিংদা করিগী অমুক থবায় য়াওরিবনো হায়বসি ঐ খঙবা ঙমদে। বদনাম তৌবদা অমুক হৈনরিবা" হায়রগা ঐগা চীং লেম্না ঐগী নুপীগী মমায়রোমদা য়েংলম্মী। মহাক্না হায়রকই—"অদোম্না ঐঙোন্দা করিগী অমুক মুম্না য়েংলিবনো ? খুদোংথিবা নংলবশিংদা অমত্বা, সুংঙাইতবা কোংদোকপা হায়বসিবু অরানবা, কত্তবা থবক্না ? ঐাদ মখোয়দা চংকে লেপ্লে।" মাগী রাহু ভারগা অমুকসু ঐনা হংই—"মহাক তশেংনা খুদোংখিবদা তারব্রা ?" ঐগী বাদো মঙোন্দা য়াম্না ফত্তবা ওইরম্মী। অদুনা মহাক্না হায়রকই—"কমাগুম্বগী মচা লৈশাবী অমা কনাগুম্বা শকথঙদবা নুপা অমদা চেনখ্রে। অদু ওইরবদি মমা-মপাদু খুদোংখিত্রিব্রা ? অদোমগীসু নচানুপী লৈ, নীংশিংবিয়ু" হায়রগা ইমুংদা চঙখিরম্মী।

শেযগিরিনা মচানুপীগী অফবা বর (নুপা) থিনবা য়াম্না হোৎনরম্মী অদুবু মায়পাক্রমদে। শেংলবা ভারতসিদা মপা-মমানা মচানুপীগী লুহোংবা ঙমদ্রে, মচানুপীনা থোনা ফম্না মশাবু লুহোংজরবা অদু ফাওহনসু য়াবা ঙমদ্রি। মসিনী ঙসি ঐখোয়গী ফিভম। পার্বতী চেনখ্রে, অদুনা ঐদি শেযগিরিগী পোৎলুম মাংলম্নগনি নীংঙি। অদুনা মচানুপীদু

মুংঙাইরিক্রা নত্রগা মুংঙাইরম্মোইত্রা হায়বন্না অত্তোপ্পা রাণি। ঐদি মহাক করে হায়না খল্লি। মুপীশিংগী রাখল অঙকপনি। কল্লকপা নত্রগা মুংশিবা মথোয় লোৎপা হৈত্তে। অশিগুম্বা লাশিংদা মহাক্না মুংঙাইতবা য়ান্না উংলি। অঙাং উনবগী অরাবা, মপুন্নোইবা শিবা, মুপানা ওৎ-নৈবিরবা মুপীনচিংবেদা ঐমুংশি উৎপসি মহাক্কী হৈনবীনি। অসিগুম্বা মতাংদা মহাক্না মথোয়গী সেবাস্মু য়ান্না ভৌই।

শেযগিরি ঐখোয় অনি ওফিস অমত্তদা থবক ভৌমিন্নে। ঐখোয়গী য়ুমস্মু লৈরক অমত্তদনি। অান চারবদি ওফিসস্মু পুন্না চৎমিন্নৈ অত্তুগা হল্লকপস্মু। ঐখোয় অনি লুনা তিন্নৈ হান্না মীনস্মু হায়নৈ। অত্তুবু ভশেংনা হায়রবদি ঐখোয়নিগী মরীসি খোইনা হকচিন্নবদি নত্তে। অত্তুবু ওফিস অমত্তদা থবক ভৌমিন্নবনি খল্লুনা ঐনা মাগী য়ুমদা চৎলম্মী।

শেযগিরি মাঙোলদদা কল্লম্মী। কা মন্নুংদা মাগী মুপী, মুপীমচা অমা অনিগ্না ফম্লি। ঐবু হেক উবদা শেযগিরিনা ইমুংগী কমফমলোমদা রৌশিল্লম্মী। ঐ চৌকিদা ফমথরে। ঐ তুমিন্না লৈ। মাগী মুংঙাইতগা মায়থোং উবদা ঐগী চিন্দগী বাহৈ অমা কাওবা থোকলমন্নে। কন্না বাহৈনা অম্নাবা ফোংদোকনি। ঐ হায়কম খঙলমদে। ইমুং মন্নুংগী নাগরম্লাম্মানা কম্নগী খোঙ্গেল ভান্নম্মী। মরক মরক্কস্মু পার্বতীবু হৈরি। হায়রম্মী—'মকোক মৈ চান্নসমু, মহাক ওক্কবী ওইরে যেশানি,' হায়ন্নচিংবা মখল মখলগী মীচৈ কম্নানা চৈরি। মুপী অমনা "মহাক নঙগী নচানি চৈগন্নু হায়ন্নুনা থেমজিল্লি। অত্তুবু নাগরম্লাম্মানা অক্কন্ন ভাঙলম্মী — "ম। ঐগী ইচা নত্তে, ঐগী গর্ভদগী পোকখিবা অনাবা অমনি। চৎন-চৎনা ঐগী য়াদা হু খরা খাদরন্নবদি ফগদবনি," অসিনচিংবা।

নাগরম্লাম্মা হিক-হিক কপলম্মী। ঐহাক মিনিট ২/৩ অত্তুম তুমিন্না কন্নবদগী হংই—"শেযগিরি হৌজিকপু করি ভৌবা তাব্রিবগে?" মানা খুমলকই—"ভৌনিংঙাই কল্লিন্নু লৈরিবগে? মাক্ক লোৎপা নত্তুনা। ফিদ্দা কুপশিল্লদনা য়ুমগী কাচিন্দা লৈবা হায়বত্তুনি।" মাগী মমীৎতা পিগী ঈন্না চেল্লসত্তুম ভৌন্নম্মী। ভাইহাক তুমিন্না লৈন্নগা অমুক

হায়রকই - "মরূপ ! কয়য়া ওফিস চৎকনি ? মরূপশিংদা করম্না মায় উংকনি থনকম থঙত্রে।" মাগী মমাও ফুনগংলম্মী। ফিভমসি উবদা ঐসু য়াম্না নুংঙাইরমদে। ঙাইহাক কৈরবা মতুংদা ঐনা মত অমা পীরম্মী—"পুলিসতা রিপোর্ট তৌবদি চুমলোইজ্ঞা ?" অদুদা মহাক্না হংলকই – 'পুলিসতা রিপোর্ট তৌরগা করি তৌমগনি ? চেনখ্রবাদ চেনখ্রে। পুলিসনা মাবু কায়ক্রবস্ত ওক্তবী মাবু য়ুমশিদা বরম্না থমগনি। মাগী বাহ্ য়াম্না থম্মোয় শোক্না নুংঙাইতনা তবনি। মাগী খোম্থোক্তা শাওবদা নত্তনা নুংঙাইতবস্তু য়াওরম্মী। কুরিৎথাওদগী চে অমা পুথোক্লগা ঐগী থুৎতা পীরম্মী, মতু পার্বতীগী চিঠিনি। মতুদা বাইহ পরেং অহুমতনি—"পুলিসতা তাক্তুনা ঐহু ফাহম্নবদি ঐগী অশিবা হকচাং ফংগনি। ঐ নুমিৎ থরকিগী মতুংদা শোয়দ-ঙামদনা য়ুমদা হল্লকনি। মতু ফাওবদং ঐবু ঙাকপীয়ু......।" চিঠিদুদা পার্বতীগী অচেৎপা থাথল তশেংনা ফোংদোকই। পার্বতীগী মফমদা ঐগী বাথলস্থ পোখাংম্মী। চিঠিহু ঐনা শেযগিরিদা অমুক পীরম্মী। অদুগা হংই—করম্বা মঙমদা কমদৌনা চৎখি ? মসি ঐনা তশেংনা থঙনিংলম্মী— "কনাগা লোয়নখিবাগে ? অহিং নোংয়াইদা চৎখিবা ওইরমগনি। হম্বা থাকী মী ওইরবসু য়াই ! করম্বা মীনো কনানা থঙগনি। রেলনা নত্রগা অতোম্না পাইশ্ব অমনা ওইরবসু চৎতি চৎখ্রে," গিরিনা হায়রকই। ঙাইহাক কম্নগা ঐসু য়ুমদা হল্লক্লে। লৈম্বীদা থম্লকই—"চেনখ্রবস্থ জাৎ তিম্নবদগকা ওইরম্নবদি বানিংঙাই লৈতে।

থা ২ হোৎখ্রে। শেক্ষগিরিগী খুদোংথিবতুগা ঐগা কাউনখ্রে। মহাক থা ১ গী ছুটি লোইরহনা ওফিস কাবা অমুক হোৎরে। ঙম্না-তম্না মহাকস্থ নুংঙাইতবা থোদোক্তু কাউবগুমখ্রে। মরক-মরক্কদি পার্বতীগী বা থরা থঙলবগুম তৌই। মানা চেনখিবা মীহু বেককী থবক তৌবনি। মহাক হৈদরবাদতগীনি অতুমা মহাক্না পার্বতীবু পুখিবনি। মহাক হরিজমি হায়বগুমস্থ তৌই। নুপামচাহ্ ফজৈ অমসুং শিংই।

নোংমা ওফিসতগী হল্লকপদা ঐগী নুপীনা মাঙোলদা লেপ্লগা নোক্লহনা হংলকই—"এদোম তারব্রা ?" ঐ চপ লেম্মী। মহাক্না হায়রকই—

"পার্বতী ও.স অমুক লম্লক্লে।" "ঐনা হংই—"শেযগিরিগী মচানুপী পার্বতী?" হোই মহাক। শেযগিরিগী মমাক অদুন্দু ম্লাওরকই। মপু-মনাই অনিহু মুংভাইনা উই। পার্বতীদ হায়দগী হেমবু ফজরে। মাগী মায়থোংদো পুমণ্ডান ভাল্লে।" মহাক্না হায়রকই ঐনা হংই—"নও করম্বা কান্দা উই?"

মহাক্না থুমই—"ভসাই চাক তোকপগা ঐ মথোয়দা চৎনুই। পুং অনিরোম লৈরকই। পার্বতীনা য়ুমগী মীশিংগী ফজ-ফজরবা পোৎচৈ কয়াম্নু পুরকই। মপা-মমা, মচিন-মনাওশিংগী ফি রোল কয়াম্নু পুরকই। মচাগা মমাক্না উবদা মথোয়মু য়াম্না হরাওই! অদোমম্নু চংলগা য়েংবিরু। শেযগিরি অদোমগী মরুপ নত্রো?"

ঐ ভকলমই, থম্লি—"কারিনো হায়রিবসিবো?" ঐ ইমুংদা অদুম চঙলগা চৌকিদা ফমথে। ঐগী মুপীনা অমুক হায়রকই— "ভসিদি মথোয়দা চাক চাবা চৎকনি। শেযগিরি য়াম্না হরাওরে। মহাক্না চাক কৌরি।"

ঐ তুমিন্না ভাহুনা লৈ।

মহাক্না অমুক হায়রকই— "হায়গী রাদি কাউথরে। মথোয়গী ময়মদা অহাও-অথুম য়াম্না লাওহোরে। পার্বতী থা ২ শুরে হায়ত্রা বৈনে।"

ঐ নোক্লিংলক্লে। ঐনা হায়—"নঙনা হায়খিবদাইনে, শেযগিরি অরাবদা ত্তারে" হায়না। মহুদা ঐনা হংখিবদাই—"মসিবু তশেংনা খুদোংথিরব্রা?" মহাক্না নোক্লহুনা— "মহু পুম্নমক কাউবীগ্নো," ইমুংদা চঙখ্রে।

# নিউ ইয়ার

## অজিত কৌর

টাইপ রাইতরদা তক-তক তৌদুনা লৈরম্বা কপুর মিনিস্তরগী ওফিসত প্রমোসন ফংখিবগা লোয়ননা ইখও খওহৌদনা য়াম্না চাওখদুনা "কপুর সাহব" ওইরে।

মিনিস্তরগী পী: এ: কপুর সাহব।

মহাক্না খল্লি, মহাক মতম খরসিদা য়াম্না চাওরে হায়না। ওফিসকী মাঙোল্দা মহাক্না হনগৎ-হন্দা চৎপদুদা মাঙোল অদু য়ারবনি। মহাক্না চপ্রাসিগী মনাক্তা চৎলুরবদি চপ্রাসি অদুমক হৌগদুনা সলাম তৌই।

অদুম্না হৌখিদুনা অনৌবা চহি লাকদবা নুমিৎ ১০ নিদা মখাইরে। অদুবু কপুরনা ক্লার্ক ওইরিঙৈগী শাংলবা মতমদুদা অদুম্না অনৌবা চহিগী লাওনবা মওং অসি অমুক্তা য়াওখিদে। অনৌবা চহি কয়ম্বা মতমদা লাকপা, কয়ম্না চৎখিবা করিমত্তা খল্লুদে। দিসেম্বরগী তাং ৩১ অদুসু অতৈ অতৈ থাগী তাং ৩০ লোয়রবগুম মতৌখি। থক-থক নীক্না ইংলবা জানুবারী থাগী অহানবা তারিক অদুসু অতৈ-অতৈ থাগী অহানবা থা তারিককুম্না হৌখি। মীগী পেন্শোল, অওাংশিংগী অপাম্বশিং, স্কুলগী ফী, ইউনিফোর্ম য়ারক্তবাময়ামসি ময়ামসি থুংনবা হোৎনবদা অহানবা তারিক্তগী ৫/৬ ফাওবসিদি থবক য়াম্না চিল্লি। তলব ফংবা নুমিৎমক্তদা তলব অদু তংখাইদি অদুম লোইশিনখি।

হন্দক্তি কপুর,—কপুর সাহব ওইরবনি; অদুনা হায়গী পুন্সি মরেনগা ইমান মাম্নরে। পুমহৌং হোংলে।

সহর অসিদা লৈবা ললোনবা, কারবার তৌবা মীওইশিংনা অনৌবা চহিগী খুদোল কয়া পুদুনা মিনিস্তর সাহবকী বঙলোদা লাকলম্মী। মতমদুদা কপুর সাহবসু মিনিস্তরগী বঙলোদা পী: এ: গী ফমফম কাদা লৈরি। খুদোলশিংদু উরগা মিনিস্তর সাহবনা হায়রকই—

"সোরী। ঐদি ড্রিঙ্ক তৌবা তোক্লে। ময়াম্নসু খঙবিরিবত্নি: ঐখোয়গী প্রধান মন্ত্রীনা ড্রিঙ্ক তৌবা য়াদে হায়রনা থিংলে।"

ময়ামত্নগী মনুংদা য়াওরিবা ইন্দষ্ট্রিয়েলিস্ত অদুনা মপুক্কিংদা মিনিস্তর অদুবু থিনা চৈথি। অদুগা মহাক্না খল্লি—"মাগীসিবু ঐতোন্দগী লাপথোক্লবা তৌরব্রা ?" অদুম ওইনমক মহাক্না হায়রকপৎ মোক্লগা হায়রকই—"অচোয়া য়াবিক্লবদি কমদৌনি, ময়ে। অনৌবা অতোপ্পা খুদোল অমমুক পুরগা হয়েং হংচিৎ অমুক লাকচগে।" অদুম ওইনমক অনৌবা চহিগী অনৌবা দাইরী অসিমত্তংদি লৌবিয়ু।" হায়রগা ব্রিফ কেসতগী দাইরী অদু লৌথোক্লগা পীরম্মী। পিকতক তৌবা দাইরিনি। মদুগী মনুংদা গোর্ভমেন্ত প্রেসতা নম্বা চে থরসু য়াওয়ি। মিনিস্তর সাহবনা দাইরী অদু লৌখৎলগা, মদুগী মনুংদা য়াওরিবা চেশিং অদু য়েংলগা নোককৎ তৌনা হায়রকই—"করিগী দমক পুরকলিবনো ?"

"অঙাংশিংগী অচা অথক থরা লৈরবা" হায়রগা ইন্দষ্ট্রিয়েলিস্ত অদুনা শাশিল্লবা মিনোক্তা মোমোন নোক্লম্মী।

মীওইবনা মাগী-মাগী হিংবগী থাক বাংখৎলকপা নত্রগা হেনগৎলকপগী মতুংইন্না চাবা থকপগী মওংসু হোংলকই। অদুগীসু মথক্তা দাইরীদা থম্বা হাপ্পা য়াবা অচা-অথক অসিদি ভন্দার থম্মা থদ্রগা অঙ্কানি।

মিনিস্তর সাহব অদুসু হায়কৎ মোমোন নোক্লগা দাইরী অদু ত্রাবার মনুংদা হাপচিনখ্রে।

ইন্দষ্ট্রিয়েলিস্ত অদু থরা নে তারে। হান্নদি করি হায়রকদগে কিরম্নি। অদুবু করিসু খোয়দোকপা হায়দনা লৌশিনখিবত্নদা অাশা অমদি লৈরে খল্লি।

মপাল থোকলক্লগা বোত্তল য়াওবা থাউ অদু কপুরদা পীরম্মী। মহাক্না খল্লি পী: এ: সু য়ানবা চৎপা কৈ হায়না।

অদুম্না তৌবসিদা কপুর সাহব অদু ইঙক-ঙক্না য়েংত্নদা অদুম লৈরে। হোয়নি-মায়নি হায়বা নংহৌদ্রে। চসিগী অসিনা মাগী পুন্সিদা খ্বায়দগী অচৌবা খুদোল ফংবা হুমিৎনি। মহাক য়াম্না পাখৎলম্মী।

মাগী মতৌন্থু উবদা ইন্দগ্রিয়েন্দিস্ত অহুনা হায়রকই—"অরে; কপুর অনৌবা চহিগী খুদোল মচা অসি লৌ: চিংনগনু।" হায়রম্লগা মহাক চংখ্রে।

কপুর কোয়েং-কোয়েং য়েংলমলগা বোতল অহু মাগী প্রাকারদা হাপচিনখ্রে! অহুবু মাদি য়াম্না কিরম্মী। মানা কম্লিগুম্বা অচৌবা অরানবা অমা তৌগ্রবগুম খল্লম্মী। মাশা অহু হুমাং অনম্নী কাই।

বশিষ্টনু ফম্লি। মহাক তাইপিস্তনি। মহাক্না মিনিস্তরগী তাইপিস্ত ওইনা লৈরকপসি চহি ফনা য়াম্লে। কপুরনা অহানবা ওইনা ওফিস অসিদা লাকখিবা নুমিৎ অহুদা মচাক্না হায়খি—"করিনু চিংনগনু, করিগুম্বা খল্লগনু ঐনা লোয়না তাকনি। মিনিস্তর হায়বসি অমুক লাকপনি, অমুক অহুম চংখিবনি। ঐখোয়দনি পামে'নেস্ত ওইরিবা।"

ঙসি কপুর সাহব থন্নায় ইনুং লুংঙাইতবগুম লৈরিবহু উরগা বশিষ্টনা মনাক্তা চংশিল্লক্লগা কা ময়োম অহু হাংদোক্লুনা শীরগা হায়রকই—"থাগৎচরি কপুর সাহব, অহানবা খুদোলদা মগুন লৈবা পোৎ ফংলে। নথক্তা লোইখোক্লনুকো। ঐখোয়্সু লৈরি কাউগনু। নত্রবদি .........।"

কপুরদি অনৌবনি। মানা হায়রিবা বাশিংহু ভাব তাম্রদে। অহুম ওইনমক মহাক্না হায়রকই—"হোয়-হোয় শোয়দনা কৌরকনি।"

"ফার অহুদি ঙসি নুমিদাং নখোয়গী য়ুমদা নিউ ইয়ার পাংখোকলসি" হায়না গুপ্তনা হায়রকই।

গুপ্তা হায়বসিনা ওফিস অসিগী অনিশুবা তাইপিস্তনি। মহাক্তি অতোপ্পা কা অমদা দাগ চিঠিশিং লৌশিনবা অমসুং পিথোকপা অহুগা পুম্না ফম্মিনবা নুপানি।

"স্যোর" হায়না কপুরনা হায়রম্মী।

× × ×

নুমিদাংবাইরম ওফিস লোইরগা কপুরগী মরুপ মপাংশিংনা মা-মাগী নুপী অমসুং অঙাংশিং পুহুনা কপুর সাহবকী য়ুমদা থুংনররে।

ময়াম্না থুংলত্রিভৈ মমাংদা কপুর সাহেব মাগী সুপীনা চৈবা কয়া ভাগ্রবনি। "মমসিদা মীৱ মাওহনবা ওম্না য়ু অসিগী থককম ওইগদৌরি। অহুম্নীস্ন মথক্তা ওসিদি তাং ৩১ নি! মমদা পৈশা অমা ফাওবা লৈতে। চান-থক্নবস্ন করিমত্তা লৈতে। হুকান্দগী শোংপস্ন য়াম্মল্লে ইকায়জরে।" হায়না মথং মথং ... ... ...।

ওহাক তুমিন্না ভারগা কপুর সাহেবনা হায়রকই—"মহু পুম্নমক ওসিদগী মানি। হুয়েংদি তলব মংলনিদনা।" মাগী সুপীনা অমুক হায়রকই—"ওম্মোই-ওম্মোই করিমতা লৌরুবা। ওরাংদা হায়রম্মিবনি—ওসিদগীদি থাসিগী ওইনা করিস্ন ফোরম্নোই। থোসিক্ত পৈশা কয়া শুরে, বিল শাম্নো হায়না। অহুগা ওসি অমুক পোৎ শোৎপা চংপা—শুভম ওমলোই হন্দক থাসি চারগা লোয়রব্রা ঐখোয়বু? মথং থাদি করি চাগনি? অনৌবা চহি হায়ববু করিনো? মহুদি পৈশা লৈবা—(পারবা) মীশিংনা পংত্তৌ তৌজবনি। অরৈবনা হোটৈন্দা কৱিদা চংতুনা অনৌবা চহিনি হায়তুনা পওচা চা-থক্নুনা তৌববু ঐখোয়সিদা তৌবা য়াবা পোৎলা? থাসি (সুমিৎ ৩০ নি অসি) মত্তৌ করমনা লেনবগে হায়বহু ঐনা খওই।"

অহুবু কপুর সাহেব করি ত্তপাইদি লৈরি? মরূপ-মপাংশিংদদি লাকত্ত হায়দোক্লবনি। অহনা শোম্বাংননা মাগী সুপীদা হায়রকই—"ঈশ্বরনা তম্বনি, থোক্নবা অমা মরাইনা লাকচনি। ওসিদি নিউ ইয়ারনি। ঐখোয়না চৈরাওবা (বৈশাখী) অমস্নং দিবালী পাংথোকপগুম্না অংগ্রেজশিংগীস্ন নিউ ইয়ারসি পাংথোক্নরিবনি।"

সুমিদাংগী পুং ৮ তাশিল্লকপদা মত্তাইরি, অহুবু মাগী মরূপ অনিহুদি সুপী অত্তাংশিংগা লোয়নবা য়ৌরক্লে।

সুপীশিং অহুগা অত্তাংশিং অহুগদি ইমুংগী কাদা চত্তথ্রে। অহুগা মরূপ অনিহুনা কপুর সাহেবকা লোয়ননা মপান থংবা কাদা লৈহৌরে। ময়েক্কিদি অত্তাংশিংহু তুমিন-তুমিন্না লৈফম থোকপনি। অহুবু কেম্নানীগী ইমুংদা পোকপা অত্তাংশিংনিনা মাগী—মাগী থাকা চানবা মওংদা হৈনবনিনা

ইমুং অহু পুমনাং হেক লাঙডুনা লৈ। মপান্দা শামরুচো হায়গদবসু ইগুবনা থক-থক নিরুবা মতম ওইবনা করম্না হায়গনি। মমাদা অহু চাগে, অহু তৌগে হায়রুনা শুরু-শুরু নৈন্দুনা লৈরি।

মপানগী কাদদি মুপামখৈনা হৌদাক য়েনবা হৌনখ্রে। মসিগা লোয়নননা চনা অঙৌবা, লৈবাক হুবাই অঙৌবা অসিনচিংবসু শায়বা হৌনরে। ইমুংলোমদা মুপীশিংনা কৈথেলগী পোৎকী মমল নৈনদুনা লৈরি। আলুগী মমল কয়ানো? হুবাইগীদি কমদৌরি? অসিনচিংবা কয়ানি মখোয়না ঙাঙনরিবা।

বশিষ্টনা হায়রকই—"কপুর সাহবনা নহাক্না পাটি অসি পীবা য়ারবনি।"

কপুরসু নীংবা কায়রগা হায়রকই—"কদাইদগী প্রমোসন্নোদা ভাই, তলব হেনবু প্রমোসন হায়নবনি, ঐগীসিদি থবক্তনি হেনগৎপা। হান্নদি পুং ১/২ দা ওফিস য়ৌরগা পুং ৪ দা ছুটি ওইরম্বনি, অদুবু হৌজিক্তি অমুক্তী পুং ৮ দা কারগা মুমিদাংগী পুং ৮/৯ দা মুমদা হুন্নকপা অসিনি।"

"থবক্তী বাসি তোক্লো। হৌজিক্তি মী পুম্নমক্না নঙগী বাতা ঙাঙনরবনি। অচৌবা ওফিসারনি হায়না," হায়না শুপুনা হায়রকই!

"চৌর্থী অসিদবু ফমলবদি তৌনিংবদা তৌবা য়ারবনি। নিংশিংলিব্রা? মমাংঙৈদা নরেন্দ্রা কৌবা অমা হাৎখিবনো। মহাক অদুসু নঙনা ফমলিবা চৌর্থী অসিদা ফমলম্মি। মদু চাওরাক্লা চহি ৮ লোম শুরে। মিনিস্তরগী দিপার্টমেন্ত অসিদা বোম্বেগী ফার্ম অমগী চে পন্দুনা লৈরম্মী। মুপা অদু চয়োল খুদিংগী হেক-হেক লাক্লম্মী। অদুবু মিনিস্তরগী মনাক্তদি অমুক্তা চঙবা ঙমখিদে। মমৈদদি কনাদসু হায়দনা মিনিস্তর সাহবকী মনাক্তা হেক্তা চঙলে। অদুদগীদি থা ফাদনা মহাক্লা লাইসেন্স অদু কঙখি। মমৈদদি মী পুম্নমক মাগী মতেংনা মিনিস্তর সাহবপু থবক হেক-হেক তৌহন্নরম্মী। অদুদগী বোম্বেগী মীনা থল্লি, মদুদি—দিল্লিদা লৈরিবা মীশিং অসিদা

থবক খুদিংমক্কী লুপা লিশিং ৫/৬ হেক-হেক পীবিসি তোকপনা ক্রে। মসিগী মহুত্তা মিঃ সুদ অসি থম্নগা শিজিন্নবনা হেন্না ফগনি। অদুদগী মিঃ সুদ অসি বোম্বেদগী থবক তোকইল্লগা দিল্লিগী ইজুক্যুতিব দাইরেক্তর ওইনা হাপলে। ইয়ার কন্দিসনগী কা অমা পীরে। অদুগা লৈনবা য়ুম অমসু পীরে। অদুদগীদি সাহব অদুসু মাগী মজুরবা কার অদুদা শকহেনবী সেক্রেটরী অদু হাপ্লগা হেক-হেক চৎলি। নুমিদাংবাইরমগী মতমদা মিনিস্তর সাহবকী নক্লবা অচৌবা ওফিসার অমা অনিগা হোটেল রোবেয়োই, ভাজ নত্রগা মৌর্যদা দিনর হেক-হেক পীজে। অসুম্না থা খুদিংগী লুপা কয়া কয়া থচ তৌই, অনৌ-অনৌবা সুৎ-তাই শেৎলি। মসিগা লোয়ননা মাবা তৌনিংবতা তৌবা ফম্মী।" অসুম্না বশিষ্টনা ৱারী লীরম্মী।

"অদুগা ওফিসসিদদি পৈশাগী পৈশা ভাক্তনি। পৈশা অদুনা মথং-মথং চঙলকপদা থর-থরদি অদুম লৈহোবা কাংনি।" হায়রগা গুপ্তনা নোকই।

কপুর সাহব অদু মমীৎ মনা ইয়ুং য়ুংখৎলে।

"অঙম-অথৌ পুম্নমক্না, ঐখোয়গী য়াসি কুপ্না লুনা লৌবা হৈতে। ইচম চম্বা ৱাদনি থঙবা। শাস্ত্রনা হায়রিবা লাই কোত্তি ৮৪ গী য়া অসি তশেংবদি ঐখোয়গী ক্লার্ক ওইবগী থবক্তা অন্দ্রানি। মী, হোদোং, চুই, থেংগু, লমহুই, ওক অসিনচিংবা ময়াম অসি লোয়না ওইহনবা য়াই, ক্লার্ক ওইবা হায়বসিদি। অদুবু অসিগুম্না ময়ামসিগী মনুংদা মরাইবক কবা থরদি মিনিস্তর "সাহবকী পীঃ এঃ ওইবা ফংই।" হায়না বশিষ্টনা হায়রম্মী।

"অদুবুদি কৈনে! তৌইগুমনুং ঐগীদি থবক্তা মহেনগৎলি। অদুনা নখোয়গী নতৈমদি নহালদগী শাওরি।" হায়রগা কপুরনা হায়কেৎ নোকলকই।

"শাওরবসু সেবাদি তৌম্লিদনা ... ... ...।" হায়না গুপ্তনা থাক্লা নোক্লম্মী।

"মাঙোন্দসু তাকউনে, চৌর্কী অসি ফংবা হায়বসি ঈশ্বরগী খোজাল লৈবা মীদনা ফংবনি। লম্নমীনা অমুক্তং মাই ওনশিল্লকপা মতমদদি অমুকত্তোয়না লৌশিনবগা ওন্বা জাৎ নত্তে। মায়কৈ মরিমক্তা সুংঙায়বগী সুংঙায়বা ঙাক্তনি। অত্থুদগীদি গাজরনা শেম্বা হলুবা, বদাম অমসুং শঙ্গোম পিথক্লগা ওকিস কাহল্লকদৌরিপোৎনিদা।" হায়না বশিষ্টনা হায়রম্মী।

"ওসিগী বোত্তল অসিদি চুম্না হৌবদনি। অহৌবা সুমিৎতি ফনবু ফরিনে।" গুপ্তনা হায়রকই।

মখোয়নি চঙহুনা ফম অনৌবা ফাবদা ঙায়রিবা কপুর অত্থুদা করি করিনো পঙহায়দা হায়রি। অমুকস্থ—"ওসিগী বোত্তল অসিগী মত্থুংইন্নদি অমুকা ··· ··· হনবা তারি।"

"ইতৈমাস্থ ভাব থরা তাহল্লু।" হায়না অমুক বশিষ্টনা হায়রকই।

"কস্তম ওফিসার কয়া-কয়ানা পালম নত্রগা শান্তাক্রুজদা তাজগে হায়তুনা ঋানোয়রি। ত্রাফিক পুলিস, সেলটেক্স ওফিসার কয়ানা চান্দনী চৌক, সদর বাজার নত্রগা চাউরী বাজারদা দিউতি তাননবা ঋানোয়রি। হোসপিটালদস্থ অত্থু মঙায় ডিঃ আইঃ পিঃ কাদা তায়বা দাক্টর কয়ানা হোৎনরি। অসিগুম্বা ময়ামসিগী মরক্তা নঙদি নরাইবক ফরবনি ইহোৎ হোৎনদনা মিনিস্তরগী পীঃ এঃ ওইবা ফংলবনি।"

হায়না গুপ্তনা ঙাঙলম্মী।

বশিষ্টনা হায়রকই—"য়েংঙু প্রধান মন্ত্রী ওইবা মায়বসি পুং ১৮/২০ থবক তৌই। ইলেকসন মম্বাদা লম-লম চৎতুনা তোং খোম্বদা তুম্বা-চাবা শংদে। মখোয়সিবু ফোংনা করি-কয়াম্না ফংবগে?"

গুপ্তনা—"হোয়নে, অতৈ মিনিস্তরশিংদস্থ অত্থু মঙায়। মিনিস্তরসি হেক্তা ওইবা ফংবা পোৎ নত্তে।" হায়রকই।

বশিষ্টনা অমুক মথা তারকই—"ইতৈমস্থ অলত্তিমেৎলী মোনথুম মোনতেক মথক্তা হিপকদৌরিবনি, অত্থুগা সুমিৎ থুদিংগী অদোমগী কোক নয়গনি।"

অসুম্না ভাং-ভাংদুনা গিলাস রাউন্দ বয়া চংঞ্রে। গুপ্তনা খড়ী য়েংলগা হায়রকই—"পুং ৯-৩০ ত্তাঞ্রে। হৌজিক কাওবা চাক চাঙ্গি। পুং ১০ ত্তাঞ্রবদি খসকা অমত্তা ফংলরোই। ঐখোয় মিনিস্তরমকসু ওইহ্রি। খরা থুঁবা ... ... ...।"

কপুর হৌগৎলগা ইমুংলোমদা চঙঞ্রে। ভাইহাক লৈরগা টেবল মথক্তা লৈবা মচু-মচুগী প্লেৎকী মথক্তা চান-থক্কবা য়েনবা হৌঞ্রে। চরাই, আলু অংতৌবনচিংবা মথেল কয়ানি। বশিষ্ঠ, গুপ্ত মখোয় অদুম্না মপান্দা অদুগা মখোয়গী মুপী অঙাংশিংনা ইমুংদা চাবা হোৌরে।

অদুবু কপুরগী মুপীদি ভল হৌদুনা লৈরি। অদুগা কপুরগী মচাশিং অদুনা ইমুং অমসুং মপানগী অচা অথকশিং হাপলি।

পুং ১০-৩০ তাবা মতমদা ময়ামদু চংঞ্রে। কপুর সাহব অদু মরাল লৈবা মীদোনা তুমিন্না মাগী ফমুং অদু শেম্মি। মাগী মুপী অদুনা মপান্দা কোল-লীক ফেংলি। মানা থম্লি "অসিগুম্বা নিউ ইয়ার আস অংগ্রেজশিংনদি নুংঙাইরমগদ্রা? অসিয়েনা ঈংথ্রবা মতমসিদা। ঐখোয়গী য়াওশং, দীবালী, চৈরাওবদি মতম ফবা কান্দা থোৌকই। উন মহিগুম্বা ঈশিংদা কোল চাম্বা, খোঙ-খুং হাম্বা — ... ... ...। মী পুম্নমক্না মৈকু তৌকপা নত্রগা অক্নম্বা ফৈজুপ মনুংদা লৈনবা মতমসিদা মখোয়গী নিউ ইয়ার ...।"

পুং ১১-৩০ তাঞ্রে। অঙাংশিং লোইনা তুম্লঞ্রে। ইমুংগী থাউমৈ মুংথৎঞ্রে। অদুবু কপুরগী মুপী অদুদি সি-সি তৌদুনা লৈরি। ভহাক লৈরগা অমুক হায়রকই—অসিগুম্বা ফৎতবা নিউ ইয়ার অসিবু তাং ২ দা লাকপা য়াত্রা? য়ামদ্রবদা ভলবতি ফংগনিদনা।"

কপুর তুম্মিন্না লৈ। কপুরগী মুপী অদু অমুকসু মথাক্তানা করি-করিনো খরা ভাওদুনা লৈ।

অহিংগী পুং ১২ তাখিবগা লোয়ননা নিউ ইয়ারসু লোয়ঞ্রে। অদুদগী মখোয়সু নুংঙাইনা তুমঞ্রে।

# মপান্দা মিহৌৰা

**ৰমানন্দ ৰেৰু**

গৌনারা মমা-মপা লৈষ্ত্রে হায়বত্থু ঙসিদমক ঙশেংনা খঙলকই। মহাক শোন্থাংনমা কপ্লম্মী।

মতমসিদা ফৌদার মকমত্থুদগী চংখিরম্মে। সুরেস বাবুনা গৌনারাগী মতৌত্থু উরগা ইঙক ঙক্লম্মী—ময়মদি মাগী মনাক্তা মহাকপু ফু-চৈগদবা কনামত্তা লৈবা উদবনা।

মহাক্না হংলকই, "ইমুংসিবু কনা-কনা লৈবগে, তারিত্রা? গৌনারানা কপ্লিবসি করিগীনো? করি তৌবিরগে মাবু? কনানা ফুরবগেনে?"

গৌনারা হান্নগুম ঙাত্থুম কপ্লি! মতৌত্থু য়েংলগা সুরেসবাবু অমুক্না হেন্না ঙকলম্মী। অত্থুদগী মানা মাগী সুপীবু কৌরকই—ও ... ... তারিত্রা? কদাইদা লৈব...গে? গৌনারাসি ঐনা হায়বগা ভাদনা কপ্লিবসি কনানা করি হায়বিরে? নঙবু সোমদা অমুক্তা লাকউ।"

সুরেস বাবুগী সুপী অত্থুনা ইমুংদগী থোক্লক্লগা হায়রকই—"ফৌদার লাকলম্মী। অত্থুগা মাবু (গৌনারাবু) হয়েং পুরনি হায়রবত্থুদা কপ্লিবা।"

সুরেস বাবু ঙসিত্থু অমুক ফৌদারগী মতৌসিদা য়াম্না শাওনিংবা অমা পোক্লম্মী। মানা হায়রকই," ফৌদার হায়বা মীসি অঙকপা মথল অমগী মীনিকো। মী মশানা মকমত্থুদা লৈনিংদে হায়বা খঙলব-মক্কদা হম্না হম্না নমত্থুনা পুনবা হোৎনৈ।"

গৌনারা হৌজিক চাওরাক্লা চহী মঙা ওয়মবা য়ারে। মপা লৈখিত্রে, মমানা অতৌপ্পা সুপা অমদা মরুম পানগ্রবনি। অত্থুম ওইনমক মহাক হৌজিক ফাওবা খঙদ্রি মত্থুদি মাগীনি হায়বা কনা অমত্তা লৈত্রে হায়বসি। মাবু য়োকপীরিবা মবুঙো-মবেম্মা অনীমত্থু লুনা চান্না তৌবনা মসি খঙংগী মতমত্থু লৈত্তে। অত্থুগা অমরোমদা চহী মঙাগী অঙাংনি—মানা করি খঙগনি।

ফৌদার হায়বসি মহাকী মপুবোক্নি। গৌনারাগী মপা মমা, মচিন-মনাও, মক্লপ-মপাং পুম্নমকী অস্থপ্পা মপুবোক্নি হায়বসি মানা অঙাং

ওইবনা থঙবা ঙমগ্রবসু ফৌদারনদি থঙই। মফম মতমগী মতুংইন্না ফৌদারনা থবক থৌরম খুদিংমক মপুং ফানা পাঙথোকই। মরমসিনা মানা ফৌদারবু মীরাইদে; মাগী মনাক্তদা লৈ। ফৌদার হায়বসি খুলগী চৌকিদারনি। মাগী জাৎনা গোসাইনি। মহাক মতম অয়াম্বদা মথুংতা চৈ অমা পায়তুনা খুঙংগী মমুংদা চৎতুনা লৈ, করিগুম্বা মতমদা মচী অমদা ফমতুনা লাইশোল ঈশৈকাসু হেক-হেক শকই। মাগী অসিগুম্বা মতৌসিদা মীনা অচা-অথক থরা থরা পীবী। মতুমা মাগী নোংমগী চরা নোংখৈ। গৌনারাগী মপা মমা লৈখিত্রবা মতুংদগী দি মাগী চম্বা পুন্সিগী মথক্তা অচৌবা চীংজাও অমনা নম্বরকপগুম তৌরে। মরমসিদগী মানা মাগী মপু সুরেসবাবুগী মনাক্তা মানা ঙম্বা থবক থরা পীবিরগা চাবা থকপগী মথক্তা পৈশা থরদংগা পীহিয়ু হায়জরগা গৌনারাবু থমহনখিবনি। থা অমা হেক কাবা সুমিৎতা ফৌদার লাক্লগা অঙাংহুগী অফংবা পৈশাহু লৌই। পৈশা অহু মানা করিদা শিজিন্নবগে অমসুং কদাইদা থম্বগে হায়বদি কনাসু খঙদে।

অহুবু নোংমদি ইথঙ থঙহৌদনা সুরেসবাবুনা হংলম্মী,— "চৌকিদার নঙনা অঙাংসিগী ফংজবা পৈশা অসি লৌরগা করি তৌই? নঙগী চান-থক্লখদি নঙ নশাগী তলব অমদি ময়ামা পীবনা অসুম ওকপা মত্রা?"

ফৌদার ঙহাক থল্লগা সুংশাস্বর মপী হোল্লগা হায়রকই,—"বাবু পৈশা লোয়নমক তুংশিনজরিদা। হয়েং তুংদা ননাই মাগী কাম্জনবা হায়হুনা।"

সুরেস বাবুনা মাগী বাসি তাম্নগা হায়রকই—"পৈশা তুংশিন্দুনা থম্বা ওইরবদি, বেঙ্কতা থম্বনা হেন্না ফৈ, শেন্দোয়মসু থরা ফংগনি অহুগা মাঙবা ভাবা হায়বসু লৈরোই। মুমদা থম্বা হায়বসিদি বনানা থঙবা।" ফৌদারনা মপূক মমুংদা অমা থল্লগা হায়রকই,— বাবু হুরান চিক্লিগী বাদি লৈররোয়না, য়ামা চেৎনা থমগ্রবা জাৎনিদা।" সুরেস বাবু তুমিন্না লৈরে।

মতম্না অসুম-অসুম হৌখি। চহী মঙা হৌখিবা থঙহৌদে। নোংমা অমুক ফৌদার লাক্লমলগা সুরেস বাবুদা হায়রকই—বাবুজী ননাই ঐহাক "গঙ্গা স্নান" চৎচগে। মরক মরক্তা ননাই ঐঙ্গী য়ুমকাসু য়েংনবা মাবু ছুটি থরা পীবিয়ু।

নঙগী থোইদোকপা "সুমিৎ" থোক-লাকপরনে? মতম কয়াম য়াম্না চঙ্গপদোবা! সুরেস বাবুনা হংলকই।

"করিসু থোইনা কুইগদবা নত্তেদা বাবুজী, ঙসা গোসাইবু কৌবা চৎচরিবনি। ননাইগী য়ুম-কৈসি অমুক্তা শেংদোকহন্জনিংহ্নুনা তৌবনি।"

"য়ানি য়ানি চৎলো, মানা মরাইনা নঙগী য়ুমহু য়েংজগনি।"

সুরেস বাবুগী পুকচেল চাউবা, পুক ফজবসি লমদমসিদা হায়নরিবনি। লমসিগী মী থুদিংমক থবক অমা নত্রগা অমদি মঙোন্দা শোয়দনা হেক্তা তৌহল্লি। অহুগা মাসু মহুগী মমলকা থিদনা অহুম ময়ামগী মতেং পাংই। মাগী মতৌসিদা মীয়াম্না মাগী চান-থক্লবা পোক চৈ কয়া কংখৈ। মরমসিনা গৌনারাসু য়ুমদা মনিং তন্না চাবা থকপা ফংই।

সুরেস বাবুগী য়ুমসিদা মাগা মাগী মুপীগা নত্তনা অতৈ কনাসু লৈত্তে। মখোয়গী মচাশিং লোয়নমক মপান্দা লৈ। করি করিগুম্বা ছুটিগী মতমদা লাকপা নত্তনা থক য়ুমদা লাক্তে। করিগুম্বা লাকপা থোক্লবদি পুম্নপ হেক লাকই। অঙাং ময়াম অহুগী শান্নবদা য়ুমশিংগী মীনাই ওইনা লৈরিবা অঙাং গৌনারাসু য়াওনা য়াম্না হরাওনা শান্নমিন্নে। মখোয়গী মপুক্লিংদা কৈদৌঙৈদসু মাবু য়ুমসিগী অঙোম্ব মীনি থম্দে। অমরোমদা সুরেস বাবু অমসুং মাগী মুপীনসু য়াম্না লুনা চাম্না তৌখি। মাগী মফি মরোলনচিংবা অনৌ-অনৌবা হেক-হেক থোনবি। মরমসিনা গৌনারা মশামকসি ইমুংসিগী মেথর অমনি হায়না অসুম থল্লি।

সুমিৎ থরনিগী মতুংদা ফৌদারনা গুরু গোসাই পুরক্লে হায়হ্নুনা থুজং পুম্বা বাংবা লাওনয়ে। ফৌদারগী য়ুমসি গুরু গোসাই য়েংবা লাকপা মীনা মতম চুপ্পা পিক থন্দুনা লৈ। লাকইবা পুন্নমক অহুগী ময়াইদা গুরু গোসাই কম্নগা লাইশোল ঈশৈ শক্লি। অসুম্না ময়াম

পুন্নমক নুমিৎ থোকপদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ঈশ্বরগী মিংথৈ শোন্নবদা অমা অনা খিদনা লৈনরি। নুমিদাংদা লাইশোল ঈশৈগী মতুংদা মৈগী পুজানচিংবা ভোই। মৈগী পুজাসিদা পুংকক চাউরবী নুপী মচা অমা মৈদা নুঙ্শিন্দুনা কৎলি।

গৌনারংসু ছটি লৌরগা লাক্নুনা লৈরি। তৌরিবা থৌওং মতা অসিদা মাসু ইওক ওকপগা লোয়ননা য়েংনিংবা, খওনিংবা লোয়ননা অসুম-অসুম পুক্নিং চংশিন্নকই। মমৈদা মাসু ঈশৈ শক্রিবা ময়ামগী মরক্তা য়াওরে। মসিনা মাগী পুক্নিংদা মীয়াম মরক তিনবা হায়রবসু অহানবনি। তৌবদি মহাকসে বৈষ্ণব ধর্ম চংপা মচানি। অতুবু মসি পুন্নমক মহাক খওলমদে। মানা করিনো খওদনা মাগী মওকশমদা লুগুণ শিরি। মানা খওবা হায়রববু মাগী লুগুণ অসি মন্নকপা মতমদা লমদমসুগী পুরোহিতগী অমা লৈরগা শিগনি হায়বসিদনি।

নুমিৎ থরনিগী মতুংদা মাসু গোসাইগা চান্নরে। মাগী হৌখিবা পুন্সিসু মহাক কাউথোকপা পামলে। মানা কাউথোক্লগে খল্লুবা হৌপ্রবা অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক কয়া মথং-মথং অমুক নিংশিংলক্লম্মী। নোংমা মানা মমামবা ময়ামগা লোয়ননা তুরেলদা থোই চোপ্পা চংলম্মী। মখোয়গা থোই চোপ্পা মতমদা থোইদা চাক নত্রগা তিন্থোক লেওলগা চোপলম্মী। মহাক্তি তিন্থোক পায়বসি য়াম্না হজোয়। অতুনা চাক ওাক্তা লেংই। লাঙোম হেক থপলকপগা থুনা চিংথৎলু হায়না অঙাং অতৈনা ভাক্লম্মী। অতুবু মাদি তুমিন্না অতুম কমতুনা লৈবসু উরগা থোই মপু অতুনা মঙোন্দা থুশাক্লা থারম্মী। মতমতুদা মানা থোই অতু চিংথৎলম্মী। মথুং নামনা মথজাইদা নান্দুনা লৈ অতুগা মথুং নামনা থোইসু পায়তুনা লৈ। মমিংনা থোইদা থুরিবা ও। অতুনা ফন-ফন চোংতুনা লৈবসু মুন্না শংত্রিক য়েংদুনা লৈরম্মী। মসিগী মতুংদা মহাক অমুক হন্না থোই চোপ্পা চংখিত্রে।

গৌনারা কৌদারগা লোয়ননা গুরু গোসাইগী মাক্তা চংলম্মী। কৌদার গুরুগী মথোও শোক্লা থুরুম্নগা গৌনারাবু মাও থাহল্লগা

হায়রম্মী "গুরুজী অঙাং অসিনা শাগৎলী মৈরামি, মহাক্না ঐখোয় পুন্নমক্কী মহৎ শিন্দুনা হিংহৌগদৌরিবনি, অদুনা গুরুগী আশীর্বাদ পীবিয়ু ; মতম কুইনা পুন্সি মুংশাংনা হিংজনবা হায়না হায়রগা অমুকহু খুরুমলম্মী। মাগী মভোৌদুদা গৌনারা তুমিন্না তঙক-তঙক হেংহুনা লৈরি। মহাক্না কদৌইদা অসিগুম্বা মভো অসি উথিল্লি অমসুং থেংনদ্রি। ফৌদার হৌজিক কাওবা গুরুগী মখুং-মখোঙ হন্না-হন্না শোক্লগা হন্না-হন্না খুরুমহুনা লৈরি।

মাগী মভোৌসি উরগা গুরুনা পোক্তুনা হায়রকই—"বাহ, কয়াদা ফজগ্রবা অঙাংনো, নহাকী নমিংসা করি কৌই ?"

গৌনারানা ইকাইগুম লাককুম ভোৌরহুনা হায়রম্মী,—"গৌনারা !"

"বাহ, কয়াদা ফজগ্রবা মিংনো।"

ফৌদারনা গুরুগী আর্শীবাদ পীবিয়ু ননাইবু হায়রহুনা গৌনারাবু গুরুগী মনাক্তা চঙহল্লম্মী। গৌনারা অদু মকম মরাং ইখঙ খঙদনা ঙসাই ফৌদারনা ভৌথিবা অদুগুম্না গুরুগী মথোঙ মখুং শোক্লগা খুরুমলম্মী। মাগী মভোৌদু উরগা গুরুনা হায়রম্মী —"শাগে জাৎ অফবা মচা হায়বসিদি অসুম্না ভোৌইদো। কয়াদা ফজগ্রবা লমচৎ ব্যবহারনো; মাবু ঈশ্বরগী সেবাদা চঙহল্লু মাগী মতিক মগুণ অসিনা হায়রি মহুদি মহাক তুংদা অচৌবা অফবা মী অমা ওইয়ু হায়বা লৈ।"

ফৌদার ঙসি য়াম্না নুংঙাইজরে খল্লি, মানা নিংজবা থুংবা তারে হায়না। মাগী মগুনুপাগী মরমদা গুরু গোসাইনা হায়খিবা পুন্নমক ঈশ্বরগী পাউতাক্কি হায়না খল্লে। ঙসিফাওবদা মাগী মগুনুপাসিগী মরমদা কনামত্তুনা অসুম্না হায়বিখিদ্রি। মান অমুক মথাক্তানা হায়রম্মী,—"গুরুজীনা অপাম্বা মতুংইন্না ভোৌহনজগনি অসুম্না কৈ হায়বহু তাকপীয়ু।"

মাগী বাহৈ অসি তাবদগীদি গুরুনা মখুৎতা কুশ মনা পায়রগা ঈশিংদা লুপলপ্লা গৌনারাগী মথক্তা থিকপিরে। অদুগা ময়াম তানবা হায়রকই —"ঙসিদগী গৌনারা অসি ঐগী নাক্তা লৈরগনি অমদি মহাক ঐগী শিষ্য ওইরগনি।" গুরুগী পাউজেল অসি তারগা তিল্লিবা

মীয়াম পুম্নমক য়াম্না হয়াওনরে। ময়াম্না গুরুগী জয়-জয় লাউনরে। মসিগা লোয়ননা ঈশ্বরগী মমিং পন্দুনা কবীরগী দোহা অহু শরুয়কই।

মহুদগী মতম থরগী মতুংদা পৌনারা গুরুগা লোয়ননা "তীর্থ স্নান" দা চৎখ্রে। অহানবা থুংবা মতমদদি অনৌবা মফম ওইবগা অনৌ-অনৌবা পোৎ, চৈ, মথল-মথলগী মীশিংগা উম্নবগা কনা মুংতাইবা অমা ওইরম্মী। মথং মথং করি করিনো হায়না য়াম্না খণ্ডনিংলম্মী। অতুবু মুমিং থরনিগী মতুংদা মাগী খণ্ডনিংবা অমদি য়েংনিংলম্বা পুম্নমক লোইখ্রে। মফমসিগী মরৈ-ময়াক, চাকচা-য়ুথক, ফিজেৎ-লাকচেৎ ময়ামচু উরগা অঙাং ওইরিবা মঙোন্দা অকিবা তুজুংবা অমা ফাওরক্লে। অমুক মম্নিউৈদা হৌগৎলগা থবক পুম্নমক মাবু তৌহনবা, অমরোমদা লৈরিবা মীয়াম অহুনা মাবু হন্থনা খনবা অমদি য়েংবা মতৌচু উম্নগা মহাক মিৎকুপ অমা কাওবা মফমসিদা লৈনিংলক্লে। নোংমদি মহাক পুক্নিংগী লৈতাকম লৈত্রবা মফমসিদগী হৌগৎতুনা সুরেস বাবুগী মাইকৈ পাংলক্লে।

সুরেস বাবুগী মুপীনা চাক-ঈশিং পীজ-পীথক্লগা হায়রম্মী,—"ঐখোয়না তাবদি নঙবু ফৌদারনা গুরু গোসাইগী মনাক্তা মহৈ-মশিং তম্নবা থাখি হায়না। করি তৌহুনা মফমসিদা অমুক লাকলিবনো?"—

"ঐ মফমচুদা লৈনিংদে। মফমচু অকবা নত্তে," হায়না মানা কপ্পা-কপ্পা তমলম্মী। তৌবদি মহাক সুরেস বাবুগী ইমুংসিগী মেম্বর অমগুম লৈরকপনিঃ হৈনবনি। য়ুমসি থাদোক্লগা মহাক মফম অমদা অমুক চৎনিংদ্রে।

ওসি অমুক ফৌদারনা মঙোন্দা চৈরম্বা অমদি হয়েং অমুক পুহুনা চৎকনি হায়রম্বা অহুদা মহাক হীক-হীক কপ্লিবনি। কপ্পা-কপ্পা মতোমতা ওসিতমক মাগী কনামত্তা লৈত্রে, হায়বচু খঙলকলম্মী। মাগী লাংতক্নবা ব্রাখলচুগী মরক্তা মখোল থোক্লা হৌনা কপ্লম্মী।

সুরেস বাবুনা ফৌদারগী মতৌসি য়াম্না শাওনিংলম্মী। মানা মাগী মুপীদা হায়রম্মী,—"য়েংউনে ফৌদারগী মতৌসি, মী মশানা

পামল্লবসু মমছুনা পুগন্নি হায়রিবা অচুগা আদা থমগনি হায়রিসিবু। চাম-থব্লবা হায়রা মানা কল্লিস্থ পুবা নত্তবা অসিদা।"

সুরেস বাবুগী মুখীনা হায়রকই,—"পুসনু মানা ওমলগা, অঙাং-সিনা তাঙবা পৈশাসু মানা লৌবা" হায়রগা গৌনারাবু থেমজিলম্মী।

"তুমিন-লৈরো, তোকলো-তোকলো কপ্পনু। মা হয়েংদি লাকসনু থঙগনি" হায়ছুনা সুরেস বাবু মতৈ মনাও চঙছুনা থেমজিনখি।

—(০)—

# ঈশিং — মিংশেল

জ্ঞানেশ্বর চট্টোপাধ্যায়

অনকপদা থবক গুকম লৈরবনিনা অঙ্গুরি থবক ওম্না-ওম্না চংলি। অয়ুক ফনা ওল্লি মহাক্লা থবক চৎকনি থোরকপন্থু। মহাক মীগকা টবা পোৎ নত্তে! মম্নমসিনা মহাক্লা য়াম্না চিকপদা মথন্তা চৎপগুম ফাওরম্মী। মহাক্লা থবক শুরিবসি "ব্রার্ক ক্ষোর ফুদ" হায়রবা ক্ষীম অহুগী মথাদনি। অহুবু খুঙ্গংগী লৈকুৎ লৈভোং ওাক্কা ভায়রবা লম্বী অহুদি হৌজিক ফাওবা শেমজিন্ত্রি। অহুনা পঞ্চায়ত মেম্বরশিংগী পৈশা ফংনবা লম্বী অমত্তা লৈতে।

মখোঙ উফুল হৌবম্নথৈ অঙ্গুরী থুনা-থুনা চৎলি। নোংপোক থংবা মাইকৈনা খজুর পাম্বীগী পরেং-পরেং হৌরি। উনানা মুংশিংকী ভাম্বা চানা জগোয় শারি। অঙ্গুরী ইখঙ-খঙহৌদনা লেপ্পী। মমাংদা হুঙ্গৎনা য়েংবদা ফনাসু লৈয়মদে। তুংদসু কনা লৈবা উদে। য়েৎলোমদা লৌবুক্লা ওমথৈ লৈতনা শন্দোকখ্রি। অহুগা ওইরোমদনা তুরেলগী তোর্বান। অসোন থংবা মাংমদদি হৌজিক ফাওবা মৈ থাল্লি। চাউর-চাউরবা থাউমৈগী বল্বশিং অহু আকাশ শোক্কদবগুম বাংনা উফুল অমসুং মৈথু ইকৈ তৈরহুনা লৈরি।

অঙ্গুরী তুরেললোমদা চৎলম্মী। তুরেল মাংমদা লৈরিবা অবাংবা য়ুমশিং, কল-কারখানা ময়ামহু উবদা অঙ্গুরীনা খল্লি মফম অসিদদি চহি চুম্না থবক্কী থবক ওাক্তা লৈগনি হায়না। মসি খল্লকপদগীদি মাগী পুক্নিং অহু খম্না লাংতক্লবগুম তোরম্মী। মানা মাগী মাইকৈ মরিমক্তা লৈহুনা য়ে লকই। মহুদা মহাক্লা উরম্মী—খজুর পাম্বীশিং অমসুং চক্লনা কুপ্প: যুম মচা-মচাশিং ময়াম অমসু অমুক।

অমুক্কী নৈচিল্লক্তা নুমিৎনা মুনা-মুনা য়েংবা হৌরক্লে। মাইকৈ মরি নুমিৎকী মঙাম্না ইরং লংনা শন্দোরক্লি।

মাইকৈ মরিমক পুমচিক চিক্লম্মী। অঙ্গুরীগী বাথল অহু লৈত্তারমদে। অহুবু মথন্তা পুক্নিং অহু কাথজরগা খল্লকই—"অসুম্না নুমিৎ কয়ানি?

য়াম্নবদা থা অমা মঙায়। মসিগী মতুংদনা কদাইদা ··· ··· ··· ··· ?
থবক অসিনা লোইবগা করিস্থ লেমহৌরোই।' অদুম্না থন্দুনা অঙ্গৌবী
সুংশিং মরক্তা মশম-মনা থাদোক্লুনা লেপ্লি। কুচুদি মুনং তৌই
অদুবু মশা-মউ কৈ, য়েংবদা সুংঙাই। অঙাংবা মচুগী থরা শিথরবা
সারী অমা শেৎলি। সারী অমসুং পুক্রী ভাইনবা শ্বাংগী শরুক অদুনা
অউবগী পুক্লিং চিংশিল্লি।

মহাকপু হেক উবদা লীজবাবুনা হায়রকই—"করি তৌরে অঙ্গৌবী।
ঙরাংস্থ লাক্লে। সুমিদাংগী পুং ১০ ফাওবা ভাইদুনা লৈ।"

অঙ্গৌবীনা পাউথুম অমত্তা পীদনা লীজরোমদা ওনশিল্লগা মুম্না
য়েংদুনা লৈ। অঙ্গৌবীনা মশা ইপা পাবা, খজাই ইচপ চপ্পা, মনাতোন
তুম্বা মনিং ইরাও লাওবা, খুদাংদা শিংলি অচৌ-অচৌবা থোক্লুনা
লৈবা অদুগা কুচুদি ঙৌরগা ভাইকেৎ ভাইবা সুপাদুদা য়েংলি।

অঙ্গৌবীদগী পাউথুম অমত্তা ফংদ্রবদা মহাক্না অমুকস্থ হায়রকই—
"নখোয় নাপলকক্না য়াম্না তৌরবা জাৎনিনে।"

মহাক্না মোমোন নোক্লগা হায়রকই—"কদাইদগী নাপল কাব-
নোদা ··· ···। চুম্না লাকপা ঙমখিদবগী রানি। সুমিৎ কয়ানিদগী
রাখলসি ইদুং সুংঙাইতনা লৈরক্লিবনি।" মহাক মসিগী মথা তানা
থন্নস্থ ঙাঙনিংবগী মওং মাল্লি। অদুবু ঙাওবদি তৌখিদ্রে। লীজবাবুস্থ
অসিগুম্বা রাশিং অসি ভাবদা য়াম্না হৈনদবা মীনি, মরমসিনা মানা
ঙাঙলুবগী করি কাম্নগনি। অদুদগী মহাক্না হায়রকই—"শিরগা শি,
তেকশী কদাইদা লৈ?"

লীজবাবু ইঙক ঙক্লম্মী। মহাকী হকচাংদা চেল্লিবা শিংলীশিং
অদু মরেং-মরেং চৎপগুম তৌই।

সুংশা কনথৎলক্লম্মী। মাংদা ঙা য়োক্লিবা পুখ্রি অচৌবা লম
বিঘা অনিমথায়রোম পাকপা অমা লৈ। মদুদা অয়াকপা ঈশিংমা
পীক থন্না লৈ। সুংশিংকী ইপোম্না ঈশিং অদু ঈথক হৌব্লি।
তাঞ্জাদুদা লীজবাবুনা অঙ্গৌবীদা হায়রকই— "লাও", মসি ভাবদা

অঙ্গৌবীনা মঙোন্দা য়োংপী থাবগুম তৌরম্মী। অমুকস্তু হায়রকই "অসিদা লাও।" অঙ্গৌবীনা মনাক্তা হেক চঙলকপগা লীজবাবুনা মমঙন্দা মখুংনা নানবীরদুনা হায়রকই— "য়েংউ, অঙ্গৌবী লালোনবা হায়বসিদি অমুক খল্লা মাং, অমুক খরা তোং তৌবনি। মিনমেৎকী ঙা অসি লিশিংদা লুপা ১৮০/- পিরে। অদুগা লুপা ৭০/- তা লৌবা হায়বসি য়াম্না মাঙথ্রপোৎনি।" মাগী ৱাহৈশিংসি তাবদা অঙ্গৌবী তুজুংলম্মী। অঙ্গৌবীনা নিকপদু লীজবাবুগী মথুক্তা ফাওরম্মী। অদুবু মানা অঙ্গৌবীবু মাগী মনাক নক্না চিংশিল্লগা অমুকস্তু হায়রকই— "মীঙোন্দা হায়দোকস্তু, লুঃ ৭০/- গী মফমদা লুঃ ১০০/- পিরকই হায়না।" মাগী ৱাহু তাবদা অঙ্গৌবী খল্লা নুংঙাইবগুম তৌই। মহাক ময়াম ইরং লংনা কাথোক্লুনা মোমোন নোক্লুনা লৈ। চহি ১৬ তা ঙাইরীবী মায়থোং অদু অয়ুক্কী নুমিৎকী মশেক্না য়ৈবদা অমুক্তা হেন্না ফজবগুম উরম্মী।

অয়ুক্কী নুংশা অসুম-অসুম কনথৎলম্মী। মাঙদা তিংখং পানবা অচৌবা উ অমম্ব হৌরি। মফম অসি অঙ্গৌবীনা য়াম্না থোয়দাজে। মহাক্ন মাগী সারীদু খরা কোমহল্লগা মসুংগী পেত্তিকোৎ অদু লৌথোক্লম্মী মথং অদুদগী মাগী ব্লাউজ (ফুরিৎ) অদুস্তু লৌথোক্লগা মাগী থবাক অদু সারী মচিনা কুপ্পবা হোৎনরম্মী। অসিগুম্বা মহাক্কী থোইদ্রাংবা মতৌ অদু উবদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী। ইফা ক্ষাবা মশম অদু পুনশিল্লম্মী। মহাক্কী মক্কী মরোল অদু চিগোংলৈ পাম্বী অদুদা নিংথিনা য়ানশিল্লম্মী। মহাক্কী ফিভম অদু মহাক মশানা য়েংজবদা মতোমতা মথুম মরাং হৌবগুম তৌরম্মী।

অরাপ্পদগী লীজবাবুনা অঙ্গৌবীগী মতৌদু উবদা থাম্মোয় ঈথক হৌরকখি। খরা নকশিল্লগা হায়রকই—"করিগী অদুক ঙাইওমত্রিবনো?" মাগী মখোল অদু তাবদা অঙ্গৌবী চপ লেপ্পী, ইপা-পাখৎপগুম তৌই।

লীজবাবু মশা হুমাং অনপ্পী কাই। মশাপুদা ঈগী অনৌবা ঈথক হৌরকপগুম তৌরম্মী।

চুংশানা তরং-তরং থোকপহনা পুখ্রি অদু মিংশেল অমগুম পুমনং লংলম্মী। পুখ্রি অসি সরকারগী দাম শাখিবগী শরুক অমনি। কালেন খাগী মতমদসু ঈথক চাওনা-চাওনা কায়। মরক্তা লৈবা পুং মচা মচানা ঈথক অদু থরা তপথনবা হোৎনরি। লৌমীশিংনা মাঙ্গী-মাগী লম কয়হনা ফৌ থানৈ।

নোংমা ইথং থংহৌদনা রায় চৌধুরীনা সরকারগী চে পুথোক্লগা হায়রকই—"লম অসি ঐখোয়গীনি মসিদা হৌরিবা ফৌ অসি ঐখোয়গী শরুক পীগদবনি।"

—"অদুরা?" লৌমীশিংনা হংই।

অহিং হৌগ্রে। মোং ভানগদৌরে। শক ১৯৬৭ তা পানখিবা ফ্রন্ট সরকারগী সাসননি।

লৌমী নেতা অমনা হায়—"ফজনা ইন-খোৎনবা লোয়রগা নিংথিনা শরুক অদু তম্বনা ফরোইদ্রা?"

মাগী য়াসি ময়ামসু পায়রম্মী, চাওরাক্লা লৌমী য়াম্থেমুক্না কোর্টতা দখল তৌরিবা লৌনি হায়না দরখাস্ত থারে। অদুবু কোর্টনদি তুমিং ১৪ নি লৌকমসিদা কনামতা চঙবা য়ারোই হায়না ইঞ্জংশন তৌরে। চৌধুরী য়ায়গী মনাও অনি কোর্টতা উকিল ওইরি।

লৌমীশিংনা ময়ুমগী কোল-লিক বন্ধব থম্মরগা শেল থায়গৎনরি। কেশ শোক্লরিবনা কলকতাদনি। লম্বাগী থৌচংসু মখোয়দদি অচৌবা অয়াবা অমনি। মখোয়গী নরক্তা লাইরিক লাইসু হৈবসু অমত্তা য়াওদে।

য়ায় চৌধুরীনা দলান মখোল অনিগী মথক্তগী ভংলহনা হায়রকই—

"আইনগী থোঙদা দখল তৌবা লৌমী ওইনবা হোৎনরিবা কাংবুশা, ভাইখো; হৌজিক মখোয়গী অপাম্বহু ফংহনগে।"

সরকার হোংগ্রে। ফ্রন্ট সরকারগী মতমদা মমিং চৎলম্বা কয়া তুমিন তুমিন লৈনগ্রে। মবা চৎত্রে। তুমিং থরনিগী মতুংদা অংগ্রেজীদা ইবা চেনা থরা পাইরহনা রায় চৌধুরীনা পুলিস কাংবুবুসু মথবায়

পেরনবা তৌরে। তৌরিবসি করিস্থু কাম্নবদা লম থংগীদমক্লি। মাগী মতৌসিদা মাবু উবদা লমহুদা হৌরিবা ফৌ পাম্বীশিংহুনা ফাওবা তুগংলিবান।

রায় চৌধুরীনা অকবা মুমিৎ অমা য়েংলগা খুংগী লম অহু ওনবা হৌহল্লে। দামহুদগী খুঙংগী লম অহু ফাওবগী পাক-চাওবা কয়াবো? অসিনচিংবা লম ওল্লি। মাসগা লোয়ননা তাস অহিংগী পুং অনিমথায়রোম তাবদা দাম অহুদা ঈথক অচৌবা অমা লাক্কদৌরি। নোংমদা লুঃ ৪-৫০ (মারমথায়) গী হিসাবতা মহাক্না বুলি ২০ মুক নেক্কুনা থায়। শা থরা পীজরগা মুস্থ পুম্নমথে পিথক্লে। অহুদগীদ— য়োংপাক পায়বা মীওই থমনা মিঃ ৫ মুকী মতুংদা দাম অহু কারহুনা ঈশিং ওলহনব্রে। অহুদগীদি দামগী ঈশিং অহু লৌবুক্তা চংব্রে। ঈশিংগী শাফুনা ফৌ পাম্বাশিং অহু লোয়না তুরে। মিংকুপ থরগী মতুংদা লৌবুক অহু সমুদ্রগুম উরে। ঈশিং অসিনা নৈদ-কা থেংবাদ থুমাহ থকপসি মতাই য়াক্লিবা। সমুদ্রগী থুমাহ তাক্তা তায়রবা ঈশিংগুম। তৌবরুদি মফমসিদগী সমুদ্র অহুম্থ লাপত্রে।

মতম অসিদা কচহরীদা মুপীমচা তরামুক লৈ। মখোয়গী মশাদা য়াওরিবা ফি হায়ববু ব্রাউজ অমসুং খোঙ্গাও (পেতিকোৎকুম্বা) অহুদনি। মখোয়শিং অসি খিদরপুরদগী পুরকপনি। মখোয় মুপীমচাশিং অহু হেক লাকপদগীদি মফমহুদা শানৈ-য়ৈবা হৌরে। থরা লাপতক্না ত্রক অমম্থ থাহুনা লৈরে। অহু নোং তাঞ্জরৈদা মফমসি থাদোক্কুনা চংখিগদবানি।

থুম য়াওবা ঈশিং অহুনা লৌবুক্তা চংবদগী লৌবুকশিং অহু চহি অহুমলোমদি লৌ উবা য়াররোই। লমদমসিগী লৌমীশিং অসি লাইরবনা চাবা-থকপা ফংনব্রে। মরমসিনা মখোয়না রায় চৌধুরীগী মখোত পায়হুনা হায়জরে— "ঐখোয় কেস অহু লৌখোকচরগে." মহুগী খুদোংচাবা লৌহুনা রায় চৌধুরীনা অচম্বা করিস্থ ইদবা চেদা ময়ামহু সহি তৌহল্লে। অহুগা মখোয়গী মচিন্দা হায়হল্লি—"লৌবুক অসিদা ঐখোয়গী অধিকার অমত্তা লৈত্রে অহুগা লৈ হায়নম্থ হায়রম্লোই।"

থুঙ্গং অসিদা লৈরিবা মীশিং অসিগী মমুংদা নুপীমথৈনা কলকত্তা সহরদা চত্তুনা মাগী মাগী হিংনবা কোল ফেংবা, ফি-শুবনচিংবা তৌনরে। অদুগা নুপাশিংনস্থ মানা-মানা থোকপা শিনকম থিনরে। লৈশাবী কয়াম্না ময়ুন পানবা ফংদনা ওক্কবী ওইরে।

হৌজিক্কী লোবুক্কী ঈশিং অদু য়াম্না মুরে। ঈশিং অসিনা লৌমী কয়াগী লৌ মাঙহনখিবনি। অকায়বা দাম অদু নিংথিনা থিংজিনরে। দামগী মথক থংবা শরুক অদুনা ঙা মথল-মথল কয়া ফানরে। অদুগা দামগী মথাদুনা লৌ ঊনবা ফজনা শেম-শারে। অসুম্না মফমসিদগী চাহিদা নুপা লিশিং ২০ (কুন) দগী ২৫ (কুনমঙা) ফাওবগী থায় লাকপা ঙম্মে। মসিগী মমুংদগী ফৌ মন ১০০ (চামা) দংদি রায় চৌধুরীদা পীরগা অরেম্বা ফৌ পুম্নমক অমদি ফারিবা ঙাশিং অসিনা লীজবাবুগী শরুক্নি। অসুম্না চহি মঙা ফাওবদি মহাক মথন্তুগী ওইমা লৈরে। ফৌ অমসুং ঙাদগী হেন্দোক্নুনা শল, হামেং, ঙানু, য়েননচিংবা কয়াসু লোইরি।

লীজবাবুনা মাগী চরুনা শাবা থাঙপোক অদুগী ওফিস অদুদা নোংমগী ওইবা অরৈ-অয়োনগী হিসাব হেক-হেক তৌরি। ওফিসসু মহৌশাগুম্না মহাক ফমদুনা হিসাব তৌরি। মমাংদা হামেংগী শঙ্গোম গিলাস অমা অদুগা য়েরুম অফুৎপা অনিপসু লৈরি। মাগী ওফিসসিগী ময়াদা পিক্কক তৌবা মাঙ্গোল অমা লৈ। মপান্দা লাইফম অমসু লৈ। দামদুগী নাকন্দা দুর্গা দেবীগী মুর্তি শাদুনা থম্মি। মসিগী ময়াদা মকরবাহী অমসুং গঙ্গাগী মুর্তিসু লৈ। দেবীগী মমিং শোম্লদুনা লীজবাবুনা য়েরুম অফুৎপদু তথায় অমা ময়ানা চিক্কুনা চায় অদুদগী শঙ্গোম থকচিনখি। মসি লীজবাবুগী অয়ুক্কী ব্রেকফাষ্টনি। মতম অদুদা উচেক ময়াম পাইরকপগী থোঞ্জেল অমা ভারম্মী। মখোল অদু তাবদা লীজবাবুগী মনা থাঙৎতুনা ভারম্মী। থোঞ্জেল অদু তাবগা উচেকশিং অদুগী মশক থঙনবা হোৎনরম্মী। অদুদগী মহাক মপান থোক্লক্লে।

নুপা মচা, নুপী মচা ময়াম অমসু লৈরম্মী, চহি ১২-১৩ দগী মা ২০ মুক শুবফাওবগী অঙাং ঙাক্তনি। মখোয়শিং অদু নত্তবা চহি

৪৫/৫০ রোম ওইরবী সুপী ময়ামসু মফমতুদা তিল্লরে। ময়ামতু উরগা লীজবাবুনা হায়রকই—"তুমিনলৈয়, কনামত্তা লাওগনু।"

লাংলম্বা নিল্লম্বা পুম্নমক তুমিন-তুমিন লেপতুনা লৈনৈ। ময়ামতু উরগা অমুকসু হায়রকই— "ভাও-ভাও ময়াম পুম্নমক ওসিদগী মীন-মেৎ ভা অমগী মমল লু: ৮ (নিপাল) পীরগদবনি।"

"ওম্বোক্লা য়াম্লেদা" ময়াম্না শোইরে।

× × ×

প্রাইমারী স্কুলগী ফক্লাংদা য়োৎপী অমা লৈবতুদা "ওপরেসন লেন্দ একাউন্ত,, কৌবা/থাবা নোটিশ অমা য়াল্লি। সুমিদাংল্লাইগী মিতিন্দুগী মতম অমসুং তারীক লোয়ননা ইরি। পঞ্চায়ত ওফিস, বাজার অমসুং পোষ্ট ওফিসসু হায়রিবা মফমসিদা ওইরি।

ক্লার্ক, আমিন অমদি গ্রেদফোর ফাওবা ফি নাম্না-মাম্না শেৎলহুনা টেবল ময়াদা জী: ও: সাহেবনা ফমহুনা লৈরিবা মনাক্নদা কল্লি। খুদংগী লমসিদা হৌজিক কনা-কনাগী মিংদা লৈরিবগে? অমদি মথোংগী মপু কনা কনানো? হায়বসিগী মরম পুম্নমক য়াওবা চে-চাং কয়া টেবল-সিগী মথক্তা থম্লি। জী: ও: সাহেবনা মুন্না থিগৎলবা মতুংদা চে-চাং ময়ামতু বিষ্ণুপদ-দা পীথ্রে।

সাটিফিকেৎ অতু খুৎনা পায়রহুনা বিষ্ণুপদনা মাগী মথবাক্তা চেৎনা কোনপিল্লি। জী: ও: সাহেবপু হন্না-হন্না থাগৎলহুনা হায়রকই— "থাগৎচরি সাহেব, থাগৎচরি"

সাহেবকী মায়থোঙ অতু অহুক্লং হায়কেৎ নোক্লকই। ওবা ওইবগী তলবকী চাং মাম্নবশিং অতুগী মরমদা কোক্লবগীদমক জী: ও: সাহেবকী এপোইমেন্তা অসি পিথিবনি। বিষ্ণুপদ য়ুমলোমদা হল্লক্লে। মাঙোন্দা ভাম্বনা পেক-পেক থোংলি। ময়ামতু উরগা বিষ্ণুপদনা লাওরকই— "অফুরী ভামুসি ফাও ওসিদি মসি লোয়শিল্লসি। ফজনা থোংউকো। শা-ভা চাদবা ফনা কুইরে।"

ফালেন থাগী মমৈ ওইরকপা মরক মরক্তা নোং থরা-থরা তারে। অহুনা লৌমীশিংনা-লৌ খোইহনা থবীনচিংবসী মরু কয়াম্ব হল্লে। অহুবু মুংশাদি মৈহৌনা শারি। হন্দক্তি য়াম্না চেকশিন্না কদাইদা করি শোয়খিগদগে হায়না হোংনৈ। হয়েং মহৈ লোক্লগা য়েন্নগদবা হিসাব ফাওবা লোয়রে। শরুক অহুম খোকপগী অমনা মপুগী শরুক অহুপা লেমহৌবা অহুনা মখোয় মশাগী। অসুন্না হিসাব তৌহনা লৌমীশিং মুংঙাইনা লৈনরি।

কালেনগী শারবা মুংশা মরক্তুদা বিষ্ণুপদনা শনপোৎ খোয়রি। মহাক্না মাগী শনহুগী মমৈ থেক্তুনা হায়রকই— "চৎলো-চৎলো, পুং অমত্তং খোইরগা থাবীরগে।" মমৈ থেকপহুদা শন 'নিহু ওহাক্তং কন্না হেক চৎলি। অহুদগী অমুক হেক তপথৈ। অসুন্না বিষ্ণুপদ মুংঙাইবা রাখল কয়াগা লোয়ননা শনপোৎ খোইরি।

মতম অহুমক্তদা সুরথ ভোল লাক্লগা হায়রকই—" হে বিষ্ণু লৌকমসিদগী চৎখোকউ।"

বিষ্ণু — "করিগী ?"

বিষ্ণু — "নঙদি, রেকোর্টতা ঐগী মিং লৈরিবহু উত্রা ?"

বিষ্ণুগী রাহু ভাবদা সুরথ মনাতোন অহু ওগৎলগা অকামপেৎ থাংনা ঙাংবা হৌরকই। অঁহুবু বিষ্ণুপদ।দ তুমিন্না অহুম লৈ।

সুরথ ভোলনা চে চবুল অমা পুথোক্তুনা হায়রকই—"য়েংউ ইবুংঙো মসি হায়কোর্টকি রায়মি। মসিদা নঙগী নামংককা অমত্তা য়াওদ্রে।"

বিষ্ণু স্বায় লাওই। মিহুন তিং-তিং চোংবা হৌরকই। অহুম ওইনমক মহাক্না তম্বা হায়রকই— "ঐখোয় অংগ্রেজী কা খঙদে, পঞ্চায়েৎতা চৎসি। মফমহুদা কনানা ওম্বগে য়েংসি।"

"পঞ্চায়তকী বাদি চৎনদ্রে। হায়কোর্টকী মথক্তা কনানা করিবু হায়গদৌরিবা ?"

মাঙদা চৌকী অত্তেকপা অমা লৈ। মহুগীময়াদা গ্রাম পঞ্চায়তকী ওফিস লৈ। প্রধান অহুগী ওইথংবদা রামপদ বিড়ী অমা চিংহুনা লৈরি।

রামপদ হায়রবসি প্রাইমারী স্কুলগী ওজানি। প্রধান অহনা রামপদদা হায়রকই—"রামপদ চেহু খরা য়েংঙ্গু করি হায়রিব্রনো?" রামপদনা চেহু মথক-মথা ওন্দুনা কোয়েং ক্লেংবা হৌই।

রামপদগী মায়খোং ইমক মকশিনবগুম ভৌই। মাগী মায়থোং অমু উরগা বিষ্ণু খরা তপথবগুম ভৌই। রামপদনা চাংলেন্না হায়রকই—"মিঃ রুতিত্ত মুখার্জীনা বিষ্ণুপদ অমসুং অত্তে অত্তোপশিংনা দখল তৌরিবা লমশিং অসি থাদোক্নবা হায়রে। মসিগী নোটিশ অসি লৌপুম্ন থগুহনরে। মরমাসনা নোটিশ আস ফংবা মুমিৎ হায়রবদি গুসিদগী লম অসি থাদোকনবনি।

বিষ্ণুপদগী মমায় অত্ত মুস্ক মুশিল্লি। অহুম ওইনমক মতিন য়োংলগা অমুক হায়রকই "ঐখোয় ভাব তাবা ওমদ্রে, অমুক্তা কজনা হায়বিয়ু।"

"হৌজিকপু করি অমুক তাকনিঙ্ঘাই লৈল্লিবগে? নঙ লৌফম অসিদা অমুক চঙবা য়াদ্রে হায়বা।"

শাওরনা মমিং ঈ কারতুনা হায়রকই—"করিনো ঐখোয়না চহি ১২ দগী দখল তৌরক্লিবসি থঙদ্রো। মতুম্ন ত্তখায় চাবীদা চুমদ্রনে, সুরথ বাবু!" রামপদনা নোক্লিংদনা নোকশিন্নরগা হায়রকই—"অতুদি রসীদ করিগী লৌদে।"

বিষ্ণুগী মমায় ইশুক শুকথে। মহাক্না রামপদ অমসুং সুরথ ভৌলগী বারী তাতুনা লৈরে মহাক্না অসুম লেপ্তুনা লৈবতু উরগা রামপদনা লাওরকই—"খরা থুনা চৎল্লো, চৎলো", হায়রগা সুরথ ভৌলগা মখোয়নি বারী অমুক-শায়। অতুদগী মহাক্না রামপদ অমসুং সুরথ ভৌলদা ওনশিল্লগা হংলকই মসি করম্বা নমথাক্নো? লৌশাল ত্তখায় অমতু লৌবা অতুগা রসীদ চে পিদবা। মসিগীদমক মখোয়দা কেস তৌগদবনি।

মসি তাবদা সুরথ শাওরনা মৈ হৌরে—"অতু ওইরবদি মশাগী লম লৈত্তবশিংসি তৌরক্লগা সহরদা দলান মখোল ৪/৫ শাতুনা লৈরিবশিং অসিগীসু মমিং পানশিল্লোনে।"

য়ামপদসু য়াম্না শাওনা হায়রকই—"আইনগী বা ঐখোয়দা অমুক তাক্লকনু।"

অস্নুম্না ওহাক ঙাংনরবা মতুংদা বিষ্ণু তুমিন্না ময়ুমদা হল্লক্লে। য়ুমচু ইনা কুপ্পনি। য়ুম য়েৌরগা করি তৌগদগে হায়বা খঙলমদে। পুক্নিং ঈরাং লাওই। অদুম ওইনমক ইমুং চঙলে। চেংনা থম্বা মাগী ঁবাক অচু লৌথোক্লুনা করিনো অমা থিরি। থরা থিরবা মতুংদা ময়োম অমা ফংলে। ময়োমচু ফাক্কোক্লগা চে অমা লৌথোক্লুনা মুমা য়েংই। অদুদগী চেচু শুরু-শুরু নোইশিন্দুনা পাইশিল্লে। তশেংবর্দি মহাক চেচুদা ইারবসি করিনো হায়বচু খঙলমদে।

বিষ্ণুপদ অস্নুম তুমিন্না কমদুনা আকাশলোমদা য়েংদুনা লৈ। অদুদগী ইমুংলোমদা অমুক য়েংই। মহাক্না উরু উরুবা খুদিংমক অহাংবা অর্থ য়াওব্রবা ঙাক্না ওইনা উবগুম তৌই। অদুগা মহাক্না অদুগুম্না অহাংবদুদা করিগুম্বা থরা থিদুনা লৈরি। অদুবু মানা উরিবচু করিনো হায়বদুদি ময়েক শেংলমদে। মায়কৈ পুম্নমক পুমহাও হাংবা, অমদি পুমম মম্বা ঙাক্না ওইনা তৌই। মহাক অমুক মপান থোক্লকপদা অঈংবা মুংশিং থেংনবদুদা মশাচু থরা ঈংথমগুম তৌরে। মহাক্না অঈংবা নুংশিংকা ঈরোয়ননা তপ্না-তপ্না হুজং ভন্দা চক্রুম্না লৈরি।

অদুদগী মহাক অমুক মাগী লৌকম তম্না চেল্লক্লে। ওহাক-অমুক লেপ্পী। অদুদগী নুংশা শুর মপী হোল্লদুনা অমুকসু চেল্লি। মহাক্না পাংল্লো অচু য়েৌরকপা মতমদা লৈকাইগী নুপীমচাশিংনা মখুাংদা তুজোল অমমম য়াল্লগা ঙা ফাদুনা লৈরম্বচু উরম্মী। অদুগা তুজোলশিং অদুগী মনুংদা য়াওবা ঙাশিং অদুনা ফন-ফম চোংদুনা লৈরিবা অদুসু উরম্মী। ময়ামদুগী মরক্তগী কেস্তোগী মমৌ অদুনা মকি-মরোল ইচোং চোংলদুনা মশাদা তপ নপশিন্দুনা লৈরিবা ফিভমদুনা মঙোম্বা হায়রকই—"ইবুংঙো ঙা ইফা ফাদেদা।"

—"ঙা ফাম্লবদি করি তৌগনি?"

—"হোয়নে, করিদি তৌগনি।"

—"ঙা কাবসি তোল্লগা নখোয়গী চাক থরা থোংগে।"

—"কয়া লৌগনি ?"

—"লৌল্লবস্থ য়াই।"

—"ঙ্গমিং কয়ানি থোংগনি ?"

—"নঙনা দরকার ওইরিবমখৈ।"

খোঙ্গেল অদু অস্থম অস্থম নকশিল্লকই। কোন্না খোঙ্গেল হুদু বিষ্ণুপদগীনি হায়বা খঙথি।

বিষ্ণুপদনা মফম অদু হেক য়েঁাবগা হায়রকই—"লৌ লৈগেরা ? লৌ লৈগেরা ?" অদুদগী বিষ্ণুপদনা মথুৎ প'য়ত্থনা চিংলগা মাগী লৌফম অদোমদা চৎখি। অদুদগী মহাক ঈশিংদা চোংথরগা মাগী লৌ হায়বদি মপা-মপুগী হাক্তকগী কোন্নরকপা লৌফম অদু থিবা হৌরকই। মাগী লেপ থুমগদৌরবা ঈশিং অদুগী মক্সংদগী লৈবাক থরা লৌথৎলগা মনম নম্মী। অদুগা হায়রকই—"মসি নত্তে।" অদুদগী অমুক মাংলোমদা থরা চৎলি। ইথৎ খঙহৌদনা য়াল্লা হল্লাওনা লাওরকই। "কংলে, কংলে ঐগী ইপা-ইপুনা থম্বীরম্বা লৌফম। মফমসিদনি ঐনা ঐগী ইপাশ্লীদমক চাক পুরকথিবা মরক-মরক্তা হিদাক, মানি-মানি মফমসিদনি।" মাগী মতৌদু উরগা খোইনা ঙকলুদে। মরমদি মহাক মফমসিগী মারী মুল্লা খঙই। মানা ঙকপা হায়ববু বিষ্ণুনা মতৌ করম্না ঈশিং অমুক লুপ্লবা অসিদা মাগী লৌফম খঙবা ঙম্লিবনো হায়বসিনি।

বিষ্ণুগী অসিগুম্বা মতৌ অসি উরগা কেম্তোগী মমৌনা হায়রকই—"অঙ্গুরী নখোয়গী বাবা অসিবু মকোক থগ্না বেরা লৈবরা ?"

× × × ×

ভারকোলগী লম্বী অদু পাক্কানি। ভিয়াহা অমম্লং কাকদ্বীপলোমদা টাটা গাড়ী য়াম্না চৎনরি। লম্বীদা দুকান থরা থরদি লৈরে। অদুমকপু লোয়না হাংনবদি নত্তে। খোংনাং বৎ অমগী মখাদা মী থরা তিল্লি। এলুমিনিয়মগী কোলশিংদা ঈশিং থরা-থরা য়াওহুনম্থ লৈরি। অদুগা মত্থদা ঙা মচাম্থ য়াওরি।

কাংবু খরনা ভাশিং অহু য়োনবগী শুর-তালগা লোয়ননা লাওরি। অসুম্না মী পুন্নমক মাগী-মাগী ভাশিং অহু ফনা য়াম্না য়োম্নরবা মতমহু-ফাওবা অঙ্গ্রৌদি খুৎলাম-গা কৌদ্রি। ভা লৈবা লাকপা মীশিংনা চংথোক চংশিন তৌবহু মুম্না য়েংহুনা লৈরি। কনামত্তনা মাগী মনাক ফাওবা চঙবিরক্তে। মহাক্না য়াম্না নীংবা কায়না অমুক লাওরকই "মশা ক্লাম্না তেকপা অহাওবা ভা ভাক্তনি। মমল তানা লৌবিয়ু।" হায়না হম্না-হন্না হম্না। অহুবু কনামন্তা লাক্কে। মানা অমুক খাল্ল। মহৌশা উনবা (মঙোন্দগী ভা হেক হেক লৌবা) মী অমত্তং লাক্লবদি মঙ্গৎ মরাই থিদনা হেক্তা পিথোকপ্রগে হায়না অমুকসু। অহুবু ভসিদি অহুগুম্বা মী অমফাওবসু লাক্কে। করিনো ভসিগী মতৌ অসিদি হায়না তৌফম খঙদনা উংহুনা লৈরে। মী পুন্নমক চংননবগী থৌরাং তৌবা হৌরক্লে। নোংমগী শেন্দোং-শেলেপ থীনহুনা য়েংনরে। মতমসি ফাওবা অঙ্গ্রৌদি ভা অমফাওবা য়োম্রি। খরা লাপলপ্না খোঙগ্রাও মতোন্দু খুকউ য়োনা থেকৎলগা সুপা অমা লাকপা মানা উরম্মী। সুপা অহু উবদা মহাক খরা সুংঙাইবগুম তৌই। মানা সুপা অহু মথুং খঙ্না কৌশিল্লি।—"বাবুজী, বাবুজী ঐগী ভাসি লৌবীয়ু। মমলদি নঙনা পীনিংবহুদা পীয়ু।" মাগী খোক্লাওহুদা সুংগী মিপাইবা, মঙোন্দগী নাপ্সোক্তনা চংখিগত্রা হায়না চিংনবগী অকিবা অমা য়াওবগুম তৌই। সুপা অহুনা মাগী খোঙেন্দগী মসি খঙবনি। মানা চঙশিল্লগা হংলকই—

"মসিনা কয়ানো?"
"সুপা অহুম।"
"অনি পীগে।"

"লৌরোসে" হায়না ভাহু থাংগত্তনা সুপাহুগী থাউদা হাপচিনবি। অহুগা করি করিনো খরসু ভাঙলি। মাগী মতৌহুদা সুপাহুনা হংই—
—"নঙগী কনাসু লৈজগ্রবরা?"
—"করিগীনো? ঐগী পাপাবুদি লৈ।"

—"অতৈদি ?"

—"অতৈ হায়রবদি ?"

—"নঙগী মুপা, নচানচিংবা ?"

"মুপা হায়রবু কমানো ? ভুমিল্লবা, চামিল্লব', অসিরা ?" মাগী ৱাঙাং অসিদা মুপা অহু ওহাক্টী ওইনা মপুক্লিংদা মীমুংশি অমা কাওরকখি। তাঙ্গাহুদা অঙ্গৱীনা মখা তানা হায়—"ঐগী মুপাদি লুহোংবা মতুং মুমিৎ খরনিদং লৈমিল্লরক্লগা অতুম চৎখ্রে, মফম কদায়দা লৈবনো খঙদে। ঈ-পাউ অমত্তা পীরক্তে। চহি অমগা মখায় শুরে। অনৌবা মুপী অমা থিল্লনা লৈরমানে। ঐবু হন্না কাওবা য়েংবিরম্রে! মাগী খংখোয় শোকপা ৱাহৈশিং অহু ভারগা মীমুংশিগা লোয়ননা অঙ্গৱীদা অমুক য়েংই। অঙ্গৱীনা হায়রকই "করিনো নঙনা ঐতোপ্পা অমুক মুন্না য়েংলবদি, ঐখোয়গী খুল মফমসিদগী লাপ্তে। য়ুমদা চৎলগা চা থকলুসিরা ?"

—"মুংতিগী চা থক্লিংলক্রবদি ?"

"কয়াম কুইনবু লাকপীগদগেনে ?"

"মুমিৎ খরনিদা ওইরবসু ?"

"অতুগী মতুংদদি………………"

অসুম্না ৱারী শাহুনা মখোয়নি পুম্না নোকমিন্নৈ। মতমহুদা মুপাহুনা ওপাই তোংলকপা রিক্সা থোবা অহু লাক্লুনা হায়রকই—"বাবুজী! কান্তপুরগী ট্রেন লাকপা মতম য়োরে চৎলসি।" বাবুহু জ্ঞান খংতা ভারকপগুম তোই। অহুদগী মানা "ইবেম্মা মতৌ লৈবী চৎলগে" হায়রগা রিক্সাহুদা তোংখৎলগা চৎখ্রে। অঙ্গৱীসু ওহাক মঙ মঙলুবদগী মীকপ থোক্লকপগুম তোরে। অহুদগী মখুত্তা লৈরিবা পৈশাহু ফিজিদা চেৎনা কিশিল্লগা ময়ুম মায়কৈ পাংলক্নে।

মুংশিং অঙৈবা শিংলি। অঙ্গৱীসু ভপ্পা-ভপ্পা চৎলি। ময়ুমসু ৱাংলি চৎনা চৎনা খল্লকই—"মুমিৎ তাখিবদা মঙাল্লরি। অতুবু ওপ্পোক্পা মন্নে। মুংখিলগী মতুংদা হুমিদাং, হুমিদাংগী মতুংদা অমুক অহুম্না

লেপ্পা লৈতনা চংলি। অসুম্না লেপ্তুবা থোংচৎ অসিবু পুন্সি হায়বত্তুরা ?" মহাক্না ময়ামসি থন্না-থন্না মথোংহু য়াংনা-য়াংনা থাংহুনা চৎলি। মুংশিংনা মাগী মশমহু থংফা কাহল্লি। মরক-মরক্তা মাগী কিগী কিকি মুংশিংনা হেক-হেক হুমদোকই। মরক অসিসু মী অমত্তা চৎতে। মহাক অসুম কন্না চৎলম্লগী থংলেপ লেপখি। মাবা লাপতক্না থাউৈব অমা মুংগি-মুংলি তৌনা থাল্লিবহু উরম্মী।

অঙ্গৌরী তুমিন্না লেপ্লগা য়েংহুনা লৈ। থাউৈব অহু য়াম্না তপা মুংলি-মুংলি ঙাল্লি। মরক-মরক্তা মুংশিংনা মৈরি অহু পৈথহল্লম্মী। মতৌ অহুদা মাগী থম্মোয় অহুস্ত তনিক-তনিকপঙ্গম তৌরম্মী। মুপা অমা য়োংপাক তৌহুনা লৈরিবহু মৈতালহুনা উহল্লম্মী। মুপা অহু য়োংপাক তৌবদা বারহুনা মুংশাশ্বর মপী থবেৎ-থবেৎ হোনবঙ্গম তৌই। কোম অমা তৌরগা মহুদা চে থরা থাদরগা ফুমজিন্নবা হোংনরিবা মুপা অহু অঙ্গৌরীনা মাগী মপানি হায়বা থংলহুনা কন্না চেনশিল্লগা "পাবা-পা-বা" কৌরম্মী।

মুপা অহুনা—"নঙদি মফমসিদা কমদোনা ......—...... ? মতম লৈত্রে। নহাক চৎলো য়ুমদা।"

"করিনো তৌরিবসিবো ?"

"লমসিগী সার্টিফিকেৎতি লমসিদা অহুম ফুমহুনা থম্বা তাবনি।"

"মহুনা করি কাম্নগনি বাবা ?"

মুপাহুনা মন্না চিন্না হায়রকই—"কাম্নবদি করিনো থঙদে। অহুবু থবক অসি পাঙথোকপা মতমদা মসিমদি থল্লি—মহুদি লৌকমসিদি লেঙদবনি, মসিগী মপু অমসুং মসিগা মন্নি লৈনবা আইন্দনি হোংলিবা মাদি মতম পুম্নমক্তা লেঙদনা-হোংদনা অসুম লৈরি।"

বিষ্ণুপদনা মুংশাশ্বর মপী শাংনা হোন্দোক্লগা অমুকন্থ হায়রকই—হায়কোর্টকী জর্জ অহুনা লৈবাকসিদা—"লৈবাক নঙ কনাবু হেম্না থঙই ? কনানা নঙগী দমক নীঙই ?" হায়না হংলবদি অশেংবহু শোয়দনা খঙগদবনি। অহুবু মথোয়দি ... ...। লেপ্লিবা মুপা অসিনা মাগী

মখুত্তগী য়োংপাক অমু ঈশিং ময়ায়দা লংথরগা তুমিন্না ফেপ্না লৈ। য়োংপাকনা ঈশিংদা তাখিবগী খোজেল অমু মাগী নাকোঙনা ময়েক শেংনা তারম্মী।

বিষ্ণুপদ মশাহু য়াম্না ৱায়শংনা অমসুং ৱাখল মকা লাম্না মকম অমুদগী তুমিন্না চৎপি।

অঙ্গুরীনা অমম্বত্তুদা মপাবু কোইথি থিবা হৌরকখি। মানা থল্লি—"মহাক অমু হৌজিক ঐগী ইপা ওইনা কংলরোইদ্রা ?"

—(০)—

# ভোলারামগী থরায়

হরিশঙ্কর পরসায়

অসুম্না কৈদৌঙৈদসু থোকখিদ্রি ………।

ধর্ম্মরাজনা চহি লিশিং কয়াদগী মশিং লাকতুংদ্রবা মীশিংবু মান-মানা তৌবা কর্মফল অদুগী মতুংইন্না স্বর্গ নত্রগা নর্ক তা এলোতমেন্ট তৌদুনা লাকপনি। অদুবু হন্দক্কী অসুম্না অমুক্তা থোকখিদ্রি।

মাঙদা ফম্লিবা চিত্রগুপ্তনা মাগী আনোকতু হন্না-হন্না তৈথোক্লগা রেজিস্তার অদু য়েংদুনা লৈরি। অরানবা অমত্তা য়াওদে। অদুবু মানা রেজিস্তার অদু খংউপ-উপশিল্লমী, মহুদা চয়িং য়াম্না শিখি, পাইথোকপা নংহৌদদুনা। চয়িংশিং অদু লৌথোক্লদুনা হায়রকই—"মহারাজ, হিসাবপুদি চুম্লে হায়রবু ভোলারামগী মথরায় অদুনা সুমিৎ মঙানিগী মমাংদা মকম অসিদা চৎকনি হায়না দূতকা লোয়নদুনা চৎখিবদুগী য়ৌরকপদগী হিসাবতি হৌজিক ফাওবা মসিদা য়াওদ্রি—।"

ধর্ম্মরাজনা হংলকই—"অদু ওইরবদি দূত অদু কদাইদা চৎস্রে?"

"মহারাজ হৌজিক ফাওবা মহাক অদু উদ্রি।"

মতম অদুমক্তদা থোঙ হাংদোক্লগা মহাক চঙলকই। মহাক্কী অখিবা মায়থোং অদু থবক কন্না শুরুবা অমসুং কিক্রম-কিক্রম তৌবদগী অমুক্তা হেন্না খিজিল্লে। মহাকপু হেক উবদা চিত্রগুপ্তনা হায়রকই—"নঙদি অসুক কুইরবসি কদাইদা লৈক্লরে? ভোলারামগী থরায়না কদাই?"

যমদূত অদুনা মখুৎ লোম্নরগা হায়রকই—"হে মপু ইবুংঙো, ননাইনা করিবু হায়না পাউদম্নসিগে—থৌদোকশিং অদুবু ঙসিফাওবা ঐহাক অসুক তকপা অমত্তা থেংনখিদ্রি। অদুবু ঙসিদি ভোলারামগী থরায় অদুনা ঐবু পুঙক তকহনস্রে। সুমিৎ মঙানিগী মমাংদা ভোলারামগী মশাদু থাদোক্লগা হেক থোক্লকপদুদা ঐনা মাবু ফারগা পুরকপনি তাইবংপানসিদা। ঐনা মাবু পুরগা সুংশিংকী মমাং থাদুনা পরপ পরপ

হেক লাকপা মতমদুদা মহাক অদু ইথঙ থঙহৌদনা ঐঙোন্দগী নাম্বোক্লগা মাঙগ্রে। হুমিৎ মঙানি অসি থিবদা হৌগ্রে। অদুবু মাদি থিবা ফংগ্রে।"

ধর্ম্মরাজনা শাওনা হায়রকই— "অপঙবা মীগী থবায় পুথোক পুশিন তৌবদা নপুন্সি অদু লোইদৌরে। অদুগা করিসু লৈতবা হন্নবা অমগী থবায় পুরকপদা নাম্বোক্লুনা চেনখ্রেকা হায়রিনে।"

দূত অদুনা মকোক লুকথরদুনা —"মহারাজ; ঐদি য়াম্না চেকশিন-জবনি। অদুগীসু মথক্তা ঐগী খুৎ অসিসু য়াম্না হৈ শিংলিবনি। অদুবু হন্দক্কি অসুম থোকউ হায়বদুনা থোকপ্রমানে।"

চিত্রগুপ্তনা অমুক হায়রকই—"মহারাজ, হৌজিক্কী যুগ অসিদদি অসিগুম্বা থবক মঙং অসি য়াম্না থোক্লবনি। মীশিংনা মাগী-মাগী মরূপ-মপাংদা থাবা উইহ-রাহে নত্রগা পোৎচৈ মরক্কী মীনা অদুম হেক-হেক হৈনথোকপগী য়া য়াম্না লৈরে। রাজনিতিগী লুচিংবশিংনা বিরোধি লুচিংবশিংবু করেম্নদুনা করিগুম্বদা ফাজিল্লি। অদুম্না করিগুম্বদা ভোলারামগী থবায়বুসু কনাগুম্বা বিরোধি লুচিংবনা শিরবা মতুংদসু ফত্তবা তৌদনবগীদমক ফাজিন্দুনা মতম থরা থমগে তৌবা ওইরম্বসু য়াই।"

ধর্ম্মরাজনা করেম্নদুনা চিত্রগুপ্তরোমদা য়েংলগা হায়রকই—"নহাকসু রি হায়র তৌবগী চহি য়ৌরক্লবনি। ইচম-চম্না ভোলারামগুম্বগী থবায়না কনাবু করি তৌগদৌরিবা?"

মতমসিমক্তদা নারদ মুনিসু লাক্লম্মী। ধর্ম্মরাজবু হৈনিংদনা ফখা উরগা হায়রকই—"করিনো ধর্ম্মরাজ? করিগী চিন্তা তৌদুনা ফম্লিবনো? নোংরোক্তা করি সমস্য। লৈদুনা হৌজিক থল্লিবা?"

ধর্ম্মরাজনা হায়রকই— "মরমদুদি হৌজিক তমজগে মুনিবর। মতুদি মমাং চহিশিংদা নর্কতা অচৌবা সগুন তৌবা হৈরবা ললোনবা কয়া লাকখি। মথোরগী মনুংদা ঠিকাদার কয়া অমনি মথোয়না পৈশা পুম্না জোরগা লম্বী-থোং, য়ুম শাই। অচৌ অচৌবা

ইঞ্জিনিয়ার কয়াস্থ মহুদা শরুক য়াই। মখোয়না ঠিকাদারশিংগা পুনশিন্নরগা (মাম্নরগা) ভারতকী চহি মঙাগী থৌরাংশিংগী শেলকম লোইশিল্লি। মখোয়না নোংমা ফাওবা থবক শুদবা শিন্মীশিংগী থবক পানশিল্লগা পৈশা লৌথোকই। মখোয়না য়াম্না থুনা পাপকী য়ুম শাগৎলি। অদুগুম্বা য়ুমশিংদুদি থুদেক্লে। অদুবু হন্দক্তা ভোলারাম কৌবা মী অমা হুমিৎ মঙানিগী মমাংদা শিখি। মহাকী মথৱায়দু মসিদা পুরকপদা লৌনম তৌরগা চেনখ্রে হায়বদি মাঙখ্রে, থিবা ফংদ্রে। মসি মালেমদা অমুক্তা থোকখিদ্রি। অদুগা অসুন্না অসুম তৌরবদি পাপ-পুন্যগী থেৎনবসু মাঙখ্রগনি।"

নারদনা হংলম্মী—"মহুদা ইনকম টেক্সতি লৌখৈরব্রা ?"

চিত্রগুপ্তনা হায়রকই—"ইনকম লাক্লবদি টেক্স লৌগনি··· ···। লৌনিংবনা লোইরবনি, মুনিবর।"

নারদনা হায়রকই—"রাথোকসি (রায়মসি) য়াম্না মুংঙাই। ফরে ঐ:ঙান্দা। মহাকী মমিং, পরিচয় অমদি লৈফম তাকউ। ঐ তাইবংদা চৎকদৌরি।"

চিত্রগুপ্তনা রেজিস্তার য়েংলগা তাক্লকই—"মহাকী মমিং ভোলারাম। জবলপুর সহরগী ধমাপুর লৈকায়গী নালা মপান্দা তেক্রি-তেক্রিবা য়ুম অমগী কা তথ্বায়দা ইমুংদু পুল্লপ লৈ। মহাকী মুপী, মচা মুপা অনি অমস্তুং মচানুপী অমা লৈ। চহি চাউরাক্লা হমফুমঙানি। সরকারগী থবক তৌরস্লদগী চহি মঙাগী মমাংদা তোকখ্রে। য়ুমগী ভারাসু চহি অমগী মমাংদগী পীদ্রে হায়, মরমদুনা য়ুমনা মাবু তাদ্বোকপা পামলম্মী। মতমসিদা ভোলারাম শিখিরম্মী। ঙসিসি মঙাসি শুবা মুমিৎনি।"

(২)

মমা মচাগী অপুবা মিকপ্তুংদগী নারদনা ভোলারামগী মযুমদু থঙখিরম্মী।

থোঙজিন্দা চংলগা মহাক্না লাওরম্মী, "নরায়ন··· ···নরায়ন।" মুপীমচাদুনা হায়রকই—"কনানো ? নঙ করি পাম্মী ?"

নারদনা হায়রকই—"ঐ ভিক্ষা নিবা নত্তে। ঐ ভোলারামগী মরমদা থরা খঙনবা লাকপনি। নমাহু মপান্দা থরা থোকলকই হায়রু ইবেম্মা।"

ভোলারামগী সুপীহু মপান্দা লাক্লম্মী। নারদনা হায়রকই,— "ইমা, ভোলারাম করি ওইনা নারম্বগে ?"

"করিবু হায়গনি ? লাইরবগী লায়নানি। পেন্সন ফংবনি হায়দুনা থবক লেপ্লদি চহি মঙা শুরে, অদুবু হৌজিককাও পেন্সন ফংবহু লৈতে। সুমিৎ ১০/১৫ নি খুদিংগী দরখাস্ত থারিবনি, অদুবু মফমদুদগী পাউখুম অমত্তা লাক্তে, অদুগা লাক্লবসু পেন্সলগী মরমদা খন্নরিদা মহায়। চহি ৫ গী দা ঐগী লিক-কোল য়োন্দুনা ঐখোয়না চাখোকপ্রে। অদুদগী কোম্নরক্তে। হৌজিক্তি করিমফাও তাদ্রে। ইহাও হাঙলে। চিন্তাগী পোৎলুম্না ননরদা অমদি চাক লাম্না-লাম্না মহাক লৈখিদ্রে।"

নারদনা হায়রকই, "করিদি তৌগনি, ইমা ? ………… মহাকী চহিসু কনা য়ামপ্লেদনা।"

"অদুমদি হায়বিগনু মহারাজ। চহিবুদি নৌখোকপসু য়াই হায়দাইনে। অদুবু করি তৌনি ? চহি মঙা থবক্তগী পোথারে, অদুগা হৌজিক কাওবা পেন্সন অমফাও ফংদ্রি। হৌজিক্তি মশাসু লৈত্রে।"

অমাবা বারীহু তানবা নারদগী মতম লৈরমদে। মহাক্না অমুক হংলকই, "ইমা মসিদা মানা কনাবু থায়দগী হেম্না নুংশিরম্বগে ? মাগী থবায়না পামজবা পোংনা করিনো ?"

সুপীহুনা হায়, "মহারাজ, ঐখোয় ইমুংদা লৈরিবশিং অসি মানা য়াম্না নুংশি। ঐখোয়গীদমক থদ্রি।"

নারদ—"নত্তে ইমুংদগী হেন্দোক্লুম্না অত্তোম্না সুপীকাসু……।"

সুপীহুনা শাওনা নারদলোমদা য়েংলগা, "অদুম্না ভাওগনু, মহারাজ। সাধু ওইরগা ইকাই খঙদবা, ওক্তবা ওইদ রা ভাওবরা ?"

মারদনা নোক্লহুনা হায়রকই—"হোই, নঙনা থল্লিবহু অচুম্বমক্তি। অসুম্না ভম ভৌবসি অফবা মুন্নুবী অমগী হৌনবীনি। করে, ফরে ঐ চৎলে।"

নুপীহুনা হায়রকই—"মহারাজ অদোম সাধুনি, অথোইবা মীশক্তি। মাগী ফংদ্রিবা পেন্সলসি ফংহনবা ঙমগদরা? নুমিৎ খরনিদি অঙাংসিংগী মবুক থলহনবা পাম্মী।"

নারদদা মীন্নুংশি লাক্লম্মী। মহাক্না হায়রকই—"সাধুশিংগী বাবু কনানা য়াব্বিবগে? ঐগী মসিদা আশ্রম লৈবসু নত্তে। অদুবু ঐ সরকারগী ওফিসতা চৎকনি। হোৎনহুনা য়েংগে।"

নারদ সরকারগী ওফিস য়ৌখ্রে! মহাক্না মকমদুদা ইফান-ফামা ফম্লিবা বাবুদুদা ভোলারামগী কেশকী মরমদা হংলম্মী। বাবুহুনা মঙোন্দা মুম্না য়েংলগা হায়রকই, "ভোলারামনা দরখাস্ততি থারকই; অদুবু মদুদা মচাক্তি হাপ্লক্তে, অদুনা চেদু কদাইদনোমা পাইরম্নি।"

নারদনা হায়রকই, "ভাই পেপর বেদ ময়াম লৈরিবসিদি। মদুদা করিগী থমদ্রিব-না?"

বাবু নোক্লকই, "অদোম সাধুনি, অদোমদা সংসারগী চৎনবী য়াওদ্রে। দরখাস্তশিংসে পেপরবেদনা নমগদবা নত্তে ......— । করে অদোম মথং কাদা ফম্লিবা বাবুগা উনবীয়ু।"

নারদ অভোপ্পা বাবুগীদা চৎখ্রে। মহাক্না অহুমশুবগী মনাক্তা থাজিনখ্রে। অহুমশুবনা মরিশুবগী মনাক্তা, মরিশুবনা মঙাশুবগী মনাক্তা থারম্মী। নারদনা বাবু অমদি ওফসার ২৫/৩০ গী মনাক্তা কোইরুরে, মতমদুদা চমপ্রাসি অমনা হায়রকই "মহারাজ, অদোম্না পাম্লবসি করিনো। অদোম্না চঙ্হিচুপ্পা মসিদা কোইরবসু থবক্তি ওইররোই। অদোম চুমদ্রিং হেক্তা অচৌবা সাহেবকা উনবীয়ু। মত্রগা ঐঙোন্দা শিন্নবীয়ু। অদু ওইরবদি থবক পাওথোকপা ঙমগনি। অত্রবদি............— ।

নারদ অচৌবা সাহেবকী কান্না চংশ্রে। মপান্দা চমথ্রাসিনা উইরি। অহুনা মাবু কনামতনা থিংবিদে। মহাক উনবগী অয়াচেগা য়াওদনা হেক্তা লাকপা উবদা অচৌবা সাহেবতু শাওরে। হায়রকই, মসিবু লাইশঙলা, লাইশঙনি থনবরা ? গ্রোং-গ্রোং হেক্তা চঙলকইসিবু। চে করিগী থারক্তি্রবনো ?"

নারদনা হায়, "করম্না থাগনি ?"

"করি থবক্তো ? "সাহেবনা লাওরহুনা হংলকই। নারদনা ভোলারামগী পেন্সনগী কেসতু য়েংজগে। সাহেবনা হায়, অদোম্না ওফিসশিংগী চংনবী থঙপোংতে। অময়োমদা ভোলারামনা লাক্লে। মসিস্থ মন্দির অমনি। মসিদস্থ দান-পুন্য তৌবা ঙাই। থুদোলপোং কংলবা ঙাই। অদোম ভোলারামবু তশেংনা থঙইদনা। মাগী দরথাস্ত লৈরে মসিদা মচাক হাপচীনবীয়ু।"

নারদনা থল্লম্মী মহুদি মকমসিদা মচাকী য়াথোক লৈরে। সাহেবনা হায়রকই, "ভাই সরকারসে পৈশানা চংলিবনি। পেন্সলগী কেস কয়া চহি কুন্দগী ঙাদনা ওফিসসিদা লৈরি। য়া অমবু লিশিংলক হুয়া মকম অমদা ইবা ঙাই। মতুদদা অকবা ওই।"

নারদনা হায়, "অহুবু করিগীনো ?"

সাহেবনা নোকশিন্নরদনা হায় "অহুবু মচাক-মচাক হায়বসি অদোম থঙদেনে। অদোমগী বীনাসি মচাক্না ফজহনবগুম ভোলারামগী দরথাস্তস্থ অসিগুম্বা মচাক হাপ্পা ঙাই। ঐগী ইচাম্নুপী ঈশৈ-ত্তৌবী অমা লৈ। বীনা ঐঙোন্দা পীরো। সাধুশিংগী বীনাদি য়াম্না শেংই হায়নৈ ইচা-ম্নুপীস্থ ঈশৈ থুনা হৈরবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইজগনি।" হায়রগা বীনাহু লৌশিনখ্রে।

নারদনা মহাকী বীনাহু লৌশিনখিবা উবদা পাথংলম্মী। অহুম ওইনমক মহাক্না করিস্থ অথিংবা পিরমদে। মথা ঙানা মহাক্না হায় "হৌজিক থরা থুনা পেন্সলগী ওর্ডরহু থোকপীরো।"

সাহেবনা নোক্লহনা মঙোন্দা য়েংলগা চমপ্রাসি কৌশিল্লি। সাহেবনা চমপ্রাসি অদুদা য়াথং পীরকই, "বাবু অচৌবদগী ভোলারামগী কেসকী ফাইলদু পুরকউ।"

ওহাক লৈরগা চমপ্রাসিন ভোলারামগী দরখাস্ত ১০০/১৫০ মুক য়াওবা ফাইলদু পুরগা লাক্লে। মহুদা পেন্সলগী চে-চাংসু য়াওরম্মী। সাহেবনা ফাইলদা মমিং য়েংলম্মী অদুগা শোয়দনবা হংলকই, "সাধুজী মপাহুগী মিং করি হায়বা?"

নারদনা—"সাহেব, ভোলারাম।"

ইথং থংহৌদনা ফাইলদগী খোঞ্জেল অমা তারম্মী "কনানো? ঐবু কৌরিবা, পোষ্টমেনলা? পেন্সলগী ওর্ডর পুবকপরা?"

সাহেবতু কিহুনা চৌকিদা লুকথরম্মী। ..দসু থংলম্মী। অদুবু থংনবা মীকুপ্ত জ্ঞান তারে। নারদনা হংই—"মহাক ভোলারামগী থরায়রা?"

"হোয় মানি।" ফাইলগী মনুংদগী খুমকই।

নারদনা হায়, "ঐ নারদনি। ঐ নঙবু লৌবা লাক্লিবনি। চৎলো, স্বর্গদা নঙবু ভাইনরে।"

ফাইলদগী খুমকই, "ঐ চৎলোই। ঐদি পেন্সলগী দরখাস্ততা পল্লে। ঐনা ঐগী দরখাস্ত হুন্দোক্লগা চৎপা য়াদে।

—(০)—

# কূ কুপ্পবা ফি

## প্রেমচন্দ

খাংপোকশঙদা পাল্লিবা থোঙহূগী মপাদা কল্লিবা মপা-মচা অনিনা মুংলি-মুংলি ভোয়বা মৈফু অমগী মনাক্তা তুমিন-তুমিন লৈরি। ইমুংদনা মচানুপাগী নহা ওইরিবী মুপী বুধিয়ানা মচা পোক্লমদাইগী অবা মৈচাক্লা ওন-থোইনা থাওলি। মহাকী মচিন্দগী থোক্লকপা অবা-ভেংথাগী থোজেলহু তাবদা থম্মোয় শোক্লিংঙাইনি। অহুম ওইনমক মপা-মচা অনিমক থম্মোয় কাজিন্দুনা তুমিন্না লৈরি। মতমসু নিংথমথাগী হুমিংনি। মায়কৈ পুন্নমক পুমচিক চিক্লে। থুঙং পুম্বা অহিংগী অচিকপদা হুংঙাইনা য়াতারি।

অচিকপহু থুগায়হুনা ঘীসুনা হায়রকই— "নঙ চংলগা থরা য়েংলুচো। ফনা কুইরে নাহেরিবসি।" মাধবনা হায়রকই—"শিগদবা লৈরবদি থুনা কোক হেক শিজিবা করিগীনো? য়েংলুহুদা করি কায়গনি।"

নঙ য়াম্না ফত্তবা অমসুং মীনুংশি লৈতবা মীনি। চহি চুপ্পা নঙগী সেবা ভৌহুনা লৈরিবা নত্রা? হৌজিক মানা বাবা মতমদা নঙনা অহুন্না হায়রিবা করিগীনো? "ঐদি মাগী য়ায়বা মভৌহু য়েংবা ঙমদে। মানা অঙাং উনবা ঙমদহুনা মথোঙ-মথুং কাওহনা অরাবা থাওলিবা মভৌ অহু য়েংবদা য়াম্না য়াই।" হায়না মাধবনা খুম্মী।

মখোয় শঙন ওবা শাগেগী মীনি। অহুগা তনবা অমসুং থবক শুনিংদবদসু মমিং চংলম্মী। ঘীসুনা নোংমা থবক শুরুবদি হুমিং চল্লি পোথাই। মাধবসু অহু মঙায় পুংথায় অমা থবক শুবদি পুং অনি হিদাক থক্লুনা লৈথোকই। মরমসিনা মখোয় মপা-মচা অনিগী থবক শুকম থুঙংসিদা লৈতে। অহুগা অমরোমদসু মখোয়গী য়ুমদা চানবা মহৈ-মরোং থরদংবু লৈরবদি মখোয় থবক শুবগী বাথল লৈতে। অহুবু হুমিং নিনি-হুম্নি চাবা ফংদনা চান্না হেজিনলক্লবদি ঘীহুনা উ কাহুনা

ঊশা অকংবা থেক্লগা কৈথন্দা পুম্বনা য়োল্লি। অত্মুদগী থরা ফংবা পৈশা অহুনা লোয়ত্রিক্কাওবা অমুক কাতু-কারন চগুনা অরেংদা হেক লৈথোকই। অত্মুদগী চানিংঙাই লৈরক্কবা মতমদা থবক শুক্রম অমুক কোয়থি-কোয়থি থিবা চংলি। মখোয় থবক অমত্তা ফংদ্রে। থুম্বং অসিদা থবক বাংপম্ব নত্তে। অত্মুবু মখোয়গী মতৌ অত্মুদা কনানম্বু থবক পীনিংদে। মরমদি মখোয় আননা শুনবা থবকী কৌবা মতমদা অমগী থবকপু শুরবদি হেক্তা পেম্বোকপা ঙমই। করিগুম্বা মখোয় অনিনা সাধু ওইরম্বদি মখোয়দা পেম্বোকপা ঙমম্বুং তপথবগীদংক থোইদোকপা পুকচেল ফাথবগী দরকার ওইরম্লাই। মরমদি মসি মখোয়গী হৈনবী ওইরম্মী। মখোয়গী পুন্সি অঙকপনি, ময়ুমদা লৈপক্লা শাবা চফু (কোন) অহুম-মরীদগী হেন্না করিগুম্বা লন-থুম অমত্তা লৈরমদে। শেগাইরবা পোমক্রী-পোরাংনা মখোয়গী শাদু বুপ্লম্মী। সংসারগী অরা-অনাগী বাথল করিমত্তা লৈত্তে। মীগী লমন্না খাং কোয়রম্মী, মীয়াম্না চৈ-থাংবা অমদি ফুবা ফাওবা য়াওরম্মী। কনামত্তনম্বু মখোয়দা মীনুংশি পোক্রমদ্দ। অত্মুবু পৈশা পুনদি মতৌ য়েংবা ঙমদহুনা থরা-থরদি মপীরম্মী। মখোয়না অতোপ্পগী লৌফমদগী মঙল নত্রগা আলু তাল্লগা পুরকই অত্মুগা মৈদা লৌহুনা চাই নত্রগা চু মঙা-তরা থেকল্লরগা হুমিদাংদা চিক্কুনা মহী চুপ্পী। ঘীংসি মতৌ অম্বুম্না লেল্লকপনা চঙী ৬০ শুরক্রে। মাধবম্বু অকবা মপাগী মতৌশুম মপাগী মঙং-মতৌ লমচং-শাজং ঙমনমক লৌরম্মী। তৌইগুম্বম্বুং মহাক্কী মমিংনা হেন্না চংলম্মী। মতম অসিদা মখোয় অনিনা কনাগুম্বগী লৌবুক্কগী তাল্লকপা আলুহু লৌহুনা চারি ঘংম্বগী ম্বুপীদ শিথিবা কুইত্রে। মাধব হৌথিবা চহিদা লুহোংথিবনি। মৌ অসি লাকপদগী ইম্মুংসি মঙং-তাবা য়ুম অমশুম লৈরবনি। মানা য়াম তক্কুনা, নাপী ফান্দুনা অমম্বুং শুবা য়াবা শুহুনা য়াম সের অমত্তা ওইরবম্বু বান্দুনা থবক শুনিংপ্রবা মখোয় অনিবু (মপা মচাবু) পীজ পীথক্লম্মী। ম্বুপী অসি হেক লাকপদগী মখোয় অনিগী পোংথাবা; থবক শুনিংদবা হেল্লম্মী। মরম মরক্কা চৈ-থাংবম্বু তৌবিরম্মী। কনাগুম্বনা থবক অমা শুরনবা

কৌরবদি খুংগুমন্দগী শরুক অনি হেন্না হায়রম্মী। মতম অসিদা অহুগুম্ববা য়ুমগী মৌ অহুদি মঙা পোক্লমদাইগী অবা মৈচাক্লা শিগদৌরে অহুগা অমরোমদনা মখোয় অনিনা মহাক শিঙ্গবদি পোখাবা ফংবা য়াই অহুপা নুংঙাইনা তুম্মগনি হায়না থনবগুম উরম্মী।

ঘীগুনা আলু হান্দোক্লগা মকু পোক্ল-খোক্লা হায়রকই—"মহাক করি তৌরবগে? চংতুনা থরা য়েংলুচো।" "ওক্নবী থবক গুনিংদবীসিনা করিবু তৌক্লগবনো? মতমসিদা কনাগুম্বা অথং-অহৈ ওজা মাইবা অমত্তুং কৌক্লবদা লুপা থরদি হায়রক্কনি," হায়না মাধবনা খুম্মী।

মাধবনা থনবা অমা লৈরম্মী। মহুদি মহাক্লা য়ুমদা চংগ্রিবৈদো ঘীগুনা আলু অয়াম্বা চাথোকখিনি হায়না—অহুনা মানা হায়—"কি।"

"করিগী কিগদৌরিব্বনো? ঐহাক মতমসিদা লৈরিবাসিদি?"

"অহু ওইরবদি নহাক চংলগা য়েংলুচাদনা?"

"ঐগী নুপীনা নারিঙৈ মতমদা ঐহাক নুমিৎ চুম্মি ফাওবা চংথোক্কে। মহাক্লা ঐবু ইকাইরিগদ্রা নত্রগা ইকাইরোইদ্রা? মহাক্কী মমাইদু করিগুম্বদা উখিদ্রি, ওসিদি মহাক্কী হায়দোক্লবা মমাইদু য়েংনিংই অহুবু মহাক্কী মশাদু য়াম্না ওম্মমলোইদ্রা? ঐবু উবদা ইকাইবনা মখোঙ মথুং ফাওবা লেঙবা ওম্নরোইদ্রা তৌবনি?"

"ঐনা খল্লি, করিগুম্বা অঙাং পোক্লবদি করি তৌগনি য়ুমদা শীং অকংবা, চীনি মতুম থাওনচিংবা করিমত্তা লৈতে।"

পোং পুম্নমক লাক্কনি। ঈশ্বরনা পীবিরবদি ওসি পৈশা অমফাওবা পীনিংদবশিংসে মখোয়না কৌরগা ঐখোয়দা লুপা পীগনি। ঐগী অঙাং মাপল পোকখি মতমহুদা য়ুমদা করিমত্তা লৈখিদে অহুবু ঈশ্বরনা করিগুম্বা উপাই অমা তৌবিহুনা অহুম পাঙথোকখি।

অসিগুম্বা সমাজ অসিদা অহিং-নুংথিল নাইদনা থবক গুরিবা মীশিংনা মখোয়গী কীভম হেন্না ফবা ওইরমদে অসুম্না লৌমীশিংস্থনি অহুগা অমরে মদহু মহাজনশিংনা কাম্নবা লৌবদা খঙলম্মী, মখোয়দগী হেন্না লন-থুম লৈনবদা তৌরম্মী। মখোয়দা অসিগুম্বগী পুক্লিংগী ঈচেল,

বাথন্দি য়াম্না লৈ, মসিদা ওক্লিঙাই করিস্থু লৈরমদে। ঐখোয়না হায়নিংই মহুদি ঘীস্তুনা লৌমীশিংদগী হেম্না বাখল লৈ, মানা লৈমীশিংগী বাখল য়াওত্রবা অহাংবা বুদ্ধিতুগা পুম্না কমিন্নহুনা নিয়ম চংনবী অহু থম্নবা পাম্লম্মী। মহাক্না তিম্নবা কাংলুপ্, খুঙ্গংগী মী ওাহ্না ওইরম্মী। খুলগী মী পুম্নমক মাগী খুদোম্বীদা চংলম্মী। মহাক্কী খুদোংথিবাং তারক্রবদা কদ্রিগুম্বা ময়ামদগী মতেং হেক্না ফংলম্মী। অইন্তেগুম্না থবায় হুকচাং তেক্না থবক শুবগী দরকার লৈরমদে। মহাক্কী ইচম্ চম্বা থবক শুনিংদবা অসিমনি অহুগা মানা মীঙ্কোন্দগী অরেম্বদা কাম্নবা লৌবদি পামলমদে।

মপা-মচা অনিনা আলু অরৌবত্থ লৌথোক্লুনা চারি। ওরাংদগী পুক্না করিমত্তা তারক্কি। মখোয় অনিগী মরৈদু আলু অরোবা চাবদা পোক্লম্মী। আলু মকুহু খোক্রগা পাম্নবদদি খোইনা শাদবগুম তৌরম্মী। অহুবু য়াম্নংদা শায়সদদি খৌনচিংবা পোক্লম্মী। য়াম্নংদা মৈতাল অশাবা উপগুম তৌই। অশাবহুনা পুকনুংদা চওথিবদা "জো" লাউবগুম নৌওলম্মী। অম্নমা মখোয় অনিনা আলুহু থুনা-থুনা য়োংলম্মী। অমনা অমদগী অমত্তং ওইরবস্থ হেনগে মতাংশুম্মী। থবক অসিদদি মখোয় মমিংতগী মপি তাবমথৈ হোৎনরি।

ঘীস্থনা চহী কুনগী মমাংদা ঠাকুরগী লুহোংবা সুমিৎতু নীংশিংলম্মী। মহুগী সুমিৎতা মহাক্না চাখিবা ময়ামহু ওসিস্থ ইনৌ নৌনা অমুক নীংশিংলি। মানা থল্লি সুমিৎতুগী চাক কয়াদা হাওত্রবা। সুমিং অহুদগী ওসি ফাওবদা অহুগুম্না পুক থম্না চাবা অমুক্তা ফংদ্রি। সুপীরোমগী কাংবুনা ঘরগী মী পুম্নমক পুক থম্না থম্না পীজরম্মী। অশেংবা ঘৌনা হৌবা পুম্নিনচিংবা মথেল কয়া অচৌ পীশক নাইদনা অরাকপা পুম্নমক পেম্নবা পীজরম্মী। সুমিত্তুদা চাখিবা য়েঙ্খাং কয়া, শঙ্গোম অফম্বা, চতনী, মিঠাই অসিনচিংবা কয়াদা য়াম্বা। করি অমুক হায়গনি সুমিত্তুদ। অথিংবা অরাৎপা করিমত্তা লৈরমদে। চানিংবদা চায়, অপাম্বা খুদিংমক অচা-অথক য়েল্লিবা কাংবুনা হেক-হেক হাঙ্গী।

চানিংব্রে হায়দুনা খুৎ খৎলবা ফাওবদা মথেল লুকোইশিংদু অদুম হাপথরকই। চীম খুৎ হামদোক তেংখোল্লবা মতুংদা কা ইলাইচিনচিংবা য়েল্লি। ঐদি কাদু হন্না ফাওবা য়েংখিদে। চাবা থকপা লোয়রবা মতুংদা ঐহাক কম্বল শুন্নগা তুমথরে। অদুগুম্বা পুকচেল চাওবা ঠাকুর অত্তাওবনি।

মদু তাবদা মাধবনা পোৎশিংদুগী রস মহাও লৌরদুনা হায়রকই— ঐদি ওসি ফাওবা অদুগুম্বা অহাওবা মথেল লুকোইদু চাবা ফংলক্লি, কনামত্তনম্ন পীজক্রি। হৌজিকপু কনানা পীজগনি মতম অদুদদি অতোপ্পা মতম অমা ওইরম্মী। হৌজিক্কি মী পুম্নমক মশাগী ওইজবদা য়েংলে। লুহোং খোংদোংবা, দেব-কর্মদা খরচ য়াম্না তৌগনু হায়নরিবনি। মখোয়দা হংঙু, লাইরবশিংগী মরলশিং খোমজিল্লগা কদায়দা থম্বগে? খোমজিন তাশিনবদি লেপ্পা লৈতে। অদুগা খরচ তৌবদদি বাৎনা তৌনবদা থল্লি।

'মওনা তল কুন্দি চারমগনি?'

'কুন্দগী হেন্না চাখি!'

'ঐ ওইরবদি য়াখ্খিদি চারমগনি!'

'ঐসু য়াখ্খিদগীদি তাদনা চারমগনি। ঐদি হকচাংসু ফৈ। নংদি ঐগী তঙ্খায় ফাওবা ফংদে।'

আলু চারগা মখোয় অনি ঈশিং থক্লে অদুগা মৈফুগুগী মনাক্তা মশা মশাগী ফৈজোমশিংদু ইল্লদুনা মৈফুদুগী মনাক নক্লা অমগী মখোঙ অমগী মবুক্তা তিংখোক্নুনা মুংঙাইনা তুমথক্রে। মখোয়গী মতৌ অদু চাউরবা লাইরেন অমিনা কোনশিল্লগা তুম্বগুম্মী। অমম্নোমদনা মৌ বুখিম্নানা অবাবগী মৈচাক্লা শোম্থাংবনা নাহেদুনা লৈরি।

(২)

অমুক্তা মাধবনা ইমুংদা চঙদুনা য়েংলুবদদি মহাক্কী মুপীদু মশা ঈংলম্নে, হায়বদি শিরক্লে। মহাক্কী মচীন্দা হৱিংশিং তোংদুনা লৈরম্মী।

মাগী মখিৎ অহু মথকলোমদা: ওনখৎলম্মী। মশা পুন্না উফুল অমদি ঈ ত্না পুমলুপ লুপ্লম্মী। মহাক্কী পুক্তগী মচা অতুন্তু শিরম্লে। মাথবনা চেল্লক্লুনা ঘৌন্তুগী মনাক্তা লাক্লম্মী। মতুদগী মখোয় অনি হাই-হাই খগাবনি, অবাবনি হায়রগা মথবাক ঙৈক্তুনা কপ্লম্মী। মখোয়গী কপ্পা লাউৎতু ভারগা য়ুম্লোন-কৈরোম্লবদা লৈবা মীশিংনা চেল্লক্লুনা মরাইথক থীরবা মপা-মচাবু থেমজিনবীরম্মী।

য়াম্না হেন্না কপ্প-লাওনবগী মতম লৈরমদে। কুগী ফি অমদি শাংগী বাখল তৌবা তারম্মী। অতুবু পৈশাদি অমত্তা লৈরমদে। মখোয়দদি পৈশাসি অস্নম্না মাঙহল্লি মতুদি লংজাগী মহুমদগী শহুম মাঙবগুম। মপা মচা অনিহু কপ্পা-কপ্পা খুঙ্গংগী জামিন্দার বাবু অমগী মনাক্তা চৎলম্মী। জামিন্দারহুনা মখোয় অনিগী মায়থোংহু উবদা হঙ্গোইবগুম তৌই। কয়ারক মহাক্কী মখুৎনা ফুগ্রবনি। ফুদগী মরমদি পোৎ হুরানবগী, থবক তৌবদা মতম চানা লোইনবগীদমক্তি। হংলকই—‘ঘৌম্নু করিনো? করিগী কপ্লিবনো? হন্দক মরকসি নশক্কা উবম্নু ফংদ্রে। ঐদি নখোয় খুদসি থাদোক্লুনা চৎগ্রমাল্লে খল্লুরে।”

ঘৌম্নুনা মখিত্তা মপি ঈরা চেননা মকোক নোল্লহুনা হায়জরম্মী—“সরকার! ঐহাক য়াম্না অচৌবা দশা অমা তারে।”

“হোই অতোপ্পনা করি। অশিবহু পুখোক্লবা হোৎনবদা মুমিদাং ওইরনি মুমিদাংদা কুগী ফিহু কনানা য়েংগনি?”

“কয়াদা ফৎখিত্রবা চৎনবীনো মতুদি হিংলিহৈদা মশা কুপ্পবা পোমক্রী অমত্তম্নু পীবিনবা লৈতে, অহুগা শিরবা কান্দা অনৌবা অহলবা ফু কুপ্পবা ফি পাম্মী।”

“ফি অসি হকচাংগা লোয়ননা মৈ চাকগ্রগদবনি।”

অতোপ্পা করি? লুপা ও অসি হান্না ফংলম্লবদি মাপ্পী হিদাক লাংথক থরদা ওইরবম্নু তৌরমগদবনি।”

অস্নুন্না মখোয় অনি মপুক্লিংগী বাফমশিং ফোংদোক্লম্মী। কৈথেল্দা মাক-য়েত্তা কোইচৎ চত্তুনা ফি থিরি। করিগুম্বদা ফি য়োনবগী হুকান্দা

চঙই, মথল মথলগী ফি য়েসমী অমসুং লংজমগী য়েংলম্মী, তৌইগুম্বসুং ফি অমত্তা থবায় তারমদে। সুমিদাংবাই য়ৌশিল্লক্লে। মতম অচুদা মখোয় অনিমক ইথঙ-থঙহৌদনা মু য়োনবা চুকান অমগী মমাংদা থুংলুরে। হাপ্পা লেপ্পরবা থৌরাং অমগুম্না মমুংদা চঙখ্রে। মকম অচুদা মখোয় অনি ভাইহাক থনফম থংদনা লেপ্তুনা লৈরে। অচুদগী ঘীসুনা হায়রম্মী—"মহাজন ঐখোয়দসু লৌক্লি অমা পীরকউ।"

মচুগী মতুংদা মখোয়না চাজনিংলব্বা ঙা অতাওবতু য়োৌরক্লে। মখোয় অনিসু ঈংনা ফমথতুনা পেম্না থক্লে। অচুদগী ঙহাক লৈরগা ঙ ওথৎলক্লে।

ঘীসুনা হায়রকই—"কুদা ফি কুপ্পগা করি কাম্নগনি? মৈনা চাক-থিগদ্রবনি। ইমৌগা লোয়নননা চৎখিগদবসু নত্তে।"

মাধবনা অতিয়ারোমদা য়েংথৎলগা হায়রম্মী—"ঐখোয় করিসু পাপ তৌদ্রনি। অচুবু নঙগী নরাইবক্না............।"

"মীশিংনা চৎনবানি হায়দুনা বাম্নোন্দা লুপা লিশিং-লিশিং করিগী পীখোক্লি? কনানা উগনি? লাইরৈবাক্তা কংব্রা-কংদব্রা?"

"অচৌবা মীশিংগী মনাক্তা লন য়াম্না লৈ। কৎনিংলবদি মখোয়দি ইরাই লাইনা কৎপা ঙম্মী। মখোয়না মরাইনা কৎচগনি।"

অচুবু মীয়াম্না কু কুপ্পবা ফি কদাইদা লৈবগে হংলবদি করি পাওখুম পীগনি?"

ঘীসুনা পৈশাশিংতু গুংদগী নাম্বহৌরে। কনা য়াম্না থিরে অচুবু লাইবক থিবনা কংবা ঙমগ্রে," হায়না খুমলনি হায়।

"মসি মীশিংনা খাজবদি খাজরোই অচুবু হায়দবদি য়াদে।"

মাধবনা নোক্লা হায়রকই— "অসিগুম্বা আশা তৌরমদবনি। য়াম্ন ফরে। মরাইবক থিদ্রীতু য়াম্না ফবনি। শিগ্রবসু ঐখোয়দা য়াম্না পীজ-পীথক তৌরগে।" লিক্লি তম্নায় অমদগী হেম্না থকচিনখ্রে। ঘীসুনা সের অনি পীরকউ হায়রকই অমেৎপ, অচায়, অসিনচিংবা কয়া। মু য়োনফমতুগী মমাংদা চুকান অমসু লৈ। মাধবনা লুখাকলাদা

চানবা পোৎ লোয়না হাপচিল্লে। পুম্না লুপা অনিদ্ধথাইদগী হেন্না থর্চ তৌরে। অশেংনা পৈশা থরতমক লেমহৌরে।

মখোয় অনি মতমসিদা য়াম্না চীং-লেম্না অলশিংতু চাই—মতুংদি জঙ্গলদা চম্নাম্নবা নোংশা অমনা মাগী শিকারগী শা কংতুনা চাবগুম। মখোয়দা পাওথুম পীনবগী, বদনাম চাবগী অমদি মীনা খিনা হায়নবগী করিমত্তা অকিবা নচুংবা লৈরম্দ। অসিগুম্বা অসি মখোয়গীদি হৈনবীনি।

ঘৌস্নুনা য়াম্না রাখল লৈবগী মওংদা হায়রকই—"ঐখোয়গী আত্মা পেল্লে, মুংঙাইরে, অতু ওইরবদি মহাকস্ত পুন্য কংলোইদ্রা? শোয়দনা কংফম থোকই।"

মধবনা য়াম্না থাজনা মকোক লুকথরক্তুনা হায়রকই—"শোয়দনমক কংবা ওইরগনি। ঈশ্বর মহাক্তি পুন্নমকপু উৰীবনি। মহাকপু বৈকুণ্ঠদা পুবিয়ু। ঐখোয় অনিগী থম্মোয়না মহাকপু মঙ্গল পীরি। ঙসিগী চাবা কংলিস্নিগুম্না পুন্সিগী অমুক্তা চারক্তি্রবনি। মিকুপ অমগী মতুংদা মাধবকী মপুক্কিংদা চিংনবা পোক্রম্মী। বাবা ঐখোয়স্ত নোংমা নত্রগা নোংমদি মফম অতুদা চংকদৌরিবনিকো?"

ঘৌস্নুনা বাহং অসিগী পাওথুম পীরমদে। মহাক্না অতুগুম্বা অতোপ্পা সংসারতুগী মরমদা রাখল তৌতুনা অসিগুম্বা তাঞ্জা অসি মাংহল্লনিংলমদে।

মহাক্না মফম অতুদা কূ কুপ্পবা ফি কৰিগী পীদে হায়না ঐখোয়দা হংলক্রবদি করি পাওথুম পীগনি।

"হায়গনি নঙন্না নপোক্না?"

"হংবদি শোয়দনা হংগনি।"

"নঙনা করম্না থঙই মতুদি কূ কুপ্পবা ফি কংলোই হায়বসে? নঙনা ঐবু অপঙবা গধানি খনবরা? চহি ৬০ সি নাপী কান্দুনা লল্লক্রবনি! মহাক্না কূ কুপ্পবা ফি শোয়দনা কঙ্গনি, য়াম্না ফং।"

মাধবতু থাজরমদে। হায়রকই—"কন'না পীগনি? পৈশাদি নঙনা লোইখোকখ্রে। মহাক্নদি ঐঙোন্দা হঙ্গনি। মহাকী লাইবক্তা সিন্দুরদি ঐনা নমখিবনি।" ঘৌস্নুনা শাওনা হায়রকই—"ঐনা

হাররিবসিনি মচুদি মহাক্কী কু ফি শোয়দনা কঙনি। নঙনা য়ানিংত্রিবা করিগীনো ?"

"কনানা পীগনি ভাক্তি্ববা করিগীনো ?" ঐখোয়দা পৈশা পীরকথিবা কাংবু অদুনা পীগনি। অদুগা তৌবদি হন্দক্তি পৈশাদু ঐখোয়গী খুৎতা লাক্নরোই।"

মতৌ অসুম্না তৌরিবৈদা মমশিল্লক্লনা থরানমিচাকশিংগী অরংবা মঙাল উরক্লে। য়ু য়োনফম অদুগী মুংঙাইবা অমসুং ফজবসু হেনগৎলম্মী। কনানা ঈশৈ শক্লম্মী, কনানা পুং থীলম্মী, কনা অমনা মাপী মরূপ-মপাং-শিংগী মঙকশমদা কোনশিন্দুনা লৈ।

মফম অদুগী লৈরিবা ফিভমদুদা ময়ামদু পুমঙাও ঙাওনরম্মী। মী কয়ামকমদি মফম অসিদা লাক্লগা খুজোক অমা হায়বদি য়াউম অমদা পুমঙাও ঙাওরম্মী। য়ুদগী হেন্দুনা মফম অদুগী ফিভম মুংশিংনা মখোয়দা হেন্না নেশা কাহল্লি। পুন্সিগী খুদোংথিবা, অরাবা কয়া মফম অসিদা ঙহাক্কী ওইমা পুন্নমক কাউথোক্লম্মী। মখোয় হিংলিব্রা নত্রগা শিরব্রা হায়বা অদুফাওবা খঙনমদবগুম তৌই।

ঘীন্নুনা হায়রম্মী "য়াম্না চারগা অরেবদুনা পুরো অদুগা মঙোল পীয়ু। শেল ভাব্লবা মহাক অদুদি শিত্রে ! তৌইগুবসুং নঙগী বরদু মঙোন্দা শোয়দনা য়োগনি। থম্মোয় শেংনা মঙোল পীয়ু, য়াম্না বানা তানবা পৈশানি।"

মাধবনা অমুক অভিয়ারোমদা য়েংথৎলগা হায়রম্মী— "মহাক বৈকুণ্ঠদা চংলগনি বাবা। মহাক বৈকুণ্ঠগী রাণী ওইরগনি।"

ঘীন্নুনা লেপথৎলম্মী অদুগা য়াম্না মুংঙাইবা হরাওবগী ঈথক্কা মপা মচা অনি হৌজিকসু ঙাওদুনা লৈরি। পুন্নমক্কী মীৎয়েং মখোয় অনিদা থম্নি। মখোয় অনি কয়াদা মুংঙাইথোক্লিবা। মখোয়নিগী মরক্লদা য়ুনা পীক থনবা লিক্তি অমসু লৈরি।

মপুক থল্লা চাবা লোয়রবদা মাধবনা অরেম্বা ভলদু খুনগঙ্লনা ভিক্ষা নিবা অমদা পিথোক্লম্মী। মহাক অদু য়াম্না অরাম-থৌরাংবগী মিংয়েংনা মখোয়দা য়েংদুনা লৈ। মতৌ অসুম্না পীথোকথিবগী

চীং-লেম্বা, মুংঙাইবা অমদি হল্লাওবা অসি মহাক্কী পুন্সিদা ওসিনা ইহান হানবা ওইনা ফাওই—"হোয় মহাক বৈকুণ্ঠদা চৎলগনি। কনামত্তদা ওৎলমদে, কনাবুসু নৈরমদে। শিখিবী মানা ঐখোয়গী পুন্সিগী খায়দগী অপাম্বা অনীংবহু মপুং ফাহল্লয়ে। মহাক্না বৈকুণ্ঠ চৎত্রবদি মশা অনোয়-অনোয়বশিং অসিনা চৎকত্রা? মখোয়না মখুৎ অনি চঙহুনা লোৌবা, অতোনবশিংদগী লুট তৌবা অহুগা মশাগী পাপ্প কোক্লবগী-দমক্তা গঙ্গাদা ঈরুক্কে অমসুং লাইশঙদা হৈ-লৈনচিংবা কৎলি অসিরা।"

অসিগুম্বা তৌসিন্নবা থাক্লবগী মশক অহু হৌজিক ওনখ্রে। তমথিগ্রবা নেশাগী হৈনবীনি। মসিনা অবাবা অমদি নীংবা কায়বগী লায়না ওইরে।

মাধবনা হায়রম্মী—"বাবা মরাইবক থীন্নবী অহুনা পুন্সিদা অবাবা য়াম্না নংখি। অবাবা কয়ামরুম থাওলগা শিখ্রে।"

মহাক্না মমীৎতগী মপী তৈথোক-তৈথোক্লা কপ্লম্মী, অমুকসু মখজাইদা খুপাক্লা থাজে।

থীম্নুনা খেমজিল্লম্মী—"করিগী কপ্লিবনো ইবুংঙো, হল্লাওথোকউ মহুদি মহাক ময়াগী লাংদগী নাম্থোকপ্রবনি। খুদোংথিবদগীসু কোকখ্রে মরাইবক য়াম্না ফবীনি। মহাক্তি অপাম মিহৌবা, অমদি ময়াগী লাং অহু নাম্থোক্লুনা চৎপ্রবনি।"

অহুদগী মখোয় অনিনা লেপথৎলগা ঈশে শক্লকই………।

"লৌনম্বী নঙনা করিগী মিৎসিবু ঙাওহল্লিবনো; লৌনম্বী……।"

মকমহুদা লৈরিবা মীয়াম অহুগী মমিৎতু মখোয়দা য়েংলম্মী। অহুগা মখোয় অনিনা মশাগী থম্মোয়হুদা ময়াই কায়া ঈশৈ শক্লহুনা জগোই শাই, চোং-ফম্মী। মরক-মরক্তা তুবনু য়াওই। অসুম্না মখোয় নিহু নেশানা অফ-কত্ত করিমত্তা থনবা ওনখ্রে। অমুকসু জগোয় শাই। অমুকসু ঈশৈ শকই মশাহু খেকপগ-খোৎপগা ওহাক্তা তুমিন্না লৈতে। মমৈদা হেনমনখিহুনা মখোয়নিমক মকমহুদা তুখি।

# শাংলবা মরম

## হৃদয় কোল ভারতী

হৌজিক ফাওবা চৎথরকপা মতাংশিং :

.........অহুদগী মীয়ামগী শাসন লাক্রে অমম্বুং ময়াম মুংঙাইনরে। মাইক পান্দুনা লাওরম্মী। মতুদা মীয়াম অহু কোয়লাং লাংনৈ। ঐখোয়না ঐখোয়গী শক্তাক চে ঙাইরম্মী। মীয়াম্না ঐখোয়বু থৌনা হাপ্লম্মী। অতুদা ইন্সেতিব থরম্বু পীরে...... ।

—......—ঐখোয়না য়াম্না খৎনরম্মী। অমনা অমগী মা তারমদে। ঐখোয় মশেল ঈ কাবমখৈ শাওনরম্মী। ফুনবম্বু য়াওরে। কলগীনা মম্না, কনাগীনা মচম্ লৈথিদ্রে। ঐখোয় ফিভম চাদ্রে। ফিভম চাদবতুদা তৌকম থঙদ্রে। মাইকতনা অম্বুম্না লাওরম্মী মতুদি অচৌবা মাওনবা হায়বসি অম্বুম্না তৌই! মতমতুদা ঐখোয় মুংশি হৈতনা অমগা-অমগা খৎনহুনা লৈ। মসিনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা অচৌবা নিংঙম্মদবা অমদি ফাওহল্লগনি।

ছন্দকী মতাং :

ঐগী অবাবহু উবদগী ভশেংনা মঙোন্দা মীমুংশি ফাওরম্মী নত্রগা মহাকপু ফিবম্বু পোরম্মী। ঐ ভশেংরমক্তি হায়বা ঙমদ্রে। মহাক্না ঐঙোন্দা তৌগে মতাঙুম শীংমরক্পত্থু ঐনা করিম্বু থঙইনা থদে। ঐহু য়াম্না মুংশি হৈতনা মঙোন্দা লমন খুন্নে। মহু মানা খঙবা ঙমদ্রমদে। মসি মহাকী করিগুম্বা ভঙাইহনবা থরা লৈবদগী ওইবম্বু য়াই। মানা ঐনা লাকপা ম্নেংহুনা লৈরম্মী। অহুগা ঐনা মঙোন্দা ম্নেংলুদে। মাগী মতৌহু : উনগা ঐগী পাম্মোমসি য়াম্না চোকথরম্মী। মমিংন্তা পিগী ঈরা হৌরক্লম্মী। মানা ঐঙোন্দা হাররকই—"করি তৌরে খুৎলাই থারিবদি?" ঐনা "হোই, খুৎলাই থাদোক্লে," হায়না খুম্মী।

ইথঙ খঙহৌদনা মহাক্না মথুং থাঙংলগা ঐবু চেংনা কোনশিল্লকই। মসি অউবশিংনদি য়েংনিংলম্মোই। মখোয়শিং অদুনা— ঐখোয়গী পৈশ হল্লো হায়না লাউরম্মী। মতুদা মহাক্না মহাক্কী শেঙ্গাও অদু ময়াম মমাংদা লংথোরক্লম্মী। ঐগু শাওনা নাম্পাতি অনিদুগা অঙৌবা ঈশং গিলাস অদুগা হন্দোক্লম্মী, ভশেংবদি মহু ঐগী অবামন ওইনা ফংজবনি। কুম্মৈ য়েংলম্বা ময়াম অদু অণ্ডাওবা হুইগী মতৌগুম পৈশাদুদা ওমশিল্লম্মী অমম্ভং ঐখোয় অনিম্ন ইশাঙ্গী থবায় কম্নবগীদমক্তা য়াম্না কম্না চেল্লক্লে।

ঐখোয়না চংলিবা লম্বী অদু থরা থেক-কোয়রগা ঐখোয়না হান্নগী শান্নফম ওইরিবা মফম অদুদা ভারম্মী। ঐখোয় অনি য়াম্না কিবগা লোয়ননা থল্লম্মী মতুদি হৌজিকন্তু হান্নগী মফমতুদা চংলুথিগদ্রা হান্নবা। অদুগা কুম্মৈ ষেংবা ময়াম অদু লৈরমথিগদ্রা হায়না।"

# চেকপল

## আনন্দ মাঙ্খৎ

অয়ুক্কী পুং তরামথাইরোম ভারকপদা চে অমা লাকপহৌদা পাওমী-শিংক্তা মৈনা চাকথবা "ইন্দ্রভবন"গী মনুংদা চঙবা য়ারগনি হায়রক্লে। মহারাষ্ট্রগী অচৌ-অচৌবা সহরশিংদগী পাওমী কয়া-কয়া লাকরে। মখোয়শিংগী মনুংদা "উংগী গ্রুপ" হায়বসি লৈবাকসিগী মমিং চৎপা ইন্দস্ট্রীয়েলিস্তশিংগী মনুংদা অমনি। মখোয়না শাবা মথল-মথলগী পোৎনা ভারতপুম্বদা মমিং চৎলি। মরক-মরক্তসু মীরৈবাক্তসু থারম্মী। ফেমকী খেল-থুমদা মসিগীসু অচৌবা থৌদাং লৈ হায়না লৌনৈ। মরমশিনা ওসিগী থৌদোকসি লৈবাকী থৌদোক্তি হায়না থৈমে।

ফাইর অপ্পায় অমরোম্মা কোনবা "ইন্দ্রভবন"গী লমনি। তুংলোম থংবগী ময়াইদা ইন্দ্রভবনগী মরুওইবা য়ুম অমা লৈ। মসি থপরানা কুপ্পা, মচু অঙাংবগী য়াম্মা মতৌলৈনা ফজবা য়ুম অমনি। মতু সোমেশ্বর সেঠনা শাহল্লম্বনি। "উংগী গ্রুপ"কী মহাক্না ওপ্পায় অমনি। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা মপাগা লোয়ননা কর্নাত্তক্কগী লাক্লগা মফমসিদা লৈখিবনি। মহাকী মচানুপা অনি লৈ। অমনা চিরনজীবা নারায়ন সেঠ অতুগা অতোপ্পনা গোবিন্দ সেঠ কৌই। মখোয়না মহারাষ্ট্রগী মফম অয়াম্বদা ইন্দস্ত্রি কয়া লিংখৎলবনি। মখোয় মচিন-মনাও অনিগী মচানুপা অনি-অনি অমুক পোক্লে। প্রভাকর পন্ত অমসুং হরি পন্ত মচিন-মনাওনি। অতুগা রাজেন্দ্র অমসুং অবিনাশসু পোকমিন্নবনি। মখোয় হৌজিক লোইনা পাখঙ ফারে। মখোয়গী তোঙান-তোঙানবা য়ুম ইন্দ্রভবনগী মনুংদা লৈ। ইন্দ্রভবনসিগী মনুংদা তেনিসকোর্ট, ঈশিংচাইবী, গাড়ী থম্ফমনচিংবা লোইনা লৈ। য়ুমজাওতুগী মাইকৈ মরিমক্তসু গুলাপকী লৈকোল লৈ। মসিদা মতম পুন্নমক্তা শাত্তনবা লৈবা গুলাপ কয়াসু য়াওরি। মাইকৈ মরিমক্তা ইশং-শংনা লৈ। রেংবদা ফজরবা অশংবা ফিরাংজি থাবসিমঙাই।

মসিগী মরক্তা লম্বী অমা চুমপ্রিং চুম্বা লৈরি। মসিগী নাকল অনিদস্তু লৈ পরেং-পরেং হৌরি মরুওইবা য়ুমজাওচুগী মমাংদা লৈরিবা শান্নকম অচুদা উংগীগী অঙাংশিংনা হেক-হেক শায়ে। মরক-মরক্তা সহৈকল থোই। অসুম্না অঙাংশিং অচুনা শান্নবদা নিয়ম চুম্না অমসুং মশা-মউ কনা শান্নবা ওজা অমসু থম্মী। ওজা অচু চয়োল অমগী মসুংদা অহুমলক-অহুমলক লাকই।

ইন্দ্রভরন্দা লৈবা অঙাংশিংনা ফজ-ফজবা কি শেংলগা হরাওভয়াম্না শান্নবা থোকললকপসিদি শোরাক্লেনগী অপ্সারা মরাম থোক্লকপসি মঙাই। মতৌ অসুম্না ইন্দ্রভরন অসি মতম পুম্নমা হরাও-থুংঙাইকা ঙাক্তনা থন্দুনা লৈ।

লমদম অচুলাংয়দা লৈবা থাংপোকশংগী অঙাংশিংনা অয়াম্বা মতমদা লাক্লগা হেক-হেক রেংই। অচুগা ইন্দ্রভরনগী অঙাংশিংনা শান্নব্রিবা কাংক্রম অচুনা মখোয়গী মনাক্তা লাক্লবদি—মখোয়দা পিরো-হেক্তা হায়। থরা অমনা নখোয়গী ফুরিৎ অমনবা লৈত্রা? ঐখোয়দা পীয়ু হায়।

ফজরবা অঙাংশিং অচুনা মখোয়গী বাচু থওইনা তারমদে। মতুদা মপানগী অঙাংশিংনা শাওচুনা এ-অালু মানবা-ও, এ-থামেনশিনবা মানবা-ও হায়না হেক হেক লক্লে। মখোয়গী মতৌ অচু উরগা মসুংগী অঙাংশিং অচু য়াম্না শাওরম্মী। মখোয়না হোজংদা (গেংতা) লৈব্রিবা পুলিস অচুনা অঙাংশিংচু লাপ্না তান্থোকহল্লম্মী। অসুম্না তৌবা অচুদা মপানগী অঙাংশিং অচুসু য়াম্না শাওনা থুং মচা হেক-হেক থাৱকই। অচুবু মসি মখোয়না মী লৈতবা তাঞ্জা য়েংলগা তৌবা ঙাক্তনি।

শিবা জয়ন্তী অমসুং ঈদ নিংথিনা মপুংফানা বোম্বেদা পাঙথোকখ্রে। থোয়দোকপা থৎন-চৈনবা য়াওথিদে। অসুম্না অতৈ সহর থরদসু শান্তি ওইনা পাঙথোকখি। অচুসু চহি মশীং থঙদবদগী লৈরক্লবা

হিন্দু মুসলিমগী য়েক্কবগী মশক অদুদি অদুমক মরৈরি। অদুনা মরক-মরক্তা জাতি অমসুং ধর্ম্মং খেন্নবগী খৎনবদুদি অদুম লৈ। মসিনা জাতি অনিমক্তা য়াম্না মাঙ-তাকপা অমদি উৎ ওইহনখিবা কয়াস্তু য়াওরে। অসিগুম্বা অমাঙবশিং অসি নোংমদি "ইন্দ্রভৱন" গী মনুংদসু খোকলবা য়াই হায়বসি উৎপী গ্রুপনা কৈদৌঙৈদসু খল্লুদে। অদুগীসু মথক্তা সহর অসিদদি জাতি মশেল খৎনবগী থৌদোক অমত্তা থোকখিদ্রে। গান্ধীজীনা শাথিবা মতমদুদদি মৈ থাবা কৈদৌবা থৱা য়াওখি। মসি নত্তবা অতোপ্পা পৌ দাক অমত্তা ওসি কাওবা থোক্লে। অদুবু অন্দোলনগুম্বদি হেক-হেক তৌই। অদুদা অকায়-অতোয় থৱা থোকপা নত্তনা অটৈ থোয়না মাং-তাকপা লৈতে। অদুবু ওরাংগী থৌদোক্তুদি অঙকপনি। সহরগী মফম পুম্নমক্তা মৈ চাকপা, মী হাৎনবা অসিনা অকিবগী মশক ওইরম্মী। দুকানশিংদা লৈবা পোৎ-চৈ পুম্নমক পুথোক পুথোক্লুনা মৈ থানৈ। মসিদা নদুনা লুৎ-পাৎ তৌবসু কোঙ্গায়নি। ইন্দ্রভৱনগী অকোয়বদা মীয়াম পুম্নমক হুপচিনখি। য়ুমদা লৈবা পোৎশিং অমদি গেরেজদা লৈবা কারনচিংবা কয়া পুথোক-পুথোক্লুনা মৈ থই। ইমুংদা থাবা গলীচা পেট্রোল হৈজিল্ল হৈজিল্লগা মৈ থারে। মীয়ামদু য়াম্না শাওনা লান্দারকপগুম তৌরম্মী। মক্ক ওইবা গেৎশিংদা লৈরিবা থোঙডাকপশিংদগী নোংমৈ অদুসু মীয়াম্না মুনরে। নোংমৈ অদু পায়রগা মীয়ামদুসু মনুংদা চংশিল্লকখি।

প্রভাকর পন্তগী মচানুপা অদুদি ইন্দ্রভৱনগী মনুংদা লৈহৌরি। অদুগা অতোপ্পা উৎগীগী মেখর থরদি অনৌবা ইন্দস্ত্রি থরা লিংখৎনবা মপান চৎখি। দিলীপনা মথুংতা পিস্তোল পায়রদুনা মীয়াম অদু তান্থেক্লবা হোৎনরম্মী। মহাক্না লুংশিংক্তা নোংমৈ অদুমলক কাপলম্মী। মদুদা মীয়াম অদু তুংলোমদা থরা হন্দোক্লবগুম তৌই। অদুবু মীয়ামদু অমুকসু ফুজিল্লক্রম্মী। মদুদা দিলীপ বাবুসু ইপা পাখৎলম্মী। মানা জ্ঞান-মান ভাদনা নোংমৈ মক্ক অদুমক কাপখোকখি। মদুদা মী অহুম শোক্লে।

"মী অহুম শিরে মখোয়হু খাদোকহু।" "–" মখোয়হু মথাক্কা চিংথরকউ।" অসিনচিংবা কয়া লাওনরম্মী।

"দোং ......দোং...... হায়বা নোংমৈ কাপ্পী মখোল তাই। দিলীপ বাবু উমা পুমলুপ লুপলদুনা তুপ্রে।

মীয়াম অহু য়াম্না খোয়রাং খোয়শাওনবগুম তৌরম্মী। মখোয়মা ইন্দ্রভবন অহু মৈ থাদোক্লবা হোৎলররি। অহল ওইবা খরনা থামজিন্নবা হোৎনবসু য়াওরম্মী। ইমুংদা লৈবা মীশিংহু মপান্দা পুথোক্লে। য়ুমজাও অহু মৈ থাদোক্লে।

দিলীপরাওগী অশিংবা মশাহু মৈদা হুনজিনখ্রে। অহুগা মান্না পাইরম্বা নোংমৈ অহুসু মরুগা লোয়ননা মৈমুংদা লংশিনখ্রে। য়ুমজাও অমিদা লৈবা মুপী–অঙাং অমসুং মীনাই খরহুদা অয়েংহোয়রে।

থৌদোক অসিগী মরমদা পুলিসতা কনাগুম্বা অমনা ফোন তৌখি। অহুবু সহরগী অতৈ মফমশিংদসু অসুম্না হাৎন-গুনবা অসি তৌরিবা মরম অসিনা পুলিসকী মীওইশিং মতম্না য়োরকপা ঙমখিদে। অহুবু ওহাক লৈরগা পুলিসকী গাড়ী ময়াম অমা ইন্দ্রভবন য়োরক্লে। পুলিসনা য়োরকপা মতমদা ফাওবা থৎন-চৈনবহু লেপত্রে। পুমলাং লাংই' মাইকে-শলাই থঙদে। খরনা কপ্পী, খরনা লাওই। ইন্দ্রভবনগী মাইকৈ মরিদা থারিবা চেকপলনচিংবা লোইনা থুগাইরে। অসিগুম্বা মতৌসি উবদগী পুলিসনা নোংথক্কা নোংমৈ কয়ারক কাপ্লে। নোংমৈ মখোল তাবদগীদি মীয়ামহু মাইকৈ মরি কায়হুনা চেম্নখি।

চহি ৩০ গী মমাংদা বিদেশী ইঞ্জিনিয়ার অমনা য়েকপা দিজাইনগী মতুংইন্না শাখিবা ইন্দ্রভবন ওসিদি অকিবা ফংলবা মৈচুথাক ওইরে। য়ুম অসি সহরদগী লাপ্লক্না অশেংবা মুংশিৎ-মুংশা ফংবা অমদি ললোনবা মরুপ মপাং লাকপদা লৈবা মুংঙাইনবা থন্দুনা শাখিবনি। ইন্দ্রভবনগী অকোয়বদা প্রকৃতিগী ফজরবা দৃশ্য কয়াসু উবা ফংই। মসিনি ইন্দ্রভবনগী মথক্তা হায়খ্রিবা গুণশিং অহুদগী থোইদোকপা অমনা।

অহুবু চহি ১০ রোম অসিদা সহরগী লম পাকথোকহল্লকপদা হায়রিবা অসিসু মী য়াম্না চিনবা মফম ওইরবনি। চহি ৭/৮ লোমগী

মমাংগী শাস্তি ওসিদি লৈরে। ইন্দ্রভরন তাবা লম্বীগী মাকল অনিমক্তা থাংপোকশঙ পরেং পরেং লৈ।

নগর মহাপালিকাগী চেয়ারমেন-না সহর অসি ফজনবা শেংদোকপদা হায়রিবা চক্র-রাইরুনা কুপ্পা থাঙপোকশঙশিং অহু লোইনা থুদেক্লে। অহুবু থুদেকপ্রিবা য়ুমশিং অসিদা লৈরিবা মীওইশিংদি সহর অসি শেংদোক্লিবা, নালা শেংবা, উকু হাপ্লিবা, মীয়ামদা কেরোসিন য়েন্লিবা, য়েস্থাং নাপী পুবা ঠেলা ইন্লিবা, য়ুম-য়ুম চৎতুনা কোল ফেঙলিবা, অমাঙবা শেংদোকলিবা অসিগুম্বা থাক্তনি। হায়রিবা থাংপোকশিং লৈরিবা মীওইশিং অসি হুই অশিবগী মতৌগুম নমথিবা-হঙ্গোইবা থঙদনা লৈরিবনি।

উৎগী গ্রুপনমু হায়রিবা মফম অসিদা অসিগুম্বা লাইরবা অনংবা ময়ামসি লৈতনবা য়াম্না কম্না হোৎনখিবনি। অহুবু য়াদহুনা মথোয় মফমসিদা লৈখিবনি।

উংগী গ্রুপকী এনভয়রতাইজমেণ্ট তত্তনা ফংবা পাউচেশিংদি— "উংগী গ্রুপ" অসি সহরসিগী লৈতেংনি হায়না ই। মীরৈবাক মচাশিংনমু উংগী গ্রুপকা উন্নবা হেক-হেক লাকই। মথোয়গী মমাংদা লৈরিবা থাঙপোকশঙ ময়ামসি উহম্লিংলমদে। মরমদি মীরৈবাকচাশিংনা ভারত অসি হন্থনা থনখিনি হায়না। মসিনা মবম ওইহনা মথোয়গী কায়বারদমু অকায়বা লাকপা য়াই হায়নমু নিংলম্মী। অহুবু মথোয়না হোৎনবহু কায়খিদে!

উৎগী গ্রুপকী ইন্দস্ত্রিগী চেয়ারমেন্না লৈতবা মতমদা থাংপোকশঙদা লৈরিবা মীশিং অহুনা ইন্দ্রভবন্দা চঙহুনা ঈশিং শোকপমু হেক-হেক য়াওই। অহিংগী মতমদা চেকপল ময়াদা অমাং অশোয় হেক তৌশিল্লি। মসিদমু নত্তে। মথোয়গী অমোৎ-অকায় পুম্নমক চেকপল মথোঙদা পৈশিল্লি।

মরক-মরক্তা ইন্দ্রভরনগী মীনা শেংদোকহল্লি। গেৎতা দরবান অনি থম্না তাথি। দরবানশিং অহু নোংমৈ পীরে। চেকপলগী অকোয়বদা

মৈ য়াম্না ভানহল্লে। নগর মহাপালিকাগী মীওইশিংদা হায়জহনা মখোয়গীদমক্তা অমাংশঙ শাহল্লে। অদুগা নগর মহাপালিকাগী গাড়ী অমসুং মী লাক্লুনা মফমদু হেক-হেক শেংদোকহল্লে। অদুম ওইনমক য়াম্না লু-নানবা হায়বদুদি ওইদে। অদুনা মতম খরা কুইরবদি য়াম্না মোৎপা অমসুং নমথিবা মফম হায়বদু হেক্তা ওই।

ইন্দক্তি খাংপোক্তা লৈরিবাময়াম পুনশিল্লগা গনেশকী পূজা ভৌসি হায়না লেপ্পরে। মসিগীদমক মখোয়না পৈশাসু খরা-খরা খায়নরে। মখোয়না ইন্দ্রভবন্দগী পৈশা খরা খায়সি হায়দুনা লাক্লে।

—"অচৌবা সাহেবকা উন্নগে," মখোয়না হায়।

—"অচৌবা হায়বদি কনানো? মফমসিদদি য়াম্না লৈ." খোঙশঙবদুনা হংই।

—"খ্বায়দগী অচৌবা সাহেব।"

—"খ্বায়দগী অচৌবা সাহেবসু মরি-মঙা শুই। করম্বনো নখোয়না খঙনিংলিবা?"

—"উৎগী সাহেবকা উন্নগে।"

—"অদুনিনে ঐনা হায়রিবসে, মফমসিদদি উৎগী ময়াম অমা লৈ।"

—"নঙ কনানো? মঙগী থবক করিনো? ঐখোয়দি গনেশ পূজাগী শেল খায়বা লাকপনি।"

—"অদুদি চে ইরগা পীয়ু। অদুগা উন্নবগী মতম কোম্না ভাকে। অদুগা উন্নবা য়াগনি নত্রবদি য়াদে। গোবিন্দ সেঠ হায়না চেদু ইরকউ।"

—"নঙদা লম্বীসি থাদোকউ, ঐখোয়না থোকপা ভাঙনজগে।"

—"মদু য়াদে। হায়না অয়াবা লৌগদবনি। চে অমা ইবুনে। মসি মফমসিগী চৎনবীনি।"

মথংগী সুমিৎতা মখোয় চে অমা ইরগা পিহল্লে। মদুগী মতুংদা সুমিৎ ৪ নি শুবা সুমিৎতা উনসি হায়না মতম পীরক্লে। উন্নবদা মী অহমদগী হেনবসু য়াদে হায়রে।

কজ-কজরবা, লৈঃ পরেং-পরেং হৌরি। মরক-মরক্তা-মপানগী, কার য়েংবদা শিনেমাদা তৌবগুম উরে। মখোয় ইগুক-গুক্নমী। কজরয়া লৈনকোল অমসুং মহুগী মরক্তা লৈরিবা য়ুমশিং ময়ামসি উবদা মখোয়দি স্বর্গ উবগুম খল্লমী। অদুনা মখোয়গী শক-চু ইগুন-গুনখে-
—"শ্যাম য়েংউনে—ইন্দ্রভবনসে! নখোয়গী লপা-নপুশিংনা মসিদা খোঙকম অয়ুক্কাওবা থম্না ফংলরোইদবনি। তপা চৎলু মীনা নোক্কখিনি।"
—"নওদি মফমসিদগী খোংউপ অতৎপা খুল্লগা তোংবনি। নওবু উবদা শেললায়পা অমত্তা পীরক্করোই খওব্রা!"

অসুম্না মখোয় মশেল অমগা-অমগা ওনশিন্নদুনা ঙাঙৈ। অমুকসু অমনা মখা ত্তানা হায়রকই—"লাওগমু ঐখোয় ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা লাক্লিবনি। নখোয়দোনা লাওলবদি কনানা উশিংকনি। হোয়েন মী খোক্কগা কনাগা বারী শাগনি করি-করি হায়গনি অদু-দুম খল্লু।"
খরা চৎলগা রায়রায়রনা মথন্তা হায়জবগুম হায়রকই—"ইন্দ্রভবনগী মনুংদা ঐখোয় কনা য়াম্না চনগনি! অদুপা মসিদা লৈরিবা ঈশিং ময়ামসিদি ঐখোয় ময়াম ঈরুবদসু লোয়বা ঙমলোই। মসিদা হৌরিবা মাপ্পী (শক্তিক) ময়ামসিসু ঐখোয়গী হামেং ময়াম চংদুনা চাবদসু লোয়বা ঙমহৌবা মান্দে। অমক চাওরবা লম্‌সিদা য়ুম ৭/৮ লৈবসিদি পান্মুইদা। অরেপ্পদা উ থাজিল্লিবা, হুইগী শামফম অমদি কার থম্লিবা লম অসিনা ওস্লোক্না পান্মুইদা।"

মাপ্পী বাসি ত্তারগা মখোয়গী মরক্তগী অমনা চৈরকই।
—"নও খঙবপোৎ নত্তে তুমিন্না লৈয়ু।"
—"অদুদি করিনো?"

"অয়ুক্কাং লৈরিবসি অশেংবা নুংশিৎ ফংহনবনি। মখোয়শিং অসিদি অফবা অহাওবা চিঙ্গাক্তি চায় হায়রবু চাবদি তুবা নত্তে। মখোয়গী পুক্তা অনাবা কয়া লৈ। অদুনা নুংশিৎ নুংশা শেংবদা লৈবা য়াবা নত্তে। মরমসিনা অহাংবা লম থাক্কনা থম্লিবনি। খঙলব্রা?"

য়ুমজাওদু য়ৌরক্কবা মতমদা মখোয়শিং অদু কিথি-কিক্কম তৌবগুম তৌরে। মখোয়না পাস উত্তনা গোবিন্দ পন্তগা উনজপে হায়বদুদা

চেয়ারমেন সাহেবনা মখোয়বু মী লাক্লগা ফমফম কাহুদা পুশিন্দুনা ফমহল্লে। মী লাক্লগা ফমফমদা থারিবা গলীচা অমু উবদা মখোয় মখোঙ থাংহুনা চংকদবা হন্নোইরে। অমুবু লাক্লবনিনা মখোঙনা তোংলকপা সেন্দল অমু লৌথোক্লগা য়াম্না তপা-তপা চংলক্লে। কা মমুংদা সেমেশ্বর সেঠকী ওইলপেন্টনা য়েকপা ফ্রেম চনবা ফজয়বা ফোটো অমা থেন্তুনা লৈরমমু উরে। মখোয়না মমু য়াম্না থবায় তানা য়েংলম্মী।

"ময়াম অসিদা ফম্বীয়," হায়না চেয়ারমেন সাহেবনা নোল্লক্লা হায়রম্মী। মমল য়াম্বা উ অমুনা ফজবা লৈতেংগা লোয়ননা চনবা চৌকিশিং অমুদা মখোয়গী অমোংপা কি-রোল অমুনা ফর্মজিনবদা ইকায়বা অমা পোক্লম্মী। মরমসিনা মখোয়না অহুম লেপ্তুনা লৈরে।

ফম্বীয় মসি মী লাকপশিংগী ফমফম্নি। ঐ হৌজিক অচৌবা সাহেবতু কৌথোকলুগে, হায়না চেয়ারমেন অমুনা হায়রকই।

নত্তে, নত্তে, ঐখোয় সাহেব লাক্লগা ফমজগে হায়না মখোয় অহুম লেপ্তুনা লৈরে।

"সাহেব লাক্লে।" হায়না চেয়ারমেন অমুনা মোমোম নোক্লগা হায়রকই। "কয়ি-করি তাকপিগদবা লৈবা?"

মখোয় অহুম অমু খায় লাউই। ইশুক শুক্না য়েংহুনা লৈ।

চেয়ারমেন অমুগা অহানবা উনবদা তৌবা মওং অমু উরগা থল্লুরগা করিনোনে হায়না খনবদা খনফম খঙলমদে। চেয়ারমেননা মথাতানা হায়রকই— "গোবিন্দ পন্ত মশানা লাক্কে তৌরম্বিবনি। গনেশ পুজাগী অহানবা হুমিৎতা বা ঙাংগদৌরিবনি। অমুগা দানগী পৈশাশু লাওথোক্কনি।" বাহৈশিং অসি তাবদা মখোয় য়াম্না নুংঙাইরে। অতোপ্পা করিগুম্বা অমত্তা হায়রমদনা চৎচরগে হায়হুনা হৌগৎলগা লাক্লে।

থাঙপোকশঙশিংহুগী ময়াদা গনেশ পুজাগী মাগুম অমা পিক্কক্লা শারে। মমুম চেনা ফজনা লৈতেংলে। অমুগা মমুদা মাইক অমমু পাল্লি লৈকাইগী অঙাং অমদি নহারোলশিংনা পুজাগী ঈশৈ শক্লি।

পুজাগী মরমদা রা ভাওনবগীদমক মখোঙ খোক-খোক নোম্বা টেবল অমগা চৌকি অমগা থারি। অদুগা দরী অমসু থারি। ময়াম পুম্নমক গোবিন্দ পন্তনা লাকপা ভাইরি। গোবিন্দ পন্তগী গাড়ী মতম চানা লাক্লে। মীয়াম্না মাগী-মাগৎ তৌরি। লৈ-সু হুক্লে।

গোবিন্দ পন্তনা খাংপোকশঙগী অকোয়দগী চৎতুনা য়েংলম্মী। খাংপোকশিং অদু উবদা মহাক য়াম্না ঙকলম্মী। মহাক্না খাংপোকশিংদুগী মথুংসু চঙতুনা য়েংলম্মী। খাংপোক মনুংদা লৈরিবা অমোৎপা অনৈবা ঈশিং, বোরা শেগাইবা, প্লাস্তিক শেগাইবা, মফি-মরোল শেত্তবা অভাংশিং— ময়াম উবদা মহাক্না খাংপোকী লুচিংবশিংগা রা তাঃরম্মী। মমৈদা শ্রীপন্তনা হংবা বাহংশিংগী পাওখুম মখোয়না পীরম্মী।

লম য়েংবা লোইরে! য়া ভাংবা হৌরে। খাংপোকী লুচিংবশিংবু খাগৎলগা মখোয়গী হুপী অভাংগী ফগৎনবা হোৎনসি হায়না মহাক্না হায় লৈবাকসিগী লাইরবা, জাৎ খেম্নবা, ধর্ম তিম্নদবা, শেল-থুমগী ফিভম শোত্থরিবা অসিনচিংবা কয়া পন্দুনা ভাংলে। মহাক্না হায়রম্মী— "মফমসিদা মী অমুক থুনা য়ামখৎলকপগী মরমদি অতৈ লমদা লৈরম্বা খাংপোকশঙশিং অদু লোইনা থুদেক্লগা মীশিংদু মফমসিদা পুরকপননি। অদুগা মীয়ামগী য়াইফ খোয়াংদি তৌবদা বাংলি। ময়ামসি সহরগী মনুংদা লৈরবদি সহরগী ঈশিং, ডাক্তরখানা অসিনচিংবগী থুদোংচাবাসি ফংলমগদবনি। অদুবু সহরদগী লাপ্না লৈবা মরম্না অসিগুম্বা অসি অমত্তা ফংদে। মীওইবগী হুংভাইবা অমসুং থুদোংচাবা হায়বসি সহরদা লৈ। অসিগুম্বা খাংপোকশঙশিংদা লৈবা মীওইশিং অসি দ চান-থকুবগী, ঈশিং-বাইশিংগী থুদোংখিবনা থম্না লৈ। মসিগীসু মথক্তা মথল-মথলগী লাইনা কয়া মতম পুম্নমক্তা লৈ। অদুম্না মহাক্না তিমিবঃ মীয়ামদুগী মমাংদা মীনুংশি লৈবা কোঙদোকলম্মী। মসিগা লোয়ননা মহাক্না উৎগী গ্রুপ মাইকৈদগী লুপা চামঙা অমসু গনেশ পুজাগীদমক দান তৌরে হায়না লাউথোক্লম্মা। হায়রিবা শেলকমসি রুপি থুমিংগী পীগদি হায়রে। মহাকী হাইংশিং অসি তাবদা মীয়াম্না থুবাক কয়া কয়া

খুরম্মী। মীয়ামগী খুবাক মরক্তা মহাক্কী য়া ঙাংবস্থ লোইশিনখ্রে। মহাক্না অসুম্না ফজনা ঙাংলম্বা অতুদা খাঙপোক্কী লুচিংবশিংদা য়াম্না নুংঙাইরম্মী।

খাং:পোকশঙদা লৈবা মী কয়া উংগী গ্রূপকী ওফিসতা চমপ্রাসী, ড্রাইভর, মালীগী থবক তৌজগে হায়না মী চৎথোক-চৎশিন তৌরম্মী। অতুবু উংগী গ্রূপকী য়াথলদি মথোয়দা থবক অমত্তা পিদবা অসিনি। চংথোক-চৎশিন তৌবদা উংগী গ্রূপকী মীনা খাংপোকশঙদা লৈরিবা মীশিংগী অরা-অনাগী মশক খঙলম্মী। অতুবু মথোয়না মুম্না খঙই মতুদি খাংপোকশঙদা লৈবা মী অমবু থবক পিক্রবদি অতৈস্থ লোয়নমক পিবা তাথনি। অতুগা মথোয় চঙথোক-চঙশিন তৌরবদি ইন্দ্রভবনগী ফজবা শান্তি লোইনমক মাঙখিগনি। হায়রিবা য়াখল মওং অসি অতোপ্পা অমত্তা খঙদে। কনাগুম্বা অমা লাক্লবস্থ মথোয়বু থেম-নৌতুনা খাদোকপা নুমিদাংবাইরমগী মতমদা ইন্দ্রভবনলোমদা লাকপা গাড়ী মরুওইনা কার লাক্লবদি গাড়ীতু তপ্পা থোবা তাই! অতুগা গাড়ী ঙহাক লেপলবস্থ খাংপোকশঙগী নহারোলশিংনা পিক হেক থল্লি।

মী থরন: লাকপা তারবস্থ থক্লগা ঙাওতুনা হেক লাকই। থর'মনা লম্বী ময়াইদা হাই-হুমতুনা চৎলি। অসুম্না মথোয় য়াম্না নুংঙাইনা লৈ। মরমসিনা মকমসিদা চৎপা গাড়ীশিং তপ্পা তপ্পা থোবা তাই।

উংগী গ্রূপকী গাড়ীশিং অসি লৈকাইসিগী নহারোলশিংনা মশক মুম্না খঙনরে। মথোয়গী গাড়ীবু লাক্লবদি লৈকাইগী নহারোলশিংগী য়ারী শাফম ওইনৈ।

"মথোয়সে লাক্লে, লাইয়বগী ঈ চুপ্পদা অহিং নুংথিল খাক্লবা কাংবুনি। ইকায় খঙদবশিংনি অসিনচিংবা কয়া হায়।"

থয়না অমুক হায়—"হে অনোয়বা চৎপা তম্মু ঐখোয়দোনা। নখোঙতু থাংবা হৈত্রব্রা? তাকপিগে লাকউ।"

অতোপ্পা থরস্থ নুপী-নহা উরগা হুইসেল থোংই, লাওই। ঈশৈ শকই।

মখোয়গী য়াশিং অত্থা কনাম্থ পুক্লিং চঙলমদে। ভোৗবথুজি গাড়ীদা কম্নবদি মীনা ঙাংবা-শকপন্থ কয়া তাদবনি। অত্থগা করিগুম্বা খরা তারবস্থ করি হায়বনো কনাদনো? হায়বা খঙদে। নহারোল-শিংনা কা চারগা গাড়ীদা খরা শিংচন, লৈই খরা চিংশিন ভোৗই। অত্থবু অপামনা কনানা ভোৗবনো হায়বস্থ য়াদে।

চহি খুদিংগী গনেশ পুজাদা উৎগী গ্রুপতগী শেলখায় হেক-হেক ফংলম্মী। মখোয়দগী ফংবা পৈশা অসিনা পুজাগী দোনেসন ফংবগী মথুংদা খ্বাইদগী য়াম্থনি। মরমসিনা পুজা মথুংসিদদি মখোয় মুমিৎ খুদিংগী পুজাগী হৈরুক অমথুং হৈ-লৈ ইতৎ-তম্থনা ফংলম্মী। অত্থগা উৎগী গ্রুপকী মাইকোং.থু মরক-ঃরঙা খম্মগা মরি লৈনবা ফিলম হেক-হেক উৎলম্মী।

মুমিৎ নিনিগী মমাংদা হরি পন্ত লুহোংখি। গুজরাতগী অতিথি কয়ামা লাক্লম্মী। মতমসি মহারাষ্ট্রগীদি অবাবা মতমনি। লুহোংবত্থদা ইন্দ্রভবনগী অকোয়বত্থ মচু-মচুগী মৈনা পুমঙাল ঙাম্না থাম্লি। কার য়াম্না চেনখি। কার য়াম্মনবনা কার ড্রাইভরশিংনা গাড়ী থাফম লৈতত্থনা অবাবা ওইনখি। মরমসিনা মী খরদি কারত্থ মপান্দা থারম্নগা ঙহাক মথুং চংত্থনা উৎগীগী মীশিংগা উমরম্নগা থুনা অত্থম হনখিবস্থ য়াওই।

মৈ য়াম্না থানবা মরম্না মুমিদাং সমস্থ মুংথিলগুম্না ভোৗরম্মী। চানা থক্লবস্থ য়াম্না মরাং কায়। মী ওকপগী থৌরমদস্থ অমুক য়াম্না অত্থম তিনখি। পুথমদা অরেম্বা অচা-অথক পুম্নমক মাঙহন্দনা পুম্নপ থমহল্লম্মী। অত্থগা মপান্দা লৈরিবা থাংপোকশঙগী মুপী অঙাংশি-দা পিজরম্মী। মসিগা লোয়ননা অতৈ-অতৈ অচা অথক কয়াম্থ প্লাস্তিকী থাউদা হাপ্লগা মখোয়দা পীরম্মী। উৎসবকী মুমিৎতা থাংপোকশঙশিংত্থ ইন্দ্রভবনগী থোঙজাওগী মপাদা মৈকাপ্পী কাপ্পনচিংবা মথল মথাগী দৃশ্য কম্না উৎদম্মী। থৌরমশিংত্থ মুমিদাংগী পুং ৯-৩০ (অমামথায়) ফাওবা চৎথগদবনি। মচু-মচুগী দৃশ্যশিংনা পৃথিবীসি স্বর্গগুম ফজহল্লম্মী।

অতুবু ময়ামবু ওকপগী মতমতুদা খোঙ্গান্দা থাবা পাড়ীশিংদগী পোৎ-চৈ হুরানখিবদা। নত্তুনা কারশিং অতুদা য়াম্না খোৎচিল্লম্মী। কারদা অঙাংশিংনা কাখৎলগা মথী কায়জিল্লম্মী। থী তৈথোকপা চেন্ন গাড়ীদা হাপচিল্লম্মী।

মৈ চাক্রিবা ইন্দ্রভবন্দুদা পত্রকার ময়াম অমা চঙশিল্লক্লম্মী। অতুবু মনুংদদি পুলিসনা কনামত্তা চঙহল্লমদে। য়ুম পুম্বা পুমাং মাঙলে। য়ুমশিংতু তেকত্রি অতুবু থোঙজাও অমদি থোঙনাওশিংতু মৈনা সোইনা চাকাগ্রে। মসিদগী থঙই মতুদি মনুংগী পোৎ থুদিংমক মৈ চাক্রমলগনি হায়বদি। অচৌবা য়ুমশিংগী মমাংদা কাক্লম-কাক্লম তৌরবা পোৎ-চৈ কয়ামস্ত পৈরি। মপৈশিংতুগী মনুংদা দিলীপকী অশিবা মশাতু য়াওরি। পত্রকার খরা অমদি ফোটো লৌনবা মফমতুদা পুল্লম্মী। অঙকপদি উৎগী গ্রূপকী মী অমত্তা মফমতুদা উরমদে। অহিং অতুমক্তদা অয়াম্বা মীশিংনা অতোপ্পা মফমদা চেন্নখিরম্মী। অতুনা পাওমীশিংতু য়াম্না থঙনিংলম্মী। মী খরদি পুলিসতা হং-খোত্তনা খঙনবা চোৎনরম্মী। ইরাং থোকপা মুমিত্তদি মী কয়া ফাজিনখিবগী বা হায়নৈ। ইচম-চম্বা অখঙবা খরনা হায়নবনি। অহিংতুদা সহরতুগী ঈশিং য়েনবা লাক্নবগী পাউন্ত ফংই।

অশংবা ইমপালা কার অমা গেত মনুংদা চঙখিবা উই। য়ুমজাও মমাংদা লেপখি। মতু পাউমীশিংনা পুমকোই কোয়শিনগ্রে! মতুদগী চহি য়াম্লেমুক্কী মীওই অনিথক কুমথরকই। মখোয় উৎগী গ্রূপকী একজিক্যুত্তিব মেনেজর অমদি জেনেরেল অফিসারনি। খুৎ থাঙ্গৎতুনা ময়ামবু ওক্লম্মী। মায়খোংতু মকসল্লম্মী। মখোয়দা রাহং কয়ামুক হংলম্মী। মতিক চাবা পাউখুম অমত্তা পীবা ঙমলমদে। রাহংশিংতু হংবা লেপ্পা লৈরমদে অতুবু মেনেজরনা মখোয় পুম্বা উখা অমদা লাক্লবা হায়রম্মী।

—"উৎগী গ্রূপকী কনানোমা উনবা য়াত্রা?

—"ঐখোয়নি।"

—"অতৈদি কদাইদা লৈ ?"
—"মপান্দা।"
—"হৌজিক সহরগী মফম অয়াম্বদা মৈ থাবা, হুন্নান-চিন্থি তৌবা থোকই। অদোমসু সহরসিদা চহি কয়াদগী লৈরক্লবনি। সহরসিগী নাগরিক অমা ওইনা অদোম্না অসিগুম্বা মৈ থাবগী মরমদা করি হায়নিংই।"

—"মহারাস্ত্রগী মরুওইবা সহরশিংদা থৎনা-চৈনবা থোক্লি। মসিদা কাংলূপ মশেল হুংশিনদবগী ৱাখল লৈ। সহর অমা-অমনি নত্তনা অতৈদি অসিগুম্বা মওং উদে। মরমাই হুংশিনদবা তাকু-তরাং তৌবশিংনা মশাগী খুদোংচাবা লোনবা প্রৎনবসি থোকহনবনি। সহরসিদা ময়ুম মৈ থাবীপ্রবশিংহুগী ৱারী ভাকপীয়ু। মখোয়দগী হায়রিবসিগী করি প্রমান ফংবা ঙমগনি ?"

—"ইন্দ্রভবন মৈ থারিবসি কাংলূপ থেন্নবগী থৌওংনি হায়বসি অদোম থাজবিদবরা ?"

—"মতুগী মরমদা অশেংবা করিসু হায়বা ঙমদে পুলিসনা থিরি। মহুদা ফংবহুনা অচুম্বনি।"

—"সহর মৈ চাকপগী মতাংদা অদোম্না করি থনবগে ?" ঐখোয়দি মৈ থাবসি লম্লাই হুংশিনদবনি হায়বসি য়ানিংদে। পুন্নমক ঐখোয়গা মরুপ ওাক্তনি।"

—"ইন্দ্রভবন মনাক্তা লৈরিবা য়ুমশিংহুগা অদোমগা করি মরি থোক্লবিবা ?"

—"চুম্না মতেং পাংনবনি। য়ুমশিং অসিগী দমক ঐখোয়না থোৱাং তৌই। মখোয়গী পুন্সি হুংঙাইনবা হৌনৈ। মখোয়গী য়াইফ থৌরম কয়া পাঙথোকপনা ঐখোয়গী ইথৌনি খল্লি।

—"মৈচাকপগী হুংঙাইতবা থোদোকসিগী মরমদা করি থনবগে ?"
"হান্নগুম ওইবা কৈদৌমুংদা ঙম্লরোই।" হায়রগা মেনেজর সাহেব তুমিম্না লৈখ্রে।
"দিলীপ রায় মফমসিদা শিখি।"—হুংঙাইতনা অমুকসু হায়।

—"শেল-থুমগী অরাবা তাকপীগদরা ?"

—"য়ুমগী থাদনা পুন্না লুপা ক্রোড় অহুম মথাইমুক্তি মাংঙ্গে।"

—"উৎগী গ্রূপকী অপাম্বা অসি করিনো ?"

—"লৈবাকী রাথন্দা থবক ভৌবনা মথোয়গী অপাম্বনি। কাংলুপ অসিনা ওসিকাওবা মপানদগী শেল য়াম্না তান্নি। লৈবাকী সরকার ওইবা থনচুনা কাংলুপসিনা স্কুটর, কার, বিজলীগী মচাকশিং শাতুনা চাং য়াম্না পুথোকখি। মথোয়না ওম্বা চাংদা ভারাগী শেল-থুম ফগৎনবা হোৎনৈ। লৈবাকী শিল্লম চাওখৎনবা অনৌবা থৌরাং কয়াসু লৌখৎলি। মসিনি মথোয়গী অপাম্বা অমসুং রাথল।"

পুং কয়ামুক রাহং-পাউথুম ভৌনৈ, মরৈ য়েৎনৈ। মরুওইবা রাহংদি হংনগ্রে, রাহংশিং অসিবু থল্লগা জেনেরেল চীফ অফিসারনা ময়ামদা ভৌবীমল থওবা উৎলি। উৎগী গ্রূপতা থৌজাল লৈবা অমদি থাজনা হংবীবগীদমক ভৌবীমল থওবা উৎলগা কাররোমদা চৎগ্রে। ফজবা ফিজোল শেৎলবা কম্পনিগী ড্রাইভরচুনা কারগী থোংচু হাংদোক্লম্মী। মথোয়নিনা মসুংদা চওখ্রবদা থোওচু ভপ্পা খিংখি। মীৎনা কূপ্পদা কারচু চুংশিৎতা পাইবদৌনা চৎগ্রে।

নোংমা নিনিদি হোটেলদা লৈরগা লৈবাক ঈরাংগী মরমদা ওাওচুনা য়ু অমদি শা চাবা পাউমীশিংচু লাক্লম্মি। "লৈবাক ঈরাংনা উৎলীগী য়ুমজাও ইন্দ্রভরন উৎ ওগ্লে"—হায়বসি নত্তুনা খবরদা অতৈ অমা ইরমদে। "নাটক্কুগ্না থৌদোকনি"—হায়বা মিংথোল অসিগী মথাদা ফোংবা পাউ অচু মীয়াম্না য়াম্না পানিংলম্মী। কুমিং ৭/৮ নিমুক্তি মসিগী পাউসিদা ময়ামগী পুক্লিং চিংশিলম্মী। অচুদগীদি পাউমীশিংচু রাথল অতৈদা চংগ্রে।

চয়োল অহুমলোম হৌখ্রে। অচুবু ইন্দ্রভরন্দা কনামত্তা চঙলমদে মরক্তা কার ১/২ লাক্লম্বচুসু ঈ-পাউ লৌনরগা অচুম হনখি।

নোংমা নোংমা হৌখিবগা লোয়ননা থাংপোকশওগী কিভমচুসু অহোংবা কয়া লাকখি। নৌগ্নিউৈদদি মথোয়শিং অচুসু তুমিন্না লৈ।

কনামত্তা কোংনা বা ভাওনদে। খাংপোকশঙশিংগী মরক্তা পুলিস লাকপা লাক্নবা হায়বত্থ য়েংহুমা লৈনৈ। অহুনা করিস্থ কান্নদে। খাংপোক্তা লৈবা নহারোল খরা ফারুবত্থস্থ সুমিৎ ১০ নিগী মতুংদা খাদোরক্লে। মখোয় অয়াম্বা জামিন্দা লাকপনি। অহুবু কনামত্তদা মসি তাকথোক্লমদে।

অত্তিয়াসি য়াম্না তশেং—তশেংলে। খাংপোক্তী মরক্তা অশেংবা সুং-শিং তপ্পা-তপ্পা শিংলম্মী। সুমিদাংদা ময়াম অহু ঈশৈ শক্তুনা লেপ্লি। ইন্দ্রভবন চাকখিবদা সুংঙাইবস্থ মখোয়দা ফাওরম্মী। অহুবু অহলশিংদদি কোংদোকলমদে: "অপংবশা চহি অমগী মমুংদা সিনেমা ৩/৪ য়েংবা ফংবা অমদি গনেশ পুজাগী শেনখাই চাওনা ফংবনি। মহুগী মরক্তা লুহোং-খোংদোংবদা অচা-অথকস্থ ফংই। ঐখোয়গীদমক্তা নালা, লেত্রিননচিংবা কয়াস্থ শাবীরম্মী। অহুবু হৌজিক্তি উৎগী সাহেব লৈত্রে। কনানা য়েংশিনবীগনি।

নহারোলশিংনা অহলশিংগী বাহু খৌশাদে। মখোয়না খৌদোক অসিবু অচৌবা মাল্লপাকপনি হায়না খল্লম্মী।

খামুক ইতাক-তাকলুরবা ইন্দ্রভবন অহু অমুক ইখঙ-খঙহৌদনা মী চামা-চনি লাক্লগা শেমজিনবা হৌত্রে। সিমেণ্ট, লৈঙোয়, সুং, য়োৎ গাডী খল্লা-খল্লা পুরক্লে। খাংপোকশঙশিংহুগা তাইনবা পরেংশিংহুস্থ অচৌবা চেকপল অমা খাত্রে। নোংচুপ খংবা মায়কৈদা পুমখিং খিংলগা নোংপোক্তা গেট অমা কাৎলে। হন্দক্তী গেট অসিদি য়েংবদস্থ ফজবা মপাঙ্গলস্থ কনবা মওংনি।

অস্থুম্না খল্লরে, মহুদি চেকপল অহুগী বাংমদা লৈরিবা খাংপোকশঙ-শিংহু মতম পুম্বগী ওইনা খিংত্রে। অহুগা মহৌশাগীগুম্না ইন্দ্রভবনহুস্থ মমিংতা রাকল অমতমক উবা ঙম্বগুমত্রে। অস্থুম্না সহরহুগী ময়াইদা ফজরবা চেকপল অমতমক লৈবা ওইনা উরে।

—(০)—

# ইঙ্গোকপা

**ব্রাঃ কুঃ শীতলজিৎ সিংহ**

শ্যামসুন্দরগা নবকিশোরগা মচীন মনাওনি। মৈতৈগী শাগে জাৎ ফরবা অমদা পোকপনি। থবক খুদিংমক্তা তচৌ-অশাং শাগে নাতৈগী বা য়েংনরকপদা ঐথোয় লৈরি হায়দুনা চোংথোকপা য়াবা মীনি মথোয় অনীসি। ময়াম্বা শ্যামসুন্দরদি চোংসু চোংথোক্লম্মী।

দরবার মেম্বর অমা ওইরম্মী শ্যামসুন্দর অসু। শেল চারুই হায়বদগী থবক তোক্লম্মী। অসুম তৌদনা ইকাইবা ফংলবসু মাবু মীনা ইকায়খুম্নবা মী অমা ওইনা লৌরি হায়না মথন্তা খঞ্জবা ভম্বা নীপা অমনি।

বাসু চাউনা ভাঙলম্মী। মানা ভাঙবা পুন্নমক চুম্বা নত্তে খংনা খঙনা অঙম্বা অমনা ভাঙলিববু হায়দুনা কনামত্তা য়েংপীরমদবা মরম্মা মশাবু য়াম্না হৈ শিংবা অমনি হায়না লৌজরম্মী। হৌজিক অঙম্বা অমা ওইবা তোক্লবা ফাওবা অহুম মশাবু অহৈ-অশিং অমনি হায়না খম্বা তোক্লমদে।

মচা-মনাওগী নুপী-নহা থিবা মতমদা বা য়াম্না য়ামগনবা নীপা হায়বদু শ্যামসুন্দরসু অমা ওইরম্মী। মৈতৈগী বামোন ক্ষেত্রি লৌনবা য়াদবা অমদি য়েক শলাই ভিন্নবা মীগী মরক্তা চারৌ-মোরৌ থিংবা অসিগী লুচিংবা ফীরান পায়বা অমসু শ্যামসুন্দরনা ওইজরম্মী।

বামোনমক ওইরবসু কোম্লুংদা গোবিন্দগী সেবা কাদবা ওইরবদি গোবিন্দ পুজারীগা শাগে মান্নবা বামোনগী মথুৎ চাদে অতুগা তুহোন কাবা য়াবা শাগেদা পোকপা মীনা তুহোন কারুব্রবদি শ্যামসুন্দরগী ঈশিং শোকপা য়ারমদে। মৈতৈগী গৌড়িয়া হায়বদু য়াম্না কম্না ভাক্লা চৎলম্মী। শীং অক্ষোবদু চাম্নগা করিগুম্বা মৈ থাবা য়ারবদি মতু ফাওবা তৌহন্নীংবনি ঈরুজরগা কারকপদা লম্বেল ঈশিং চাই-চাইদুনা কারকপা মীনি।

অদুবু ঈরুজবা মতমদা পুৱিদা মচীন তেংথোকপা ঈশিং অদু য়ান্নুংদগী ওংথোক্লুনা কামশিনবদি হৈনবা ঙাংনি। মুংদাং তুম্বদা শেংপা ফি নুংথিল ফাওবা শেংলি খন্দুনা মশাবু অদুম পোত্থারগা মাংদে হায়না খন্দোকপসু ওয়ন্মী। শামতুনিদবু হায়রবদি অঙাংগী অমাংবা তৈরবসু অদুম শেংই হায়না লৌবা মীনি।

ঐদি বৈষ্ণবনি কৃষ্ণগী নাম শোনবতনা ইথৌনি হায়বা, অদুগা মরক মরক্তা মীনম্বা ঙাংত্রবদি হৌনা খংদবা ব্যবহার লৈতবা হায়বদু ওইবা য়াই হায়না থাজবা অমসুং য়াম্না কন্না থনজবা মীনি। অদুগা ঐ নত্তনা মী অতৈ পুম্নমক্কি অতোনবনি হায়না থনবা বৈষ্ণব মথল অদুগী মকোকমক ওইবা ঙমত্রবসু মরক্তা য়াওজরিবা শ্যামসুন্দরনি।

কৃষ্ণমন্দির অমা লিংখৎপা পাম্নতুনা মানা চাজরিবা তলবতুনা ওক্লহুনা শেল চাবা হৌগৎলম্বনি। অদুম তৌতুনা মন্দির শাবা ঙমে। অদুবু মন্দির লোইরবা ফাওবদা মন্দিরগী দমক হৌখিবা শেল চাবা হায়বা ধর্মদু থাদোকপা ঙমদতুনা অদুম চাখিবদগী কোম্নংদা উইহেদবা খঙহৈদবা মীনা উন্নক্লুনা থবক তোকহনখিবনি।

নীতিগী মালা চৎপা তোক্লে, মী অতোপ্পবু লাইনৈংদে পাপকী থবক্তা তৌই হায়দুনা হুপী নহা অদুগা মঙোন্দা য়েৎপীদবা মমায় খরা ওাকপীবা মীদা ঙাংবসু লেপ্পমদে।

হৌজিক্কি তলবসু লাক্লে, শেল চাফমসু লৈত্রে, মালা চৎপনা মতম চিনখিহনা থবক অতৈ-অতৈ তৌবা ওয়মদে। অদুনা দোকানদগী পোৎ শোৎপনা মরুপ-মপাংদগী শেল পুবনা মাগী হিংনবা উপায় ওইরম্মী।

হৌজিকসু মীনা মাবু মেম্বর কৌবা তোক্লি, ঐগ্যা ঙাইবুংঙোন-চিংবা অওম্বগী মি গৌ অমত্তা মাঙদরি—থবক কা তলবকদনি লেপখিবা।

মাগী মনাওনীপা নবকিশোরদি মতমগী মতুং ইন্না চৎপা নহা ওইবনে অহল লমনবুসু কীদবনে মনীংতম্না চৎচনীংবা নীপা অমা ওইরম্মী।

নবকিশোর অদু লাইরিকস্থ ফনা তমলুরে। অদু-গুম্ব ফনা খড়্জরে। মাগী মশাদা চাওথোকপনা করিনো হন্থবগা করিনো অমত্তা খঙলমদে। নীংতম্না পানজরু হায়না লাইনা থারকপনি, কনামা করি তৌজরনি হায়বা বাখল থম্মোয়না বন্না য়েক্লুনা লাক্লবা নহানি।

মহাক সরকারগী থবকস্থ তৌরমদে, থবক তৌমীংদবরা হায়বস্থ নত্তে তাঞ্জা চাদবা হায়বত্তুনি।

লাইরিক তম্বা লোইরগা ময়াম্দগা মতৈমগমা মুপী কোইথি থিরম্মী, অমত্তা ফংলমদে, মৈতৈ লৈবাকসি মুপীনা নীপাদগী মশীং হেনবনি, শ্যামসুন্দরগা মাগী মুপী সনাহনবীগনা থিবস্থ বন্না থিরম্মী, অদুবু নবকিশোরগী মুপীসিদি ময়াম্বগা মতৈমগনা থিবদা য়াবদি অমত্তা থোক্রমদে।

মতৈমা সনাহনবীনা ফীরোল নান্না শেত্তুনা হেক চৎপা উবদা মানা হংলম্মী—কদায়দনো ইতৈমা, মুপী থিবরা?

মানিনে। নঙগী মুপীসে পোকত্রেনে ইবুঙো। কদায়দগী পোকনি ইতৈমা। নখোয়না পাম্বদি শাগে জাৎস্থ কবা, ইনাকস্থ খুনবা, মখুৎ মশাস্থ হৈবা, শেল য়ান্না থোকপা মশকস্থ সরস্বতীনা ইকাইবা য়াবী—অদুগুম্বদি ইতৈমাবু ওইবা ঙমত্রা?

মাগী বাসি তারগা মচোমপাক নাইদে হায়না শাওরম্মী সনাহনবীছু। অদুদগী নবকিশোরনা হায়রম্মী। ইতৈমা, মুপীদি নীপা মশানা থিত্রবদি ফংদবনি।

অদুদি নঙ থরা থিরকউদনা।

অদুদা হায়রু হায়রিবনি। নখোয়না ঐগী ইথৌবু হেক মুনবীবা শারহুনা ঐবুস্থ কয়া বাহল্লে।

করেনে অদুগা নঙ থিজরক্রোনে।

তাইবুঙোবুস্থ য়াহনগনিদনা।

থিবা শুকখঙ খঙদ্রবসিবু করিগী য়াদগবনো।

বা অমা হায়গে, ইতৈমা?

হারয় ।

শাগৈ অকবা ঐখোয়গা মায়বা নত্রবসু ঐখোয়দগী অহেনবা ওইরবসু য়াইদনা ।

জাংকী মচা হায়বসিদি সুংভাইনে নরাহৈ অহু ভাবদা ।

অহুগা শক খরা কজবদি অহুগী মথক্তা—য়ারোইদরা ?

মহুদি ফরিবা পোংনিনা ইবুংঙো ।

লৈশাবীনিকো ইতৈমা ।

মানি ।

ভাইহাক শংত্রিক শংনা য়েংলগা নবকিশোরনা অমুক হায়রকই—

সুপীদি ঐ থিজরক্লগে । অহুগা ঐদি নখোয়গী লুহোং-খোংদোংবা হায়বহুদি ভস্মোইবো ।

সনাহনবীনা কী-কী কায়হুনা হায়রম্মী— করি য়ানোনে নঙনা হায়রিসিবো ইবুংঙো । হয়েং নচা-নগু পোক্লগা লুহোংকাল কমদবীগী মচানি হায়হুনা মতু মচা থিবা কংলোইনে ।

করিদোগে অহুবু—কমদবীগী মচাগা কমদবীগী মচাগা লৌনজগনি । ঐগুম্বা মীগু মশীং য়ায়া লৈরি ।

মহুগদি তৌহুস ইবুংঙো, নঙগী ভাইবুঙোনসু য়ারোই ।

অহুগা সুপী থিরকপদদি ঐনা থবা তারেদো ।

নঙনা অপাম্বা অহু হায়রো, ঐখোয়না চগুনা হায়রুনি, কুঠি-নচিংবা য়েংনগনি, অহুগা চানিরগা মরুপ মপাং ময়াম বার্তেন তৌহুনা চীং-লেমনা লুহোংথোকহিদনা, ইনাওগীবু করি বাংপগে ?

কুঠি য়েংবা হায়বা ! মহুমা ইতৈমা ঐ য়ারোই, মহু ওইরবদি নখোয় থিজরুরো, ঐদি ভস্মোই ।

হয়েং শিবা-মাবা খোক্লবদি করম তৌগনি । অহুবু ইতৈমা মী পুয়মক শিংদবনি । পাঞ্জিনা মীবু অময় ওইহয়া ভস্মোই ।

অহুবু মতম চাদনা শিবা হায়বা অমা লৈদনা ।

শিববু তারবদি ভস্তা শিবনা হেন্না কৈ ।

মত্তৌ অমুম তৌতুনা মখোয় মশেল থম-থমজুনা নবকিশোর অসি লুহোংবা মতম লিংখিদোরে।

অদুবু পাখংনা মখোং কাররুবদা কনাগী মতীক লৈবগে লৈরাং লম্বেল থিংনবা। অদুনা নবকিশোরনা মাগী মতমগী সেবা তৌবা হৈবা, খুজিন্না শোইদনবা কন্না লোত্তুনা লৈবী, লৈরাং অমা থোক্লম্মী, তরানিগী তুংদা।

নোংমা অমুক নোং ফুং ভাল্লকপা কালদা শ্যামসুন্দরনা মীকপ থোক্তুনা য়াওন্থ্রিইদা মনাওনিপা নবকিশোরগী মরুপ অমা লাক্লে। মানা হোদোকপত্তুদা মখোয় অনী হোৌগত্তুনা কন্নিগিনে হংলম্মী। পাখং অদুনা চিঠি অমা পীরম্মী। চিঠিদু শ্যামসুন্দরনা লৌরগা পারম্মী।

চিঠিদি অসিনি :—

ইতৈমা

ইতৈমাগা ঐগা ভাউনবা অদু কাওরিরোই হায়না নীংই তাইবুঙো য়ানবা দায়ীদি ইতৈমনা ওইগদবনি। ঐহাক নুপী অমা পুরক্লে, গুরাং অহোং। শাগে জাৎতি ঐনা নহাল হায়রম্বদুনি, ঐখোয়দগী হেন্না কৈ। গুরুঅরিবমনি। নুপী অসি মপা মমা অমত্তা লৈত্রে, মাগী হায়বদু ঐ মভাইরে। মশকসু ফনা ফজে ইতৈমনা হায়বদুমক থেকনি নীংই। মাগী মশাদা বাংগা হায়বদু লায়রবীনি, অহল-লমন লৈত্রবীনি অসিসু ঐনা মাবু পুন্সিগী থাদোকত্রগা লোইরে। হোরেল ঐখোয় নুমদা পুশন্নবা থরা হোৎনবীয়। ভসি অমুক শীজিন্নবা লুপা থরগা পীরকউ। মাগী মফা মরোলসু থরা লৈদবা য়াদে, লিকসু অমত্তং লৈরগা অদুনা য়াররদি থরা য়ান্না পীরকউ।

সেবক নবকিশোর।

চিঠি অসি হেক পাবা হৌবদগী থরুৎখিবদুনা বামোন নীঙোননি হায়দুনা হায়বদুদা শ্যামসুন্দরগী পাখংপদা মথেংলে। শেলচাবা অধর্ম নত্তে হায়না থনবা ভম্মী, মীগী ফত্তবা থা ভাওবা অধর্ম নত্তে হায়বা ভম্মী, মী শিশনু হায়না ওজা-মাইবা কৌদুনা মন্ত্র যন্ত্র পোৎ শেমহনবনু

পুন্থগী মঙ্গং চনহনবা ওম্মী, অদুগা বামোনবু মৈতৈনা লৌবা য়াই হায়বসিদি চুম্না চিন্না পনবদি লায়রবুনা মবুক্তা অমুক্তং খল্লুবদা প্রায়শ্চিত্ত চামগা নিপাল্লক তৌনিংবা মীনি শ্যামসুন্দরদি।

মসিগুম্বা নত্তবা কর্ম্ম অসি মপা মপু হাক্তক্তা অমুক্তা থোকখিদ্রি। মহাকথক্তা থোকপসিদা ইকায়-খুংশি য়াম্লনা য়াম্না শাওনীংলম্মী। মৗগী মচানা তৌরগা নোক্লগে হায়না ময়া কাথোক্লম্বা শ্যামসুন্দরদু ময়মদা থোক্লবদুদা ময়া কাবদু উমশনবসু ওমদা হেম্না কাথোকপসু ওমদা ওাইহাক্তং খুংগী মুত্তিগুম লেপতুনা লৈরম্মী।

অদুদগী পাথং অদুদা হায়রকই—

মতোম্দা হায়য়ু য়াদব, মহাক ঐগী ইনাও নত্তে, য়ুমসিদা মহাক চংলকপা য়াদে। ঐনা মাগী মরমদা মহাক শিরে হায়না খনবদগী অতৈ অমা খন্দ্রবনি।

য়াম্না ফনি হায়না যাদবনা হায়রম্মী। অদুদগী সনাহনবীনা হায়রম্মী—ওাইখো, সুপীমচাদু ময়মদা থিনবীরুরগা লোইরেদনা।

ইতৈমা, মদু য়াররোই, নবকিশোরনা হায়ববু ইতৈমখোয়গী ধারা মরি ·········

খওলে, যাদব ইবুংঙো। অদু ওইরবসু মাইবা মাইবী·········

মতুদি নবকিশোরগা তামবীয়।

মখোরনিনা ওাওনবদু তারগা শ্যামসুন্দরনা থরা নেমথক্তুনা হায়রম্মী—চুম্মী, উপায় অমদি লৈরি। যাদব হৌজিকমক নহাক নবকিশোরবু পুদুনা ওাইহাক্তা লাকউ। ঐখোয় শাওহৌই হায়বা তাকয়, চুম্না লাকটদনক হায়রকই ওম্মু।

য়াম্না ফনি।

শ্যামসুন্দরগা সনাহনবীগসু মখোং মখুৎ শেংদোকপা চৎখরে, অদুগা ওাইহাক লৈরগা যাদবনা নবকিশোরগা লোয়ননা লাক্লম্মী। শ্যামসুন্দরনা চোং-লেম্না হায়ম্মী—

নবকিশোর, নঙনা হন্দক তৌবসি চুমদে, ইয়াম্বগী মায় মচেৎ অমফাওবা য়েংদে। অদুবু নহা ওইবগী ভাওরুবনি। ইয়াম্বা অদু পুম্নমক খণ্ডই সমাজনা য়াদবা থবক তৌবা চুমদে। অদুনা নঙগী ধারা অদু মাঙনবা থৌরাং অমা তৌবনা চুম্মী।

সনাহনবীন্থ হায়রম্মী—ইবুংঙো, নঙগী ভাইবুঙোনা হায়রিবসি য়াম্না চুম্মী। মাইবা মাইবী য়াম্না লৈ, ইতৈমা থিরুগে। নুপীমচাদু মন্নুমদা থম্মুচো।

ভসাইমখৈদি ময়াম্বদা রা ভাঙবা হঙ্গোইহুনা ভাঙলমদে। মতৈমনা ভাঙলকপদুদদি মাস্থ খুম্বা ভল্লক্লে। অদুনা অস্থম্না নবকিশোরনা হায়রম্মী—

ইতৈমা, ঐ মী হাৎপা ভম্মোই; ঐ চুরান থাবা নত্তে। অদুগুম্বা হুংশিহৈতবগীদমক ঐ মী ওইনা পোক্লকপা নত্তে।

অদুবু করন্না ঐখোয়গা তিন্নরা লৈবা য়াগনি। মীনা ঐখোয়বু তন্নবীরোই। করিনি হায়গনি?

নুপী চেনবা ইথন্তনা হোৌদোকপা নত্তে। মী পুম্নমক তৌনরিবনি। অদুদা বামোন—নীঙ্ঙোল অমা পুরকপগীদমক মীনা ঐখোয়বু তিন্নবীরোই—দৌরিবনি। মীগীদমক লৈবসে ঐখোয়গী অৱাবনি। ঐনা বামোন লৌরু-রগা মখোয়গী করি কায়গনি? মখোয়না পামত্রগা মখোয় তৌদসন্থ। মখোয়বু কৌবগীদমক ইচাবু হাত্তোকপা ধর্ম্ম নত্তে। বর্ণাশ্রমদি মীগী খুৎ-শেমনি। মপাঙ্গল কনবগী, অঙম্বগী শেম্বা নিয়মনি। অশোনবনা কীহুনা ইনবনি। মীনা শেম্বদি ঐস্থ মীন ঐনা থুগায়বা করিগী য়ারোই—থুস্থ থুগায়রিবসিনি।

মাগী ৱাসি তাবদা শ্যামসুন্দর অদু শাওনিংবনা মশা-মউ পুম্নমক থক-থক নীক্লম্মী। অদুগা হায়রকই—

খঙলে, তোক্লো, পাপী। নঙ ঐগী কনাস্থ নত্তে। জাৎ তাথল্লো। নঙনা থোকপা অমা তৌখল্লো। ঐ নঙবু শিরে হায়না লৌরবনি। ইনাওনি হায়দুনা কনবা য়াবরা য়েংবীগে তৌরম্বনি।

অতুদগী ময়াম্বগী অশাওবা য়াথং কোকথক্ত পুরক্লুনা নবকিশোরনা তপ্না তপ্না য়াদবকী তুং ইন্দুনা চৎখিরম্মী।

নবকিশোর অতু মাগী মুপী কিশোরিবু পুরক্লুনা লৌবাই মচি অমদা চৎখরে। মাগী মন্না-মপাও অমত্তা ময়াম্বদা পীরকপা লৈতে। মতৈমনা অতুক থিক্লুনা হুমক্লুনা মখোয় কদায়দা লৈ হায়বা খঙবক্তু মঙাই। মপুরোইবদদি মহাকসু তম্মদে।

থা তরেংকী মতুংদা যাদবনা নোংমা লাক্লুনা সনাহনবীদা হায়রম্মী ইতৈমা, কিশোরী মচা নীপা অমা পোক্লে। অতুবু ইতৈমা, চানিংঙাই লৈতক্লুনা য়াম্না ৱারে। শেল থরদংদি পীবীবনা ফংত্র?

নবকিশোরনা পীরকউ হায়বরা?

মানদি হায়রকপা ঙম্লোই। ঐনা মখোয়গী মতৌ য়েংবা ঙমদক্লুনা হায়বনি।

অতুবু ইবুংঙো, ঐদি শেল পায়দে, ময়াম্বনি হায়ক্লুনা তৌরিবসিনা সুকলেং লেংখিদবসিদা। ঐনা নহাললো হায়বনি শেলথুম থরা পীবনা চুম্মী। অতুবু করিমত্তা য়াদে। ঐতুম নপামদা চৎলো হায়।

ঐসু তৌফম খঙদরে।

চুমদি চুমদে। নবকিশোরগীসু সম্পৃত্তি ফংকম খোকপনি। অতুবু মানা হায়দে হায়ক্লুনা তুমিন্না............।

মহুমক ফংনা হায়রবনি ইবুংঙো, ইতৈমনা হায়রুরগা মুপী নখোয়গী বা লৌবা য়াবা নত্তে অমম্না হায়। অতুমকপু ইতৈমা অমুক্তং মী পোং থাজন্দুনা য়েংগে।

যাদবসু হনখিরম্মী।

নবকিশোরগীদমক সনাহনবীনা য়াম্না ৱারম্মী। মানা ঙমদবনা তৌবনি, নত্রবদি বাযোনহুবী ওইরবসু ময়ুমদ পুশন্দুনা থমগদবনি। অতবু মানা ভাঙবদি মুপী বা তাবিদব। ইমুং অমনি মহাক করিমত্তা ঙমমমদে। অতুনা মহাকপুদি ভাবীত্রবসু মচন-মুপী শ্যামাবুদি ভাবীবা ৱাই থন্দুনা শ্যামাবু কৌরম্মী।

শ্যামাসু মপুরোইবগী ময়ুমদগী লাক্লম্মী। হেক থুংবগা মানা মবুংহলগী মনাক্তা চংলম্মী। মাদি তাদা হায়না কৌই। শ্যামসুন্দরদো তাইবুঙো কৌবা য়াবা মী নংলমদে। কম নাইক্কবদগী মীনা তাইবুঙো কৌজবনি। মখোয় অহুম অসি মপা মমা অমত্তনা পোকপনি। শ্যামানা অঙাং পিশক ওইরিঙৈদা মপা মমা শিখরবনি। অহুনা শ্যামসুন্দরনা শ্যমাগী মমা-মপা শক্তুনা য়োক্লকপনি। মচন-অপীশকপু মানা য়াম্না লুনা তৌখি। পারী-পুরী শুনা য়োকপা নত্তে হায়হুনা মানা হায়বদা মবুংনা য়াদবা লৈতে।

মাঙোলদা মালা পায়হুনা শ্যামসুন্দরহু লৈরম্মী। শ্যামানা মনাক্তা কম্নগা হায়রম্মী।

তাদা, তায়াইমহু ঐখোয়গা তিন্নবা য়াদ্রে। অহুবু মাগী য়েংলুবদা কনাসু লৈতে। লক্ষা হায়হুনসু অঙাং অমা পোক্লিবহু ঐখোয়গী ধরা নত্তে হায়বা য়ারোই। চাবোকপী অহুনা চরা হেন্দুনা লৈরবদি অঙাং অহুসু হিংলরোই।

শ্যামা, মাগী বা ঐভোন্দা হায়রগনু। শিখরবা মীগীদমক ঐ করিমত্তা তৌবা ঙমদে। ঐবু মানা থাদোক্তুনা চংখিবনি। ইমাম্বা লৈ, অহল অমা লৈ হায়বা কীদবমখৈ ঐদি নীপানি ইনিংতম্না চংকনি হায়না চংখরবনি। অহুবু ঐনা য়েংকম থোক্তে।

তাদনা পীম্নবসু ইনম্মনা মরনাই পোৎ য়োম্বোক্তুনা পীগে হায়রিবসি পীহল্লদনা।

মাগা নবকিশোরগা করি থোক্লে। ঐগী ইনাও ওইরিঙৈদা মাগী মরী থোক্লরম্মী। হৌজিক্তি ঐগী ইনাও নত্রবনিনা ননম্মনা মাগী করি তৌকম থোবই।

—অহুগা ঐহাক্তী ইরমাই পীজগে, অহুদি য়ারোইদরা?

নঙগী খুসী তৌজো। নবকিশোরদা মতেং পাংবা মীহুদি ঐগীদা চঙবদি য়ারোই। মহু খঙউ শ্যামা।

তাদা, চুমদেদা, ইমা অমত্তগী মবুক্তা নাওপুন্থনা পোক্লকপনি। সুংশিদবা ওম্মোই। তাদদি মেম্নর ওইরিবৈদা জেলদা মী থা-থাহনা পুকচেল অহু কমশিল্লবরা ?

করিগী চুমদনি শ্যামা। নবকিশোরনা ঐখোয়বু সুংশিদবদি ওন্নগা, ঐখোয়না সুংশিদবদি করিগী লানগনি। হল্লো, থেংথরে। নয়ুমদা থবক শুবীনীঙাই লৈরমলোই।

হায়বা য়াত্রবহুদা শ্যামাসু পতি লৈত্রহুনা ময়ুমদা হনখিরম্মী।

নবকিশোরনা ময়াম্বদগী মতেং ফংবগী আশা অমত্তা তৌরমদে। মহাক্না হন্দক তৌরিসি লৈবাক্না য়াবা য়াদবগীদি লায়রহুনা ময়াম্বগী য়াম্না ইকাইবা অমা ওইবা মরম্না ময়াম্বদা মানা হায়জবা তাবীরোই হায়না থল্লম্মী। অহল লমম্না থনম্বা সম্পতি অহু মাগীসু শরুক য়াওরিবনি। অহুবু মত ভিম্নদবা ময়াম্ববু ৱারোবদগী কাঁরমত্তা পাম্নমদে।

শিরগা লোইরে হায়বা পুন্সি অসিদা অমুক সমাজগী মীনা শেম্বা খুৎশেম-আইন থরনা মী অমবু অমনা সুংশিজবদা পনথোংবা অসি নবকিশোরনা তুক্চনা য়েংলম্মী। অহনা মহুগুম্বা নিয়ম্ন চেৎনা কোন্দুনা লৈবা সমাজদা য়াওবা ময়াম্ববু মহাক্না য়ানিংদে, কিম্নু কিরমদে।

অসুম্না থনবা মরম্না মহাক মশামক্না মতেং পাংবীয়ু হায়না ময়াম্বগী মফমদা থারক্লমদে। যাদবতনা পাও পীবহুদা মতৈমা সনাহনবীনা সুংশিহুনা তৌরম্বা থবক্নি।

থরা লৈরগা অমুক পাও লাক্লে নবকিশোর অহু টাইফোইড-তগী নাহুনা হিপতুনা লৈরে হায়না। সনাহনবীহু অমুক হেম্না মীপাইরে। হন্দকমুক্তি মপুরোইবগী পুক্রিং ওলহনবা য়াগদরা হায়না নীংলম্মী। পাও অসি যাদবনা তম্মরোই হায়না মুমিৎ থরদি থাওহুনা লৈরম্বনি, অহুদা তারগা তমদে হায়না ৱারোখিগনি হায়বা কিবদগী য়াম্না কন্না নারবা তুংদা মহাক্না পাও পীরবনি।

সনাহনবীনা শ্যামসুন্দরগী নাক্তা প্রেং-প্রেং হোৎচন্দুনা হায়রম্মী—নবকিশোর অহু য়াম্না কম্না টাইফোইড-তগী নায়ে ঙসি তরানি শুরে হায়। ঐখোয় চত্তুনা মাইবা-মাইবীগী থৌরাং তৌবা মতম ওইরে।

তুমিন-লৈয়ু সনাহনবী, মাগী য়া তানবা ঐগী নাকোং পান্দে। অসিদা ফত্ত-মুংদা থোক্লবদি মীংঙমহৌরোই, মেম্বর।

করি মিংঙমদবা। মশানা শিজরগে হায়বা মীবু কনাগী মতিক লৈ কন্নবা।

মেম্বরগী থম্মোয় অহুবু মুঙনা শাবরা?

শ্যামসুন্দরনা মতম অতৈ ওইরবদি মচোমপাক নাইদে হায়না শাওগদবনি। অহুবু ঙসিদি করি তৌরবনো মোমোন নোক্লুনা হায়রম্মী—

সনাহনবী, চুম্মী ঐগী থম্মোয়সি মুঙনি। চৎলো নথৌহুম শুরু।

মসি ঐগী ইথৌনি। অবোক লৈতবা মরম্না মানা ঐবু অবোক্তা ফংগদৌবা মুংশিবা অহু ফংনবা হায়দুনা লৈজরকপনি। মীওইবা দশাগী মনাইনি।

করি মুপী, দশাগী মনাই করম্না ওইগনি। মশানা কৎচদ্রগা নাইদা ঙাক্তা ইনশনবা য়াবরা? তানিংদে চথোকখ্রো আদা। ঐ মুপী মবা চত্তে হায়বা নঙ কাওরবরা? নঙনা লক্ষা হাযহুনমু শ্যামসুন্দর তাবা লৈরোই থংউ।

গতি লৈত্রহুনা সনাহনবী চংখ্রে। থুনমক মী থাহুনা শ্যামসুন্দরগা য়াম্না লুনা তিম্নবা মথক্কী অহলমু ওইরবা তোলেনসিং কৌরুরে।

তোলেননা প্রেং-প্রেং লাক্লগা হায়রম্মী।

করিনো শ্যামসুন্দর, অঙাং মুপীশিংগী পুক্লিং লাংতক্লবা থবক পংথোক থোকহনবসিবু? নঙবু করি তৌরবগে?

তাদা, ঐঙোন্দা করিগী দোষ পীরিবনো? মথোয়না মশানা হাজগে হায়না মরাল লেপচরগা ঐনা কৈদৌনি হায়বগে?

চুমদে, নহাল-মথৈদি নহাল-মথৈ ওইখ্রে। হৌজিক শিবা-চংবা মফম থংত্রবা কাল অসিদা ঙম্না থম্না তৌহৌবনা চুম্মী, শ্যাম।

ঐঙোন্দা মখোয়গী নাসি অমুক তাহনবীরম্ব তাদা।

ঐনা হায়বদি শ্যাম, নংবু নবকিশোরত্তবু পুরকউসিদা লাইয়েংনবা ত্তৌ হায়বা নত্তে। শেল-থুম মাইবা-মাইবী থাত্তুনা মথবাইদি কনবা য়াথরা হোৎনত্তুনা য়েংবা চুমী হায়বনি। মাগী হায়ববু কনা লৈরি নঙ নত্তনা।

ঐদি মাগী মরমদা নায় পীগে তাদা। অহানবা নায় কত্তুনা, নায় অনৌবা অমা ভাবা চুমদে।

মত্তদা মচন-মুপী শ্যামাসু তাবা য়াওরম্মী। মবুংগী নাত্তু তাবদা মপী শিস্থরত্তুনা মবুংদা হায়রম্মী—

তাদা, তায়াইমম্মী নায়দি হোংবা ঙমদবা। অত্তগা নশানা মেম্বর অমা ওইরিঙৈদা মীগী হাকথক্তা নায় হোংবগী শেল চাক্তত্তুনা থবক তোক্লকপা নত্রা?

শ্যামসুন্দর শাওবনে, ইকাইবনে অদি তিন্নত্তুনা মচন-মুপীবু ফুগে চাযত্তুনা হৌগৎলম্মী। শ্যামানা হৌত্তুনা চেনখিত্তুনা অমুক হঙ্গ্না ফম্নম্মী।

তোলেনসিংনা অত্তদগী হায়রম্মী—শ্যাম, কাম্নদে। অশাওবা থাদোকউ। খন্থো। খীনবা য়াদে। য়াম্না লুনা নারবা পোৎনি।

অসি হায়রগা তোলেনসু চৎগে। শ্যামসুন্দরগী থম্মোয়দি অত্তম মুড ওইত্তুনা ইপেঙ লেঙদা লৈরম্মী। মাবু নোমত্তমা লেঙহম্নবা শক্তি কনামতগী লৈতে।

অসুম তৌত্তুনা মতম হৌগে। হীদাক-লাংথক অমত্তা তৌদবা মাইবা-মাইবী অমত্তা কৌদবনা অনাবা থুনা হেনগত্তক্তুনা নবকিশোর তাইবংপাল থাদোক্তুনা নেংমা চৎগে।

পাউ লাক্লে। পাউ তাবদা মনাহনবী অত্ত মপী তারবমথৈ শিস্থত্তুনা কম্না কপ্লম্মী, অত্তবু শ্যামসুন্দর কিবদগী মথোল হৌনা কপ্লমদে। শ্যামাসু লাক্তুনা কপ্পা য়াওরম্মী। মখোয় অনিমক শ্যামসুন্দর নারৌত্তুনা লৈরম্মী। না করিমত্তা হায়রমদে। মখোয়নিমক অমনা-অমদা য়েংনেংনত্তুনা কপ্পদগী হেন্না কনামতনা কনামত্তবু থেমজিন্নবা তোৎনরমদে।

শিবগী পাট্ট লাকপা মতুং হুম্মি শুরে। উজাও পাম্বী নোম্বা হৌরক্লে। নোংচুপ্তা মুমিং থোক্লবরা নীংলক্লে; শ্যামসুন্দরনা সনাহনবীবু কৌরহুনা হায়রম্মী—

সনাহনবী, নঙ থংব্রা, নবকিশোরহুনা লৈরম্বা লম অছু?

লমদি থংই। ময়ুমদি থংদে। অছুবু যাদবতা হংলগা থংগনি করিগীনো?

লক্ষা হায়হুনসু মাগী মচাহু ঐথোয়গী ধারানি। মহাক লৈত্রবদি অঙাং অছু মফম-মরাং থংদনা লৈরগনি। মমা-মচা ঐথোয়গী অসিদা থম্নবা কৌক্লচো।

করম্না থমগনি, লৈকায়না য়াগদরা?

য়াদসু। ইংখোল মনুংদা য়ুম অমা তোঙাম্না শারগা হাও-পাঙলবুদি থম্বা য়ারগা মথোয়বু অছুম্না থম্বা য়াদরা সনাহনবী।

য়াই, অছুসু ঐদি ঙমজরোই, মাবু অসিদা থম্বা করিগী। শিত্রিঙৈদা ইনাও অছুসু উবা ফংহৌদরে। হৌজিকপু মুমিং চুপ্পা মমা-মচাবু উরগা নবকিশোরগীদমক মৈ চাক্লিবসিদা শীং য়াংহুনা লৈবা করম্বা মুপীগী থম্মোয়না থাংবা ঙমগদগে? পুবীরকনু। য়েংবা ঙমজরোই।

অছুবু য়াবরনে। সনাহনবী, করম্না মপা লৈত্রবা অঙাং অছুবু মীগী মথোংদা চংহল্লুগনি। ঐথোয়গী ইমায় খুবনি। মুপী নথোয়না করিসু থংবা পোং নত্তে।"

সনাহনবীগী বা তাবীরমদে। যাদব কৌরগা শ্যামসুন্দর অছু মনাওনুপী কিশোরীগী মনাক তম্না চংলম্মী। মথোয়না অহানবা চৎখিবদা ময়ুম শো লোক্লম্মী। মথোয়গী অহুবাইদা লৈবা মীদা হংবদা কিশোরীদি লম্বেল থোনবা য়াওবা চৎখি, পুং ৫ তারপা হল্লকই, করিগুম্বা মতমদনা সুকহনসু হল্লক্নে হায়না হায়রম্মী।

শ্যামসুন্দরনা যাদবতা ঙাইহাক্তং ফমদবা য়াদরেদনা হায়হনা মথোয়নিমক ক্ষিদা য়াওদনা কিশোরীগী থাংপোকশঙগী মাঙোলদা ফমহুনা লৈরম্মী।

মখোয়না কমথরগা পুংখায় অমরোম লৈরগা কিশোরীতু থুংলরে। যাদবনা ভাক্লুনা মতৈনি হায়বা খংতুনা কিশোরীনা শ্যামসুন্দরগী মনাক্তা চংলক্লুনা খুরুমজ্জী।

শ্যামসুন্দরনা হায়রকই।

কদাই নচাদি ইবেম্মা।

ঙরাং চৎখরে। মপা-মচা নামিন্নবনি, মপাগী তুং অতুম ইনশ্রে।

নমা-মচা লৌগে লাকপনি। নঙ চৎসিদনা।

ঐহাক খুরুমজরি। ঐ চৎচররোই।

করিগীনো ?

ঐ য়ুম অতুদা করি থোক্লুনা চংগনি।

করিনো নংনা হায়রিবসিবু নপুরোইবগী য়ুমদা চংববু করি থোক্লুনা হায়বদি ?

ইপুরোইবা য়াওনা চংবা য়ারমক্তবা য়ুমতুদা মাসু য়াওদনা ঐনা করি করম্না চঙকম থোকপগে ?

অদুবু নঙদি ইবেম্মা, মাগী তুপীনি মাগী মরুমদা......... ।

ঐবু ঙাকপীয়ু। ঐ কমাবুসু শাওজদে, বারৌবসু তৌজদে। মসি ঐগী হৈনজদবা হায়বতুনি। অতুনা ঐবু ঙাকপীয়ু। ঐ চৎচবা ঙমজরোই।

অসি হায়তুনা কিশোরীনা খুরুমজ্জী।

শ্যামসুন্দর মথক্তায় শোক্না হায়রম্মী—মবু ঐনা ইস্তোকপা, নঙনা ঐবু ইস্তোকপা। যাদব য়াম্রে, করম তৌনি ? চৎসি।

চহীনা লুমথরবা সনাথোংমাং অতু লৈঙম-শাওমদনা যাদবকী মরোংবান পায়তুনা হৌগৎলগা 'চৎলগে' তুদি হায়রম্লগা চৎখিম্মী।

# অতিথি

এলঃ বীরমনি সিংহ

লুহোংবহু অশোয় অঙাম য়াওদনা লোইশিনখ্রে। লাওলম নিংথৌবা পুন্সিদু নেমথখ্রে। অদুবু তমুবীগী থম্মোয়গী লাওতক্লবদি অহোই অহোইনরকই। মতম অমদা য়ুম অসিগী মৌনি, য়ুম্বুরেনবীনি। ঙসিদি অতিথি অমগুম মপুরোইবগী য়ুমদা মচানুপী লুহোংবা য়াওবা থুংলরি। মচানুপী অদুবু নোংমতন্দু মমা-মচা ওইবগী শেগা-মাইগা হায়দুনা বারক বাতেমনখিদে। মতুগী চৈরাক ওইনা ঙসিদি পিগী লোইবা নাইদবা ঈফুৎ অমা পীরমলে।

অদুগা পোকপদগী মপাগী মতমপাক্তা ফমজবা ফংজদবা মমাগী শেগাদতা চাউরকপা মপাগী মীয়ংশিগী মীৎয়েংনা তাথিখিরবা মচানুপানা মপাগী মফমদা করিগুম্বা চৈরাক অমতা পীরমলোইদ্রা?

ইবোহলসু মীনি। চৈনাখোল অদু করিগী ফাওরোইদগে? লমকেৎলবা থম্মোয় অনীগী কাউথোকপনা করবা চহী তরা মমাঙগী মমি শান্মিরবা বারী অদো ঙসিদি ঈরাওখোলগা লোয়ননা ঈহৌরক্লে। থম্মোয় অনীগী ঈরাওখোল থম্মোয় অনীদুতনা তাই। তুমদে, তুম্বা য়াদে, মতেক-নতেক মঙগুম হাগুম অহীং চুপ্পদুমা ওনথোইনা থাংখি।

চহী তরা মমাঙগী বানি। মতম অদো ইবোহল স্কুল অমদা ওঝা ওইরি। মহাক্কী মীরোল লৈজদে। মাগী নুপী, মচানুপী চহী তরেৎ-নিপাল শুরবী অমা; মচানুপা থা তরুক্তা ঙাইরিবা অমা মখোয় মরিতনি য়ুমজাও অদুদা লৈরিবা। মপা মমাসু লৈখিদরে। অদুবু সরকারগী চেঙ চারুরবনিনা মখোয়না চৎলু হায়বা মফমদা চৎপা তাবনি। চৎলি, চৎতবা য়াদবনিনা, অদুবু লৈতাদে। ছুতি সুমিৎ নিনীদা ফংবদা মযুমদা হেক্তা থোক্লিংই, থোকসু থোকই। মসিনা মঙোন্দা অবাবা অমা ওইহন্লি, ভারা তিংহন্লি, মীরা তাই।

নোংমদি মহাক বিজয়গা খেংনরম্মী। মহাক্না থোবালদা ওক্না ওইনা লৈরিবৈদা মহাক্কী মতেং য়াম্না পাংথিবা লম অতুগী মনাওশিংনি, মরুপনি। মহাক্কী কনামত্তা লৈজদে মচেগীদা লৈবনি। সুপী অমা থিরমলে, অতুসু খাইনপ্রে। চহীদি বিজয়না খরা নৌই। মহাক ইম্ফাল মনুংদা ফুরিং তুকম ওইবা য়াবা তুকান মচা অমা থিগে হায়রুনা কারকপনি।

ইবোহলগী ময়ুম তেরা বজার মরুপদনি। মহাক্কী ঈংখোল সড়ক্কা হেক তাইনরে। মহৌশা মমানা তুকান কমলম্বগী মমায় অঙাং ওনবা কা অমা লৈ। তাঙ্গা চারে খঙ্গুনা মহাক্না বিজয়বু ভারা লৌদনা থমলে। অদুবু মাগী সুপীনদি য়াখিদে।

—কনামত্ত খঙ্গীরমগনু মশক মশাসু খঙনদবা মী থঙ্গুনা হেন্না বিজগ্রে।

রাফম অসি অচুম্বা য়াওই হায়রবা খঙদবা নত্তে। অদুবু বা পুংথরুরে, অদুগীসু মথক্তা মহাক বিজয়বুসু চেংনা থকৈ। মাগী মাগী সুপীদা থেমজিল্লি—মতম থরদং য়েংউ! লোইনবা সুংঙাইত্রগা পাউ হেক্তা পীরকউ।

য়ানীংলবসু য়ানীংত্রবসু মপুরোইবগী বাদা য়েংপা ত্তৌত্রে।

থা অমমুক্কী মতুংদা, ইবোহল মাগী সুপীদগী চিঠি অমা ফংই,—"পৈশা ফংলে সুমিৎ নিনী হুম্নি ইবুংঙোহ্ মশা ঙমলুদ্রে। বিজয়না হিদাক লাংথক লৈদুনা পিজবদগী ফরে। সুংশা থিনিংঙাই করিসু লৈতে। বিজয়বু লৈরমদ্রবদি হন্দক শিরে, লৈকায়সিদা চেং মেরুক অমা পুক্কম লৈতে। বিজয়না থোবালদগী ফো পোংমা লৌরুদুনা লেল্লি। শেল লৌ হায়বসু য়াদে। মাসু সিদা লাকপদগী থরা কারজরে।" মখোর চামা চিন্না লৈরে ভাবদা ইবোহল নে ভাগ্নে। মরক্তা অমুক চংকে খঙ্গে। পরিক্ষা লোইরগা থোক্লগে হায়না লেপ্লে।

থা তরুক্কী মতুংদনি। পরিক্ষা লোইগ্রে। মহাক মযুমদা থোরক্লম্মী। মওম কুইনা উনরুত্রবা সুপী অঙাং উমরগনি হায়রবগী

ঈথৌবা লমশাঙ লাকপগী অরাংচোকথ পুম্বা কাউবা মথৈ থোক্লকখি। নুমিৎ তানিং ভামাং তৌরমদাইদা ময়ুম য়ৌরে। শুমাঙ মাঙোলদু ইচিক চিকই। শুমাঙদা লেপ্লদুনা কৌই। কনামতা খুমদক্কে। ইঙক ঙক্লে, নুংশা খিবা অমসু পোক্লে। মাঙোল কাথক্তুনা য়েংই। থোঙ শো লোল্লি।

য়ুমলোম্নবী মতৈমদু থোক্লকই ইবুংঙো হৌজিক লাকপ্রা? সিনেমা য়েংবা চৎকনি হায়ব্রা কল্লিনো হায়রম্বনি বিজয়গা। শোম্ন শিমরমদে। খঙদ্রেদা হৌজিক কালগী অঙাংশিং অসিগী মতৌসি।

ইবোহল রা ঙাঙদে। মঙ-হাগুম থোকপ্রে।

—কি হোংদোককে হায়ব্রা? খুদৈ লৌরুগে।

—য়ারে ইতৈমা, পোৎ চৈশিং অসি খাইদা শুম থমজগে। অসুরায় কাওবা থোকউথিগে।

ইবোহল থোকপ্রে।

নুমিদাংগী পুং ১১ তাপ্রে। মপুরোইবা হল্লক্লে হায়বদি তারে। অদুবু উন্নবদি ফংদ্রি। মচাশিং পুম্নমক ঙায়বা শুমদদুনা তুমপ্রে। তমুবীদি ঙায়রি চাকসু চাদ্রি।

ইবোহল হল্লক্লে। মরোল লৌবা য়াদমথৈ হল্লকই।

—কদাই চৎলুরিনো? বিজয়না থিনি হায়দুনা চৎখিবনি। অঙাং-শিংসু ঙায়রম্মী, তুমখিবতা ঙায়রি।

মতম অমদা ইবোহল বিজয়গীদমক্তা রা ঙাঙখি। অদুবু বিজয় পল্লকপদা থোয়দৌ শাঙগৎপা হেনগৎলকই।

—কদায়দগীনো বিজয়না লাই ভারী অমা তৌরি সিনেমা য়েংলুসি হায়দুনা হেক য়েংলুদবা।

রারীশিংদু ইবোহল মনাদা হাপ্লে। মফি হোংদোক্লগা কমুঙদা চঙপ্লে।

—চাক চাররোয়দ্রা?

—চাররোয়।

—চথোম অমক্তং চাখিসে।

—চাররোয় হায়রেদনা।

খোন কল্লপ খুমলমই। বিজয়সু হল্লক্লে। কৌরকই— ইতৈমা তাদা লাক্লবরা ?

—লাক্লে।

হৈনিংদনা খুমই। থোঙ হাংদোকপা ভৌদে।

—তুম্লব্রা ?

কনামতা খুমদ্রে। তুমগ্রমালে হায়রদুনা বিজয়সু চংল্লে।

তমুবী চরা হেল্লে। মচাগী নাক্তা চঙদুনা হিপথখরে উরোল উরোল তৌরম্লে। মহাক্লা মিৎকপ থোক্লকপদা মাগী মুপাদো লৈরমদ্রে।

তৌরিবসি কন্নিনো তমুবী লাম্বা ফংদে। ফমুং ময়াদা চঙক্লনা কমদুনা লৈল্লে।

মপানদা বিজয়না কৌরকই। কনামতা খুমলক্লবদুদা ইমুংদা চঙলকই।

—তাদা হোগংগ্রবরা ?

—থঙদে।

কন্নিনো তৌরিবসি! বিজয়সু ভাবনা লাম্বা ৱারে। অসুম্না মতৈমগী হৈনিংদবা মতো কৈদৌঙৈদসু থেংনখিদ্রে। কন্নিমতা হায়রম্বা তৌদনা মহাকসু থোকল্লে। অদুবু থংনবা মিৎকুপ্তা, কন্নিগুম্বা ঈঙ্গিৎ অমদি মমি শামি ফাওরকই।

মুমিৎ হুমিনি, অয়ুক মুংথিল চাক চাবা ফাওবা হঙ্গিল্লকতবা। মুমিৎ হুমি গুশিল্লক্লবা অদু ফাওবা মচাশিং অদো মপাগী মশক উবা ফংদ্রে। অহীং অহীং হঙ্গিল্লকনি অদুসু মরা লৌবা য়াদমখে। ৱাসু লাংসু অমত্তা ভাঙদে। অয়ুকসু কনামতা য়াহৌদ্রিঙৈদা হেক্তা চৎখি। মতৈমনাওদা লৈজবা ইমুংদা মুপানা অসুম্না তৌগ্রবদা কয়ম্বা মুপীগী পুক্নিংনা লৈতাগনি! নোংমদি তমুবী অহীং চপ্রহুমা মিৎ ককলা অমা ফাওবা উটশিন্দবমখে মপুরোইবা মিৎকপ থোক্লকপদু ভাইরম্মী। মক্লি মক্লি তৌরি মপুরোইবনা হোগংখিবদু হেক হোগংপগা মফি শেৎচিন্নী থোঙ হাঙদোক্তুনা চৎকে হেক তৌবদা তমুবীনা হংই,

—কদাইদনো ?

—খঙদে।

—অঙাংশিং অসিগী মমাঙদা কহিনো তৌবীরিবসিবো ? ঐবু তুংশিত্রবস্থ অঙাংশিং অসিগী থরা খনবীবা কৈ।

খুমদে ইবোহল। তমুবীনা নখা তারকই,—ঐবু করি কাইগ্রবগে ? ঐ লৈবনা কায়গদবা লৈরগা থিনবীরমমো।

মহুস্থ খুমদে। তমুবী শাওগৎলক্লে—খুমদবা তৌবীস্থ কৈরোই লৈকাইগী মমাঙদা মায় থমফম লৈত্রে।

—থিলহল্লুদনা, চৎনীংলগা

বাহৈ থরা অসিতনা মপুরোইবনা শাওরিবগী মরম অদু ইঙাল ঙাম্মোক্লক্লে। তমুবী চীনবাল কাজিনগ্রে। মমিত্তৎ শুন্যতরংদা য়েংলহনা ফমুও ময়ায়দা জ্ঞান মাঙনা লৈহৌই।

বিজয় রাকম অদুগী শামিন ফংগ্রে।

খজিক্তদা খঙবা মীনি। খুদক অদুমক্তদা য়ুম অদু খাদোক্তৎনা চৎখ্রে। কনাদস্থ ছায়রমদে।

মপুরোইবগী হেনজিনবা মীৎয়েংবু তমুবী রারোই। তমুবীস্থ নহানি, মনুং কনবা মশাগী মমল ঙাক্লা চৎচবা। খনবা মথৈ থল্লগা মহাকীস্থ রারেপ অমা লৌরে।

নোংঙাল্লমদাই অমম-অঙান অনীগী লংদাইগী মতমনি। মপুরোইবা হৌগৎত্রি, তমুবী হৌগৎতুনা মফি শেৎচিল্লে, মচানিপাদু পোখৎলে। তুমহুনা লৈরিবা মচানুপীদুগী মরাইবক্তা অমুক্তং নাল্লম্মী। অরোয়বা ওইনা মাগী মুপাদা বারোবগী মীৎয়েং অমতং কল্লপ য়েংলল্লগা থোং হাঙদোক্তৎনা থোকপ্রে। ইবোহল উই। খামদে। হুৎবস্থ তৌদে।

তমুবী মপামদা চৎখ্রে। ইবোহলনা অমুক কৌরুবা তৌত্রে। নিনী শুবগী অয়ুক্তা মচানুপীদু মচেদা শিনরম্মগা চৌংদা অদুম চৎখ্রে।

অনিরক্নি ইবোহলগী মচেনা তমুবীবু কৌরুবা। অদুবু তমুবী য়াদে। ইবোহলগী মচেস্থ শাউখ্রে।

মতুংদদি তমুবাবু কনামতনা কৌরক্রে। মানম্ লাকপা তৌরে।
চহি মঙাগী মতুংদা ইবোহল ইম্ফালগী স্কুল অমদা অমুক লাক্রে। চহি ওন্দে তমুবাবু কৌশিনবগী মহুংতা যচেনা শিন্দুনা মপিমচাগা লুহোংলে।

মসিনি চহ তরা চুপ্পা থে:নরকপা থম্মোয় অনিনী লাজাও। লাজাও অতুগী খারীনা অহীংচুপ্পা অসিমা তুম্বা য়াহন্দ্রমথে ওংলি চোকথরবা থরাই অনীতুবু।

তমুবী মৌ অনৌবীগুম মপুক্নীং ইনৌ নৌই। অহীংতুমা তুমক্তবা, অমম্বং কপলুবগী মমিং অনৌতু ইপোম পোমলে।

মমাংগী কাদা মচাম্নপাতুগা লোয়ননা লৈকায়গী অহল অমগা খারী শাতুনা কমলি তমুবী।

—কায়দে তমুবী! নচাশিংগী থল্লু। অঙাং নত্রে, নথোয় পুম্না লৈনবা তৌ।

তমুবী খুমদে। মনাক্তা ফমলিবা মচাম্নপাতুগী মকোক্তা নাল্ল নাল্লতুনা তায়। অহল অতুনা ইবোহলবুম্ব কৌশিল্লি। হেক চঙলকপগা অহল অতুনা ঙাঙবা হৌরকই—ঙাওশিনতুনা কায়পোৎ নত্তে ইবোহল অঙাংশিং অসি নচা নত্তে হায়বা য়াবা নত্তে। পুম্না লৈনবা তৌ।

ইবোহল নোকমি নোকমি তৌরতুনা তমুবীদা ফল্লপ য়েংলগা হায়রকই—ঐদি লৈরসি হায়রিবনিনে।

তমুবী খা ঙাঙদে। মপুক্লিংদদি খাক্লৌই।

—"নহানতৈদি করিগী হায়দে।" খারি খাত্তাই ঙায়হাক শারগা অহল অতু চৎখ্রে। খা অমত্তা ঙাঙনদে খা অতু ইচিক চিকই।

অচিকপতু থুগায়রতুনা ইবোহলনা হায়রকই।

—গোবীনসি স্বায়দা থংনা ওয়ররোই। কদায়দনো লাইরিক তম্বা থাখিবা তারে।

হুমিং থাওয়া য়েংজয়িবা মচাগী বা পল্লকপদা তমুবী তুমিননা লৈখোকপা ওমদে। থুমলকই—কদায়দগীনো অন্থক পীকলিবসিবু। মেট্রিকা পাস তৌরগা থাগনি।

—জেনরেল লাইন্দি কানপোৎ নত্তে। ডাক্তরশ্রা ইঞ্জিনিয়াররা অমা তমহন্দবা য়াদে।

—শেল কনা ফংহনহু ইঞ্জিনিয়ার হায়বহু পামজদে। ডাক্তর ওইহনগনি।

চহী তরা চুপ্পা মতৌ-মনাও অনীগী মরক্তা থিজংলম্বা বা ভাওনদবগী পল অহু ওসি মিংকুপ অমদা নমথায়খ্রে। লাঙ্গাও অহু লোয়শিন্নরা!

মতম অসিমক্তদা ইমুওলোমদগী মণিমচা চা পুহুমা খোক্লকই।

—ইচে চাক চায়গা চৎলো।

য়াহৈ অসি ইচম চম্মা হায়রম্বা য়াই, অহুবু তমুবীগী মফমদদি ভাশোয়ি। ইমুও অসিদা মহাক অতিথিনি হায়বা কাউক্রে। শোন্নরকপা মিংকুপতুনা চহী তরা লোয়শিন খোমজিন্দুনা থমলকপা থম্মোয় খোঙজাওদে৷ হাংদোকলুরে। মপুরোইবদা ভারোবগী মীৎয়েং অমতং কল্লপ য়েংলয়গা থুমলকই।

—চায়রোয়।

তমুবী হৌগৎখ্রে। মকি তনশেং শেংতুনা মচাগ্নপাহু পুরগুনা খোকখ্রে। কা অহুদা অমুক চঙমজ্রে। অহুবু য়াহৈ অমতংদি হায়রম্মী।

—বাবাদা চৎলগে হায়রম্মুদনা।

লোয়রবা



